# পুন্সিগী খোঙচংতা



যুম্নাম য়াইমা

**PUNSHIGEE KHONGCHATTA**
**An Autobiography**
*by* ***Yumnam Yaima Singh***
*Oinam, Yumnam Leikai, Bishnupur District, Manipur*

*Published by* Yumnam Joykumar
Governor Road, Paona Bazar, Imphal

*Price* Rs 150/-

খুৎনম ঃ অহানবা, ২০০৫ ইং,

কোপী ঃ ১০০০ (লীশিং অমা)

হক ঃ অইবগী

মমল ঃ লুপা ১৫০/-

নম্ফম ঃ লমযানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।।

*য়ুম্নাক-শাগৈ, মমিং-মথাদি খঙদ্রবা,*
*শৈশকপশিংনসু শৈথাবদা য়াওবীদ্রবা,*
*অইবশিংনসু মীংখৈনবীদ্রবা,*
*মবৈবাক মবমদমগীদমক্তদি মথরাই কৎথোকখ্রবা*
*শকখঙদবা সহীদশিং অদুগী মফমদা*

# ৱারোল খরদং

কনাগুম্বগী ঙকসমদা শিবীদ্রবা ইচোই-চোইনা তাববা লিকলু মবক্তগী খুনগৎলগা লেংজবা লিকলু পবেংনি, "পুন্সিগী খোঙচৎতা"। মতৎ অমদগী অপৌবা লিকলু খবনে, মতৎ অমদগীনা কুপশিৎ কুপ্পা লিকলু খবনে লৌখৎলগা মযান-তুযান লেংশিনজবনি। নুমিৎনা মযুম চংদ্রিঙৈ, মশেক মঙান লৈবিঙৈদা লেংবা লোইহৌনবা হোৎনবদা মওং-মবিন তাদবা, শুপকন্নবা পবেং ওইদুনা কনানসু মঙকসমদা হুকনিংলবোইদবা লিকলু পবেংনি। অদুমকপু অবং-অবাক ঙাক্তসু পামদবা, লৈতেংগী ঙাক্তসু খনবীদবা মৈতৈ পোকপী পলেমগী পুক্নৈদতদি থম্বীনবা লানথোকচবনি, 'পুন্সিগী খোঙচৎতা'।

পৃথিবীনা শক খঙলবা মগুণ লৈবা মীশকসিংগী পুন্সি ৱাবিদি পুন্নমক্তা তানিংই। ৱাবি ওইনা তানিংই, পাদুনা খঙনিংই। কাচিন-কোযাদা চ্যেক-মোক লাওদনা হিংলিবা ঐখোযগুম্বগী পুন্সি ৱাবি ইজবদা লমাই অমা অনীদা ওইববসু ফাক্তনা যেংবীবোইদ্র খন্ন-খন্না ইদুনা পুথোকচবনি 'পুন্সিগী খোঙচৎতা'। হাওব-হাওববা মথেল লুকোই কযাগী মবক্তসু শুক্তানি আচাব অদুম হাপনৈ। চানিংবনা চাননবা, চানিংদবনা হুন্দোক্রবসু মথেলগী মশিংদদি চন্নবা। অদুগী ৱাখলদা ফোঙজবনি, পুন্সিগী খোঙচৎতা।

লাইবিক অসিদা লিদ্রিবা ৱারি Untold Story গী শব্দক খবদি থেংনবীগনি। অইবনা লিবম্বা নৎতনা অতোপ্পা কনানসু লিববোইদবা ৱাবিনি। অদোমদগী য়েংলুবগদি লাইরিক অসি খঙনিংবা থিজিন খোৎচিন্নিবা কয়াদি য়াম্না কান্নবা মচাক ওইগনি নিংই। থোকখ্রবা থৌদোক কয়া ইদুনা পাওদমজবতনি।

য়াইমা

# পুন্সিগী খোঙচৎতা

১

নুমিৎনদি তাবমদাই,
ময়ুম্মক্তী চংদ্রিঙৈ,
মম্বমকসু মমদ্রিঙৈ,
মশেক মঙান্না লৈবিঙৈ,
লোইশিনগদবা লোইশিলহৌ,
মপুগী পুক্কে থন্নবা,
পাওমেঞ্জবি তোল্লবনা।

২

হোবেন হযেংগী খাক্লগনু,
অবৈবা পুন্নমক খোমদুনা,
মচিৎ-মকোই তানা,
হাপকদবা হাপচিলহৌ,
তুংগী মীবোলগী য়েংদুনা,
তাইবংগী পুক্কে চোন্নবা,
পাওজেঞ্জবি পাংদ্রবনা।

৩

পোক্লফম ইমা লৈবাক মণিপুব!
পুকফবী পলেমনি নহাক্তী,
নাওয়োক ফবী ইমানি,

মীনুংশি খঙবী পলেমনি
পূকচেল চাওবী অপোকপী।
খুরুমজবি খুযা খাদা।

৪

মৈতৈ পোকপী ইমা-ও।
কাংলুপ পুন্নমক্রপু নাওযোকপী,
সনা লৈবাক মণিপুর।
মপোক মপোক খুদিংদা,
নচা ওইনা পোকচগে,
নিজবি নখোঙ থম্বালদা কোন্দুনা।

য়াইমা

## অহানবা শরুক

কবম্বা ফিভমদগী ভাবতবর্ষ পুন্নমক্না ব্রিটিসগী মখা পোনখিবগে হায়বা অদু ভাবতকী নাগবিক খুদিংমক্না মবিকচুন্না খণ্ডদ্রবা যাদবনি। মদু খণ্ডবনা ফিভম অদু অমুক ওইহল্লক্তনবগী চ্যেকশিন থৌবাং তৌবদা কান্নগনি। খণ্ডদ্রবা যাদ্রবা অদুগা ইবোইননা চপ মান্ননা খণ্ডফম থোকপা অমনা কমদৌনা মাংখ্রবা ভাবতকী নিংতম্বা অদু অমুক হঞ্জিল্লকখিবগে হাযবা অদুসুনি।

অপুনবা ভাবতবর্ষগী মনুংদা লৈবাক অমমম শেমগৎনদুনা মদুদা মপাম্বোম মপাঙ্গলনা নিংথৌ ওইদুনা পান্নবা মতমনি। খুৎকম পানগনবা নিংথৌনা অশোনবা নিংথৌগী লৈবাক লৌশিন্দুনা নিংথৌবেল ওইদুনা পাল্লি। নিংথৌশিংগী মবক্তা যেংথিনবনা কযানি। কযা অমনা, চাবৌ মৌবৌনদুনা খুৎ লিংদুনা পানবসু কযানি। অদুম তৌনা তোখাই-তোখাই তানবা মতম, লিংজেল মান্ননা লৈমিন্নদবা মতমদা মেসোদোনিযাগী নিংথৌ আলেকজেন্দবনা খৃষ্টাব্দ ৩২৬ দা ভাবত্তা লান্দাবকখি। ভাবতকী নিংথৌ অযাম্বনা মাইথিখি। 'পুব্দ' হাযবগা খণ্ডনবা পৌবব ফোর্সগী নিংথৌনা মথৌনা ফনা আলেকজেন্দবগা লান শোক্লখি। তৌইগুম্বসুং লান্দদি মাইথিখি। অদুমকপু 'পুব্দ'গী মতিক মথৌনা লৈবা অদু শকখণ্ডবগা লোযননা আলেকজেন্দবনা পুব্দবু ইকাই খুম্নখি লোযননা মহাক্কী লৈবাক অদু অমুক হন্দোকখি। অদুগী মতুং তাবকপদা আবব লৈবাক্কী অকল অথৌ কযামব্দমনা খুৎলিংদুনা ভাবতকী লমদা লান্দাবকখি।

সুলতান মহম্মদ, মহম্মদ ঘোবি, তৈমুব, চিংঘিস খান্নচিংবা মুস্লিম লুচিংবশিংনা খুৎমাবা ওইনা লান্দাবকপনা আকবব, ঔবঙ্গজেবকী মতম ফাওবা য়ান্না খুৎকম পাঙ্গন্না ভাবত্তা পানখি। বাজপুত, মাবাঠা অমসুং অতৈ হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা জাতী কযাগী লুচিংবা কযানা মথ্বাই খুবাক্তা হাপ্তুনা মোগল সম্রাজ্য পাক চাওনা লিংখৎলকপগী মাযোক্তা লেপখিবনি। বাজপুতকী লুচিংবা বানা সংগ্রামসিং, বানা প্রতাপসিং মাইথিবা নংডি। মবাঠা লুচিংবা শিবাজী মহাবাজ ফাওবা বানা খাংখিবনি।

মোগল সাম্রাজ্যনা মবাই চাইথবকপগা ইবোইননা অমুক ভাবতবর্ষ অসি ব্রিটেন্দগী ললোনবা লাকপা ইষ্ট ইন্দিযা কম্পনিনা ফিবিঙ্গী লমলৌদা লৌশিন্দুনা ভাবত অপুম্বগী মপু ওইবা ঙমখ্রে। ফ্রাঞ্চ অমসুং পর্টুগাল লৈবাক্লা পন্দিচাবি অমসুং থা-দামান-ডিউগী লম মচেৎ খজীক্তংদি খোপচিনবা ঙমহৌই। খৃষ্টাব্দ ১৮৫৮ গী নবেম্বব ১দগীদি ইষ্ট ইন্দিযা কম্পনিগী মখাদা লৈবা ভাবতকী লম পুন্নমক্কী লৈঙাক সাসন পুন্নমক ব্রিটিস ক্রাউন্দগী মখাদা থমখি। মতম অদু ব্রিটেন্দা মহাবানি ভিক্টোবিযানা পানবা মতম্নি। খৃষ্টাব্দ ১৮৯১ গী এপ্রিল ২৭ দগীদি মণিপুবসু ব্রিটিসগী মখা পোনখি।

ব্রিটিসগী মখা পোল্লবা ভাবতবর্ষ অসিনা অমুক হন্না মনিংতম্বা লৈবাক অমা ওইবকপগী ইতিহাস অদু মবিক চুন্না ভাবতকী নাগবিক খুদিংমক্তা খঙবগী তঙাই ফদবা লৈ। লাইবিক অসিদদি ইতিহাস অদু নৈনবা খুদোং চাদ্রে। যান্না শন্না খবদং পনবা মঙাইবে।

ইষ্ট ইন্দিয: কম্পনিগী মখাদা থবক তৌববা ভাবতমচা খুৎলাই পাযবা সিপাহিশিংনা মখোযগী পেন্দবা কযা লৈবদগী লালহৌ অমা খৃষ্টাব্দ ১৮৫৭ দা হৌখি। লালহৌ অদুবু 'সিপোয লালহৌ' হাযনা খঙনৈ। মদু ভাবত নিংতম্নবগী খুৎলাই পাযদুনা হৌবা ইহান হানবা লালহৌ কৌবা তাবে। লাইবক থিবদি লালহৌ অদু মাইপাকখিদে। লুচিংবীনবা ব্রাৎপা অমসুং লালহৌবিবা কাংবুগী মবক্তা বিশ্বাসঘাতক তৌবা কযা য়াওবকপদগীনি। মদ্দ ওইনা লিংজেল মান্নবা ব্রাৎলকপদগীনি। লালহৌ অদু যান্না তমথিবা মওংদা নমথখি। মীহাৎ-মীপুন যান্না তৌখি। লালহৌ অদু মাইথিব্রবসু মদুনা ভাবতকী মবৈবাকপু নুংশিজবা অহল্লোন নহাবোল কযাগী থম্মোইদা মবৈবাক্কীদমক কৎথোকনিংবগী ব্রাখলবুদি নৌনা যাকাইহনখি। লালহৌ অসিগী মতুংদা ভাবতকী নিংতম্বা হঞ্জিন্নবগী উপায থিনবকপদা উপায অনী পুথোক্লবকখি। উপায অমনা, খুৎলাই পায়বা 'লালহৌ লুপ' কযা শেমগৎলগা ব্রিটিসগী সাসন মুথৎনবা হোৎনবা। অতোপ্পা উপায় অমনা খুৎলাই পাযদনা, হিংসা যাওদনা প্রজাগী ইহৌ শাগৎলগা আন্দোলন তৌদুনা ব্রিটিসগী সাসন মুথৎপা অসিনি। উপায় অনী অসিগী মবক্তা লৈবা, থয়াইনবা, লুচিংবা কাংবুসু লৈখিদবা নত্তে। মখোযগী ব্রাখল মতুং ইন্না, তাঞ্জা-তাঞ্জাগী মতুং ইন্না থোকলকপা থৌদোকশিং পাঙথোক্লবা খুৎলাই পায়বদা অকাইবা লৈতে, মদুনা ভাবতকী নিংতম্বা হঞ্জিন্নবদা কান্নগদবা লৈববদি।

খৃষ্টাব্দ ১৮৫৭ গী সিপোয় লালহৌগী মতুং তাবকপদা ভাবতকী লৈঙাক সাসনগী শক্তী পুন্নমক ব্রিটিস ক্রাউনগী মখাদা খৃষ্টাব্দ ১৮৫৮ গী নবেম্ববদগী লৌশিল্লবা মতুংদা ভাবত অপুম্বদা অৱা-অনাগী থৌদোক কযা থোকখ্রে। চাক তাংবা থোক্লকপদগী মফম কযাদা চানবা চিঞ্জাক ফংদদুনা চবা হেন্দুনা মী কযা শিখ্রে। মহাবাষ্ট্রগী পুনেনচিংবা মফম কযাদা প্লেগ হাযবা লাযনা অদু শন্দোবক্তুনা লাইযেংবা ঙমদনা মী কযা শিনখি। অসিগুম্বা অৱা-অনানা পিক থনখ্রবা লৈবাক ভাবতবর্ষগী প্রজা মীযাম্না মখোযগী অৱা-অনা কোকপিনবা হাযজফম-চৎচফম লৈতবদগী হা-কাব লাওনবা মতমনি। মীকপ-মীবাওখোলতনা ভাবত অপুম্বা নিনখি। মীখা পোল্লবনিনা মপুদা হাযজবা তাববনি। মদুদা লুবিবদি, মপু ওইববা অদুদা কমদৌনা কনাগী খুৎথাংদা হায়জগদৌবিবনো হাযবা অদুমকসু অবাইবা নত্তে।

ফিবম অদুদা, মতম অদুদা, ইংবেজ মচা এলান ওক্টাভিযান হিউম (Allan Octavian Hume) শম্না A O Hume কৌবা অমনা 'ইন্দিযান নেসনেল কংগ্রেস' কৌবা সংস্থান অমা খৃষ্টাব্দ ১৮৮৫ দা লিংখৎখি। সংস্থান অদুগী প্রসিদেন্টসু হিউমনা ওইখি। মহাক্কী মব্ধ ওইবা থৌদাংদি ভাবতকী খুদোংচাদ্রবা, অৱাবা তাববা প্রজাশিংগী বাফমশিং অদু ভাবত্তা পাল্লিবা ব্রিটিস সবকাব অদুগী অঙম্বশিংগী মফমদা বাকৎপনি। মতম অদুদদি হাযবিবা থবকশিং অদু পাঙথোকপা অদু অচৌবা থৌদাং অমনি। A O Hume অদু ব্রিটিস সবকাবগী মখাদা মতম অমদা থবক তৌবকপা অমা ওইবনা হায়বিবা থৌদাংশিং অদু পাঙথোকপদা য়াম্না খুৎলোইবম্মী। ভাবতমচা লুচিংবা কয়াসু কংগ্রেস সংস্থান অসিদা য়াওশিন্দুনা থবক পুবা যাওবম্মী। প্রজা মিয়ামগী খুদোংচাদবা, অৱা-অনা, লৈত-লাইবগী বাফম কয়া অঙম্বশিং অদুগী মমাংদা থম্বা, মনাকোংদা প্রজাগী খোল্লাও তাহনবা অমসুং মদুগী ফল ওইনা প্রজানসু কান্নবা ফংবা অদুদা কংগ্রেস সংস্থান অদুদা প্রজাগী থাজবা অদু অসুম অসুম হেঙ্গৎনবক্রে। 'হিউম'গী মতুংদা ভাবতমচা লুচিংবশিংগী মবক্তগী মথং মথং প্রসিদেন্ট ওইদুনা কংগ্রেস সংস্থান অদুনা মপাঙ্গল কনখৎলক্লবদা ব্রিটিস সবকাব অদুনসু সংস্থান অদুবু শকখঙদবা য়াবক্তবে। চুন্না হায়জ-চৎচনবগী সংস্থান ওইনা লিংখৎলকপা কংগ্রেস অদু হৌজিক্কী প্রজাগী হক অমসুং দাবী তানবা সংস্থান ওইবে।

অঙনবা শরূক্তা কংগ্রেসগী থৌপুবা য়াওদুনা সংস্থান অসিবু মপাঙ্গল কনখৎহন্নবা হোৎনখিবা লুচিংবশিংগী মনুংদা, মীং পনবা য়াবা খবদি গোপাল

কৃষ্ণ গোখলে, বাল গঙ্গাধব তিলক, দাদা ভাই নাওবোজী, ফিবোজ সাহ মেহতা, ডি ই ৱাচা, সুবেন্দ্রনাথ বের্নজিনচিংবনি। দেশবনধু চিত্তবনজন দাস, লাজপাৎ বাই, মোতিলাল নেহৰু, দাক্তব ঘোসনচিংবনা কংগ্রেস সংস্থানবু মপাঙ্গল য়াম্না কনখৎহনখি। ভাবতকী মপান্দগী লাক্নুনা লৈবাক অসিগী মনিংতম্বা হঞ্জিন্নবদা থৱাই যাওনা হোৎনখিবা মীশকশিংগী মনুংদা এনি বেসন্তসু অমনি। সিষ্টব নিবেদিতাগী মীংসু পনবা যাই।

মোহনদাস কবমচান্দ গান্ধিনা অফ্রিকাদগী হল্লক্লুনা ভাবতকী বাজনিতী ক্ষেত্রদা খোংদাববৰা মতমদা কংগ্রেস সংস্থান অদুগী পান্দম লাওথোকলে। হৌবা মতমদা, চুম্নতগী হাযজ-চৎচনবগী ওইনা লিংখৎখিবা কংগ্রেস সংস্থান অদুগী পান্দমদি ভাবতকী মনিং তম্বা হঞ্জিনবা, পুর্নস্ববাজনি হাযনা লাওথোকলে। ইন্দিযান নেসনেল কংগ্রেস অদু পোলিতিকেল পার্টি অমা ওইবে। লোযননা পার্টি অদুগী পোলিসি প্রোগ্রাম পুন্নমক পুর্নস্ববাজ ফংনবগী পান্দমদা পাঙথোক্লবা হোৎনবে।

ভাবতকী পুর্নস্ববাজ ফংনবগী উপায শিজীন্নবগী মতাং যৌবকপদা লুচিংবশিংগী মবক্তা মোৎ খেন্নবা যাওবক্লুনা কাংবু অনী থোক্লখি। বাল গঙ্গাধব তিলক্কী ৱাখলদনা, ভাবতকী স্ববাজ ফংনবা হোৎনবদা সভা যাত্রা চৎতুনা, মিটিং তৌদুনা ৱাবেপ তাদুনা চংশিনবা ঙাক্তনদি ওইবা যাবোই। মনুংদা খুৎলাই পাযবা সংস্থান শেমগৎতুনা ব্রিটিস সাসনগী মাযোক্তা থবক কযামকম পাঙথোক্লবগী তঙাইফদবা লৈ। হাযবিবা ৱাখল্লোন অসিদা থাজদুনা থবক ওইনা পাঙথোক্লবা হোৎনবা কাংবুনা মাইকৈ অসোমদা চংশিনবা হৈৗখ্রে।

অতোপ্পা ৱাখল্লোন অমগী লুচিংলিবা গান্ধিজীগী মোৎ মতুং ইন্না ভাবতকী পুর্নস্ববাজ ফংনবদা হিংসাগী পান্বে শিজিন্নবনা কান্নবোই। খুৎলাই পায়দুনা লালহৌবনা ব্রিটিসদগী শক্তী মুনবা ঙমলোই। প্রজাগী ইহৌ শাগৎতুনা অহিংশাগী উপায শিজিন্নদুনা আন্দোলন তৌবগা ভাবতকী স্ববাজ লৌগদবনি। হায়বিবা ৱাখল্লোন অসিদা থাজবা কাংবুনা গান্ধিজীগী লুচিং মখাদা অকনবা আন্দোলন চংশিনবা হৌখ্রে। হাযবিবা ফোর্স অনীমক মান্নবা পান্দম অমা ফংনবগীদমক চংশিনবনিনা অমনা অমগী মতেং পাংনবদি মশানা তাবনি।

খুৎলাই পাযবগী বিভোলুসনবু উপায ওইনা শিজিন্নবদা থাজবা লুচিংবা কযানা নহাবোলগী সংস্থান কযামকম লিংখৎলে। খুৎলাই পায়দুনা লানথেংনবা

নৎতনা নিংতম্বা ফংলোই হাযবা অদুদা পুমলুপ লুপ্না থাজখ্রবা মীওই কযানা ভাবতকী মনুংদা অমসুং মপান্দা, হাযবদি, মপানগী লৈবাক কযাদা ওর্গেনাইজ তৌবা হৌবে। মীনাই ওইদুনা হিংগদবগী শক্তক, শিবনা ফৈ হাযবা অসিনা লাইব্রা ওইবগা নহাবোল কযানা অবোনবা মফম কযাদা মিতিং কযা তৌদুনা ব্রিটিস সবকাব অদুগী মাযোক্তা থবক লৌখৎনবা একসন প্লান কযা শেমদুনা থৌবাং তৌবে। থবক ওইনা পাঙথোকপা হৌবে।

মহাবাষ্ট্রদা বিভোলুস্নবিশিংনা মখোযগী প্রোগাম পাঙথোকপা হৌবে। সিবাজী মহাবাজনা পাল্লম্বা লমদমনি। খৃষ্টাব্দ ১৮৭৬ দা পুনাদা চাক তাংবা থোকপদগী হাযনিংঙাই লৈতনা প্রজা ব্রানবম্মী। চানবা চেং-চাক ফংদবদগী উনা-ব্রানা অশং-অমান চাদুনা থাংনবম্মী। মী কযা চবা হেনবদগী শিনখি। অদুম্না ব্রানবিঙে অদুদবু সবকাবনা খাজনাগী চাং হেন্না লৌনবা হোৎনবম্মী। প্রজাগী ব্রাবিবা অদুগী মতেং পাংনবা থৌওইনা হোৎনবমদে। সবকাবগী অদুগুম্বা মতৌ অদুদা পেন্দবদগী বসুদেব বলবন্ত ফাতকে কৌবা অমনা লুচিংদুনা মহাবাষ্ট্রগী নহাবোলশিংগী সংস্থান অমা শেমখি। সংস্থান অসিনা ব্রটিশগী সাসন অদু মক্ত ফুক্তনা লংথোক্লবগী ইহৌ শাগৎলম্মী। সংস্থান অসিনা মসিগী থবক থৌবাং পাঙথোকপদা শেল যাম্না চংগদবনা মদুগীদমক সবকাবগী ত্রেজবীনচিংবা লুট তৌবম্মী। লুচিংবা ফাতকেনা ব্রিটিস ওফিসাব পুন্নমক হাৎকনি হাযনসু মিপাযবা পোকহল্লম্মী।

খবা লৈবগা প্লেগ হাযবা লাইনা অদুনা পাক চাওনা শন্দোবকপদগী পুনাদা মী যাম্না শিনখ্রে। খৃষ্টাব্দ ১৮৯৭ দনি। সবকাবনা বিলিফ কমিটি অমা শেমলে। কমিটি অদু কুচু অঙৌবা ইংবেজ ঙাক্তনা শেম্মী। মদুগী লুচিংবনা মিষ্টব বান্ড (Rand) না প্রসিদেন্ট ওইনা অদুগা Lt Ayerst না এসিষ্টেন্ট ওইনা থবক পুহল্লী। ভাবতমচা সোসিয়েল ব্রাকর্স কযামক্তন্নসু বিলিফকী প্রোগাম পাঙথোক্লবা হোৎনবি। গোপাল কৃষ্ণ গোখলেনা লুচিংদুনা অনাবগী সেবা তৌনবা থৌবাং কয়া লৌখৎতুনা হোৎনবি। মি বান্ড হায়বিবা ওফিসাব অসিদি মিনুংশি খঙদবা ইন্দিযানশিংবু যাম্না হস্থনা যেংবা মীশক্লি। মহাক্কী হুকুম মতুং ইন্না প্লেগনা নাববা মীশকশিং য়ুম-য়ুম চংদুনা খন্দোক্রগা লমহাংদা মফম মবাং খঙদনা, নিংথিনা তৌবীদনা হন্দোক্লনা থমলম্মী। মদুগী মাযোক্তা লৈবগীদমক লম্নাই বিলিফ কেম্প ওবগেনাইজ তৌদুনা অনাবগী সেবা তৌবিবশিংগা নুংঙাইনবমদে। অদু যৌনা

অশি-অনা থোক্নুনা কপ্পা লাওনবিঙৈ চৈবক্তা কুইন ভিক্টোবিযাগী দাইমন্দ জুব্লী পাঙথোক্লবা মিষ্টব বান্‌ড অদুনা ইবাং কন্না তৌই। মী পুন্নমক সেলেব্রেসন অদু যাওদবা যাদে হাযদুনা কিহল্লম্মী। মহাক্না যাম্না উশিত্তনা তৌবা মতৌ অদুদা মহাকপু ব্রাবকপা হাযনা সংস্থান্না ব্রাবেপ্নবে। থবক অদু পাঙথোক্লবা ডামোদব হবি অমসুং বালা চাফেকাবদা শীন্নবে। মিষ্টব বান্‌ড অমসুং মিষ্টব আইযর্ষ্টনা ভিক্টোবিযাগী ডাইমন্দ জুব্লী পাঙথোকফমদগী হল্লকপদা ডামোদব হবি অমসুং বালা চাফেকাব মখোয অনীনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎলম্মী। বান্‌ড অদুনা নুমিৎ তবানি লৈবগা শিখি। অদুগা আইযার্ষ্টদি খুদক্তা শিখি।

খুবক্কী ঈনা লাই শাবগুম শঙ্কব দ্রাভিদ কৌবা অমগা বামচন্দ্র কৌবা অমগনা ডামোদব হবিবু ফাহন্নবা শিল্লম্মী। হবিবু ফাবগা কোর্টনা বিচাব তৌদুনা শিবগী বাই তাবে। কোর্টনা বাই অদু হাযদোক্লবদা ডামোদবদা কোর্ট অদুগী জর্জনা অ,বাইবা মতম অসিদা মহাক্না হাযনিংবা কবি লৈবগে হংলম্মী। মদুগী পাওখুমদা ডা মাদবনা খুল্লম্মী, 'শিবগী দন্দি অদুদগী হেনবা অকনবা দন্দি লৈববদি মদু ঐঙোন্দা ''ীযুদনা'। ডামোদববু ফাননবা শিনখিবা শঙ্কব অমসুং বামচন্দ্রবু বালাকৃষ্ণনা মযুমদা চৎলগা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি।

বাল গঙ্গাধব তিলক্কী মচানিপা অহুম্মক্না, হাযবদি, গনেশ সভাবকব, বিনাযক সভাবকব অমসুং নাবাযন সভাবকব মবৈবাক্কী নিংতম্বা ফংননবগীদমক মথব্রাই থাদোক্কনি হাযনা ব্রাশকখি। নহাবোলগী মবক্তা, মব্দ ওইনা কলেজ অমসুং যুনিভর্সিটিগী ছাত্রশিংগী মবক্তা গনেশ সভাবকবনা ব্রিটিস সবকাবগী মায়োক্তা লাল হৌনবা ইনশিল্লি হাযবগী চার্জদা মহাকপু ফাবগা কোর্টনা পুন্সি চুপ্পগী জেলদা থম্ননবা দন্দি পীবম্মী। গনেশ সভাবকববু খৃষ্টাব্দ ১৯০৮ গী জুন তাং ৯ দা কালাপানিদা লোয থাবম্মী। গনেশ সভাবকববু লোই থানবদা মপুং ওইবা থৌদাং লৌবিবা মি জেকসনবু হাৎননবা 'অভিনব-ভাবতকী' অবোনবা মিটিং অমদা ব্রাবেপ্পবম্মী। মদুগী খুজিল থৌবাং পুন্নমক ডামোদব সভাবকবনা শিল্লম্মী। আনন্ত লক্ষ্মন কৌবা অমনা মি জেকসনবু কাপ্পুনা হাৎখি। ব্রিটিস সবকাবনা কুপ্পা থিজিল্লবা মতুংদা বীব সভাবকববু ফাবগা আন্দামান্দ জেলদা থমখি। মখোয় অনীমক্না আন্দামান্দা চহি কুনতব্দকলোম লৈববা মতুংদা খৃষ্টাব্দ ১৯৩৭ দা জেলদগী থাদোকখিবনি।

পঞ্জাবতা বিভোলুশনগী প্রোগাম পাযখৎপদা মাংজিল থাখিবা খবগী মীং পনবদা গুরু বামশিং, মদন লাল, অজিৎসিংহগী মীংদি চিৎথবা যাবোই। লাজপাৎ বাইদি যাম্না মরু ওইবা মীশকনি। মহাক্কী লুচিংবনি। পঞ্জাবতা থোকখিবা আন্দোলন, নিংতম্নবগী আন্দোলন, বিভোলুস্নবীগী প্রোগ্রামশিংগা মরি লৈনবা চার্জ তৌদুনা লাজপত বাই অমসুং অজিৎপু বর্ম্মাগী মন্দলে জেলদা থা তরুক থমখিবনি। গনেশ সভাবকব অমসুং বীব সভাবকববু আন্দমান্দা লোই থানবা শিনখিবা ব্রিটিস ওফিসাব সাব কার্জন ৱাইলিবু মদন লালনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি। কার্জনবু হাৎখিবা অদু মহাক্না ভাবত্তগী লগুন্দা লৈখ্রবদা লগুন্দা চৎলগা হাৎলুবিবনি। বাম সিংহনা লুচিংবা নামধাবি কৌবা সংস্থান অদুনা পঞ্জাবতা মকওইনা অমৃতশ্ববদা বিভোলুশনগী অকন্নবা থবক পাযখৎখি। লুচিংবা বামসিংহবু ফাবগা বর্ম্মাদা লোই থাখি। মহাক মফম অদুদা শিখি।

লোর্ড হার্দিংসনা ভাইসবোই ওইববদা ভাবতকী কোনুং অদু কলকট্টাদগী দিল্লীদা হোংখি। খৃষ্টাব্দ ১৯১২ গী ডিসেম্বব থাদা দিল্লী চংবগী থৌবাং চাওনা তৌবম্মী। অচৌবা সভাযাত্রা অমা ভাইসবোইনা লুচিংদুনা চৎলম্মী। মহাক্কী সভাযাত্রা অদুনা দিল্লীগী চান্দনি চোক চংলকপদা বিভোলুস্নবী অমনা লোর্ড হার্দিংসদা বোম লংশিল্লমই। বোম অদু হার্দিংসদদি মপুং ওইনা পানখিদে। অদুনা থিনা শোক্তে। মবাইবক থিববা মহাক্কী এ ডি সিদা পান্দুনা খুদক্তা শিখি। বোম অদু বিভোলুস্নবী লুচিংবা মবৈবাকনিংবা বাস বিহাবি বোসনা লংশিনবনি। পুলিসনা বাস বিহাবি বোসবু ফানবা হোৎনবদা ঙমখিদে। অদুমকপু অসুম লৈথবদা খুদোং চাবক্তবদগী বাস বিহাবি বোস অদু জপান্দা চৎতুনা লৈখি। মহাক্না ভাবতকী মপান লমদা লৈবা ভাবত মচা বিভোলুস্নবী কযা কযা ভাবত্তা থাজিন্নবা লোযননা খুৎসু-খুৎলাই থাজিন্নবা থৌবাং কয়া পাঙথোকখি।

অববিন্দ ঘোসনা বেঙ্গলগী বিভোলুস্নবীশিংদা অনৌবা ৱাখল থৌনা হাপলম্মী। শ্রী অরবিন্দ খৃষ্টাব্দ ১৮৭২ গী আগষ্ট ১৫ দা কলকটাদা পোকপনি। অপোকপগী মীংনা কৃষ্ণ ধান ঘোস অদুগা অপোকপীগী মীংনা স্বর্নলতা দেবী কৌই। অফাওবা মীশক অমা ওইখিবা ব্যেবিষ্টাব মোনোমোহনগী ইমুংদা পোকপনি খৃষ্টাব্দ ১৯০১ দা মাহাক্না ম্রিনালিনি দেবী কৌবী অমগা লুহোংখি। আলিপুব জেলদা মতম খবা লৈববা মতুংদা মহাকপু থাদোকখি। অদুগী মতুংদা বিভোলুসনগী থবক্তা মবি লৈননা অববিন্দবু ফানবা বৃটিশ সবকাবনা তোইনা হোৎনবক্রবদা মহাক্না

পণ্ডিচাবিদা চৎতুনা লৈখি। পণ্ডিচাবিদা লৈবা মতমদসু ভাবতকী মনিংতম্নবগী মাইকৈদা পাওজেল কযামক্কম শন্দোকখি। শ্রী অববিন্দনা ভাবতকী বাজনিতীগী পন্থুংদি পুর্ন স্ববাজনি হাযনা কন্না তকখৎলম্মী। পন্থুং অদু যৌনবা ভাবতবাসি পুন্নমক্কা চংশিনগদবনি হাযবা মহাক্কী পাওজেলশিং অদুনা ভাবতকী নহারোলশিংদা ইচংথৌবা থৌনা হাপখিবনি। শ্রী অববিন্দদি বাজনিতী যোগী অমা ওইখি। পণ্ডিচাবিদা আশ্রম অমা লিংখৎতুনা যোগী অমা ওইনা পুন্সি লোমখি। খৃষ্টাব্দ ১৯৫০ গী দিসেম্বব ৫ দা শ্রী অববিন্দগী থবাইনা হকচাং থাদোকখি। মহাক্কা বিভোলুম্নবী কাউন্সিল অমা লিংখৎলম্মী। অববিন্দ ঘোসতি অচম্বা মীশক নত্তে। মহাকপু পোকপনা মচাবু চহি যাম্না নৌবিঙৈদগী চাওবাক্কা চহি তবেৎ শুবকপা অদুব্রাইদগী বিলাত্তা মহৈ তম্নবা থমখ্রবনি। মহাক্কা তমলকপা, খঙলকপা, থেংনবকপা পুন্নমক্কী মহয ওইনা অববিন্দ মমা লৈবাক ভাবতপু ঙমখৈ লৈতনা নুংশিজবা মীশক অমা ওইববে। মহাক হিবম খুদিংমক্তা মীথোই মীহেনবা মীশক অমনি। মহাক শগোল তোংবা হৈতে হাযবগীদমক্তা আই সি এস দা থনখিদে। মদুগীদমক মঙোন্দা নুংনাংবা লৈখিদে। মমা লৈবাক্কী নিংতম্বা ফংনবগীদমক মহাক্কী অবৈবা পুন্নমক কৎথোকখিবা মীশক্নি। খুদিবাম বোস অমসুং প্রফুল্লো কৌবা নহা ওইবিবা চাওবাক্কা চহি তবামঙাবোমদা ঙাইবিবা বিভোলুম্নবী অনীমক্কা মিষ্টব কিংসফোর্দ কৌবা ইংবেজ ওফিসাব অদু হাৎননবা বোম লংশিন্দুনা মহাক্কা তোংলকপা গাবি অদু থুগাইবম্মী। মহাক্কী হিংহৌবে। মহাক্কা লোইনবা ইংবেজ নুপী অনী শিখি। প্রফুল্লোনা মতোমতা পিস্টোন্না কাপশিনজদুনা শিখ্রে। খুদিবাম বোস ফাবগা কোর্টনা বাই তাদুনা ফাঁসি তৌখি। খুদিবামগী থৌনা লিংজেনগী ব্রাবিনা লৈবাক পুন্নমক পুমনিল নিলহনখি। বেঙ্গলদা পাঙথোকখিবা বিভোলুসনগী থবক্তি যাম্না যামখ্রে। বোম শাবগী, লুট তৌবগী, বীস্বাস ঘাতকশিং হাৎপগী, সি আই দি পুলিস ওফিসাব হাৎপগী, ইংবেজী ওফিসাব হাৎপগী থৌদোক্তনা পিক থনগনি। অববিন্দ ঘোসকুম্বাবু ফাদুনা জেলদা থম্নবগী বিপোর্ট পীবা দি এস পি অনীবুসু বিভোলুম্নবীশিংনা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎখি। বঙ্কীমচন্দ্রগী 'আনন্দ মঠ' নসু ফনা যাম্না বিভোলুম্নবীশিংবু পুক্লিং থৌগৎখি হায়না লৌনৈ।

বিহাব, উবিসা, বাজস্থান অমসুং মদ্রাজগী লমশিংদা বিভোলুম্নবীগী ইহৌ অযাম্বা বেঙ্গলগী ইহৌগা মবি লৈনৈ। ভাবতকী মাংখ্রবা নিংতম্বা হল্লিন্নবা হোৎনবদা মপান লৈবাক্তা লিংখৎখিবা বিভোলুম্নবীশিংনা অচৌবা থৌদাং লৌখি।

ভাবতকী মপান লৈবাকশিং ফ্রান্স, আমেবিকা, কানাদা, জর্ম্মন, জপান, বশিযা অমদি বৃটেন মক্তদা ওবগেনাইজ তৌববা বিভোলুস্নবী সংস্থান কযানা যাম্না মব্দ ওইবা থৌদাং লৌখি। অমুক হঞ্জিন্না হাযববদা বিভোলুসন ইহৌ অসিগী ইনোৎ হাপখিবদি বাল গঙ্গাধব তিলকনি।

মহাক্কী ৰাখলদগী পোকহনখি, 'ভাবতকী নিংতম্বা হঞ্জিন্নবগীদমক বিভোলুসনগী প্রোগাম পাঙথোকপা তঙাইফদে'।

ভাবতকী নিংতম্বা হঞ্জিন্নবগী খুৎলাই পাযদবা লানফমদনা কমদৌবি। A O Hume গী হাযজ-চৎচবগী কংগ্রেস ওইবম্বদগী পুর্নস্ববাজ পিগদবনি হাযনা দাবী তৌবা কংগ্রেস ওইবে। খৃষ্টাব্দ ১৮৮৯ দা গোপাল কৃষ্ণ গোখলে অমসুং বাল গঙ্গাধব তিলক কংগ্রেসতা যাওবে। চহি অসিগী ডিসেম্বব ২৬ দা বোম্বেদা ফমখিবা কংগ্রেসকী মঙাশুবা সেসন্দা যাম্না একটিভ ওইনা পাবটিসিপেট তৌবে। মতম্ অদুগী কংগ্রেসকী মাংজিন থাবা লুচিংবশিংদি দাদাভাই নাওবোজী, ফিবোজ সাহ মেহতা, ডি ই ৰাচা, সুবেন্দ্রনাথ বেনর্জি, মুধোলকাব অমসুং আনন্দ চাবলুগী মীং পনবা যাই। খৃষ্টাব্দ ১৯০১ গী কলকট্টাদা ফম্বা কংগ্রেস সেসন্দা ডি ই ৰাচানা প্রসিদেন্ট ওই। চহি অদুদগী হৌদুনা গোখলেনা কংগ্রেসকী জেনবেল সেক্রেটবী ওইদুনা থবক পুবকপনা খৃষ্টাব্দ ১৯০৫ দদি কংগ্রেসকী প্রসিদেন্ট ওইববে। মতম অসি ফাওবদা কংগ্রেসকী থবক থৌবম অদু সুপ্নগী ব্রিটিস সাসন মওং অদু শেমদোক্লবা, চুমথোক্লবা লোযননা প্রজাগী অৱাবা কোক্লবগী পাম্বৈ পুথোকপনা মব্দ ওইবম্মী। বেনাবসতা ফম্বা কংগ্রেস সেসন অদু য়াম্না মব্দ ওইবা সেসন্নি। গোখলেনা প্রসিদেন্ট ওইদুনা ফম্বা সেসন অদুদা ভাবতকী মতম অদুগী ব্রিটিস সবকাবগী মাযোক্তা ৱা কন্না ঙাংবা হৌবে। বাল গঙ্গাধব তিলক, লাজপাত বাইনচিংবা কংগ্রেসকী লুচিংবা কয়ামব্দম্নাদি গোখলেগী অথোৎপা পোলিসি অদুদা য়ানিংলমদে। মখোযনা পাম্বনা ভাবতকী মনিং তন্নবা আন্দোলনগী থৌবাং লৌখৎপা হৌবনি। চুম্নগী ব্রিটিস সাসনগী মখাদা নুংঙাইনা পান্নবা নত্তে। হৌজিক কংগ্রেসকী মনুংদা কাংবু অনী থোকলে। কাংবু অমনা 'মোডরেট' হাযনা খঙনৈ, অতোপ্পা অমনা 'এক্সট্রিমিষ্ট (Extremist) হাযনা কৌনৈ। মোডৱেট (Moderate) কাংবু অদু Constitutionalist হায়নসু খঙনৈ। মদুগী লুচিংবশিংগী মনুংদা গোপাল কৃষ্ণ গোখলে অমনি। অতোপ্পা কাংলুপ অদুনা Nationalist হাযনসু খঙনৈ। কাংলুপ অসিগী লুচিংবনা বাল গঙ্গাধব তিলকনি। ওফিসিয়েল কংগ্রেস ওইনা

অযাম্বনা শকখঙনবদি মোডবেটকী কাংলুপ অসিনি। পুম্না লৈমিন্নদুনা কংগ্রেসকী থবক থৌবমশিং পাঙথোকমিন্নববসু, থৌবমশিং পাঙথোক্নুনা পান্দম অমা ফংনবগীদমক শিজিন্নবা মেথোড অদুদি অদুম মশানা খেন্নবে। খেন্নবিবদি অসিনি "Means Justify the End" হাযবা প্রিন্সিপল অদুগা "End Justify the Means" হাযবা প্রিন্সিপল অদুগা খেন্নবা অদুনি। প্রিন্সিপল অনীমক পুন্না লৈমিন্নবা যাদবদগী খৃষ্টাব্দ ১৯০৭ দা বোম্বেগী সুবট সেসন্দদি ময়েক শেংনা কংগ্রেস কাইনবে। পুমকাই কাইববুদি নত্তে। মচেৎ অমা তাখিবনি। মচেৎ তাখিবা অদুদা বাল গঙ্গাধব তিলক যাওখিবা অদুনি, মব্দ ওইবা বাফম ওইবিবদি। হাযজ-চৎচবগী থবক, দবখাস্ত থাদুনা মেমোবেন্দম পীদুনা মুক্নবা ঙাক্তনদি ভাবতকী 'স্ববাজ' ফংবা ওইথোকলোই হাযবা অসিনা তিলক কাংবুগীনি। মচেৎ তাবা অদু অমুক পুনশিন্নবা গোখলে অমসুং এনি বসন্তনা যাম্না কন্না হোৎনখি, অদুবু মাই পাকখিদে। তুংদা মহাত্মা গান্ধিগী মতম্দা মাই পাকখি। অপুনবা কংগ্রেসগী শক্তম অদুদা অমুক হঙ্গিনখি। খৃষ্টাব্দ ১৯০৭ দা লাজপাত বাইবু পঞ্জাবগী লৌমীগী আন্দোলনদা লুচিংবগী চার্জদা বর্ম্মাগী মন্দলে জেলদা থমখি। মহাক্না লোযননা আজিৎ সিংহসু মন্দলে জেলদা থমখি। থা তব্দকী মতুংদা মখোয় অনীমক থাদোকখি।

খৃষ্টাব্দ ১৯১৯ গী এপ্রিল থাদা পঞ্জাবকী অমৃতস্ববদা জালিযানবালাবাগ কৌবা মফমদা তমথিববা মীহাৎ অমা থোকখি। নুপী অঙাং যাওনা তিনবা মিটিং মফম অমা খুলাই পাযবা সিপাযশিংনা কোইশিল্লগা মফম মবাং খঙদনা নোংমৈ পংকাপ্তা কাপশিন্দুনা হাৎপা মীহাৎনি। নুপী অঙাং যাওনা মী যাম্না শা-ঙাগুম হাৎখিবনি। মীহাৎ অসি পাঙথোক্নবা শিল্লিবা অমসুং নোংমৈ কাপ্নবা হুকুম তৌবিবা মীশক অদু জেনবেল ডাযব (Dyer) কৌই। চেন্নবিবা মব্দ ওইবা মীশকশিংগী মনুংদা 'সাব মাইকেল, O' Dayer অমসুং O' Briens সুনি। মী হাৎপদা হাকথেংননা মশামক যাওনা পাঙথোকখিবা জেনরেল ডায়ব অদুবু ময়ুমদা লণ্ডন্দা ভাবত মচা বিভোলুস্নবী অমনা নোংমৈনা কাপ্নুনা হাৎখি। মহাক্না তৌখিবা অদুগী লমন শিংখিবনি।

'জালিযানবালাবাগ'কী থৌদোক অসিদগী কংগ্রেসকী লুচিংবা কযানা ব্রিটিস বললবগী মথক্তা পেন্দবা ফোঙদোকখি। পণ্ডিত মোদন মোহন মালিভ্য, পণ্ডিত মোতিলাল নেহৰু, চীটবঞ্জন দাস, জযাকব, ত্যাবজীনচিংবনা কন্দেম তৌখি।

ৰবীন্দ্ৰনাঠ ঠাকুৰনা ভাইসৰোইদা অকনবা ৱাহৈনা নিন্দা তৌদুনা ইখি। মহাত্মা গান্ধিগীদমক্তদি থৌদোক অসি ভাৰতকী নিংতম্বা ফংনবগী লানফমদা অচৌবা অহোংবা অমা ওইখি। মহাত্মানা থাজখি মদুদি ভাৰতকী নিংতম্নবগী লানফমদি খুৎলাই পাযদবা, অহিংসাগী উপায় শিজিন্নদুনা লান থেংনবা তাই। মতম অদু গান্ধিজীনা কংগ্ৰেসকী লুচিংবগী খুৰ্জি পায়ববা মতমনি। কংগ্ৰেসনা নন-কোওপৰেসন মুভমেন্ট, স্বদেশি মুভমেন্ট, ডিস্ওবিদিয়েন্স মুভমেন্ট কন্না চংশিল্লবা মতমনি। আন্দোলন্ পুন্নমক্ অদু গান্ধিজীনা অহিংসাগী উপাযনা পাঙথোক্লবা কন্না আপিল তৌবা মতমনি। জালিযানৱালাবাগকী তমথিববা থৌদোক অদুনা ভাৰতমচা পুন্নমক জাৎ বিজাৎ, ধৰ্ম্মাগী খেন্নবা পুন্নমক থাদোক্লুনা পুন্নমক্লা অমত্তা ওইনা তাশিল্লগা মহাত্মা গান্ধিজীগী লুচিং মখাদা পুন্না লেপহনখ্রে।

খৃষ্টাব্দ ১৯২০ দা কংগ্ৰেসকী স্পীসিযেল সেসন অমা ফমদুনা মদুদা লাজপাত ৰাইবু কংগ্ৰেসকী প্ৰসিদেন্ট খনখ্রে। লাজপাত ৰাই অদু মন্দলেদা লোই থাব্নববা মতুংদগীদি অমুক্তা হেন্না কংগ্ৰেসকী ৱাৰ্কৰশিংনা পান্নবা খংহেন হেনগৎখ্রে। মহাক্না থৌনা ফনা, ইচং থৌনা কংগ্ৰেস পাৰ্টিবু পুৰম্মী। লাইবক থিবদি লাজপাত ৰাই অদু খৃষ্টাব্দ ১৯২৮ গী ওক্টোবৰ তাং ৩০ দা পঞ্জাবকী লাহোৰদা ব্ৰিটিস পুলিস ওফিসাৰ সেনিযাৰ এস পি মিষ্টৰ স্কোত (Scott) অমসুং এসিষ্টেন্ট এস পি সাউন্দৰনা লাঠি চাৰ্জ তৌবদা শোকখি। থৱাক্তা যান্না থিনা শোকখি। মদুনা লাইপু ওইদুনা লাজপাত ৰাই খৃষ্টাব্দ ১৯২৮ গী নম্বেবৰ ১৭ দা নোঙ্গাখি। মহাক্না লুচিংদুনা মশিং যামথ্ৰবা কংগ্ৰেসকী মীয়াম অমনা 'সাইমন্ কমিসন' লাকপগী মায়োক্তা সভা যাত্ৰা অমা চৎখি। অমুবা ফিৱান পাযদুনা 'গো বেক সাইমন' হায়না লাওবিঙৈদা লাঠি চাৰ্জ তৌবদা শোকখিবনি। অতম্নবা স্কোট হায়বা ব্ৰিটিস এস পি অদুনা ফুথখিবনি। থৌদোক অদুবু নিন্দা তৌনখি অমসুং নুংঙাইতবা পাক-চাওনা ফোঙদোক্লখি। লাজপাত ৰাইনা লৈখিদবদা লৈবাকশিনবা থুংনা অৱাবা ফোঙদোক্লখি। লাজপাত ৰাইদা ফুখিবা অদুগী লমন খুমখি। ইকুই কুইদনা ভগৎসিংহনা সাউন্দৰ কৌবা অদুবু নুংথিল পোবোপ্তা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি। ভগৎনা স্কোটনি হায়দুনা হাৎলিবনি। অদুবু মীশক লান্নদুনা এসিষ্টেন্ট এস পি সাউন্দৰবু কাপ্পুনা হাৎখিবনি।

বাল গঙ্গাধৰ তিলক লৈখিদ্রে। লাজপাত ৰাইনা কংগ্ৰেস প্ৰসিদেন্ট ওইবা মতম অদুদা মহাক লৈতবা অদু অচৌবা অহোৱা অমনি। তিলক্লা লৈখিদবনে,

গান্ধিজীগী লুচিং মখাদা নন-কোপবেসন, সিভিল ডিসওবিডিয়েন্সগী আন্দোলনসু যং-যং লাওনা চংশিল্লকপনা বিভোলুস্নবীগী থবকসু খব পম্বগুম তৌবা মতমনি। খৃষ্টাব্দ ১৯২২ গী ফেব্রুআবি থাগী তাং ৫ দা থোকখিবা হিংসাগী থৌদোক অমনি। চৌবি চৌবা কৌবা মফম অদুদা আন্দোলনকাবিগা পুলিসকা খুৎ থোক্নবদা আন্দোলনকাবিশিংনা পুলিস কনষ্টেবল কুনলোম হেনববু হিংনা মৈ থাদুনা হাৎলম্মী। খুদক্তা গান্ধিজীনা মহাক্না লুচিংদুনা চংথবিবা আন্দোলন অদু লেপখিগনি হায়না লাওথোকখ্রে। মদুদা মী পুম্নমক পুঙুক গুকখ্রে। গান্ধিজীগী থৌওং অদুবু মোতিলাল নেহরু, অমদি অতৈ লুচিংবা কযানা যাম্না শাওনখি অমসুং পেন্দবা ফোঙদোক্নখি। অদুম ওইনমক গান্ধিজীনা মহাক্না লুচিংবা আন্দোলনদি হিংসা যাওবা যাবোই হায়না চপযুংনা লেপখ্রে। মতাং অসি ভাবত নিংতম্বা ফংনবা আন্দোলনগী মরু ওইবা তাঙ্কক অমনি।

অহানবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও মনুংদা ব্রিটিসনা কংগ্রেসপু মোইথেম তৌদুনা লান্দা মতেং পাংহল্লগা লাল লোইববা মতুংদা ওৎলৈ-পাবৈ তৌদুনা ভাবত্তা নিংতম্বা পিথোক্তনবগী চক্রি তৌদুনা লৈবা মতমনি। চাওনা বিশ্বাসঘাতক তৌবিবে হায়না ভাবত মচাশিংনা শাওনবা, ব্রাবৌনবা অমা যাওনা লৈজবা পুম্নমক কৎথোক্নদুনা আন্দোলন তৌবা মতমনি।

গান্ধিজীনা কংগ্রেস পার্টিগী চুপলী পাযবগা লোযননা অকনবা অসহযোগ, আন্দোলন খৃষ্টাব্দ ১৯৩০ গী মার্চ তাং ২২ দগী হৌখিবা দান্দি মার্চ থুমশুংবগী আন্দোলন, সত্যাগ্রহনচীংবা মথং মথং চংথবকপনা মবম ওইদুনা ব্রিটিস সবকাব অদু অকবা ফিভম অমা মাযোক্নবে। হায়বিবা অহিংসাগী পাম্বৈ শিজীন্নদুনা চংথবিবা আন্দোলনকাবিশিং অদুগী মাযোক্তা খুৎলাই শিজীন্নদুনা নোংমৈ কাপ্লুনা কিহন্দুনা ভাবতকী নীংতম্বা ফংনবা আন্দোলন অদু থিংবা ওইথোকত্রে। অদুম তৌরুবগা হেন্না হেন্নদুম কনশিল্লক্রে। মবৈবাক্কীদমক শিবা কিন্নদ্রে। গান্ধিজীগী যেৎ ওইগী পাম্বোম ওইনা জবহবলাল নেহরু, সবদাব পটেলনা অচৌবা দাযীত্ব পুবি। ভাবতকী মুস্লিমশিংগী অশেংবা লুচীংবা আবদুল কালাম অজাদনা গান্ধিজীদা পাঙ্গল পীবি। আন্দোলনগী অবোইবা খোংথাং ওইনা খৃষ্টাব্দ ১৯৪২ দদি 'ভাবত থাদোক্তুনা চংখ্রো' হায়না ভাবতকী প্রজা পুম্নমক্না হৌদুনা লাওবে। 'বন্দে মাতবম' শোন্দুনা চংলিবা 'ভাবত থাদোক্তুনা চংখ্রো' লাওদুনা প্রোসেসন চংলিবা মচু অঙ্গমগী ফিবাল পাযদুনা লুচীংলিবী অদু ভাবত মাতাগী

চনুবা অমনি। প্রোসেসন অদু থিংলিবা ব্রিটিস অফিসাব অদুনা পিষ্টোলনা চনুবা অদুদা কাপ্পুনা ফিবাল অদুগা লোযননা চনুবা অদু উপনা লৈমাইদা হাযথখ্রে। মহাক্কী মথংদা চৎলিবী চনুবা অদুনা ফিবাল অদু অমুক পাযদুনা 'বন্দে মাতবম' লাওদুনা চৎপা হৌবদা মহাকপুসু পিষ্টোলনা কাপলে। অদুগী মতুং তাবদদি আফিসাব অদুনা মানা পাযবিবা পিষ্টোল অদু লাপ্না লংথোকখ্রে। মহাক্না মহাক লাক্লে হাযজবগা লোযননা প্রোসেসন অদু থিংদ্রে। খুৎলাই পাযদবগী মফমদা খুৎলাই পাযবশিং মাইথিবে। অসিগুম্বা মখল মথেলগী ই-পাওনা লম্মৈ চাকপগুম শন্দোকখিবনা লাকশিনবদা ব্রাববা ফিভম ওইহনখ্রে। গান্ধিজীদগী হৌনা লুচীংবা পুন্নমক্না লোযননা কংগ্রেস কর্ম্মী নিশিংনা খুজীং ওইদুনা ফাবা ঙাক্লদি নমথবা ঙম্বা আন্দোলন ওইদ্রে। অন্দবগ্রাউন্দদা লৈখিবা লুচীংবা কযানা মখল মখা কযাগী আন্দোলনসু চৎথবে। শন্না হাযববদা ভাবত মৈ হৌদুনা চাক্লে।

পৃথিবীগী লৈবাক কয়াগী লুচীংবশিং মবোল লোক্লে। মব্দওইনা আমেবিকাগী প্রজাগী লুচীংবশিংগী মবক্তা ব্রিটিসনা ভাবত্তা সাসন তৌবিবা অদুদা পেন্নদ্রে। মতম অদুদা আমেবিকাগী প্রসিদেন্ট অদু ৰুজভেল্ট (Franklin D Roosvelt) না ওই। মহাক্না প্রাজাগী ইছল খঙবগা লোযননা মহাক্কী মাইকৈদগী থওইনা মী থাদুনা মতম অদুগী টোবী সবকাবদা তক্লবম্মী। পৃথিবীগী অনীশুবা লানগ্লাও অদু লোইবগা ভাবত্তা মনিংতম্বা পীনবা তক্লবনি। প্রাইম মিনিষ্টব ওইবিবা ব্রুইনসন চর্চ্চীলদি মদুদা যানিংদবনি। অদুবু বৃটিস প্রজাশিংগী মবক্তা লুচীংবা কযানদি মাইথিদ্রিঙৈদা লেম্না ভাবত থাদোকহৌবনা তুং কোইনগী কান্নগনি হাযনা ব্রাবেপ লৌবে।

খৃষ্টাব্দ ১৯৪৫ দা ৰুজভেল্ট অদু ইখঙ খঙহৌদনা নোঙ্গাখি। মহাক্না লৈখিদবা অদু ভাবতকী মমল যান্নবা মব্দপ অমা মাংজবনি। ভাবতকীদা নৎতনা পৃথিবীদা মীথা পোন্দুনা লৈবিবা লৈবাক কযাগীসু মাংজবনি হাযনা লৌনখি। বৃটিশ সবকাবদসু অহোংবা লাকপগা লোয়ননা ভাবত্তা স্ববাজ পীবে। লানগী চৈথেংদগী চোকথববা লোয়ননা শেল থুমগী ফিভমদসু পৎ তৎলবা বৃটিসগী সবকাব অদুনা লৌবিবা ফিবেপ অদু অচুম্বনি হায়না শিংথানৈ।

মবৈবাক্কীদমক মমল যান্নবা থবাই কযা থাদোক্রবা, কৎথোকপা যাবা পুন্নমক কৎথোক্লদুনা, খাংবা ঙম্বা অবাবা কয়া খাংলবগী মতুংদা ভাবতকী স্ববাজ ফংলে।

লাইবক থিবদগী ভাবতকী অপুনবা শক্তম থুগাইদুনা পাকিস্থান হাযবা লৈবাক অমা ভাবত্তগী কোৎথোকখ্রগা ফংবা স্ববাজনি। অদুনা মবম ওইদুনা পেন্নদে। অদুবু উপায লৈনখিদে। ওইবক্রিবা ফিভমগী মতুং ইন্না স্ববাজ অদু লৌখি। অদুম ওইনমক মহাত্মা গান্ধিদি পাকিস্থান খাইদোকপা য়ানিংখিদে। য়াখিদে। য়ানিংদনা অদুম শিখিবনি।

মহাত্মা গান্ধিগা নেহৰুগা যানদবা কযা লৈখিদবা নৎতে। অদুন্নদি ওইবগা গান্ধিজীনা নেহৰুদা ভাবত সাসন তৌনবগী ভাব পুন্নমক শিন্নবম্মী। গান্ধিজীনা মহাক্কী বাজনিতীগী উত্তবাধিকাবদি জবাহবলালনি হাযনা লাওথোকখি। হিন্দুগা মুস্লিমগা হাৎনবদগী ঈ তৈববা স্ববাজ অদু লৌবগা অনৌবা ভাবত অমা সেমগৎনবা হোৎনবা অবাইবা থবক নৎখিদে। অমোৎপা ঈ-নাই তৈববা ভাবত অদু শেংনা চামথোক্লগা ধর্ম্মগী খেন্নবা থমদবা সেক্যুলাব ওইবা লৈবাক অমা শেমগৎনবা হোৎনবক্লিবনি। গান্ধিজীগী বাখল পবিংদা নেহৰুনা পাকিস্থানগা য়ান-যানবা তান্নদুনা চৎমীন্ননবা কন্না হোৎনৈ। সাবদাব পটেলদি পাকিস্থানগী লুচীংবশিংগী শাজৎ-লিচৎকা য়াশিন্নবা ৱানা থোক্লম্মী। কবিগুস্বা মতাংদদি ক্রক-ক্রক যেংসিন্নবম্মী। মদুগীদমক গান্ধিজীনা সাবদাব পটেলদা চৈবা ফাওবা যাওখি হাযনৈ। পাকিস্থানবু হাকন্নবদা পেন্দবদগী নথুবাম গোড্সেনা গান্ধিজীদা খুৎ থাখিবনি হাযনবিবনি। অসিনি ভাবতনা স্ববাজ ফংলক্খিবগী খোঙচৎকী মতেক খবা।

অনীশুবা শরুক

# পুন্সিগী খোঙচৎ হৌরকপা

## পোকপা

ভাবতকী মতাইদা লৈবা, চীং লৈবাক্তী ওইবগা লাইবৈবেবাক্কুম্বা পীক্রবা সনা লৈবাক মণিপুবগী চীক্রবা খুঙ্গং অমদা ঐহাক (অইবা) পোকখি। খৃষ্টাব্দ ১৯২২ গী আগষ্ট তাং ২৮, সকাব্দ ১৮৪৪ গী লাংবনগী তককনি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎকী অযুক পুং ১০ মি ৪০ দা ঐহাক পোকই। বিশাখা নক্ষত্রগী পুংফমদা পোকপনি। বৃশ্চিক বাশিনি। কুঠি মিংনা তিলোক কৌই। ঐনা যাম্না পামজবা মিংনি। অদুবু যুম্নাম শাগেদা পোকপনা যুম্নাম যাইমা, ওইনামদা চাওবকপনা ওইনাম যাইমা হাযদুনা অদুম কৌনখ্রে। ঐগী ইথক্তা ইযাম্বা অমা, ইখাদনা ইনাওনিপা অমগা ইচল নুপী অমা পোকপনা ঐনা যাইমনি। অদুননি যাইমা হাযনা কৌবিবসু। ঐবু পোকপা পম্থৌগী মীংনা অঙৌ কৌই। অপোকপী ইমাগী মীংনা লৈবাকলৈ কৌই। ওইনাম নিংঙোলনি। ইপাবু পোকপা ইপুগী মীংদি তোম্বা কৌই। ইপু অসিনা খোংজোমগী লানফমদা লান যাওকই হাযনা বাবী লীবম্মী। পাওনা ব্রজবাসিগী তেঙ্গোলদা য়াওকনবনি হায়। মহাক্না লান্দা শিজীন্নবকা থাংজ তরেৎতা শাবা থাংশাং অমা লৈবম্মী। মদু ঐবু পোকপনা পুজা তৌদুনা থনম্মী। অনীশুবা লানজাওগী লান চেন্নবদা মাঙখ্রে। অদুগীদমক য়াম্না নুংঙাইখিদে।

ঐবু পোকপা পম্থৌ অদু মশাগী চহি নিফুবোম শুবা, ঐহাক্না চহি নিপাল-মাপল শুবকপা অদুবাইদা নোঙ্গাখি। ইমানা লুখ্রা ওইহৌবা অদু মশাগী চহি কুম্থামঙাবোম শুবদনি। চহি য়াংখৈদগী হেন্না লুখ্রা ওইনা ঐখোয় পুন্নমকপু কোনবীবন্নগা চহি মবিফুতবা শুবমদাইদা খৃষ্টাব্দ ১৯৮৪ দা ইমা নোঙ্গাখি।

## ইহৈ তম্বা অমসুং ঈশৈ তম্বা

ঐবু পোকপা পম্থৌ অদু মতম অদুগীদি লাইবিক ময়েক চৎপনি, লাইবিক হৈবনি হাযনা লৌনবম্মী। অদুবু ইংবেজ শিক্ষাদদি নত্তে। লৈকাইগী খুঙ্গংগী

নহাবোল কয়া পাজীগী নাক্তা লাক্তুনা লাইবিক তম্লবম্মী। 'মপী লাইবিক' অমদি 'লাইবিক মযেক চৎপা' অদু ফাওবগী থাক্তী ফজনা তম্বীবম্মী। ঐহাকসু মযাম তম্লবা অদুদা যাওশিন্দুনা তমলম্মী। পাজিনা লৈখিদ্রবা মতুংদা ওইনামদা নৌনা লিংখৎলবা ওইনাম হিন্দু লাৱাব প্রাইমারি স্কুলদা মীং চন্দুনা লাইবিক তম্বা হৌরে। মণিপুর অপুম্বগী ওইবা 'নিম্ন প্রাইমারি', 'উচ্চ প্রাইমারি' অমসুং 'মাইনর' পরীক্ষা পাস তৌরবা মতুংদা ইযোব হাযস্কুলদা ক্লাস সেবেনদগী তম্বা হৌই। হাযস্কুল অসিদগী কলকত্তা যুনিভর্সিটিনা লৌবা মেত্রিক পরীক্ষাদা খৃষ্টাব্দ ১৯৪০ দা পাস ওই।

নিম্ন প্রাইমারি স্কুল ফাওবা ওইনামদা তম্লবা মতুংদগীদি নম্বোলদা নৌনা লিংখৎপা এম ঈ স্কুলদা ক্লাস থ্রীদগী সিক্স ফাওবা তমলকই। ওইনামগা নম্বোলগা মাইল অহুম লাপ্লে। মাইল অহুম অসি নুমিৎ খুদিংগী খোঙনা হঙ্গৎ-হন্দা চৎতুনা লাইবিক তম্লকই। মতম অদুদা হাযবদি খৃষ্টাব্দ ১৯৩০ অদুৱাইদদি গাডী চেন্দ্রি। একাগাডীবু অঙকপা ওইনা যেংনবিবা মতমনি। নোংজুথা, কালেনথা অমসুং নিংথমথা চুপ্পা লমশাঙ অদু খোঙনা চৎতুনা লাইবিক তমলকপা অবাযবা থবক নৎখিদে। লম্বীনা ফৎখিদবনা থোইনা অৱাবা ওইখি। লম্বী শোবোক্কী নাকযেত্তা চবোৎ অমদি শিংনাংনা উপশিন্না কুঙনা হৌবা মতমনি। নুমিৎ তাফাত্রিঙৈদগী হৌনা লম্বী মমশিল্লকপনা হাল্লি। নোংজুথাদদি হাযনিংঙাই লৈতনা খুদোং চাদে। লম্বীনা নানবনা শিক্তুনা চৎলিবনি। কালেন থাদনা উফুলনা খুজেং থুন্না চৎলিবনি। অদুম হাযনা ইহে তম্লকপনি। ওইনামদগী নম্বোল যৌনবা লম্বীদা মাইবম অমসুং সাবল লৈকাই লৈ। খুঙ্গং অসিদা লমহেনবা নহা খবনদি ঐখোয খবদং, যাম্লবদা মঙা তকক্তগী হেন্দবা অদুবু লম্বীদা ঙাইবগা খৎনবা হৌবিবনি। মখোযনা খুৎ কনবনা চৎথোক চৎশিন্দা খুদোং যাম্না চাবমদে। ঐখোযগী ইয়াম্বশিংনা খুৎ লিংদুনা থিন্দোক থিনজিন তৌই। তৌইগুম্বসুং মদু নুমিৎ খুদিংগী পাঙথোকপা ঙম্বা থবক নত্তে। মমৈথঙদদি স্কুলগী ওথোরিটিদা তাক্লদুনা নম্বোল সালিস পঞ্চায়েটনা থবক ওইনা লৌখৎতুনা মতুং মনাও তৌহনখিদে। লাইবিক তম্বা চৎপা খোঙবু অদুগী ঐনা খ্বাইদগী নহা ওইবনা ওইনামদগী নম্বোল ফাওবা খোঙনা চৎতুনা লাইবিক তম্লকপা অদুদা য়াম্না ৱাবকখি। নম্বোল এম ঈ স্কুলদা ক্লাস সিক্স ফাওবা তম্লবা মতুংদা মতম অদুদা লিংখৎলবা ইযোব হায় স্কুলদা ক্লাস সেবেনদগী মখা তমথখি। হাযস্কুল অসি ৱব লৈবগা তোম্বীস্না হাযস্কুল কৌখি। পরীক্ষাদা অনীগুবা পোজিসনদা লৈবদগী স্কোলারসিপ ফংলকই।

মেট্রিক ফাওবা তম্বা লোযববা মতুংদা মখা তমথগে হাযববদি মপান্দা হাযবদি মণিপুরগী মপান্দা লাইবিক তমথবা তাবম্মী। মতম অদুদা মণিপুরদা কলেজ লিংবগী থৌবাং লৈত্রি। ঐহাক্কী ইমুংগী ফিভম্না মপান্দা চৎতুনা লাইবিক তম্বা ওইথোক্রমদে। লান কাইনবদগী হৱিন্নবক্রবদা ধনমঞ্জুরী কলেজ লিংখৎলবদা মদুদা নুমিদাংগী ক্লাস যাওদুনা মখা তমথবকখি। খৃষ্টাব্দ ১৯৫২ গী গুৱাহাটি যুনিভর্সিটিনা লৌবা পরীক্ষাদা বি এ পাস তৌখি। ঐহাক্না ওইনামদগী ইম্ফাল ফাওবা একাগাডীনা হঙ্গৎ-হন্দা চৎতুনা কলেজ কাবকই। নুমিদাংগী মতমদা চৎপনা খুদোংথিবা কযা থেংনখি। অযুক নুংথিলদনা লৌ-ইংখোল কোইবগী থবক-ইনখাং নোম্নগা নুমিদাংদনা কলেজ কাবা নংননবা হোৎনবকপা অদু থথাগী থবক নৎতে। ঙম্নবা অদুম হোৎনখিবদগী ঙমখিবা হাযবা অদুনি। অদুগী মতুংদা মণিপুরদা লো তম্নবা কলেজ অমা লিংখৎনবদা মব্ধ ওইবা থৌদাং লৌদুনা অচৌবা শব্দক যাবগা লোযননা ছাত্রসু অদুম ওইশিন্দুনা লো তমখি। রামলাল পাল হায় স্কুলদা নুমিদাংদা তম্বা হৌখিবা লো কলেজনি। লোগী ফাইনেল ইযাব ফাওবা তম্নবা মতুংদা অবোইবা পরীক্ষা যাওবগী খুদোং চাবা ফংখিদ্রে। মরমদি, ঐহাক জেনরেল ইলেকসন্দা ভোৎ লেপ্পবগী কেন্দিডেট ওইবনা পরীক্ষা মতমগা ফাংজিন্নবদগী পরীক্ষা ড্রোপ তৌখি। ঐহাক্না লো তম্লীঙৈদা লো কলেজ ষ্টুদেন্টস ইউনিযনগী চেযারমেন/প্রসিদেন্ট ওইনা থৌদাং পুরকখি। মতম অমদা মণিপুর গভর্মেন্টনা নোমিনেট তৌবদগী পুনাদা লিংবা ওল ইন্দিয়া কো-ওপরেটিভ কলেজদা অরাংবা থাক্কী ইহৈ তম্বা ফংখি। সংস্কৃত টোলদা সংস্কৃত তমলকই লোয়ননা রাষ্ট্র ভাষা হিন্দি প্রচার সমিতি কেন্দ্রদা হিন্দিসু তমলকখি।

ঐবু পোকপা পম্লৌ অদুদি শাওং শাদানগা ফজবনে, কুচু কুমেন্নগা পানবনে নট সংকৃর্ত্তনগী ঈশৈ হনবদা যাম্না পকচৈ হায়নৈ। পাজীনা থুপশ্লবা মতুংদা ইমানা ঐহাকপু লাইবিক তম্না তম্না ঈশৈসু তমহল্লম্মী। নিপামচা পালা লিংখত্তুনা ঈশৈ হলহল্লম্মী। ঐজ্ঞা ইবোমচা, অভিরাম শাবা হায়না লৈবাক ফাওখিবা গুরুদেব অদু পাজীগা তিন্নদুনা ঈশৈ তৌমিন্নবকপনি। চহিদা পাজীনা খরদি হল্লি। গুরুদেব অদুনা তম্বীদুনা ঐহাক নিপামচা পালা হায়দুনা ফৈজোম লৈ শংবা শেৎতুনা ঈশৈ য়াওবকই। অঙাং ওইবিঙৈদা, বণ-শেনবা লিলা লিংখৎতুনা কৃষ্ণ শাহল্লকই। কৃষ্ণ শাবা অদু যাম্না পকচখি হায়না ইমানা হবাওনা তম্মী।

## লৌমীগী পুন্সি

যান্না চন্না হিংজবা, মীনা লাকচবদি যাদবা খুৎ কনবা লৌমীগী ইমুং অমদা ঐহাক পোকখি। লৌমীগী ইমুংদা পোকপনা ঐহাক লৌমী ওইবা তাবনি। ইমা পোকপা ইপু ইবেলনা ইমা মতোমতা পোকলম্মী। নিপা পোক্তবা মবমনা ইমাবু পিবাসু নিংঙোলসু শক্তুনা কোল্লম্মী। পাজীনা লৈত্রবা মতুংদা ইমা পোকপা ইপু ইবেলগী মনাক্তা ইমানা ঐহাক্তা ইচলনুপীগা পুদুনা লৈবম্মী। ইযাম্বা অদুদি হেক পোকপগা ইপু ইবেলনা যোকখিবনি। ইনাও অমদি মৈ চংদনা লৈখিদ্রে। ইপু ইবেল অসিগী লৌচা শিংজা মবাং কাইনা লৈবম্মী। ঐহাকসু লৌবুক্তা ষণপোৎ খোইদুনা লৌউবা যাওবকই।

মতম অমদা খুঙ্গংদা লৈবনা লাইবিক তম্ববু পাওথোক্লম্মী। 'কবি তৌনবা লাইবিক তমহনগদৌবিবনো, লৌ শিৎনববা?' হাযদুনা পাওতাক পীবা অমসুং চৈবা যাওবম্মী। লৌউবদসু যাওবা, লাইবিকসু তম্বা কবিশু কাইদে হাযবা ঐহাক্তা উৎলম্মী। অযুক ঙন্তা হৌগৎতুনা লৌবুক্তা লৌশুবা যাওবম্নগা স্কুল কাবা নংনবা চৎলিবনি। ৱাদবু হাযবনি, থবক্তদি যান্না ৱাবা থবক্নি। অসুম্না শুবা নোম্বদা শক্ক যাবা অদুনা ইমুং অদু চাবা-থকপা ৱাৎতবা ইমুং ওই। লৌমী অমা ওইনা হৈফম থোকপা, লৌ খোইবা, উকাই তকপা, লৌবি যানবা, লৌবি শাবা, কাচিন যানবা, লৌলিংবা পুন্নমক হে। লৌহোন ফোইবদি হৈবগা হাবৈ পুনবা অদুতংদি হৈতনা অদুম তোকত্রে। পোযনুদা লৌ-খাওবা, লৌ-যৈবা যাওবকই। লৌমী অমা চপ চানা ওইদুনা পুন্সিগী খোঙচৎতা চৎলকই। অযুক নুংথিলদা লৌবুক্তা লৌ শুবা যাওবম্নগা নুমিদাংৱাইবমদা কলেজদা লাইবিক তম্বা নংনবা ওইনামদগী ইম্ফাল ফাওবা একাগাড়ী তোংদুনা হঙ্গৎ হন্দা চৎলকখিবনি। ওইনামদগী ইম্ফাল ফাওবগী অবাপ্পা মাইল তবানিথোইনি।

থৌদোক মচা অমতং পল্লমদ্রবদি নুংঙাইত্রে। অসুম্না তৌবনি। অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও মনুংদনি। জপান অমসুং আই এন এ গী ফোর্সকা থেন্নেনবা ব্রিটিস, আমেৰিকাগী লানমীনা মণিপুব শিনবা থুংনা পৈববে। লান্না মবম ওইদুনা কুম অমদি লৌ শিৎলে। লৌবুক্তগী কোৎতা ফৌ কাদ্রে। অবৈবগীনা হান্নগী কোৎতা হাকুমগী অবেম্বা লৈহৌবা অদুনা হিংনবা হোৎননবে। লৈতবগীদি য়ান্না ৱানখ্রে। চবা নাম্মা হেন্নবে। পান, অৱাথবী, খোংদ্রুম, মাইবেন অফং অফংবা ঙান্দুনা, ফুৎতুনা থবাই হিংননবা হোৎনবা মতমনি। ঐখোযগী ইমুংগী ওইনা কোৎতা ফৌ কোৎনিংখা থবতমক ঙাইবে। ইমানা ঐখোয চবা হেন্দনবা উপায়

থিবা হৌবে। থংনবা খুল অমদা ফৌ যাম্না হাপ্পা ইনাকখুনবা ইমুং অমগীদি মতম অদুদা ফৌ মবাংকাইনা লৈবি। ইনাকখুনবা নিপা অদু পাজীনা হিংলিঙৈদা যাম্না লুনা তিন্নবম্বা মৰূপনি। শোয়দনা পীবক্কনি হাযনা যাম্না কন্না থাজদুনা ইমানা চৎতুনা ফৌ সংবাই অমতং পূজগে মথোই যাওনা শিংজগে হায়রূই। অদুবু ফৌ অদু অমুক শিংলকপা ঙম্নবোই হাযদুনা পীবকখিদে। ইমানা হল্লকলগা পাওদম্মী। 'ইচাশা' ঐদি ঙসিদি ইকাইখ্রেদা। ইতৈ অদু নপাবুংগা লুনা তিন্নবকপনি হাযদুনা হাযজবম্বনি। লৈনা লৈনমক ফৌ শংবাই অমতংবু পীবক্তবা হেক ঙম্মীদা। ঐনবু ফাগী তৌই, 'ফবেদা মতুংদা মীঙোন্দা অমুক নিৰূদনবা'। ঐহাক্কী ওইনসু থৌদোক অদুদগী লৌবুক্তা লৌ উবা য়াওখিবনি। মীঙোন্দা অমুক নিৰূদনবনি।

লৌমী অমনা কযা ৰানা শু-নোম্বগে হাযবা খবদংগা পনবা চুম্মী। মতম অমদদি লৌবুক্তা লৌ খোইবা চৎপা অসি নোং ঙান্দ্রিঙৈদা হৌগৎলগা কবিশুম্বা থকপা চাবা অমৎতা তৌদনা চৎলিবনি। চিন ফাওবা শেংদনা চৎলিবনি। নোংনা ফ্যদিৎ ফুনা চুববসু যেমপাক তুপলগা ষণ হোযদুনা চৎলিবনি। অদুম তৌনা চৎপনা লৌফম যৌবদা নোংঙানবগা চাননবা চৎলিবনি। অযুক চুপ্পা অদু ষণপোৎ খোইরগা নুমিৎনা উখোকতেন যৌবকপা মতমদা ষণপোৎ থাবগা যুমদা নুমিৎনা দাবি যৌবদা থুংনবিবনি। ষণশিং অদুগী চাননবা শজীক ফানবা চৎতবা যাদে। হিদা শজীক ফানবা চৎপা অবাইবা থবক নৎতে। হি তোংনা তোংনা শজীক ফানবা হৈবা তাবনি। ফান্নগা শজীক অদু হিনুংদা মপুন পুনবা অবাইবা নৎতে। ঈশিংনা লুবিবসু লেপ থুম্বা মফমনি। মদুদা ঈশিংদা হি লাকপদা শিবা যাবিবনি। ঐহাক ইশামক অহানবা তমখৎলকপদা হি লাক্কুনা ঈশিংদা শিনিংচিৎতগী হিংহৌবা যাওগ্রবনি। অদুন্না শজীক ফান্নগা পুবক্রগা ষণশিং অদু পীজবগা ঐহাক চাক চাবিবনি। চাক চাবা তোক্রগা ঙাইহাক্তং পোৎথাবগা লৌবাং শুবা অমুক চৎলিবনি। অসুম্না লৌমী অমগী চপ চাবা থৌদাংশিং পুন্সিগী খোংচত্তা হাকথেংননা থেংনবকখি। হৌজিক্কী চাওখৎলবা যুগ অসিদদি ইঞ্জিনগী পাম্বেনা থাইনা লৌমীনা থেংনরকপা অবাবা কয়ামৰূমদি কোকহন্ত্রে।

## ওঝা ওইবা অমসুং অতৈ শিনফমদা

খুঙংগী লমদা খৃষ্টাব্দ ১৯৩৮ গী অদুবাই ফাওবদা লাইবিক হৈবা মীগী মশিং অসি ওম্বোক্লা ৰাৎলমগ্রে। খৃষ্টাব্দ ১৯৪০ দা ওইনাম খুঙংদা মেত্রিক পাস তৌববা ঐখোয় অনীখক্তনি। ঐখোয অনীনা মেত্রিক পাস ওইবগীদমক নুংঙাইবা

ফোঙদোকপা ওইনা নম্বোল হায়স্কুলগী নোংমগী ছুটি থাখি। মেট্রিক পাস তৌববা মতুংদা তৌবুল খুঙ্গংদা ক্লাস থ্রীদগী সিক্স ফাওবগী ছাত্রশিংবু লাইবিক তম্বীবা হৌই। শেল লৌদনা তম্বীবনি। থা অনীবোমগী মতুংদদি ঐহাকপু নম্বোল হায়স্কুলদা ওঝা ওইনা হাপ্লদগী স্কুল অসিদা ওঝা ওইবা হৌবে। থা অমদা তলব ওইনা লুপা ৬ (তব্দক) খক ফংই। ইমা পোকপী ইবেনপোক্লা হায়, 'ইগুগী তলব অদুনা থা অমদা লুপা তব্দক ওইববদি মদুনা লুপা ৫ (মঙা) পীবা ফৌ সংবাই অমদি ৱানবা ফংলেদনা'। ফবু ফমনখ্রে হায়দুনা হবাউবম্মী। খব লৈবগা 'জপান লান' লাক্তুনা লৈবাক কাযবদগী স্কুলসু লেপখ্রে।

লাল লোইববদা, লাঞ্জেনবদগী হঞ্জিনবক্লবদা বীষ্ণুপুবদা হায়স্কুল অমা লিংখৎনবা থৌবাং তৌবে। ক্লাস থ্রীদগী সিক্স ফাওবদি লান মমাংদগী লৈখ্রবনি। অহানবদা ক্লাস থ্রীদগী সেবেন ফাওবগী তম্নবা থৌবাং তৌরে। বীষ্ণুপুবদি হৌখিবা লাঞ্জাও অদুগী লাল শোক্লফম মফম অমা ওইখিবনা অযাম্বা যুম কৈ মৈনা চাকখ্রে। যাং নাইনা শাবা নৎতবা পাকখন স্কুল শঙ অমদা লাইবিক তম্বা হৌবে। স্কুল অসিদা মমিংতগী ওইনা থাদা লুপা যাংখৈমুক্তং তলব ওইনা লৌবগা ঐহাক ওঝা ওইবম্মী। তশেংবদি সোসিএল ৱার্কব অমা ওইনা খুঙ্গংদা স্কুল লিংখৎনবা মতেং পাংবনি। মতাং অসিদা পনবা যাবা অমনা, মোইবাংদা হায়স্কুল অমা লিংখৎলবদা ওঝা মশিং ৱাৎপদগী অচৌবা প্রোব্লেম অমা লৈবদুনা মোইবাংগী সোসিএল ৱার্কব অনী, শ্রীহেমাম নিলমনি অমসুং শ্রীমাইবেনবম কোইবেং লাক্তুনা বীষ্ণুপুবদগী মোইবাংদা মতম খব ওঝা ওইদবা যাদে হায়না হায়ববে। বীষ্ণুপুব হায়স্কুলগীদি ক্লাস নাইন, টেন হাংদ্রি। স্কুল অদুগী কমিটিগী মব্দ ওইনা পুবিবনা শ্রীখাইদেম বোথো অমসুং তৌবাংবম চাওবানি। ঐখোয় পুম্না তাম্নবগা ঐহাক বীষ্ণুপুব হায়স্কুল থাদোক্লগা মোইবাং হায় স্কুলদা ওঝা ওইরে। মোইবাং হায়স্কুলদদি মপুং ফানা চৎথবে। বীষ্ণুপুব হায়স্কুলদা ক্লাস নাইন অমসুং টেন হাংনবা লোয়ননা হায়স্কুল ওইনা বিকোগনাইজ তৌনবা বি এ পাস তৌববা ওঝা অমনা হেড মাষ্টব ওইদবা যাদ্রে। মতম অদুদা বীষ্ণুপুব হায়স্কুলগী হেড মাষ্টব ওইনা পুবিবা ওঝা লৌবেম্বম পাবিজাৎ অদুদি বি এ নৎতে। অদুনা খাইদেম বোথোনে, তৌবাংবম চাওবানে অমুক মোইবাংদা লাক্তুনা ঐখোয় পুম্না ফম্মীম্নদুনা তাম্নবে। কোইবেং অমসুং নিলমনিনসু য়াবে। মোইবাংগী মপুং ফাবা হায়স্কুল ওইববনিনা বীষ্ণুপুব হায়স্কুলদা অমুক হন্না লাক্লে। হেড মাষ্টব ওইবরে। বীষ্ণুপুব হায়স্কুলগী বিকোগনীসন ফংবগা লোয়ননা সবকাবগী গ্রান্টসু ফংলে। তলবকী ৱাদি থাদা

লুপা ৯০ খক্তনি। সোসিএল সার্ভিস তৌবিবনি হায়না খন্দোক্নুনা স্কুল লিংবদা মতেং পাংবগী বাখন্দা ওঝা ওইবকপনি। চৈবক অদুদা ঐগী পোকফম খুল ওইনামদসু হায়স্কুল লিংদবা যাদ্রে। লিংখৎখি। বোইজ হায়স্কুল অমসুং গার্লস হায়স্কুল অনীমক লিংখৎখি। ওঝা ওইবগী শিনফমদা চহি তবানীথোইরোম লেপ্লবা মতুংদা ভোৎ লেপ্পা যাওননবা শিনফম অদু পুমথা থাদোকখি। বীষ্ণুপুব হায়স্কুলগী হেড মাষ্টব ওইবা থাদোক্রগা ভোৎ লেপখি।

ঐহাক্না মেত্রিক পাস হেক তৌবগা থানাগী কনষ্টেবল ওইনবা দবখাস্ট থাবদা খল্লক্রে। থবক চংলমদাইদা নৈশাবী খবনা 'কোকযেট অঙাংবা যেৎপা তাবেনে' হাযদুনা লকনবম্মী। মতম অদুগী থানাগী কনষ্টেবলদি কোকযেৎ অঙাংবা যেৎনবম্মী। ইমানসু মদু পামজবমদে। অদুনা থবক অদু চংদ্রে। মথংদা আমিন ওইনবা হোৎনবদা মাই পাক্রে। থা তব্তক ট্রেনিং তৌববা মতুংদা লান কাযনবদগী মফম মবাং খঙদনা অদুম তোকখ্রে। কেবানি হাপ্পবগী অপুনবা পবীক্ষাদা খনবদা যাওদুনা মণিপুব সেক্রেটবিযেটতা মতম খবা কেবানি ওইনা থবক তৌখি। মদু আমিন ওইবা তোক্রবা মতুংদনি। লান মনুংদা ইম্ফাল পোষ্ট ওফিসতা কেবানি ওইনা থবক তৌখি। মদু মব্ত ওইনদি তলবকী মথক্তা 'বেসন' ফংনবনি। বেসন চাওনা ফংই। জপান লান অদুনা মণিপুবদা য়াম্না কনশিল্লকত্রিঙৈ মতম খবদি হিংননবগী উপায থিদুনা মিলিটবীগী থবক্তা ইন্টবপ্রিটব, এস ও, এস ডি ও ওইদুনা থবক তৌখি। যাম্না খুদোংথিবা মতমনি। হিংননবগী অক্নবা লানফম মবক্তনি। লান লোইবগা লোইববা থবক্লি। মতম খরদি জুবব ওইনা থবক পুবকই। চীফ কোর্টতা ওইবনি।

## রাজনিতিগী মাইকৈদা

ভাবতকী নিংতম্বা ফংনবগী আন্দোলনসু খম থেংনা কল্লবা মতম ওইবে। নেটাজি সুভাসচন্দ্র বোসগী লুচিং মখাদা আই এন এগী লাম্মীনা 'দিল্লী য়ৌনবা চংশিন্নো' হাযবা খোল্লাওগা লোয়ননা ব্রিটিসকী মথক্তা লান্দাখ্রে। জপান লাম্মীগা পুন্দুনা ব্রিটিস লাম্মীবু বর্মাদগী তকখাইবক্রে। ভাবত কংগ্রেসকীসু মহাত্মা গান্ধিগী লুচিং মখাদা অবোইবা খুৎলাই ব্রম্মাস্ত্র থাবে। 'ক্যুইট ইন্দিয়া', ভাবত থাদোক্নুনা চৎখ্রো হায়না ব্রিটিসপু তাম্লে। অহানবা পৃথিবীগী লাঙ্গাওগী মতমদা ব্রিটিসনা মোইথেম তৌদুনা ভাবত কংগ্রেসপু লান্দা মতেং পাংহল্লগা লান লোইববা মতুংদদি ভাবতকী নিংতম্নবগী বাফমদা কয়া কম্না থৌশারক্তকগী মলোম অমা ভাবতকী

লুচিংবশিং অমসুং প্রজা পুন্নমক্কী পুক্নুংদা ফুমদুনা থম্নরকপা অদু ফুদোক্লবক্রে। 'শাবিঙেদা য়েহৌ' হায়বা অদু থবক ওইনা পাঙথোক্রে। গান্ধিজীগী অৱোইবা "Do or Die" 'শিবগা শি, চঙলগা চঙ', পাঙথোক্কদবা পাঙথোক্লো নৎত্রগা শিদোকখ্রো হায়বা খোল্লাও অদুনা ভাবতমচা পুম্নমক্কী থৌনা হাপখ্রে। মৰেবাক্কীদমক শিবদা কিনদ্রে। Quit India গী ৱাবেপ লাওথোকপদা গান্ধিজীনা হাযখি, 'লুচিংবা পুন্নমক জেলদা ফাজিনখ্রবদা লৈহৌবিবা কংগ্রেস ৱার্কৰ খুদিংমক মশা মশা অদু লুচিংবা ওইববনি। কনাগী ওর্দৰ অমুক ঙাইবোইদৌবনি। পাঙথোক্কদবা থৌদাং অদু মশা মশানা পাঙথোক্লগদবনি'।

গান্ধিজীদগী হৌবদুনা ভাবতকী লুচিংবা পুন্নমক ফাজিন্দুনা জেলদা থমখ্রে। কযামকন্না ফাহন্দনা অন্দবগ্রাউন্দা লৈখ্রে। লৈহৌবিবা কংগ্রেস সদস্যাশিংনা হায়নবা হৌনকবা লৈতনা 'ভাবত থাদোক্কুনা চৎখ্রো' হায়না লাওবদুনা ভাবত অপুম্বা পুমনিল নিলখ্রে। প্রোসেসন চৎপা কয়া নোংমৈনা কাপ্পুনা পংহাৎ হাৎখ্রে। মমৈথংদদি খুৎলাই পায়দবা প্রজাদা নোংমৈ কাপ্লু হাযবা ওর্দৰ অদু ইনবিবকত্রে। ওনশিন্দুনা ওর্দৰ তৌবা মীশক্তা নোংমৈ কাপ্পা ফাওবা যাওবক্রে।

মতম অদুগী আমেবিকাগী প্রসিদেন্টদি রুজভেল্টনা ওই। প্রসিদেন্ট রুজভেল্টনা পৃথিবীগী লৈবাকশিংগী মবক্তা লৈবাক অমনা লৈবাক অমগী মথক্তা মপু ওইদুনা পানবা য়ানিংদে। শন্না হাযববদা ব্রিটিসনা মহাক্কী পাক চাওখ্রবা সম্রাজ্য অমগী মপু ওইবা অদু যানিংদে। আমেবিকাগী পব্লিক ওপিনিযনসু ভাবতকী মীচংদা লৈবা মতমনি। ব্রিটিসকীসু লানজাও অদু ঙম্নবা হোৎনবদা মবোল-মবাল তাক্লবা মতমনি। অদুনা আমেবিকাগী পব্লিক ওপিনিযন অদু থৌওইদবা ঙম্নমদে। অদুমক্তদা চর্চীলনা ভাবত্তা স্ববাজ পীগনি হাযবা অদুদা কমিট তৌ হাযবা য়াদনা শিখাং খাংদুনা Quit India আন্দোলন অদু নমথনবা হেক ঙম্বমখৈ হোৎনখি।

মণিপুবদদি কমদৌবি? মণিপুবগী ফিভম্না কবিনো? লানগীনা লানগীনি। মণিপুবগী বাজনীতিগী ষ্টেটসকী মতাংদা চযেৎনবা অমা লৈদুনা খুবৌদা ইথাংদা থাংদুনা লৈবা মতমনি। খৃষ্টাব্দ ১৮৯১ গী মণিপুবগী মনিংতম্বগী অৱোইবা লানফমদা মণিপুবনা মাইথিবদগী চহি অদুগী এপ্রিল ২৭ তগী ব্রিটিসকী মখা পোনখ্রে। ব্রিটিসকী মখাদি পোল্লবসু ব্রিটিসনা লোই চম্লবা ভাবতকী মনুংদদি লুপশিনখিদে। তোঙানবা হাযবদি ভাবত্তগী তোঙান্না নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা ওইনা লৈবকই। ভাবতকী মপু ওইনা পাল্লিবা ব্রিটিস অদুনা মণিপুবগীসু মপু ওই হাযবতনি।

খৃষ্টাব্দ ১৮৯১ গী সেপ্টেম্বর থাদা শ্রীযুৎ চুরাচান্দবু ব্রিটিসনা মণিপুরগী নিংথৌ হাপলে। খৃষ্টাব্দ ১৯৪১ দা শ্রীযুৎ মহারাজ চুবাচান্দনা নোঙাম্রবদা শ্রীযুৎ বোধচন্দ্রনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইরে। শ্রীযুৎ মহারাজ বোধচন্দ্রগী হাক্তকতনি মণিপুরনা ভারত্তা মর্জ তৌখিবা অদু। মর্জ তৌবা খুৎতৌ অদুদা পেন্নদবদগী হৌজিক ফাওবা নিংদোন পোম্লরি, মণিপুর প্রজানা। অকন্নবনা অচুম্বা শকপগী কাইদা ওইনা তৌখিবা অদুদা পেন্নদবনি। সরদার পটেলনা খজিক্তুং খন্থরমলগা অমদি মহাক্কী গভর্নর শ্রীপ্রকাসনা তহা তহাদনা প্রজাগী পুক্লিংগা ইবোইননা পাঙথোকপা য়াবম্বনি। অদুম তৌবল্লবদি ৱাবৌ পুকলৌনবমলোইদবনি।

কমদৌনা, কবম্বা ফিভমদা মর্জর এগ্রিমেন্টদা মহারাজনা সহী তৌখিবগে হায়বা অদু নৈনবা চুমগনি।

ভারতকী কেন্দ্র সরকারনা মণিপুরবু ভারত্তা পুনশিন্নবগী পাযখৎপা থৌরাং অমা ওইনা সার আকবর হায়দর আলিনা লৈখিদ্রবা মতুংদা শ্রীপ্রকাসপু অসামগী গভর্নর ওইনা হাপলে। রাৱাল ওমর সিংহবু মণিপুরগী দেৱান ওইনা হাপলক্রে। মখোয অনীমক সরদার পটেলগী খুৎচাবীনি। মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসনা নিংথৌগী 'গাদ্দি' মুথৎনবা আন্দোলন তৌবা মতমনি। মণিপুর প্রজা শান্তি নৎত্রগা পার্টিনা নিংথৌগী গাদ্দি মুৎথৎপা পামদে। ভারত্তা পুনশিনবসু পামদে। অদুনা মতম অদুদা মণিপুর প্রজাগী 'পব্লিক ওপিনিযন' অনী লৈখি হায়বদা লাপ্লোই। মবক অদুদা দেৱান ওমরসিংহনা কেন্দ্রদা থাখিবা রিপোর্ট অমদা অসুন্না পল্লী হায মদুদি 'মণিপুরগী কম্যুনিষ্ট পার্টিগী লুচিংবা হিজম ইরাবতনা বর্ম্মাগী কম্যুনিষ্ট পার্টিগা লৌতুনদুনা মণিপুর অদু মনিংতম্বা লৈবাক অমা ওইনবগী ইবাং শাগৎলি' হাযনা। মদু যান্না চুম্বদি নত্তে হায়না শেংদোক্লববসু ভারত সরকারনা মণিপুরবু ভারত্তা পুনশিন্নবগী থবক থুজিলহন্নবদি ওইখি। শ্রীপ্রকাসপু হিরম অসিদা থবক পাযখৎনবা মণিপুরদা থাবকখি। মণিপুরদা নোংমা নিনী লৈদুনা মহারাজ বোধচন্দ্রবু মর্জর এগ্রিমেন্টদা সহি তৌহনবা য়াগদ্রা হায়না য়েংবা লাকপনি। মহাক্না তান্নবা যাবা তান্নবদা থবক অদু ইম্ফালদা পাঙথোকপদা খুদোং চাবোই হাযনা লেপ্পদুনা হনখিবনি। গভর্ণরনা খুদোংচাগদবা তাঞ্জা অমা ঙাইবিঙেদা মহারাজ বোধচন্দ্রনা অসামগী গভর্ণর উনজগে হাযবগী শিলোংদা চে অমা থাখি। চে অদু ফংবদা শ্রীপ্রকাস অমসুং মহাক্কী এডভাইজর রুষ্টমজী য়ান্না হবাওখি। মখোযনা ঙাইবিবা তাঞ্জা অদু ফংলগনি খন্দুনা হবাউবগী ৱানি। মহারাজ বোধচন্দ্রনা উননিংলিবনা

মবম অমগীনি। মবম অদুদি অসিনি। বাৱাল্ ওমব দেৱান্না মহাবাজগী মথক্তা লৈনবা হোৎনবকপদগী থোকলকপা ৱাফম অমগী মবিদা ৱাকৎপা ওইনা শিলংদা লাকচগে হায়রুবনি। শ্রীপ্রকাসনা মহাবাজবু শিলংদা লাকপিনবা খঙহল্লকলে। খৃষ্টাব্দ ১৯৪৯ গী সেপ্টেম্বব ১৫ দা মহাবাজ বোধচন্দ্র শিলংগীদমক ইম্ফাল থাদোকখিবনা তাং ১৭ দা বেদলেন্দদা থুংই। তাং ১৮ গী অযুক্তা শ্রীপ্রকাসগা উনবদা মহাবাজনা অদুম খঙজবে মহাক লাংদা থুবে হাযবা।

লাংদগী নানথোক্রবা উপায যেংবদা মহাবাজনা লৈবিবা মফম অদু সেক্যুবিটিগী মীওইশিংনা পুমকোয কোযশিন্দুনা লৈবমলে। নাম্থোকপা খুদোং চাদ্রে। মহাবাজগী লন্নাই বোদিগার্দ কযামকম লোইনবকপনিনা গভর্ণবনা শিনবীবিবা সেক্যুবিটি অদু দবকাব ওইদ্রে লৌথোকপীখ্রো হাযনবদা যাদ্রে। হেন্নদুম্ চেৎশিনখ্রে। মহাবাজ বোধচন্দ্র অদু বন্দি ওইনা লৈবগা চপ মান্নখ্রে। তাং ১৯ দদি শ্রীপ্রকাস অদু যান্না চিনবনা তাং ২০ দা ৱাবি মপুংফানা শানবে। মর্জবগী ৱাফম অদুদি মণিপুব প্রজাগী মীহুৎনা শাবা এসেমব্লী অমসুং কাউন্সিল ওফ মিনিষ্টবগা তান্নদনা মহাবাজ বোধচন্দ্র মতোমতনা যাথোকপা ঙমলোই হাযনা কন্নদি মুক্লখি হায। অদুবু শ্রীপ্রকাসনদি মহাবাজদা অসুন্না খঙহনখি হায 'ভাবতকী কেন্দ্র সবকাবনা বিকোগনাইজ তৌবদি মহাবাজবুতনি, অতৈগী ৱা তাবা দবকাব লৈতে'। অসুন্না ঙাংনগদবা ঙাংনববদা চেনবা যাদ্রবদা খৃষ্টাব্দ ১৯৪৯ সেপ্টেম্বব তাং ২১ গী নুংথিল পুং ২ ৩০ তাবদা এডভাইজব রুষ্টমজীনা হান্ননা তাইপ তৌদুনা থমলব 'মর্জব এগ্রিমেন্ট' অদুদা মহাবাজ বোধচন্দ্রনা সহি তৌখ্রে। অদুন্না সহি তৌববা মর্জব এগ্রিমেন্ট অদু দিল্লিদা থাব্রগা ভি পি মেনন্ হাযবা কেন্দ্রগী মিনিষ্ট্রী ওফ ষ্টেটসগী এডভাইজবনা সহি তৌববা অমসুং অসামগী গভর্ণব শ্রীপ্রকাসনা সহি তৌববদা খৃষ্টাব্দ ১৯৪৯ ওক্টোবব তাং ১৫ দগী মণিপুব ভাবত্তা লুপশিনখি। চহি লিশিং কযাদগী মদোম লৈজবকপা মণিপুব ভাবত্তা পুন্সিনখ্রে। নিংথৌনা পান্দ্রে, এসেমব্লীসু মুথৎখ্রে। চীফ কমিস্নাব অমগী মখাদা সাসন তৌবা হৌখ্রে। মণিপুব সনা লৈবাক্কী ইতিহাসকী তাক্কক অমা হৌবগনি।

অহুমশুবা শরুক

# রাজনিতীদা খোঙদাবা

খৃষ্টাব্দ ১৯৩৮ গী নিংথমথাগী অযুক্তনি। ঐগা লোয়নবা অমগা ঐখোয় অনীমক শ্রীযুক্ত হিজম ইবাবত সিংহ (তুংদা নেতা ইবাবত হাযনা খঙনখিবা)গী সনা জন্মষ্টানগী লৈফমদা চৎলি। হান্না লৈবন্নবা মীশক কযামকমগা বাবি শান্নবা লোইববদা ঐখোযদা হংলকই, 'ইচাশা নখোয কবি লৈবগে? কদাইদগীনো'? ঐখোযনা খুম্মী, 'ঐখোয ওইনামদগীনি, ইম্ফালদা লাইবিক তমদুনা লৈজবনি। ঐখোয মহাসভাদা যাওজগে অদুগা ওইনামদসু মহাসভাগী মিটিং অমত্তা তৌবীযু, ঐখোয শিঙ্গগে হাযবা লাকচবনি।' শ্রী ইবাবতনা হাযবীবকই, 'ইচাশা, নখোয়বু লাইবিক তমলি হাযবা নৎত্রনে? ছাত্র ওইবিঁঙেদদি বাজনীতি যাওদবনা ফগনিনে। হযেং লাইবিক তম্বা লোযবগা যাও, হৌজিক্তগী য়াওখিগনু'। ঐখোয়না খুন্নম্মী, 'ঐখোয় য়াওজগে, লাইবিকসু থবাই যাওনা অদুম্মক তমজগে'। ঐখোয়না যান্না কন্না থবাই যাওনা হায়জবা অদুদা যাবীবে। 'নখোযবু যাওবা য়াদে হাযবা নৎতেদা। ফবে, ফোর্ম অসিদা মীং চনশিল্লো। বুক অসিমগা পুখ্রো। অতৈ মীং চন্নিংবা লৈববদি চলহল্লু। অদুগা ওইনামদা মিটিং তৌনবগীদমক্তদি নম্বোল সালিস পঞ্চাযেটতা থবক তৌবা মাইমোম মধুমঙ্গল কৌবা অদুগা উনবগা তান্নৌ। মঙোন্দা লোইনা শিন্নববনি।'

## ওইনামদা মহাসভাগী মিটিং

লিংখৎপা হৌবা মতমদা শ্রীযুৎ মহাবাজ চুবাচান্দনা প্রসিদেন্ট ওইবা, অঙম অথৌ ফন্নাইবা কয়ামকমসু য়াওবা নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভানি। অদুগুম্বা মহাসভা অদু হৌজিক্তী পুমহোং হোংলে। মীংসু খবা হোংলে। নিখিল মণিপুবী মহাসভা কৌবে। মহাবাজনা প্রসিদেন্ট ওইদ্রে। সবকাবগী মখাদা থবক তৌবা পুন্নমক মহাসভা অসিদা য়াওবদা অথিংবা থমলে। মহাসভা অদু বাজনীতি দল অমনি হায়বা সবকাবনা লাওথোকখ্রে। পঞ্চায় মেম্বব ওইবদগী তোক্কুনা শ্রীহিজম

ইবাবতনা মহাসভা অদুগী প্রসিদেন্ট ওইবে। নিংথৌগী শক্তি কিবদগী সবকাবগী থবক তৌবা লোয়ননা ফম্নাই তুনাইবা অয়াম্বা ইবাবগুগী লাপথোক্লবা মতমনি।

ওইনামদা মহাসভাগী মিটিং তৌনবা নুমিৎ লেপলে। খৃষ্টাব্দ ১৯৩৯ গী পোযনু লোইবকপা মতমদনি। মিটিং অদু ওইনামগী অহল-লমন ফম্নাইবশিংনদি তৌবা যাবোই হায়না থিংলে। নহাবোল মখৈনদি মিটিং অদু পাঙথোক্লবা শিম্লে। খৎনা চৈনবা থোকপা যানা লৈবে। কমদৌসিগে? অহল-লমন হাযবিবা অদু নহাবোল মিটিং শিম্লিবা ঐখোযগী ইপা ইপু ইখুবা ঙাক্তনি। অদুনা ঐখোয ঐখোয়গী অহল ফাদোক্লবসি হায়না নহাবোল ঐখোয়মখৈনা লেপ্পবে। খুল পুবিবশিংগী মনুংদা যুম্নাম তোমচৌ-চৌকিদাব, যুম্নাম সেনাহল ইপুবোক্সি। মখোয অনী অদুনি যাম্না শাথিবিবা। অমনা সবকাবগী থবক তৌবা চৌকিদাবনি। অমনা নিংথৌগী সেনাহল ফম্নাইবনি। মখোয অনীবু য়াহনবা হায়বা অদু ঐগী শক্কনি। ঐবু পোকপা লৈখিদবদগী ইপু অনী অসিনা ঐবুদি যাম্না লুনা তৌজবনি। ঐনা মখোয় অনীবু যাহল্লবদা অতৈদি লুনা থোকত্রে। অদুম তৌনা মিটিং অদু মমাং লৈকাইদা 'ঐঙ্গা হৈবী' হাযবগা খঙনবা অদুগী অচৌবা মাগুপ অদুদা পাঙথোকখি। মিটিং অদুদা মী যাম্না তিনখি। শ্রী ইবাবতনা পুং অমা হেন্না বা ঙাংখিবা অদুদা মী পুম্নমক মুনখি। শ্রী মুতুম মেবানা প্রসিদেন্ট, শ্রীযুম্নাম যাইমা (অইবা) না সেক্রেটবী ওইদুনা মহাসভা অদুগী ব্রাঞ্চ কমিটি অমা ওইনামদা শেমখি। অদুম তৌনা ঐহাক্কী পুম্নিগী খোঙচৎতা বাজনীতিদা খোংদাবা হৌখি, খৃষ্টাব্দ ১৯৩৮ দগী। মতম অদুদা ইশাগী চহি কুন শুদ্রি।

## মণিপুরগী নুপী লাল

মণিপুবদা সাহেবনা পাল্লবদা, খৃষ্টাব্দ ১৯০৪ দা সাহেবকী বাঙ্গলো অমা মৈনা চাকখি। বাঙ্গলো অদু হৌজিক্কী মণিপুবগী চীফ মিনিষ্টবনা লৈবিবা ইংখোল অদুগী মনুংদা শাবনি। উ-বানা শাবা ই-না কুপ্পা বাঙ্গলোনি। মৈ থাবম্বা মীশকশিং অদু ফাবা ঙমদবদগী ইম্ফাল এবিয়াদা লৈবা নিপা মখৈনা মৈ চাকপ্পবা বাঙ্গলো অদুগুম্বা অমা শিংগদবনি হায়না বোডো সাহেবনা হুকুম তৌবে। হুকুম অদুগী মতুং ইন্না নিপা কয়ামকমদি বা, পযা, ই পুদুনা বাঙ্গলো শানবা লাক্লববনি। হুকুম অদুগী অকুপ্পা মবোল অদু নুপীশিংনা খঙনবকপদগী হুকুম অদু চৎনবা যাবোই হায়না নুপী কাংলুপশিংনা হৌবকপনি। নিপাশিংবু বাঙ্গলো শানবা চৎপা

থিংলে। নুপীশিংনা হৌনবগা লাকপা লম্বীশিংদা সিপোয়না থংলে। থোং কয়াদা থিংলে। নুপীশিংনা তুবেন্দা চোংথদুনা ইবোইদুনা লাল্লগা বাঙ্গলো শাফমদা লাক্লুনা নিপাশিংগী মখুত্তগী রা, পয়া, খুংগু খুংলাই মুন্দুনা থবক শুহল্লে। অদুম তৌনা বোরো সাহেবগী হুকুম অদু থবক্তা ওল্লোকহনখিদে। মমৈথংদা হুকুম অদু ককথংখি। সাহেবনা পাল্লবা মতুংদা সাহেবগী শক্তীগী মাযোক্তা লেপখিবা নুপীশিংগী ইহৌ 'অহানবা নুপী লাল' হায়না খঙনবে।

## নুপী লান অনীশুবা

খৃষ্টাব্দ ১৯৩৯ দা মণিপুবদা 'নুপী লান অনীশুবা' থোকখি। রাহৌদি, মণিপুবদগী মপান্দা চেং থাদোকপগী মতাংদা নুপীশিংনা যানিংদদুনা হৌবা আন্দোলন মখল অমদগীনি। ফৌ-তাইবা নংতনা তৌনিংঙাই লৈত্রবা লৌমীশিংনা মখোযগী পোংথোক ফৌ অদু যণগাড়িদা পুখংলক্লগা ইম্ফালদা লৈবা চেং তকপা বাইস মিলশিংদা পুন্না পুন্না তাইথোক্লবকপদগী কৈথেলদা চোইনা ফৌ রানবা ফংনবমদে।

সঙবাই অমা, লিখাই অমা, লাইতং অমা রানবা ফংনবক্তবদগী হৌবকপা ইহৌনি। ফৌগী মমলসু সঙবাই অমদা মখাইদা পীবম্বনা লুপা অমা যৌবকপদগীনি। মতম অদুদা ইম্ফালগী এবিযাদা বাইস মিল মশিং ১৪ লৈবে। মখোয়না পোযনুদা অফংবা ফৌমখৈ খোমজীল্লগা ষ্টোক তৌখিবা অদুনা ফৌ রাল্লগা চাবা মীশিংদা মীপায়বা পোক্লখি। ফিভম অদু খন্নবদা দববাব মেম্ববশিংগী মবক্তসু মোং খেন্নখি। খবা অমনা ফৌ-চেং মণিপুবগী মপান্দা থাদোকপা থিংবা পাম্মী। খবা অমনা পামদে। অদুবু রাফম অসিদদি মহাবাজনা থাগে থাবোই ঙম্মী। খৃষ্টাব্দ ১৯৩৯ গী দিসেম্বর তাং ১২ দা নুপীশিংনা চেং থাবা থিংবীয়ু হায়বগী আন্দোলন হৌবা নুমিৎ অসিদা বোবো সাহেব অদু অবাপ্পা মফম অমদা তুব চংখি। মণিপুবগী মহাবাজনা নবদ্বীপ্তা লৈখি। মতম অদুগী দববাবগী প্রসিদেন্ট মিষ্টব শার্প (Sharp)কৌবা অমনা ওই। মহাক্লা নুপীশিংদা হায়বে, 'চেং থাবা থিংনবা হুকুমদি মহাবাজগী অয়াবা অমা যাওদ্রবদি থোকপা য়াবোই'। নুপীশিংনা মিষ্টব শার্প (Sharp)পু দববাবদগী টেলিগ্রাম ওফিস তাম্না পুবক্লগা মহারাজদা টেলিগ্রাম তৌহল্লী। টেলিগ্রাম থাখিবা অদুগী পাওখুম মহাবাজদগী লাকত্রিফাওবা প্রসিদেন্ট অদু চংখিবা য়াবোই হায়দুনা থিংদুনা

নুপীশিংনা থমগ্রে। প্রসিদেন্ট সাবপপু ঙাক্লনবা অমসুং লৌথোক্লবা আসাম রাইফলসগী সিপোইশিংনা শঙীন চার্জ তৌবে। মণিপুর পোলিস ফোর্স অমনা লাথি চার্জ তৌবদা নুপী কয়ামরুম শোকখি। থৌদোক অসিবু অনীশুবা নুপী লান হায়না খঙনবে।

নুপী লান অসিগী মখা তাবকপা থৌরমশিং পাঙথোকপদা শ্রীহিজম ইরাবত যাওরবে। অহানবগী মতাং হায়বদি দিসেম্বর ১২ দদি মহাক মণিপুরগী রাংমদা লৈখিবা মরম্না মশা হকথেংননা যাওখিদে। নুপী লানগী পাও তাবদুনা ইম্ফালদা থোরক্লবদা মণিপুর মহাসভাগী রার্কিং কমিটি ফমদুনা থৌদোক অদুগী মরিদা খন্নখি। কমিটি অদুগী মনুংদা মোৎ অনী থোকলে। শ্রী ইরাবতনা পাম্বনা, মহাসভানা থৌদোক অদু লৌখৎলগা আন্দোলন তৌবনি। অতোপ্পা কাঙবু অমনা রাফম অদুদা যানিংদবনি। মোৎ খেৎনবকপদগী শ্রী ইরাবতনা লুচিংদুনা 'মণিপুর প্রজা সম্মীলন্নি' হায়বা পার্টি অমা শেমলে। পার্টি অসিনা শিন্দুনা পোলিসলেন হায়বা মফমদা মিটিং অমা তৌবদা ইবাং থোকখি। ইবাং অদুগী মরি লৈনবদা খৃষ্টাব্দ ১৯৪০ গী জানুযারি ৯ দা শ্রী ইরাবতপু মহাক্কী মযুমদগী ফাখি। মহাক ফাদুনা পুরা অদুগী মতুং ইন্দুনা খরা লাপলপ্না ঐখোয নহাবোল খরা কপ্না কপ্না ইন্নরম্মী। মফম-মরাং মথোং-মরম ইখঙ খঙদনা শ্রী ইরাবতপু জেলদা পুশিনখিবা অদুদা কপ্পুনা ইন্নরম্মী। ইশামক্তী শ্রী ইরাবতপু নুংশিজররসু পার্টিদি মহাসভাদা অদুম যাওরি। মণিপুর প্রজা সম্মীলন্নি অদুদদি খক যাওখিদে। অসুম্না নুপীলান অনীশুবা অদুগা মরি লৈনবদা থোকখিবা থৌদোক রাথোক কযাদা তুংইনবা কাংলুপ্তা য়াওরকই, মাংজিল থাবকখিবদি নৎতে। মিটিং মফমদগী থানা সিপোইদা নুংনা থাবগুম্বদা থরাই যাওরনি, ইঙাও ঙাওনা। অহানবগী নুপী লানগীদি চুম্নতা পাওদম্বনি। অনীশুবগী নুপী লান্দদি ইশামক যাওরকই। ইমিৎমক্লা উবকই। তৌবতবু তুংইনবনি।

## জপান লান মনুংদা

পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও মনুংদা মণিপুরদা শোক্লখিবা লান অদু অযাম্বনা জপান লান হায়না খঙনৈ। শ্রী সুভাসচন্দ্র বোসনা লুচিংবা আই এন এ গী ফোর্স অদুগা জপানগী ফোর্সকম্না মীচঙ ওইদুনা শোক্লবা লাম্নি হায়বা অদু খঙনবা তাকপা য়াওদ্রবদি মতমদুদা পাকশন্না খঙনদে। নেতাজীগী লুচিং মখাদা ইন্দিযান

নেসনেল আর্মি লিংখৎলকপা, নেতাজীগী তৌবা ঙম্বা শক্তী, মহাক্কী মথৌনা মবিংজেল লৈবা পুন্নমক পুথোক্তুনা বাংখেম জ্ঞানেশ্বর কৌবা অদুনা বাবি লিবা হৌবকই। মহাক নম্বোলদা লৈবনি। মহাক বেঙ্গলি নিংথীনা খঙই। মহাক্কা আনন্দ বাজার প্রতিকা পাদুনা থোকলিবা থৌদোকশিং অদুগী মবিক চুম্বা বাবী-বাতাই কয়া শাদুনা নহাবোল ফাজিল্লম্মী। ঐহাকপুসু কন্না ইনফ্লুএন্স তৌবম্মী। মহাক্কী প্রোপোজেলগী মতুং ইন্না নম্বোলদা আই এন এ গী ব্রাঞ্চ অমা লিংখৎলম্মী। ব্রাঞ্চ অদুগী পান্দমদি লাল অদুদা আই এন এ গী ফোর্স অদুনা মণিপুবগী লমদা লানশিল্লক্রবা মতমদা মতেং পাংনবনি। ব্রাঞ্চ লিংবা যাই যাদে খঙদনা মথোং মবম ইখঙ-খঙদনা হেক্তা লিংখৎপনি। ঐবুনা সেক্রেটবীনি হাযদুনা লাওথোকই। ঐখোয় নহাবোল কযা পুন্দুনা জ্ঞানেশ্ববনা লুচিংদুনা লাও খোংদুনা প্রোসেসন চৎলি। 'দিল্লি যৌনা চংশিল্লু', 'নেতাজীকি জয' নচিংবা লাওরম্মী। জপানগী এবোপ্লেন্দগী থাদবকপা নেতাজীনা নম্বা পামফ্লেট, "Give me blood, I will give you Freedom" অদুগী চবুন চবুন খুল্লগা য়েনথোকপগী থবক পাঙথোক্রম্মী। আর্মি সিপোইশিংনা পামফ্লেট অদু থিবা লাক্রম্মী, লোযননা পামফ্লেট অদু পায়বম্বশিংবু থীনা তৌবম্মী। অদুনা কোইবোৎ লোৎনবম্মী। লান কনশিল্লকপগা লোযননা পুমচাই চাইনখিবদগী ব্রাঞ্চ অদুসু অদুম মুৎখ্রে। জ্ঞানেশ্ববদি মাগী নুপীগা লোযননা আই এন এদা যাওবগে হাযদুনা বর্ম্মাদা চৎনবা মোইবাংলোমদা চৎখি। যাঙ্গোই তুবেল মবিলদা হি তোংদুনা চৎখি। ঐদি যাঙ্গোই তুবেল তোর্বান্দা লাল চেন্দুনা লৈখি। জ্ঞানেশ্ববনা হিনুংদগী লাওবকই, 'যাইমা, ঐখোয চৎলমলগে, সোযদনা লাকউকো'। অদুম ওইনমক ঐহাক্তি চৎখিদ্রে। মিলিটবী পোলিসনা ঐহাকপু ফাবা লাকপদা যাঙ্গোই তুবেল ঈশিং যান্না চাওবদগী লাম্থোবকপা খুদোং চাদবদগী ফাদনা হনখি। আন্দবগ্রাউন্দা লৈদুনা মণিপুবদা চংশিল্লক্রবা আই এন এগী লানমীদা পাংবা ঙম্বা মতেং পাংলম্মী।

## লান লোয়রবদা

অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও লোইবে। বৃটেন, ফ্রান্স, অমেবিকানচিংবা লৈবাকশিংগী চুংশিন্নবা ফোর্সনা লান অদু ঙমলে। ডিক্টেটবনা চলাইবা লৈবাকশিং জর্মন, ইটালি মাইথীরে। বশিয়াগী মখুৎতা জর্মনসু যান্না থীনা মাইথীরে। জপান্দা আমেবিকানা এটোম বোম অনীখক হিবোসিমা অমসুং নাগাসাকিদা থাদবদগী জপালসু বৃটেন, আমেবিকাদা সবেন্দর তৌবে। খৃষ্টাব্দ ১৯৪৬ অসি পৃথিবীদা

য়াম্না চাওনা অহোংবা অমা পুবক্লবগী য়াম্না মরুওইবা চহিনি হায়বা য়াই। পৃথিবীদতা নৎত্না পীকপ্রবা ষ্টেট মণিপুবদসু অহোংবা অদুগী মমি তাই। পৃথিবীগী মনিং তম্নবা লৈবাকশিংগী পব্লিক ওপিনিয়নগী মতুংইন্না পৃথিবীদা তুংকোইনা শান্তী লৈনা পান্নবগীদমক ব্রিটিস ইমপিবিএলিজম অদু মুৎথৎপা চুমলে। অদু নৎত্রবদি খবা লৈবগা অহুমশুবা লাঞ্জাও অমুক হৌবকলোই হাযনিংঙাই লৈতে। পাব্লিক ওপিনিযন অসিগী মতুং ইন্না ভাবতপুসু মনিং তমহনবা চুমলে হায়না বৃটেন্দা অকনবা শাফু পীবে। বৃটেন মশামক্কী প্রজাশিংনসু ভাবতপু মনিং তমহনবা পান্নবে। মতম অসিদা ভাবতকীসু মনিংতম্নবগী অবোইবা খোঙথাংদা চংশিল্লবনি। ভাবতবাসি পুম্নমক্কী মপুক্লিংদা 'স্ববাজ' দি লেপ্পমক ফংলগনি হাযনা থাজনবে। লাইবক থিবীবা হাযববু মিষ্টব জিনাহনা লুচিংদুনা ভাবতপু অনী থোক্লবা ইন্দিযা অমসুং পাকিস্থান হাযনা খাইদোক্লবগী লানথেংনবা অদুতা ঙাইবে।

ভাবতকীনা ভাবতকি ওইখিসনু। পিক্লবা মণিপুবদা হোংলক্লিবা বাজনীতিগী ওইবা অহোংবা অদুদা য়েংলসি। মণিপুবদা যেৎননিংঙাই ওইদ্রবা বাজনীতিগী লুচিংবা ওইবম্বা শ্রীহিজম ইবাবতনা নিখিল মণিপুব মহাসভাদগী মোৎ খেন্নবক্তুনা থোবক্লগা মণিপুব প্রজা সন্মীলন্নি, মণিপুব প্রজা সঙ্ঘ, মণিপুব কৃষক সভা কৌবা দলশিং শেমগৎখ্রে। খৃষ্টাব্দ ১৯৪৬ গী এপ্রিল থাদগী যেৎনদুনা, মুক্লদুনা মহাসভাগী মনুংদা, লৈবকপা অদু যাবকত্রদুনা আগষ্ট থাদদি মহাক নাখে শেংনা মহাসভাদগী বিজাইন তৌখ্রে। অতোপ্পা লিখুন অমগী মতুং ইন্নদি মহাকপু মহাসভাদগী তাম্থোকপনি হায়। অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু শ্রী ইবাবত অদু মহাসভাদা লৈত্রে।

## নোংচুপ মণিপুর মহাসভা

শ্রী ইবাবতনা মহাসভাদগী তোকখ্রবদা মণিপুবগী নোংচুপ পাংবা মাইকৈবোমদা লৈবা মহাসভাগী কর্ম্মী অয়াম্বদা চবাংনবা অমা থোকখি। শ্রী ইবাবতনা কম্যুনিষ্ট পার্টিদা যাওপ্রবনা মহাক্কী মতুং ইনবসু পান্নদে। অদুনা প্রজা সন্মীলন্নি অমদি প্রজা সঙ্ঘদা য়াওনিংখিদে। মালোম, ফোইজ্জীং, নম্বোল, ওইনাম, কৈনৌ, বীষ্ণুপুব, পোৎশংবম, নিংথৌখোং, মোইবাং অমসুং কুম্বী লমশাঙ অসিদা লৈবা মহাসভাগী কর্ম্মীশিং অদু বাজনিতীদা মাইপুনববনা অয়াম্বনি। ঐখোযনা পুন্না লৈমীন্নদুনা প্রজাগী সেবা তৌসি হায়বগী অচেৎপা ফিবেপ লৌবে।

ইম্ফাল লমদা লৈবা লুচীংবশিংনা মখোয় মখোয়গী খুদোংচাবা থিনবদা মুক্লবদগী যাওদনবা ফিরেপ লৌরে। কর্ম্মীশিং অদুনা মিটিং কয়াবক তৌববা মতুংদা 'নোংচুপ মণিপুব মহাসভা' কৌবা সংস্থান অমা শেমখি। সংস্থান অদুগী ঐহাকপুনা জেনরেল সেক্রেটরী অদুগা নিংথৌখোংদগী স্নখ্বা লমফেলম্নাবুনা প্রসিদেন্ট খন্দুনা হৌদোকখি। তৌইগুম্বসুং সংস্থান অদু কুইনদি লৈখিদ্রে। মণিপুব মহাসভা মুথৎপগা ইবোইননা অদু ম্মক সংস্থান অদু মুথৎখ্রে। মণিপুব কংগ্রেস পার্টি সেম্বদা অদুম যাওশিনখ্রে।

মতম অদুদা মণিপুবগী বাজনীতি তৌবা অযাম্বসু ভাবতকী মনিংতম্বা যান্না থুনা ফংলগনি, মদুগা ইবোইননা মণিপুবসু মনিংতন্নগনি হাযনা চপচানা থাজনবে। ব্রিটিসনা ভাবত থাদোক্লবদা মণিপুবদগীসু ব্রিটিস চৎখিগদৌবনিনা মণিপুবদা অহোংবা কযা লাক্কদবা অদু খঙনবে, উনবে। মবম অদুনা বাজনীতি দল পুন্নমক পুনশিন্নবগা মপাঙ্গল কননবা বাজনীতি দল অমতমক লৈননবা খন্নবা হৌনবে। হাযবিবা অদুবু থবক ওইনা পাঙথোক্লবগীদমক্তা ওবগেনাইজিং কমিটি অমনা বাজনীতি দল পুন্নমক্কী ওইবা মিটিং অমা কৌবে।

মিটিং অদু এবিযান থিয়েটব হোলদা খৃষ্টাব্দ ১৯৪৬ গী ওক্টোবব ৪ দা ফমখি। বাজকুমাব ভুবনস্নানা মিটিং অদুগী প্রসিদেন্ট ওইখি। শ্রীযুন্নাম খোইমচা সিংহনা মিটিং অদু কন্দক তৌখি। মিটিং অদুদা নিখিল মণিপুব মহাসভাগী মীহুৎশিং, মণিপুব প্রজা সঙ্ঘগী মীহুৎশিং অমসুং মণিপুব কৃষক সভাগী মীহুৎশিং যাওখি। মিটিং অদুগী মমাংদা মণিপুব প্রজা সম্মীলন্নিদি প্রজা সঙ্ঘদা পুনশিনখ্রবনি। মিটিং অদুদা খন্নবা য়াবা, যেৎনবা যাবা কযা খন্ন-নৈনববা মতুংদা পাটি অহুম অদু মুৎথৎলগা মণিপুব ষ্টেট কংগ্রেস কৌবা পার্টি অমা শেম্বা লেপ্পবে। অদুম হায়না শেন্নবা পার্টি অদুগী থৌ পুনবা বার্কিং কমিটি শেন্নবগী মতাংদদি য়ানবা পুবকপা ঙমদ্রে। য়ানদবগী মব্দ ওইবা বাফমদি শ্রীহিজম ইবাবতপু কমিটি অদুদা যাওহনবা অমসুং য়াওহন্দবগী মতাংদনি। শ্রী ইবাবতনা ভাবতীয় কম্যুনিষ্ট পার্টিদা যাওদুনা লৈবিবনিনা কংগ্রেস পার্টিদা য়াওবা য়াবোই হায়বা বাফম অমা পুখৎলকপদগী য়েৎনবা অদু লাওন-খোৎনবা ফাওবা যাওনরে। মদুদগী হেন্দোক্লুনা খৎন-চৈনবা থোবকপা য়ানা লৈবে। প্রসিদেন্ট ওইবিবনা লাওথোকলে, 'ইবাবত কংগ্রেসতা য়াওগে হায়ববদি ভাবতীয় কম্যুনিষ্ট পার্টিদগী মহাক্না হান্না তোকখিবা তাই'। শ্রী ইবাবতনা মদুদা য়ানিংদবগা লোয়ননা মিটিং অদুদগী মপান থোকখি।

মহাক্কী মতুংইন্দুনা প্রজা সম্ম অমসুং কৃষক সভাগী মীহৎশিং অদূসু মিটিংদগী মপান থোকখি। অদুগী মতুংদা লৈহৌবিবা মীথিং অদুনা নৌনা শেন্নবা কংগ্রেস পার্টি অদুগী থৌ পুনবা কমিটি অমা শেমলে। কমিটি অদুগী প্রসিদেন্টনা শ্রীবাজকুমাব ভুবনস্না অদুগা শ্রীয়ুন্নাম খোইমচানা জেনবেল সেক্রেটবী ওইবে।

খৃষ্টাব্দ ১৯৪৬ ওক্টোবব তাং ৪ অসি মণিপুবগী বাজনীতিগী ইচেলদা যান্না মক্ক ওইশ্রবা নুমিৎ অমা ওইবে। খৃষ্টাব্দ ১৯৩৪ মেগী তাং ৩০ দা নিখিল মণিপুবী হিন্দু মহাসভা লিংখৎখি। নুমিৎ অসিদা মহাবাজ শ্রীযুৎ চুবাচান্দনা সভাপতি ওইখি। খৃষ্টাব্দ ১৯৩৮ দা মহাসভা অদুগী প্রসিদেন্ট শ্রীহিজম ইবাবতনা ওইখি। মদুদগী হৌনা মহাসভা অদু পোলিটিকেল পার্টি অমা ওইবে হাযনা সবকাবগী মাইকৈদগী লাওথোকখি। অদুগুম্বা বাজনীতি দল ওইব্বা মহাসভা অদু খৃষ্টাব্দ ১৯৪৬ ওক্টোবব ৪ দগী মুৎথৎখ্রে। শ্রী ইবাবতকী পোলিটিকেল কেবিযাবদসু 'ভবনিং পোইন্ট' অমা নুমিৎ অসিদগী ওইখি। নিংথৌগী মম্মাক ইবুংঙো ওইদুনা, সদব পঞ্চায়গী মেম্বব ওইদুনা নুংঙাই য়াইফনা পাল্লম্বদগী পুন্নমক থাদোক্লগা বাজনীতিদা যাওশ্রবা শ্রী ইবাবত অদুনা নুমিৎ অসিদা কংগ্রেস পার্টিদা যাওদুনা অদুম চৎথবন্নবদি মহাক্কী বাজনীতিগী পুন্সি অদু অতোপ্পা মওং অমদা ওইবমগনি। পুন্সি অদু ফম্নাই-তুনাইবগী পুন্সিবোমদা ওইবমগনি। 'নেতা ইবাবত' ওইবমদবসু যাই।

শ্রীয়ুন্নাম খোইমচানা ঐঙোন্দা য়াম্না থাজবা থম্বগা লোয়ননা য়াম্না লুনা তৌবদগী মহাক্না কংগ্রেস পার্টিগী জেনবেল সেক্রেটবী ওইনা থবক পুবদগী হৌনা মহাক্কী থবক্তা ঐহাক্না মতেং পাংবা হৌবকখি। এবিয়ান থিয়েটবগী মিটিং অদুদা হৌবদগী লোইবা ফাওবা ঐহাক শব্দক যাখি। খৃষ্টাব্দ ১৯৪৭ গী জুলাই ১১ দা নম্বোলদা কংগ্রেসগী মিটিং অমসু তৌখি। মদুদসু ঐহাক শব্দক য়াখি।

## কনষ্টিট্যুসন মেকিং কমিটি

ভাবতকী নিংতম্বা ফংনবগী আন্দোলন্দসু অবোইবা তাক্কক যৌবে। ইকুই কুইদনা ভাবত স্বাধিন ওইবগনি হায়বদা চিংননিংঙাই ওইবক্লে। ইবাং খঙবগা লোযননা মহাবাজ বোধচন্দ্রনা মণিপুবদসু অনৌবা সাসন মওং খবা হোংদোক্লবা ফিভম শেমলে। অদুম্নদি ওইবগা মহাবাজ অসিনা মণিপুবদা অথুবা মতমগী মনুংদা আইন সভা লিংখৎপগী বাদি লৈতে। মতম অদুদা ওইবা মণিপুব প্রজাগী ফিভম যেংলগা প্রজাদা লৈবাক ভাকপগী শক্তী শিন্নথোকপা চুমদে হায়না খন্দগী মহাবাজনা শক্তী অদু পায়শিন্দুনা থমলিবনি। মহারাজ অমসুং মহাক্কী

এডভাইজবশিংনা থাজবম্বা তাই, মদুদি ব্রিটিসনা ভাবত থাদোক্লুনা চৎপ্রবসু মণিপুবদি নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা ওইনা অদুম লৈহৌগদবনি। থাজবা অদুদা যুমফম ওইবগা মহাবাজনা খৃষ্টাব্দ ১৯৪৬ গী দিসেম্ববদা 'কনষ্টিট্যুসন মেকিং কমিটি' অমা শেম্লগনি হায়না লাওথোকলে।

খৃষ্টাব্দ ১৯৪৭ গী জানুযাবি ২১ দা পাঙথোকখিবা কনষ্টিট্যুসন মেকিং কমিটিদা যাওনবা প্রজাগী মীহুৎ খনবগী মীখল অদুগী মতুং ইন্না 'টহ্শীল' মণ্ডাগী মীহুৎ ওইনা মখাগী মীশকশিংবু খল্লে —

তম্পাক্কী মীহুৎ ওইনা ঃ

১। নিংথৌজম লৈবেল দোক্তব — ইম্ফাল ইষ্টকী মীহুৎ ওইনা।
২। সিনাম কৃষ্ণমোহোন সিংহ — ইম্ফাল বেষ্টকী মীহুৎ ওইনা।
৩। লাইশ্রম যোগেশ্বব সিংহ — থৌবালগী মীহুৎ ওইনা।
৪। ইবোম মেবা যাত্রা সিংহ — ময়াং ইম্ফালগী মীহুৎ ওইনা।
৫। দ্বীজমনি দেব শর্ম্মা — বীষ্ণুপুবগী মীহুৎ ওইনা।

চীংগী মীহুৎ ওইনা ঃ

১। ডাইহো
২। থাংখোপাও
৩। এম কে সিমবে
৪। তিয়ানখম
৫। তেবা কিলোং

কনষ্টিট্যুসন মেকিং কমিটি অদুগী মপুং ফাবা মেম্ববশিংদি মখাগী অসিনিঃ

| | | |
|---|---|---|
| ১। | পি এম এস দি — দববাবদগী | ১ |
| ২। | সৌগাইজম সমরেন্দ্র —দববাবদগী | ১ |
| ৩। | কাজী বালি উল্লা — দববাবদগী | ১ |
| ৪। | লাইবেলময়ুম ইবুংঙোহল—দববাবদগী | ১ |
| ৫। | অশাংবম ইবোতোম্বী—মহাবাজগী নোমিনী | ১ |
| ৬। | তমগী টহ্শীল মণ্ডাগী মীহুৎশিং | ৫ |
| ৭। | চীংগী এবিয়া মণ্ডাগী মীহুৎশিং | ৫ |
| | অপুনবা | ১৫ |

কমিটি অসিগী মেম্বব ওইনবা মীখল তৌবা অদুদা কংগ্রেসকী মীরেপশিং কাননবা হোৎনবদা ঐহাক অচৌবা শকক য়াবকখি।

## তোকঙা অমা

খৃষ্টাব্দ ১৯৪৭ গী মে থাখাই অদুবাইদা তোকঙা অমা কম্না শন্দোকখ্রে। তোকঙা অদুদি অসিনি। মণিপুব অসি বর্মাদা তিন্নবা থৌবাং লৈবে হায়না ঙাংনবকপনি। মব ওইবদি 'হিন্দুস্থান ষ্ট্যেন্দর্ড' কৌবা নেসনেল পেপব অদুদা থংনা থংননা আর্টিকল খবা ফোঙনবকপদগী থোক্লকপনি। বর্মাগী মতম অদুগী ইন্টবিম গভর্মেন্টদা ডিপুটি চেয়্যাবমেন ওইবা আউন সান (Aung Sang) অমসুং অতৈ হায়বদি ভি বা (V Ba) অমসুং চো (Choe) কৌবা ইনফোর্মেসন পুবনা মণিপুব অসি বর্মাগী মনুং চনবা লমনি হায়না দাবী তৌবা লৈ হায়না ফোঙবনি। ৱাফম অদুদা মণিপুব পুন্নমক্লা যানিংদবা ফোঙদোক্লখি। তোকঙা অদু অদুম্মক তোকঙা ওইদুনা লোইশিনখি। চৎনবা যাবা ৱাফম ওইখিদে।

## ইন্টরিম গভর্মেন্ট লিংবা

খৃষ্টাব্দ ১৯৪৭ আগষ্ট ১৫ নংনবা মণিপুব ইন্টবিম গভর্মেন্ট অমা লিংবগী তঙাইফদবা লৈবে। ইন্টবিম গভর্মেন্ট অদু পূনবা হাপ্লবা কাউন্সিল ওফ মিনিষ্টবশিং অদুদি মখাগী মীশকশিং অসিনি ঃ —

| | | |
|---|---|---|
| ১। মহাবজ কুমাব প্রিয়ব্রট সিংহ | — | চীফ মিনিষ্টব |
| ২। কোনজেংবম গৌবো সিংহ | — | মিনিষ্টব |
| ৩। বাসিবউদ্দীন আহম্মদ | — | মিনিষ্টব |
| ৪। সিনাম কৃষ্ণমোহোন সিংহ | — | মিনিষ্টব |
| ৫। বাজকুমাব ভুবনম্না সিংহ | — | মিনিষ্টব |

কাউন্সিল অসিনা আগষ্ট তাং ১৪ গী অয়ুক পুং ৮ দগী চার্জ লৌবে, লোয়ননা মমাংদা পুবম্বা কাউন্সিলগী মিনিষ্টব পুন্নমক টবমিনেট তৌবে। মথংগী নুমিৎ আগষ্ট তাং ১৫ দদি ভাবতনা স্ববাজ ফংবগী হবাউনবনা পুমনিল নিলখ্রে। মণিপুবগী মফম পুন্নমক্তা মচু অহমগী ফিবাল পায়হন্দুনা 'বন্দে মাতবম' লাওদুনা পুমনিল নিলখি।

## মণিপুরগী অহানবা কংগ্রেস বার্কিং কমিটি

ইন্টবিম কাউন্সিল ওফ মিনিষ্টব হান্নগী মতাংদা নিংবা থুংনদবা য়াওবদগী মণিপুব ষ্টেট কংগ্রেসকী মনুংদা খাইবুং-খাইবুং তৌনবে। খৃষ্টাব্দ ১৯৪৭ গী আগষ্ট ২০ অমসুং ২১ দা মণিপুব ষ্টেট কংগ্রেসকী বিপ্রজেন্ট্যাটিব কাউন্সিলগী অহানবা সেসন ফমলে। মফমনা পণ্ডিত অতোম্বাপু শর্মাগী হোলদা ফম্বনি। নুমিৎ নিনী চুপ্পা ফম্বা সেসন অদুনা নৈনবা য়াবা নৈনববা, খন্নবা য়াবা খন্নববা মতুংদা মখাগী মেম্ববশিংবু মণিপুব ষ্টেট কংগ্রেস পার্টিগী বার্কিং কমিটিগী ওইনা থবক পুননবা খল্লে ঃ

(১) পোৎশংবম তোমাল (চিংঙামখা), প্রসিদেন্ট (২) লাইশ্রম যোগেশ্বব (খ্বাই ব্রহ্মপুব), জেনবেল সেক্রেটবী (৩) ললিত মাধব শর্ম্মা (৪) হবাইবম বনবীব (৫) বাজকুমাব ভুবনস্না (৬) দ্বীজমনি শর্ম্মা (৭) শগোলশেম ইন্দ্রমনি (৮) কৃতিচান্দ সিংহ (৯) পাবিজাৎ সিংহ (১০) ইবোবী (১১) লতিভ সাহ (১২) হায়মোস্না (১৩) থাগোই সিংহ (১৪) নিত্যাই সিংহ (১৫) বীজযচন্দ্র (১৬) মঙ্গী (১৭) তেলেম চাওবা (১৮) মাইস্নাম নবকুমাব (১৯) শমুঙৌ সিংহ (২০) গৌবমনি শর্ম্মা (২১) ভাগবত শর্ম্মা (২২) বজনি দেবী (২৩) পণ্ডিত নিমাই (২৪) বেধগর্ভ শর্ম্মা (২৫) কৃষ্ণমোহোন সিনাম (২৬) অঙ্গো সিংহ (২৭) বাকুমাব বোতোনস্না সিংহ (২৮) বাব্রনি সিংহ (২৯) সলাম তোম্বী (৩০) নামৈবাকপম গোপাল (৩১) তর্পন সিংহ (৩২) মনি শর্ম্মা (৩৩) কুমুদো সিংহ (৩৪) অমুবা সিংহ (৩৫) মনি সিংহ (৩৬) লাংপোকলাকপম চাওযাইমা সিংহ (৩৭) য়ুম্নাম মেঘো সিংহ (৩৮) লাইশ্রম ফোলমনি সিংহ (৩৯) য়ুম্নাম য়াইস্মা সিংহ (৪০) খাইদেম বোথো সিংহ (৪১) মাইরেনবম কোইবেং সিংহ।

বার্কিং কমিটি অসিনা মণিপুব ষ্টেট কংগ্রেসকী ওরগেনাইজেসন কনখৎনবা হোৎনবদা ঐহাকসু অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লাকখি।

## তোমপোক কংগ্রেস, তোমাল কংগ্রেস

ইন্টরিম কাউন্সিলদা য়াওফম থোকই হায়না খঞ্জবা মণিপুর কংগ্রেসকী লুচিংবা খবা য়াওবক্তবদগী মখোয় য়াম্না নিংবা কাইখি। শ্রীএলাংবম তোমপোকপুদি মিনিষ্টব অমা ওইননবা ওফব তৌবনি। মীওই খবনা মখোয়বুদি মিনিষ্টব ওইনবা

হায়দ্রগা হায়দুনা তোমপোকপু মিনিষ্টবগী ফম অদু লৌহনখিদে। মখোয়গী নিংবা কাইবদা তোমপোকপুসু বলি তৌবনি। মতাং অদুবাইদা শ্রীএলাংবম তোমপোক্কী পোপুলাবিতি যাম্না ৱাংই।

তোমপোক্কী পোপুলাবিতি অদু পাযবগা বাজনীতি শাম্ননিংবা খবগী মখুত্তা তাশ্লবা মীযামনা নুংশিজবা অমসুং থাজবা শ্রী তোমপোক্কী পোলিটিকেল কেবিযাব হোংনবগী তাক্ককনি। মচেৎ তাববা কংগ্রেসকী শ্রী তোমপোকপু প্রসিদেন্ট ওইহল্লে। কংগ্রেসতগী মচেৎ তাশ্লবা সোস্যালিষ্ট পার্টিগা পুল্লগা সত্যাগ্রহ আন্দোলন তৌনবা শেম শাবে। আন্দোলন অদুগী পান্দমদি মণিপুবদা মপুং ফাবা আইন সভা লিংনবনি। অদুগী মথক্তা সোস্যালিষ্ট পার্টিগী প্রোগ্রাম ওইবা 'পাবমিৎ সিসতেম' লৌথোকপনি। শ্রী তোমপোকপু 'ডাইবেক্তব' হাপতুনা আন্দোলন অদু হৌবে। খৃষ্টাব্দ ১৯৪৭ গী সেপ্টেম্বব, ওক্তোবব অমসুং নবেম্বব থাশিং অদু আন্দোলনগী থানি।

অমবোমদা শ্রীতোমালনা প্রসিদেন্ট ওইবা মণিপুব ষ্টেট কংগ্রেসনসু হাযবিবা 'তোমপোক কংগ্রেস'না তৌবিবা আন্দোলন অদু মতাং চাদে হাযদুনা মদুগী মায়োক্তা লৈ। অদুমকপু মণিপুবদা আইন সভা যাম্না থুনা লিংখৎকদবনি হাযবদা খোঙজং অমা চঙবা ওইনা অন্দোলন তৌনবদি শেম শাববনি। মদুগীদমক মহাবাজদা য়াম্না থুনা লাওথোক্লবা তকশিল্লবনি।

প্রজা মীযাম মবক্তা 'তোমপোক কংগ্রেস' 'তোমাল কংগ্রেস' হায়না অনী থোকপদগী হেন্দোক্লুনা খ্বাই কংগ্রেস, যাইস্কুল কংগ্রেস হায়নবকপসু য়াওবে। হায়নবিবা অদু আন্দোলন তৌবিবা কাংবুনা মী-খোম্বা নুংঙাইনবনি। অহানবা তাজিলদদি আন্দোলন অদু খবা কল্লবসু অসুম শিথবকপদগী হায়বদি প্রজাগী সপোর্ট ৱাৎলকপদগী আন্দোলন অদু অর্থ য়াওবকখিদে। মহাবাজ বোধচন্দ্রনা আইন সভা থুনা লিংলগনি হায়না লাওথোকপগা লোয়ননা আন্দোলন অদু থুপচিনখি।

## মণিপুরগী অহানবা এসেমব্লী

মণিপুব ষ্টেট কনষ্টিট্যুসন অদু কনষ্টিট্যুসন মেকিং কমিটিনা ড্রাফ্‌ট তৌববা মতুংদা মহাবাজ বোধচন্দ্রগী অযাবা পীবে। কনষ্টিট্যুসন অদুগী মখাদা মণিপুবদা এসেমব্লী লিংনবা মীখল তৌনবা থৌবাং পুম্নমক লোইবে।

খৃষ্টাব্দ ১৯৪৭ গী নবেম্বর ২৬ দা আন্দোলনচিংবা থুপচিন্নরবা মতুংদা মতম খরদি মণিপুরদা পুমচিক চিকলে। মণিপুর এসেমব্লীগী মীখল অদু খৃষ্টাব্দ ১৯৪৮ গী মনুংদা পাঙথোক্কদবা লৈবদগী মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস পার্টি অনী থোকপা অদু পুনশিন্নবা হোৎনবে। ওল ইন্দিয়া ষ্টেট পিপলস কনফরেন্সকী মাইকৈদগীদি অশেংবা ওফিসিএল ওইবা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসতি শ্রী তোমালনা প্রসিদেন্ট ওইবা, লাইশ্রম যোগেশ্বরনা জেনরেল সেক্রেটরী ওইবা অদুনি হায়না শক খঙদুনা লৈববনি। অদুবু লাক্কদৌবিবা ইলেকসন অদুগী যেংদুনা মচেৎ তাদুনা লৈবিবা তোমপোক কংগ্রেস অদুগসু পুনশিন্নবা ফবে হায়না খন্নবে। যানরে। শ্রীএলাংবম তোমপোকনা প্রসিদেন্ট, শ্রী লাইশ্রম যোগেশ্বরনা জেনরেল সেক্রেটরী ওইবগা শেম্বা এডহোক বার্কিং কমিটি অমনা থৌপুবা হায়নবদা যান্নবদুনা কংগ্রেস অমত্তদা পুনশিন্নরে। তৌগুম্বসুং লাইবক থিবদি কংগ্রেস মনুংগী মুক্কবদি লোইশিনবা ঙমদনা অদুম্মক লৈবে। মুক্কবা অদুনা মরম ওইবদগী লাক্কদৌবিবা এসেমব্লীগী মীখলদা কংগ্রেস পার্টিগী ওইনা মশিং যান্না কাবা ঙমলোইদবগী মমি তারে। কাবসু ঙমখিদ্রে। মেজোরিটি ওইবা পার্টি ওইদ্রে।

খৃষ্টাব্দ ১৯৪৮ গী ওক্টোবর তাং ১৮ দা মণিপুর এসেমব্লী ইহান হান্না ফম্বা নুমিৎনি। কোনুংগী দরবার হোলদা ফমখি। মণিপুরগী প্রজানা মতম কুইনদগী তান্নদুনা লাকপা এসেমব্লী অদু ফংবদা কংগ্রেস পার্টিগী মাইকৈদগীদি অদুপ হরাও-তযান্ননিংঙাই ওইখিদে। মমিংতা ওইবা এসেমব্লীনি। কুইনা চৎনগদবা এসেমব্লী নৎতে হায়না লৌবম্মী।

## টিদিম রোদ কংগ্রেস

মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস পার্টিগী মনুংদা ইম্ফাল এরিয়াদা লৈবা লুচিংবশিংগী মরক্তা মুক্কবা, মহৈ মহৈ লিদর ওইনবা, ফম ফংহৌনবা হোৎনবদা লোইনবা নাইদ্রে। মখোয়গী মীচং খোন্নবদা অবাপ্পা খুঙ্গংগী কংগ্রেস পার্টিগী একটিভ বার্করশিংগী মরক্তসু খাইবুং খাইবুং তৌনবকপা হৌবে। মদু অফবা নত্তে। ফিভম অদুদা, টিদিম রোদ মাইকৈদা লৈবা মকাওইনা মালোমদগীনা মোইবাং কুম্বী ফাওবদা লৈবা কংগ্রেস পার্টিগী একটিভ বার্করশিংনা পুন্না ফম্মীন্নদুনা ওইবকলিবা ফিভম অদু কুপ্পা খন্নরে। মুক্করিবা কাংলুপ অমৎতদা যাওদনা লৈনবা লেপ্পরে। মদুগীদমক কংগ্রেস পার্টিগী মনুংদা 'টিদিম রোদ কংগ্রেস' কৌবা অমা সেম্বা হায়না লেপ্নরে।

সেন্নবা টিদিম বোদ কংগ্রেস অদুগী থৌপুনবা মখাদা মীং পল্লিবশিং অসিবু খল্লে ঃ

১। যুম্নাম মেঘো (মালোম) ২। হেনাম কালা (ফোইজীং) ৩। লাইশ্রম ফোলমনি (নম্বোল) ৪। যুম্নাম যাইমা (ওইনাম) ৫। খাইদেম বোথো (বীষ্ণুপুব) ৬। লমফেলম্না (নিংথৌখোং) ৭। মাইবেনবম কোইবেং (মোইবাং) ৮। হেযাম নিলমনি (মোইবাং) ৯। রাহেংবম গৌবকিশ্বব (কুম্বী) নি। শ্রীলাইশ্রম ফোলমনিবু প্রসিদেন্ট অমসুং শ্রীযুম্নাম য়াইমাবু জেনবেল সেক্রেটবী ওইনবা খল্লে। টিদিম বোদ কংগ্রেস অসিনা মণিপুবদা কংগ্রেসকী মপাঙ্গল কনখৎহন্নবা অচৌবা বোল লৌখি। অদুবু লাইবক থিবদি টিদিম বোদ কংগ্রেস অসিসু মতম কুইনা পুন্না লৈমীন্নখিদ্রে। লুচিংবা মুন্নবদা, মীচং খোম্নবদা শক্তক য়াখিবদগী কাইনদুনা শ্রী কোইবেংনা নাকপাক অমদা য়াওখ্রে। অতৌনা অদুম অমদসু অমদসু যাওদনা লৈবে। খবা লৈবগা জেনবেল ইলেকসন লাক্লবা মতমদদি টিদিম বোদ কংগ্রেস অদু বিলেভেন্ট ওইদবদগী মুৎখ্রে।

## মণিপুরবু ভারত্তা মর্জ তৌখিবা অদুগী মতুং তাবা

নিংথৌ পানবা মপুং ফাবা ষ্টেট অমা ওইবম্বা মণিপুব অদু খৃষ্টাব্দ ১৯৪৯ ওক্টোবব ১৫ দগীদি ষ্টেট ওইদ্রে। নিংথৌ খুভম মুৎথৎলে। মণিপুবগী আইন সভাসু মুৎথৎলে। মণিপুব ইন্দিয়াগী টেবিটবী ওইনা লৈবে। চীফ কমিস্নাব অমনা মণিপুবগী সাসন পুবে।

মণিপুববু ইন্দিযাদা মর্জ তৌবগী মতাংদা মণিপুব ষ্টেট কংগ্রেসকী ওইনদি পেন্দবা লৈখিদে। পার্টি অসিগী অপাম্বদি মণিপুবগী বাজ গাদ্দি মুৎথৎলগা প্রজানা সাসন তৌবা অদুনি। মদু ফংলবদা থোইনা পেন্দবা লৈখিদে। মণিপুব প্রজা শান্তী পার্টি কৌবা মহাবাজ বোধচন্দ্রগী মপান্দগী লিংখিবা পার্টি অদুনা ইবাং হৌনবা বা তানববসু কবিশু তৌবা ঙমখিদ্রে। পার্টি অদুদি মবা নিংথিনা তাদ্রিবা পার্টি ওইবনা অদুম মুৎচখ্রে। মণিপুবদা লিংবা সোস্যালিষ্ট পার্টি অদুনা পাম্বদি মণিপুব অসি অসামদা পুনশিনবনি। বাফম অদু মণিপুব প্রজানা থৌওইনা তাবীদবদগী অদুম্মক তোকখ্রে। পার্টি অদুসু অদুম মুৎখ্রে। শ্রী ইবাবতনা লুচিংবা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী ফিবেপতি ওল ইন্দিয়া কম্যুনিষ্ট পার্টিনা লৌবা ফিবেপকি মতুং ইনবনিনা থোইনা পেন্দবা লৈখিদ্রে। মণিপুবনা ইন্দিয়াদা তিনশিনবা অদুগী মায়োক্তা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা লেপখিদে। অদুম তৌনা অহোংবা লাকখিবা অদুগী মতুংইন্না হান্নবা

ডোমিনিয়ন এজেন্ট ওইনা লৈববা বাবাল অমবসিংবু অহানবা চীফ কমিস্নাব ওইনা খৃষ্টাব্দ ১৯৪৯ গী ওক্টোবব ১৫দা কেন্দ্রদগী হাপলে। অদুগী মতুং ইকুই কুইদনা খৃষ্টাব্দ ১৯৪৯ নবেম্বব ১৮ দা কেন্দ্রনা হিম্মৎ সিংহ মহেশ্ববীবু চীফ কমিস্নাব হাপখি।

## এডভাইজরী বোদি লিংবা

নিংথৌগী মহুৎতা প্রজানা নিংথৌগী মহুৎ শিন্দুনা লৈবাক ঙাক্কনি হাযবা প্রজাগী সাসন লিংবগী বাফম অদুগা চীফ কমিস্নাবনা মপূ শাদুনা সাসন তৌবা অদুগদি যাম্না খেন্নখ্রে। যাম্না লাপ্নখ্রে। চীফ কমিস্নাবগী সাসন অদু প্রজানা যাম্না পাম্নদ্রে। মণিপুব ষ্টেট কংগ্রেসকী বার্কিং কমিটিনা লেপ্পবা মতুং ইন্না খৃষ্টাব্দ ১৯৪৯ নবেম্ববগী অবোইবা শকক্তা শ্রী কৃষ্ণমোহোন সিংহনা জেনবেল সেক্রেটবী ওইনা সবদাব পটেলদা চে থাবে। চে অদুগী মবোলদি মণিপুবদা এডভাইজবী কাউন্সিল লিংনবনি। চীফ কমিস্নাবগী সাসন অসিদি প্রজাগী সাসন নৎতে। অদুনা মদুগী ফল ওইনা মণিপুবদা ইবাং মখল মথেল থোকলকপা যাবি। অথুবা মতমদা প্রজাগী মীহুৎপূ সাসনগী থবক্তা যাওহনবা চুমগনি হাগনা খঙহনখি। দিল্লিদা হোম মিনিষ্ট্রিদা মুন্না খন্নববা মতুংদা মিনিষ্ট্রি অদুনা চীফ কমিস্নাবদা এডভাইজবী কাউন্সিল অমা লিংনবগী প্রোপোজেল থাবক্লবা খঙহল্লকলে।

মবক অদুদা কংগ্রেস পার্টিনা চীফ কমিস্নাবগী সাসনগী থবক্তা কো-ওপরেসন পীদনবগী ফিবেপ লৌবে। খৃষ্টাব্দ ১৯৫০ গী জানুযাবি ২৬ দা পাঙথোকপা বিপব্লিক দেগী থৌবম পাঙথোকপদা শকক যাদ্রে। কম্যুনিষ্ট পার্টিনসু নুমিৎ অদুদা প্রোতেষ্ট তৌখি। ইবাংদি থোকখিদে।

মুথৎলবা মণিপুব এসেম্ব্লী অদুদা কবম্বা পার্টিনা কযা য়াম্না কাখিবগে হাযবা অদু উৎলি।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | মণিপুব ষ্টেট কংগ্রেস | — | ১৭ |
| ২। | প্রজা শান্তী সভা | — | ১৭ |
| ৩। | সোস্যালিষ্ট পার্টি | — | ১ |
| ৪। | মণিপুব কৃষক সভা | — | ৪ |
| ৫। | হিল মেম্বর্স | — | ১০ |
| | অহাংবা অমসুং লৈখিদবা য়াওনা | — | ৩ |
| | অপুনবা | — | ৫২ |

মণিপুব এডভাইজবি কাউন্সিল লিংনবগী মতাংদা মণিপুব ষ্টেট কংগ্রেসকা চীফ কমিস্নাব হিম্মৎ সিংহগা যান্না চাওনা মোৎ খেন্নবে। তৌইগুম্বসুং য়ানবা অমগী মখাদা এডভাইজবী কাউন্সিল অদু শেমদি শেমলে। গভর্মেন্টি ওফ ইন্দিয়াগী নোটিফিকেসন অমগী মতুং ইন্না খৃষ্টাব্দ ১৯৫০ আগষ্ট ১৮ দগী এডভাইজবী কাউন্সিল অদু শেমলে। মেম্বব ১৪ লৈবা কাউন্সিল অদুদা কংগ্রেসকী মেম্বব ৫ নি। মগা অদুগী মনুংদা চীফ কমিস্নাবনা পাম্বা মীশক অমা মহাক্না নোমিনেট তৌবনি। অদুনা ৪ খক্তনি হায়বসু যাই। কাউন্সিল অদু নিংথিনা মওং তানা ফঙ্কসন তৌখিদ্রে। মতম অদুদা মণিপুবদা কম্যুনিষ্টগী ইবাংসু যান্না কনখৎলকলে। চীফ কমিস্নাব অদুগী সাসন মখাদা থোবক্লিবা থৌদোক কযাদা পেল্লক্তবদগী মণিপুব কিষান কংগ্রেসনা খন্নবে। কিষান কংগ্রেস অদুগী ঐহাক্না (অইবনা) জেনবেল সেক্রেটবী ওইবনি। খৃষ্টাব্দ ১৯৫০ গী দিসেম্বব ১৮ দা কিষান কংগ্রেসকী বার্কিং কমিটি মিটিং অমা তৌদুনা রাবেপ তাবে। রাবেপ অদুদি মণিপুব ষ্টেট কংগ্রেসকী মীহুৎ ওইদুনা এডভাইজবী কাউন্সিলদা যাওবিবা মেম্বব পুন্নমক বিজাইন তৌবা চুমলে। কিষান কংগ্রেসনা থাঙ্গৎলকপা রাফম অদুদা ষ্টেট কংগ্রেস বার্কিং কমিটিনা যাবদুনা মখোয মেম্বব পুন্নমক বিজাইন তৌবো হাযনা যাথং পীবে। অমখক্তং নৎতনা অতৈদি লোইনা বিজাইন তৌবে। অদুগী মতুংদা ষ্টেট কংগ্রেসনা চীফ কমিস্নাব হিম্মৎ সিংহগী মায়োক্তা আন্দোলন তৌরে। লোয়ননা মণিপুবগী এডভাইজবী কাউসিল অদু মুৎথৎনবা দাবী তৌরে। খবা লৈবগা হিম্মৎ সিংহগী মহুৎতা E P Moon কৌবা অমবু চীফ কমিস্নাব ওইনা কেন্দ্রনা হাপলকলে। মহাক্না খৃষ্টাব্দ ১৯৫১ গী এপ্রিলদগী চার্জ লৌবে। মণিপুরগী এডভাইজবী কাউন্সিল অদুদি মণিপুরদা জেনরেল ইলেকসন পাঙথোকপগা লোয়ননা অমুক থুপচীনখ্রে।

## ইলেক্টোরেল কলেজ

ইন্দিযাগী অহানবা জেনরেল ইলেকসন্দা মণিপুবসু শব্দক য়াবে। মণিপুব ষ্টেট কংগ্রেসনা ইন্নব মণিপুব পার্লিয়ামেন্টবী কনষ্টিট্যুসন্দা থাগৎপা শ্রী লাইশ্রম যোগেশ্ববনা মীখলদা মাই পাকই, আউটবগীদি কংগ্রেস কেন্দিদেৎ কাদ্রে। সোস্যালিষ্টগী কেন্দিদেতনা কাখি। ইলেক্টোবেল কলেজ শেম্নবগীদমক মণিপুব অপুম্বা অদু কনষ্টিট্যুয়েনসি ৩০ থোক্লা খায়দোকলে। তমদা ২০ নি, চিংদা ১০ নি।

খৃষ্টাব্দ ১৯৫২ দা তৌখিবা ইলেক্টোবেল কলেজ শেম্বগী মীখল অদুদা কংগ্রেসনা ১০ খক্তমক কাবা ঙমখি।

মণিপুবনা পার্ট সি ষ্টেটসতা খৃষ্টাব্দ ১৯৫৬ ফাওবা লৈবনা ইলেক্টোবেল কলেজ অমা শেম্বা অদুনা সাসনগী থবক্তা থোইদোক্পা কান্ননিংঙাই ওইদে। কলেজ অসিনা বাজ্য সভাগী মেম্বব অমা খনবা অদুনা মরু ওইবা ফঙ্কসন্নি। অতৈ ৱাফমদদি সবকাবনা তান্ননিংবো লৈবগা তান্নবা নৎতনা থোইনা চন্নফম লৈতে।

## টেবিটোবিএল কাউন্সিল লিংখৎপা

মনিং তম্বা লৈবাক অমা ওইবম্বা, নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা ওইবম্বদগী 'পার্ট সি' গী থাক্তা লৈবা অদুদা মণিপুব প্রজাগী পেন্দবা অদু খম থেংলে। অদুম্না পেন্দনা লৈবিঙে অদুদা ইউনিযন টেবিটোবিজ এক্টগী মখাদা ইউনিয়ন টেবিটোরি ওইনা অমুক লৈবা তাবে। অখঙবা খবদদি হান্নগী 'পার্ট সি'গী ষ্টেটসতা লৈবদগীদি ইউনিযন টেবিটোবি ওইনা লৈবা অসিনদুম ফৈ হায়না লৌনৈ। এক্ট অদুগী মনুং থিৎনা খঙদবা প্রজাশিংদদি য়াম্না খোইদৌ শাওগৎনবা ওইনা থোকখ্রে। অহানবগীনা 'সি' হাযজববসু ষ্টেট হাযবা ৱাহে অমদি নপলি। অকোনবগী অসিগীদি 'টেবিটোবি' হাযবনি। অদুনা অমুক্তা হঙ্গবে হাযদুনা নিংদোন পোন্নববনি। অদুম্নদি ওইবগা প্রজাগী মীহুৎনা সাসনগী থবক্তা শরুক যাবা ফংবগী খুদোং চাবা অদুদি 'টেবিটোবি' ওইবা অদুদা পীবি। 'টেবিটোবিএল কাউন্সিল' অমা লিংখৎলগা ডিভলপমেন্টগা মবি লৈবা থবক পুন্নমক কাউন্সিল অদুদা শীন্নবগনি।

## টেরিটোরিএল কাউন্সিল লিংখৎনবা থবক পায়খৎপা হৌবা

ইলেক্টোবেল কলেজ শেম্নবগী খায়দোকপা কনষ্টিট্যুযেন্সি ৩০ অদুগী বেসিসতা মীখল তৌরগা মদুদগী কারকপা মেম্ববশিং অদুনা 'মণিপুব টেবিটোবিএল কাউন্সিল' শাবগনি। খৃষ্টাব্দ ১৯৫৬ দা ইহান হান্না টেবিটোবিএল কাউন্সিলগী মীখল পাঙথোকলে। ঐহাকসু কংগ্রেসকী টিকেৎতা কংগ্রেসকী মীৱেপ ওইবে। নম্বোল কৈনৌ কনষ্টিটুয়েন্সিদগী কাবে।

ঐহাক্তা মীখলদা কাবকপগী বেকোর্দ মখাদা উৎলি ঃ

১। ১৯৫৭ দগী ১৯৬২ ফাওবা টেবিটোবিএল কাউন্সিলগী মেম্বব ওই

২। ১৯৬২ দগী ১৯৬৭ ফাওবা (১৯৬২ দগীদি এম এল এ ওইনা)

৩। ১৯৬৭ দগী ১৯৭২ ফাওবা এসেম্ব্রী মেম্বব ওইনা

৪। ১৯৭২ গী ১৯৭৫ ফাওবা এসেম্ব্রী মেম্বব ওইনা

৫। ১৯৭৫ দগী ১৯৮০ ফাওবা এসেম্ব্রী মেম্বব ওইনা

৬। ১৯৮০ দগী ১৯৮৫ ফাওবা এসেম্ব্রী মেম্বব ওইনা

৭। ১৯৯১ দগী ১৯৯৬ ফাওবা প্রার্লিযামেন্টগী মেম্বব ওই।

খৃষ্টাব্দ ১৯৬২ গী মীখল লোইববদা শেম্বা টেবিটোবিএল কাউন্সিল অদু খৃষ্টাব্দ ১৯৬৩ দগীদি মণিপুব লেজিসলেটিভ এসেম্ব্রী ওহোকলে। লেজিস্লেচরগী শক্তিসু পীবে। কাউন্সিল ওফ মিনিষ্টবসু লৈবে।

খৃষ্টাব্দ ১৯৪৭ আগষ্ট ১৫ দগী মনিং তন্নবা ভাবত্তা কংগ্রেসনা ভাবতকী সাসন পুবক্লবনি। মথোং মবম নিংথিনা খঙদনা, মফম-মবাং ইখঙ-খঙহৌদনা খৃষ্টাব্দ ১৯৪৯ দা মণিপুব ভাবত্তা তিনশিনখ্রে। মদুগী মতুং তাবকপদনা মণিপুবগী ষ্টেট অসি "পার্ট সি' ষ্টেটতা মতম খবা অদুগী মতুংদা ইউনিয়ন টেবিটোবিদা লৈবে। মবক অদুদা নাগালেণ্ডদি মপুং ফাবা ষ্টেট অমা ওইখ্রে। ফিভম অদুদা মণিপুব প্রজানা পেন্নদবা অদুদি আ য়ৌনখ্রবনি। উপায লৈতবদগী খাঙদুনা লৈনবতনি। পেন্নদবগী হায়রবদি মণিপুব অদু ইন্দিয়াগী মনুংদা ফাওবা লৈনিংদ্রবনি। প্রজা হুপ্না আন্দোলন তৌবদগী উচিন নাচিন্না মপুংফাবা ষ্টেটহুদ পীদবা যাদ্রদুনা পীখিবনি। মণিপুবদা মপুংফাবা ষ্টেটহুদ অদু খৃষ্টাব্দ ১৯৭২ গী জানুবাবি ২১ দগী পীখিবনি। মপুং ফাবা ষ্টেট ওইবকপগা লোয়ননা মণিপুব এসেম্ব্রীগী মীখল পাঙথোকলে।

## মণিপুর পিপলস পার্টি পোকপা

কংগ্রেসনা ভাবত্তা পান্নকপা চহি কুন হেন্নবা ফাওবদা কেন্দ্র সরকারনা মণিপুবগী ওইনা মশক থোকপা থবক অমা ফাওবা পাঙথোকখিদ্রি। মদুনা মবম ওইদুনা মণিপুব প্রজাগী মবক্তা য়াম্না পেন্নদ্রে। পেন্নদবা অদু কংগ্রেস পার্টিদা খঙহনবা চুম্মী হায়বগী বাখন্দা মণিপুব পিপ্‌লস পার্টি শেমখিবনি। খৃষ্টাব্দ ১৯৬৮ গী দিসেম্বব ২৬ দা মণিপুব পিপ্‌লস পার্টি শেমখি দিল্লীদগী য়াম্না লাপ্না লৈখ্রবা চীংলৈবাক মণিপুবগী প্রজাশিং কেন্দ্র সরকাবগী থৌজাল ঙাইদুনা লৈবা চুমদ্রে। নিপা থোক্লসি হায়দুনা কংগ্রেসতগী থোবক্লগা সেম্বা পিপ্‌লস পার্টিনি।

পাওবৌ ওই, কবি ওই হায়নবা অমদি লৈ। পোৎলোই শেৎপী অমনা লুহোংগদৌবিবী কন্যা অমগী পোৎলোই শেৎপীবদা থৌশাদববদগী কন্যা অদুগী উনশা অদু যেতুন্না পোৎলোইদা তুশিনবীবে। কন্যা অদুদি খঙজদবনিনা লুহোংবগী পোৎলোই শেৎপগী হৌনবী ওইবমাক্লে খন্দুনা চৈনাখোল অদু মমাই ঙাংশং ঙাংনা খাঙজৈ। অদুগুম্নদুনা মণিপুবগী প্রজাসু খাঙদুনা লৈবকপনি। তৌইগুম্বসুং খাঙবা ঙম্বগীসু চাং হাযবা অমদি লৈ। চাং অদুদগী হেল্লক্রবা মতমদনি লম অমদা প্রজানা অহোংবা পান্নবক্তুনা বিভোলুসনগুম্বা হেক হেক থোরুবক্লিবা। মণিপুবদসু মদুগী চাং যৌবকলে।

ভাবতকী অচৌ অচৌবা ষ্টেটশিংগী লিদবশিংনা মখোয মখোযগী লমগীনা হান্না খন্দুনা থবক চৎথনবে। অতৈ লমগী খনবা লিদবসু লৈতববুদি নৎতে। তৌইগুম্বসুং মখোয়গী মশিংদি য়ামদে। মহাবাষ্ট্রগী মবাঠানা খনবা, ইউ পিগী লিদবনা ইউ পিগী হান্না, বিহাবীনা বিহাবগী, বেঙ্গলীনা বেঙ্গলগী, অসামীনা অসামগী, পঞ্জাবীনা পঞ্জাবকী হান্না খনবদা চৎথনবক্লে। অদুগুম্বা লিদবশিংনা পুবিবা কেন্দ্র সবকাবগী থৌজাল ঙাইদুনা অপিকপা ষ্টেট মণিপুবগুম্বনা ঙাইদুনা লৈবি। শ্রী নেহৃকগুম্বা লৈতবা নৎতে। শ্রী নেহৃকগুম্বদি পৃথিবীগী ওইবা ৱাফমদা হেন্না পুক্লিং চংখিবনা মণিপুবগুম্বগী ৱাফমদা মপুক্লিং চংবা ঙমদে। 'মাগী মাগী লমগীনা হান্না' হাযবা ৱাখল অমসুং মীৎয়েংদা যেংলবা লুচিংবশিংগী থৌজাল ঙাইদুনা হিংবা হৌনব্রা, ঐখোযসু 'ঐখোযগীনা হান্না' হাযবা ৱাখল মীৎযেং চংশিনবা চুমলে খনবা লুচিংবা চোংথোক্রবক্লে। অহানবদা ঐখোয় খবনা মাংজিন থানা চোংথোকলে।

খৃষ্টাব্দ ১৯৬৮ গী দিসেম্বব থাগী ২৬ নি। খম থেংনা ইংবা মতমনি। মণিপুব এসেমব্লীগী কমিটি রূম অমদা ঐখোয় খরা ৱা তানরে। থৌবালদগী শ্রীলাংপোকলাকপম চাওয়াইমা, সেকমাইদগী খ্বাইবাকপম চাওবা, ওইনামদগী শ্রীয়ুম্নাম য়াইমা (অইবা), শগোলবন্দগী সলাম তোম্বীনি। অতোপ্পা মীশক খবসু য়াওই। ঐখোয়না ঙাংনেগদবা-তান্নগদবা-খন্নগদবা লোইববদা কংগ্রেস পার্টি থাদোক্রগা 'মণিপুব পিপলস পার্টি' কৌবা পার্টি অমা শেম্বা হাযনা ৱাবেপ্নবে। শ্রী চাওয়াইমা সিংহবু প্রসিদেন্ট অদুগা য়ুম্নাম যাইমবু (অইবা) জেনবেল সেক্রেটবী খল্লে।

খরা লৈরগা, অফবা নুমিৎ অমদা শগোলবন্দদা শ্রীসলাম গমভীরগী লৈফমদা যান্না চাওনা পার্টি অসিগী মিটিং তৌখি। মিটিং অদুদা মী য়ান্না তিনখি। 'মণিপুবদি মণিপুবীনা শেমজগদবনি, অতোপ্পগী থৌজান ভাইগদবা নৎতে' হাযবা অসিনা মিটিং অদুগী খোল্লাও ওইখি।

মতম অদুদা ভাবতকী খা থংবদা লৈবা ষ্টেট মাদ্রাজ কৌবা অদুদা 'দ্রাভিদ্রা মুনিত্রা কজগম' (দি এম কে) কৌবা পার্টি অমা শেমখ্রে। কংগ্রেস পার্টিদগী তোক্লবক্রগা শেম্বনি। ভাবততা বিজনেল পার্টি শেম্বা অদু দি এম কে না ইহান হানবনি। অদুগী মথংদা মণিপুব পিপলস পার্টিনা অনীশুবনি। অদুগী মতুংদদি বিজনেল পার্টি অসি ষ্টেট অয়াম্বদা লিংখৎনবক্রে।

খৃষ্টাব্দ ১৯৭২ অদুরাইদগী হৌবগা মতম খবদি মণিপুবদা লোকেল পার্টিগী ইহৌ অদু যান্না কল্লম্মী। অচৌবা এম পি পি গী ৱেব (wave) অমসু লৈবম্মী। অইবা ইশামক (যুন্নাম যাইমা), খ্বাইবাকপম চাওবা (সেকমাই) সলাম তোম্বী (সগোলবন্দ), লাংপোকলাকপম চাওযাইমা (থৌবাল) ঐখোয খবনা ফাউন্দব মেম্ববনি। পার্টি অদু লিংখৎলবদা মণিপুবগী মশক নাইবা বাজনিতী লুচীংবা কযামকম য়াওশিল্লক্লুনা পার্টি অসিগী মপাঙ্গল যান্না কনখৎহনখি। মখোযগী মনুংদা মহম্মদ আলিমউদ্দীন, সলাম গমভিব, সিনাম কৃষ্ণমোহোন, লাইশ্রম যোগেশ্বব, দ্বীজমনি দেব শর্ম্মা, লৈশাংথেম চন্দ্রমনি, ইবেংবম তোমপোক, হেমাম নিলমনি, লাইশ্রম জযচন্দ্র, বাজকুমাব দবেন্দ্রস্না, থৌদাম দেবেন্দ্র (জীবি) গী মীং পনবা যাই। মমৈথংদা পার্টি অসিদা যাওবকপশিংগী মনুংদা যাংমাসো সৈজা, বাজকুমাব বনবীবস্না, হৈক্রুজম থোইথোইনচীংবনি। নহাবোলদদি যামখ্রে, পার্টি অসি যাওবদগী মন্ত্রি ওইখিবশিং মখোযগী মনুংদা থৌনাওজম চাওবা (উৎলৌ), সলাম ইবোহল (থাঙ্গা) এলাংবম বীবমনিনচিংবনি।

## মণিপুর ষ্টেটহুদ ফংননবা হোৎনবদা

এম পি পি না ইনিশিয়েটিভ লৌদুনা মণিপুবদা লৈবা রাজনীতি দল পুন্নমক্কী ওইবা মিটিং পাঙথোকলে। মণিপুবদা মপুং ফাবা ষ্টেটহুদপীনবগী দাবী তৌনবা অন্দোলন তৌবা লেপ্লবে। মদু থবক ওইনা পাঙথোক্লনবা কো-ওবদিনেটিং কমিটি অমা শেমলে। ষ্টেটহুদ দিমান্দ কো-ওবদিনেটিং কমিটি অদুগী অইবসু জোইন্ট কনভেনব ওইবে। পার্টি পুন্নমক্না পালি নাইনা আন্দোলন চঙবা হৌবে।

আইন থুগাইদুনা ফাহল্লগা জেলদা চণ্ডবনি। হৌবিবা ইহৌ অদু অসুক্কী মতিক পাক চাওনা হৌখ্রে, মদুদি মদুগী মায়োক্তা সবকাবনা লেপ্পা ঙমদ্রে। অহানবদা ইম্ফাল জেলদা ফাদুনা থমলম্বদগী চন্দ্রদুনা পলেলদা জেল অমা হাংদুনা থমলে। আন্দোলন অদুদা এম পি পি না খ্বাইদগী মীশিং য়াম্না শব্দক য়াখি। এম পি পি গী কর্ম্মী লিশিং অমগী ঙকযা য়ৌনা জেল চণ্ডখি। কংগ্রেস পার্টিদি মমিংতা ওইনা যাওবনি। জেল চণ্ডবদসু কর্ম্মী খবদি যাওখি। ওল পার্টিগী দেলীগেসন অমা দিল্লীদা চৎতুনা ইন্দিযাগী প্রসিদেন্ট, প্রাইম মিনিষ্টব, হোম মিনিষ্টবনচিংবা লোযননা ওপোজিসনগী লিদব কযাগসু উনদুনা মণিপুবদা মপুংফাবা ষ্টেটহুদ অথুবা মতমদা পীনবা তকশিল্লুই। মদুদা অইবা ঐহাকসু চাওনা শব্দক যাবকই।

ইন্দিবা গান্ধিনা প্রাইম মিনিষ্টব ওইববা মতমনি। খৃষ্টাব্দ ১৯৬৯ গী সেপ্টেম্বব তাং ২৩ দা মহাক্না মণিপুবদা লাকপা খোঙচৎ অমদনি। ইম্ফালগী পোলোগ্রাউন্দ অদুদা অচৌবা পব্লিক মিটিং অমা তৌননবা সবকাবনা শীল্লে। তিনখিবা মীথিৎ অদু অসুক্কী মতিক যামখ্রে, মিটিং অদুদা ফম্বদি লাইবদুনা লেপ্পা ফাওবা চন্দ্রে। মীনা কৃক-কৃক ইন্নব্ববনি। ইন্দিবাজীনা ব্বা ঙাংনবা শেমলিবা শগাই অদুদা কাখৎতুনা ব্বা ঙাংবা হেক হৌগৎলকপদা নাওবিনা মথোং মবম খণ্ডদনা পংকাপতা কাপশিল্লকপদগী মীয়ামদা শোক্লবা য়াওবে। মীয়াম অদু কাইদুনা মথোং মবম খণ্ডদনা চেম্নবে। ষ্টেট ট্রান্সপোর্টকী বস কয়ামরুম মফম অদুদা থাদুনা থম্বা অদু মৈ থাবা হৌবে। মৈবি থোক্না চাকলে। মী পুম্নমক মীপাইনবে। চেম্নবে। মিটিং অদু কাযবে। ঙাক শেল্লিবা সিপোইনা কন্ট্রোল তৌবা ঙমদ্রে। ইন্দিবাজীসু মবিংজেন অবৈবা ফুদোক্তুনা মিটিং অদু কাযদনবা লাও-খোংলম্মী। সেক্যুবিটিগী মাইকৈদগী হায়জদুনা মহাকপু মিটিং মফমদগী পুথোকখিবম্মী। থৌদোক অসি ইন্দিবাজীগী পুক্লিংদা মতম যাম্না কুইনা নিংশিংদুনা লৈবমগনি। মণিপুবগী প্রোব্লেম অদু ইবাই লাইনা লৌবা যাদবা ওইবে হাযবা মপুক্লিংদা ফাওখ্রে। লম্বী কয়াদা, ইম্ফাল মিউনিসিপালিটিগী মনুংদা লম্বীদা তয়াব, শিংনচিংবা পৈবগা মৈ থাদুনা চৎথোক চৎশিন থিংখি। কবফিউ চলাইদুনা শান্তী থম্নবা সবকাবনা হোৎনখি। থৌদোক অদুগী মবিদা মীৎনা উহৌবা পাওদমনি। পোলোগ্রাউণ্ড হায়নরিবা মপান কাংজেবুংদা মীনা চোম্না তিল্লবা মতমদনি। শ্রীমতি ইন্দিবা গান্ধিজী অদু থুংলবে। বোষ্ট্রমদা কাখৎখিদুনা ব্বা ঙাংবা হৌবে। অইবা ঐহাকনে, থৌবালদগী বাইখোম নিমাইচান্দনে, লাংপোকলাকপম চাওয়াইমনে, ঐখোয় অহমদি রূপমহলগী মমাং

অদুবাইদা লেপতুনা ইন্দিবাজীগী ভাষন অদু তাবি। ঐখোযগী ইমাং অদুবাইদা চহি নৌবিবা নহা মঙা তব্দকলোম চাদুনা লৈ। মখোয় চহি কুনগী মখাগী নহা ঙাক্তনি। খোংগ্রাও মকক শেৎলি। খোঙ মোজাদি অচোনবা খুকউ য়ৌবা ফাওবা উপ্পী। মখোয় অদুনা ঙৈহাক লৈবগা খোঙ মোজা মনুংদগী নাওবি পুথোবক্রগা খোংগ্রাও ফুবিংখাওদগী নাওবি মব্দ পুথোবক্রগা মীয়াম মবক অদুদা পংকাপতা কাপশিনখি। মখোয় মফম হোং হোংদুনা চৎথোক চৎশিন তৌবগা কাপ্পনি। ঐখোযনা মখোয় খবদং অদুতা উবগী বাতনি। অতৈ গ্রুপ খবসু লৈবম্বা য়াবি। নাওবি মব্দনা পানবদগী কাযদুনা চেনথোক্লবকপা অদুগী মতাং চানা মণিপুব ষ্টেট ট্রান্সপোর্টকী বস অমা অনীসু মৈ চাকলকখি। মীয়াম অদু কায়দুনা মাইগৈ সলাই খঙদনা পংচেন্দা চেন্নখিদুনা মিটিং অদু কাযখি। পোলিসকী থৌবাং পুম্নমক ফেল ওইখি। মিটিং য়াওবা লাকখিবশিংগী মবক্তা নেৎখাইনবদগী শোক্লবা মফি-মবোল মফম মবাং খঙদবা কয়া যাওনখি। থৌদোক অদুনা মণিপুবগী মপুং ফাবা ষ্টেটহুদ ফংননবদা যাম্না চাওনা মতেং পাংখি। নাওবি কাপ্পা, বস মৈ থাবা, লম্বীদা মৈ থাবা পুম্নমক অদু কনানা, কবম্বা ওবগেনাইজেসন্না পাঙথোকখিবনো হায়বা অদু নিংশিংদ্রে। নুমিৎ অদুগী নুমিদাংদা ষ্টেটহুদ দিমান্দ কো-ওবদিনেটিং কমিটিগী মেম্ববশিং কৌবক্তুনা বাজ ভবন্দা ইন্দিবাজীগা উনখি। উনবা অদুদা অইবা ইশামক য়াওখি।

তবাই তবাইনা পীবকখিবা নত্তে, মণিপুবদা ষ্টেটহুদ। পার্টি পুম্নমক্কী দেলীগেসন অমা চৎতুনা প্রাইম মিনিষ্টব উনরে। মতম অদুদা লোকসভাগী এম পি মোইবাংথেম মেঘচন্দ্রনি। বাজ্য সভাগীনা কৃষ্ণমোহোননি। মখোয় অনীসু উনবদা য়াওই। ঐখোয়না হায়গদবা পুম্নমক হায়ববা মতুংদা ইন্দিবাজীনা খুন্নকই, 'ঐগীদি ইন প্রিনসিপল য়াবে। মণিপুববু মপুংফাবা ষ্টেট ওইহনবা হায়বা অদুদা য়াবে। মদু থবক ওইনা পাঙথোক্লবা প্রোসেস পুম্নমক হোম মিনিষ্টবনা তৌগদবনি। মহাক্কা উনৌ'। প্রাইম মিনিষ্টবগা উনববা মতুংদা হোম মিনিষ্টবগা উনরে। মতম অদুদা 'চৌহান'না হোম মিনিষ্টব ওইবনি। মহাকী বঙ্গলাদা উনবনি। মথং মথং নাইনা দেলীগেট অদুগী পার্টি অমমম্গী ঙাংবদা পুংখাই অমবোম চংনা ঙাংলে। ময়াম্না ঙাংবা পুম্নমক তাববা মতুংদা মানা হৌগৎলগা 'নমষ্টে' হায়না মখুৎ যুব তৌবল্লগা অদুম্মক চংথ্রে। হোয়সু হায়দে, মাইসু হায়দে। ঐখোয় তৌফম খঙদনা অদুম্মক থোবক্রে। অদুগী মথংদা মোবাবজী দেশাই উনৈ। মোবাবজী দেশাইগীদি

ঐখোয ফম্বা ঙাইঙমদে, অদুম হেক্তা মাগী অনীংবা অদু ফোংদোবকলে। মহাক্না হায, 'ঐদি যাদে, মণিপুব ষ্টেট ওইহনবদা, অদুনা ঐ উনদুনা মতম মাংনবনি। ইন্দিবাদা যানবা ঙাংনজৌ। ঐনা যাদ্রিবদি মণিপুবগীতা নত্তে। ইন্দিয়াদা ষ্টেট মচা মচা কযা খায়দোকপা ঐদি যাদে'। মহাক্কী বা অদু তাবদা ঐখোয ফমথদ্রে। অদুম মবি-মবি থোবক্রে। কনাগুম্বা অমনা 'মাগী অসিনা ইফ-ফৈ' হাযদুনা ফাগী তৌনদুনা নোক্লবে।

মথংদা বাষ্ট্রপটিগা উনবে। মতম অদুদা ভি ভি গীবিনা বাষ্ট্রপতি ওই। মযাম পুন্নমক্কা ফমীন্নবগা বা হৌদোক্লববদা শ্রী গীবিনা হাযরকই, 'নখোয়গী হেড হনটিংগী (Head hunting) থবক্তুবু অদুম চৎথবিব্রা? মদু তোকপনা ফৎত্রনে?' মযাম অদুনা, এ। ওন্নরে। সাব, মদুদি নাগালেন্দদা পাঙথোকপা থবক্নি। ঐখোয়দি মণিপুবদগীনি। মণিপুবদদি অদুগুম্বা থবক তৌদে। বাষ্ট্রপতিনা খুম্মকই 'ও। মনিপুব হাযবিবা অদুনা কদাইদনো?' অদুনি, ভাবতকী বাষ্ট্রপতি অমনা ঐখোয়বু নাগানি হায়না লৌবম্মী লোয়ননা মণিপুব কদাইদা লৈবগে খঙলমদে। অব্রাবনি। মতুং তাবদদি ওপোজীসনগী লিদব কযামরুম উনখি। মখোয় পুন্নমক্লা, অযাম্বনা ঐখোয়গী দিমান্দ অদু সপোর্ট তৌগনি হায়না খঙহল্লকখি।

মণিপুব প্রজানা, মব্দ ওইনা পার্টি পুন্নমক্লা অমত্তা ওইনা লেপমীন্নদুনা দিমান্দ তৌবদগী ঐখোয়গী ফংফম থোকপা মপুং ফাবা ষ্টেটহুদ অদু ফংলে। খৃষ্টাব্দ ১৯৭২ গী জানুয়াবি ২১ দা মণিপুব মপুং ফাবা ষ্টেট অমুক ওইবে। ভাবতকী ২৪ শুবা ষ্টেট ওইবে। ষ্টেট অদুগী এসেমব্লী লিংনবা মীখলগী থৌবাং তৌবে। মীখল অদু পাঙথোক্লবদা মদুগী ফল ওইনা এম পি পিনা সিঙ্গল লাবজেষ্ট পার্টি ওইবদুনা সবকাব শেমলে। মহম্মদ আলিমউদ্দীন্না চীফ মিনিষ্টব ওইবে। ঐহাক্লা (অইবনা) কেবিনেটতা অনীশুবদা লৈদুনা সবকাব পুবা য়াওরে।

মরিশুবা শরুক

## সরকার পুবা য়াওরবদা

মহম্মদ আলিমউদ্দীননা চীফ মিনিষ্টব ওইবা মিনিষ্ট্রি অদুদা ঐঙোন্দা থাজবগা লোযননা মখাগী দিপার্টমেন্টশিং অসি শিন্নখি। (ক) এডুকেসন, তুবিজম, স্পোর্টস, আর্টস অমসুং কলচব (খ) লোকেল সেলফ গভর্মেন্টি (গ) লো (ঘ) পব্লিসিতি অমসুং গভর্মেন্টি প্রেস (ঙ) পঞ্চায়েট অমসুং রুবেল ডিভলপমেন্টনি। সবকাব অদুনা পাযখৎলম্বা থবকশিংগী মনুংদা খবদংদি পন্নিংবনি। মদু পুন্নমক পনবদা যান্না পাক-চাওগদবনা ঐহাক ইসামক্লা পুবা দিপার্টমেন্ট খবগীমখৈদমক খনগৎলগা থমজবি।

**এডুকেসন ঃ**

**বোর্দ ওফ সেকেণ্ডরী এডুকেসন লিংখৎপা**

খৃষ্টাব্দ ১৯৭২ গী মতম অদুদদি মণিপুবদা এডুকেসন দিপার্টমেন্ট অদু অপীকপা দিপার্টমেন্ট অমা ওইবি। এডুকেসনগী প্রোগ্রামসু ইপায় পায়খৎত্রি হাযবা যাই। টেবিটোবিএল্ কাউন্সিলগী মতমদা মণিপুব শিনবা থুংনা প্রাইমাবি এডুকেসনগী প্রোগ্রাম পাকচাওনা পাঙথোকপা ঙমখি। মতম অদুদসু ঐহাক্লা এডুকেসন ষ্টেন্দিং কমিটি পুবদগী পায়খৎখিবা প্রোগ্রামনি। স্কুল মশিং য়াম্না লিংখৎপ্রে, ওঝাসু মবাং কাইনা হাপপ্রে। প্রাইমাবীগী থাক্তা কোন্নিবা অদু লবাব প্রাইমাবি স্কুলগী থাক্তগীনা ক্লাস এইথ, জুনিয়াব হায় স্কুলগী থাক ফাওবনি। অদুগুম্না লিংখৎলবা স্কুল ময়াম অদুগী ইনফ্রাষ্ট্রকচব অবাৎপশিং অদু হৌজিক শেমগৎকদৌবিবনি।

খৃষ্টাব্দ ১৯৭২ ফাওবা অদুদা মণিপুবগী মহৈবোয়শিংনা মেত্রিক পবীক্ষা থাবা অদু অসামগী বোর্দ ওফ সেকেণ্ডবী এডুকেসনগী মখাদা নপচদুনা থাবম্মী। মতম অদুদা চাওবাক্লা ছাত্র ছাত্রি লিশিং তবাবোম চহি অমদা মেত্রিক পবীক্ষা থাবম্মী। মখোয় পুন্নমক অসাম গভর্মেন্টনা লিংখৎলবা বোর্দ অদুগী মখাদা

থাবিবনি। যান্না নপচ তাংজনা থাবনা খুদোং যান্না চাবমদে। বোর্দ অদুদা যান্না হায়জ-চৎচবা তাবম্মী। অদুনা মীপুম খুদিং যান্না পেন্নবমদে। ফিভম অদুদা ঐহাক্না ইহান হান্না পাযখৎকদবা থবক্তি হায়বিবা মেত্রিক্কী পবীক্ষা অদু মণিপুব ইশাগী ওইবা 'বোর্দ ওফ সেকেণ্ডবী এডুকেসন' লিংখৎলগা থাহনবনি।

মিনিষ্টব ওইনা বাশকপগা ইকুই কুইদনা ঐহাক্কী চেম্ববদা এডুকেসন দিপার্টমেন্টগী মক্ত ওইবা ওফিসাবশিংগা ফম্মীন্নদুনা তান্নবে। মণিপুবগী বোর্দ ওফ সেকেণ্ডবী এডুকেসন লিংখৎলগা মহৈবোইশিংবু মেত্রিক পবীক্ষা থাহন্নবা তৌবসি হাযনা ঐহাক্না হৌদোকলম্মী। বাফম অদুদা মানা মানা পীনিংবা মোৎ অদু ক্রি ওইনা ফোঙদোকপীয়ু হাযনা হৌদোকলম্মী। মতম অদুদা ডাইবেক্টব ওফ ইডুকেসন পুবা শ্রীতোমচা সিংহ নত্তনা অযাম্বা ওফিসাবনা বাফম অদুবু কন্না শৌগৎলম্মী। ডাইবেক্টবগী বাখলদা বাফম অদু অকবা বাফমনি। দাযীত্ব যান্না চাওবা থবক্নি। তৌগনি হাযদুনা তৌবকগা ফেল ওইববদি লৈবাক বাথোক ওইগনি। ছাত্র ছাত্রী কযাগী পুক্সি মাঙহৌগনি। মেত্রিক পবীক্ষা অদু পাস তৌববা মতুংদা মখা তমথনবা মপানগী কলেজশিংদা মিং চনবা ফংলোইদৌবিবনি। অসিনচিংবা। জুনিযাব ওইবা ওফিসাব অযাম্বদি বোর্দ অদু লিংবীদবা যাদে, লিংনবা তৌবীবো, মখোযদা শীন্নবীগদবা থবক শীন্নবীবো হাযনা চোংথোবকই। অসামগী বোর্দকী ওফিসাবশিংনা মাযোক্লনা হায়বকপা, 'ঐখোয ইশাগীমকসু শিনবা বাবীঙে অসিদা নখোয মণিপুবগী নম্বো পোবা অসি ঙমজদ্রে। নখোয়গী সবকাব অদুবু কবি তৌদুনা লৈবগে। বোর্দ অমা ফাওবা লিংবা ঙমজদবা অদুবু' হায়না চৈবকপদা মাই ঙাংদুনা খাঙলকপনি। মমাংগী সবকাবনা ঐখোযনা হাযজবা সুপতা তাবীখিদ্রে। হৌজিক সবকাবগী লেপকদবা অদূতা লেপ্পীয়ু। সোইদনবা শিনজগে। দায়ীত্ব পুজগে। ওফিসাবশিং অদুনা হায়বা তাবদা ঐঙোন্দা থৌনা হাপলম্মী। খন্নগদবা খন্নববদা ঐহাক্না লাওথোক্লে, 'সবকার অসিগী ফিরেপ ওইনা চৎলিবা চহি অসিদগী হৌনা মণিপুব মশাগী বোর্দ ওফ সেকেণ্ডবী এডুকেসন লিংখৎলগনি। মদুগী মখাদা মেত্রিক পবিক্ষা পাঙথোক্লগনি'। য়ান্না ইচং থৌবা খোংথাংনি, থৌনা ফবা ফিবেপনি হায়নৈ।

বাফম অসি কেবিনেটতা পুথোক্লনা খন্নবে। চীফ মিনিষ্টব আলিমউদ্দীননা ইশম শন্না পুথোক্লে। 'এডুকেসনগী মতাংদদি মিষ্টব য়াইমানা পুখৎলকপা পুন্নমক হেক্তা য়াবসি।' য়েৎনদনা কেবিনেটনা পাস তৌরবদা মথংদি এসেম্ব্রীদা বিল

অমা পুখৎলে। এসেমব্লীদা বিল অদু খন্নবা মতমদা ওপোজ তৌখিদবা নত্তে। ওপোজীসন্দা লৈবা পার্টিনা কন্না পনখিবা পোইন্টদি বোর্দ অদু শেম্বদা মওং তাবোই, মীনা থাজবীবোই। বোর্দ অদুগী মখাদা পরীক্ষা পাস তৌবা ছাত্রশিং অদু মপানগী কলেজশিংদা মিং চনবা যাবোই অসিনি। মদুগী পাওখুমদা ঐনা হায়বম্মী, 'ইন্দিয়াগী মনুংদা মপুংফাবা ষ্টেট অমা ওইববা অদুগী এসেমব্লীনা পাস তৌরবদা এক্ট ওইবগদবা অদুগী মখাদা শেমগদৌরিবা বোর্দ অদুবু শকখঙলোইদবগী মবম লৈতে'। লম অসিগী পাও-চেশিংদা য়াম্না মক ওইবা পাও ওইনা ফোঙনবে। প্রজাশিংসু যান্না হবাওনবে। ঐখোয়গী ছাত্র-ছাত্রিশিংনা ইজৎ লৈনা মহৈ তম্বগী খুদোংচাবা পীবা ঙম্বগীদমক ঐহাকসু চাওথোকচৈ। অদুম তৌনা বোর্দ ওফ সেকেণ্ডরী ইডুকেসন মণিপুরদা লিংখৎখিবনি।

## ডি এম কলেজ ওফ সাইন্স, আর্টস অমসুং কমর্সস লিংখৎপা

মথংগী এজেন্দাদি ক্বালিটি লৈবা এডুকেসন পীননবনি। হায়বদদি লাইবা, থবক ওইনা পাঙথোকপদা বাখল অমসুং মতম চঙবা হিবমনি। শেল মবাংকাইনা লৈতনা শিনবা যাবা প্রোগ্রাম নত্তে। মণিপুরগীদি মশাগী ইনকমসু লৈজদে, কেন্দ্রগী শেন্থুংসু মমিংতা ওইননি। কমদৌনা শিনগনি। পাঙথোক্তবদি য়াদে। অহানবদা, তম্নবা মফম লৈবা তাই। তম্বীনবা ওঝা মবাংকাইনা লৈবা তাই। তম্বীগদৌরিবা ওঝাশিং অদু নিংথিনা ট্রেনীং ফংলবা ওইবা তাই। মখোযগী অরামল-তলব মতিকচানা পিফম থোকই। অসিনচিংবা। পৃথিবীগী ওইনা সাইন্সগী যুগ ওইবরুবা অসিদা ঐখোয়গী ছাত্রশিংবু সাইন্স তমহন্দবা তাববদি পাপ পুগদৌরিবনি। ঐখোযগীদি সাইন্স তম্নবা মতিক চাবা তোঙানবা সাইন্স কলেজ ফাওবা লৈজদ্রি। তোক্লগদ্রা ? কদাইদগী তোকপা যাগদগে। মতাং চপ চানা ওল ইন্দিয়াগী পোলিসি ওইনা ষ্টেট খুদিংদা প্রেমিয়াব সাইন্স কলেজ অমমম লিংননবা কেন্দ্রদগী খঙহল্লকপনি। ষ্টেট অদুগী তোঙানবা সাইন্স কলেজ লৈজববদি মদুদা লেববেটরী চাওখৎহন্নবা শেমগৎ শাগৎনবা, সাইন্সগী মেটিরিয়্যাল অমসুং ইকুইপমেন্টনচিংবা লৈনবা অচৌবা শেন্থুং অমা পীনবা খঙহল্লকপনি। শেনফম অদু লৌহৌদবা যাদে। মণিপুর ষ্টেটকীদি তোঙানবা সাইন্স কলেজদি লৈজদ্রি। হায়জিনবসু য়াবা নত্তে। ইনক্বাবি তৌববা মতুংদা পীগদবা শেনফমনি। কমদৌনা শিনগনি।

অহিংচুপ্পা খল্লবা মতুংদা লাম্বদা ফংবা উপায অমা লৈবে। মথংগী নমিৎতা এডুকেসন দিপার্টমেন্টগী ওফিসারশিং, কলেজগী প্রিনসিপালশিং কৌদুনা মিটিং

অমা তৌবে। অহানবা বামাং যানবা ওইনা হৌদোক্লে। ওফিসাব অদুগা ওঝাশিংনা মহাক মহাক্তা ফোঙদোকনিংবা মোৎ অদু চিংনদনা ফ্রি ওইনা ফোঙদোকপীয়ু। য়ানিংদনা য়ানিংবা শাবসু তৌবীগনু। বাফমদি অসিনি। কেন্দ্রদগী সাইন্সকী লেবোবেটবী শেমগৎ শাগৎনবা, ইক্যুপমেন্ট লৈনবা, সাইন্স মেটিবিয়্যাল কয়া লৈনবা অচৌবা শেন্থং অমা পীগদৌবি। মদুগী কন্দিসন হাযববু তোঙানবা সাইন্স ঙাক্তগী কলেজদি লিংবা তাই। শেন্থং অসি লৌহৌনবা ধনমঞ্জুবী কলেজ অসি সাইন্স কলেজ ওহ্নোক্তবা যাদ্রে। বাফম অমনা, কলেজ অসিমক্কী প্রেমিজদা আর্টস তম্বা ছাত্রশিংসু তম্বা যানবা শিনবা য়াগনি। অদুনা দি এম কলেজ ওফ সাইন্স হাযবা অমগা দি এম কলেজ ওফ আর্টস হাযবা অমগা কলেজ অনী থোক্লসি। বাবম অসিদা মোৎ পীবীয়ু। মোৎ পীবদা মবমসু য়াওনা পীবীয়ু। অহানবমক্তদা ডাইবেক্টব শ্রী তোমচানা ফোঙদোকই। মদু শিনবা য়াম্না লুগনি। ছাত্রগী ইবাং থোক্লক্কনি। মিং অদু হোংদোক হোংজীলগী মতাংদসু যেৎনবক্কনি। বেবা লাক্কনি। শ্রীতৌবাংবম ইবোতোম্বী, ডাইবেক্টবনা ফোঙদোকখি। 'মিনিষ্টবগী প্রোপোজেল অদু ফৈ হাযনা খঞ্জে'। মথংদদি বি সি রোই, জোইন্ট ডাইবেক্টবনা ফুক হৌগৎলক্লুনা ফোঙদোক্লে, 'ঐঙোন্দা শীন্নবীয়ু ঐহাক দাযীত্ব পুন্নমক লৌজগে। থবক ওইনা পাঙথোক্লবা শিঞ্জগে। ছাত্রসু তাইনজগে, মিংগী মবিদসু বেবা লৈতনবা শিঞ্জগে। গভর্মেন্টগী ওইনা দিসিজন অদুতা লৌবীয়ু। জুনিযাব ওফিসাব অতৈদুসু চপ মান্নানা হাযনবক্লে। জোইন্ট ডাইবেক্টবনা ফোঙদোকপীবা অসিদা ঐখোযসু যাজবে। ডাইবেক্টব তোমচাসু যেৎত্রে। মহাক্তা বাফম অমদি হৌদোবক্লে। 'আর্টস', 'সাইন্স' ছাত্রগীদি য়াবনি। 'কর্ম্মস' তম্বা ছাত্রগীদি কমদৌগদগে?' অদুমদি চুম্মী-চুম্মী হায়নবে। অদুনদি দি এম কলেজ ওফ কর্ম্মস হাযবা অমগা হাপচিল্লগা কলেজ অহুম থোক্লসি হায়না পুন্নমকনা য়ানবে। মখা তাবা ওইনা, কর্ম্মসকী শব্দক ওইনবা এডমিনিষ্ট্রেটিভ ব্লোক অমদি নৌনা শাদবা য়াবোই। মদু শাবা হায়না লেপ্পবে। ঐহাক্তা চীফ ইনজিনীযাবদা ব্লোক অদু নুমিৎ ৩০ নিদা লোইবীগদবনি হাযবদা নুমিৎ ৪০ নিতদি পীবীয়ু হাযদুনা য়ানবে। যাত্রা হন্নবা নুমীত্তা শঙ্গাবগী নুমিৎসু লেপ্পবে। অনৌবা ষ্টাইল ওফ ফঙ্কসন্নি। শঙ্গাবগী নুমিৎতি যৈথোকপা যাববোই।

বাফম অদু কেবিনেটকী অয়াবা লৌবদি চুম্মী খন্দুনা কেবিনেটতা পুথোকলে। চীফ মিনিষ্টব আলিমনা হায, 'মিষ্টব য়াইমানা পুখৎলকলিবা অসি শেল ইতিং তিংদনা কলেজ অহুম লিংখৎনবনি। অসিদগী হেন্না ফবা লৈববোই'।

অসুম্না কেবিনেটনা য়াবে। অসুম তৌনা দি এম কলেজ ওফ সাইন্স, দি এম কলেজ ওফ আর্টস অমসুং দি এম কলেজ ওফ কমর্সস লিংখৎখিবনি। য়াম্না থৌনা ফনা পাঙথোকখিবা থবক্নি।

মথংদা ওঝা ট্রেনিং তৌনবগী প্রোগ্রাম পাযখৎনবনি। লবাব ক্লাসগী অমদি হিন্দি তম্বীনবা ওঝা ট্রেনিং তৌনবগী প্রোগ্রামদি হান্নন পাযখৎতুনা লৈবে। হযাব ক্লাসকী ছাত্র তম্বীনবা ওঝাদি ট্রেনিং ইপি-পীদ্রি হায়বা যাই। মণিপুবগী মপান্দা লৈবা ওঝা ট্রেনিং তৌনবা ইনষ্টিট্যুসনশিংদা মণিপুবগী ওঝা মবক্তগী দিপুটেশন্দা থাবগা তমহল্লম্মী। শেল চংবা মবন্না চহি অমদা ওঝা খবদমক মশিং কক্লগা থাবম্মী। তমফমসু মবাংকাইনা ফংলমদে। ষ্টেট গভর্মেন্টনা হাযজবগা সিট খবা পীবীবকপগী বানি। য়াম্না তোন্না পাল্লমম্লবনি। মীঙোন্দা হায়জ-চৎচদুনতা পাল্লম্বনি। "Will Power" গা লোযননা পাঙথোক্লগে হাযবগী দিটবমিনেসন লৈবা হাযবা অসি এডমিনিষ্ট্রেসন পুবদা য়াম্না মব্দ ওইবনি। অদুগী মথক্তা সাবভিসকী মোটিভ লৈবা চংই। এডুকেসন ডিপার্টমেন্টকী অখঙ অহৈ কযাগা মমুৎ তানা খন্ন-নৈনবগা মতুংদা মণিপুবদা হযাব ক্লাসগী ছাত্র তম্বীননবা ওঝাশিং ট্রেনিং তৌনবা ইনষ্টিট্যুসন অমা লিংখৎনবা লেপ্পবে। লেপ্পবিবা বাফম অদুবুদি অফবনি। অদুদা হংলিবা বাহংদি কদাইদগী শেলনা শিনগদৌবিবনো? এডুকেসনদি ষ্টেট সবজেক্টনি। ষ্টেটকী লৈজবা শেনফমদগী কাইথোক্লগা শিনগদবনি। প্লানগী শেনফমদা এডুকেসনদা য়াম্না থাদবা ঙমদ্রিবা মতমনি। ভাবতকী অপুনবা শেনফমদগী চাদা অহুম থাদবদা যাম্না বাবীবা মতমনি। ষ্টেটকীসু ইনকম যাম্না কাদে। কদায়দগী কমদৌনা শিনগদগে হাযবা য়ৌবকপদা প্রোগ্রাম পুন্নমক পাযখৎতনা তোকপা ঙাক্তনি। শেল ইচং চঙদনা ওঝা ট্রেনিং তৌনবগী প্রোগ্রাম অদু পায়খৎপা য়াগদ্রা হায়না খন্নবা হৌবে।

## পোষ্ট গ্রেজুয়েট ট্রেনিং কলেজ লিংখৎপা

ধনমঞ্জুবী কলেজদা বি টি গী দিপার্টমেন্ট অমা হাংলগা মদু গুবাহাটি যুনিভর্সিটিদা এফিলিয়ট তৌবগা ওঝা ওইববা অমসুং ওইগদবশিংবু তম্বীবগী প্রোগ্রাম অমা পাযখৎলম্মী। খব লৈবগা অদুম হাযনা শিনবা থৌশিল অদুদা যুনিভর্সিটি অদুনা যাবক্তবে। তোঙানবা পোষ্ট গ্রেজুয়েট ট্রেনিং কলেজ অমা লিংখৎতবা য়াদ্রে। মতাং অসিদসু থৌনা চঙই, পাঙথোক্তবা য়াদে হায়বা দিটবমিনেসন অমা চঙই। শেল লৈতে, ফন্দ লৈতে হাযনা থৌশাদ্রবদি তোকপা

তাবকপনি। শেল যাম্না চঙদনা শিনবা য়াগদবা উপায় থিবা তাই। মতাং অমা চানা, কেন্দ্র সবকাবগী শেম্বং মখাদা 'য়ুথ ডিবলপমেন্ট'গী প্রোগ্রাম মখাদা শঙ কযামকম শাবগা শিজিন্নদনা লৈবি। মতম খবগী ওইনা শঙ্শিং অদুদগী শব্দক খবা লৌবগা 'পোষ্ট গ্রেজুয়েট ট্রেনিং কলেজ' অদু লিংখৎলে। খৃষ্টাব্দ ১৯৭২ গী সেপ্টম্বব ১৫ দা শঙ্গাবে। কলেজ অসিগী সিলভব যুব্লী সেলেব্রেসনগা মবি লৈনবদা ফোঙবা Souvenir দা কলেজ অসিগী ফাউন্দব প্রিনসিপালনা ইবা আবটিকল অমদা অসুন্না ফোঙদোকই, " credit may be given to Shri Y Yaima Singh, the then Education Minister for taking personal interest in establishing the post Graduate Training College " হায়বিবা সুভেনিযব অদুদা মথংদা প্রিনসিপাল ওইখিবী পুর্ণিমাসি দেবীনা মহাক্না ইবা আর্টিকলদা " the B T Department, D M College became a full fledged college in September, 1972 while Shri Yumnam Yaima Singh was the Education Minister " মথংদা প্রিনসিপাল ওইখিবা Kishun Singh না মহাক্কী আবটিকলদা পল্লী " as a result of the first General Election Shri Y Yaima Singh assumed the office of the then Education Minister in the State He took keen interest in the matter of teacher education the shape of the full fledged college of teacher education was given on 15 September 1972" অসুম তৌনা মণিপুবদা Post Graduate Training Institute অদু লিংখৎখিবগী মবমদা ওবজর্ভেসন পীনৈ।

## খুমন লম্পাকপু স্পোর্টস কমপ্লেক্স ওইনবা শেমগৎখিবা অমসুং স্পোর্টস চাওখৎনবগী মাইকৈদা

ঐহাক অঙাং ওইবিঙৈদগী মুক্না শান্নবা, খোঙ-কাংজৈ শান্নবদা থৱাই যাম্না যাওবকই। যাওশং যৌবক্রবদা লৈকাইগী অঙাংশিংনা মুক্না শিংনদুনা শান্নবদা চিংথবক্তে। চাওবক্রগা হোকী অমসুং ফুটবোল থৱাই য়াওনা শান্নবকপনি। হায়স্কুলগী থাক্কী টুর্নামেন্ট কযাদা য়াওবকই। ফুটবোলদগীদি হোকীনা হেন্না পান্না শান্নবকই। মতম অদুদদি ফুটবোল শান্নবদা যান্না ৱাংনা অমসুং শান্না কাওবগা শান্নবম্মী। ৱাংনা কাওবা ঙমদবদগী ফুটবোল শান্নবা তোক্রগা হোকী শান্নবদা

পুক্নিং হেন্না চংলকই। অদুবু টুর্নামেন্ট অমদা হোকী শান্নবা যাওবদা মাইদা দাগকম লৈনা শোকখি। অদুগী মতুংদগীদি ইমানা হোকী শান্নহনখিদ্রে। ভোলী বোল শান্নবসু যাওবকই। টুর্নামেন্ট কয়াদা শকক য়াবকই।

স্পোর্টসগী দিপার্টমেন্ট অদু এডুকেসন মিনিষ্টবনা পুবম্মী। খৃষ্টাব্দ ১৯৭২ গী জুন ২২ দগী মণিপুব ষ্টেট স্পোর্টস কাউন্সিলগী ঐহাক্না চেয়াবমেন ওইনা থবক পাযবা হৌবে। কাউন্সিল অদুগী শ্রীথাংজম মধু সিংহনা সেক্রেটবী ওই। কাউন্সিল অদুগী মিটিং অমদা মণিপুবদা স্পোর্টস কমপ্লেক্স অমা শেমগৎনবা খন্নবে। কমপ্লেক্স অদু ওইনবা মফম চাবা অমা পুথোক্নবা সব-কমিটি অমদা শীন্নবে। সব-কমিটি অদুগী মেম্ববশিংদি ১। শ্রী বাজকুমার মাধুরজীৎ সিংহ ২। শ্রীঅযেকপম বীবমঙ্গল সিংহ ৩। শ্রী এন ব্বেবতী সিংহ ৪। শ্রী থাংজম মধু সিংহনি। সব-কমিটি অদুনা পীখৎলকপা বিপোর্টকী মতুংইন্না —১। লম্ফেল পাৎ ২। তাকযেল ৩। চীংমৈবোং ৪। কোনুং লমপাক ৫। অকামপাৎ ৬। লাংথবাল ৭। শঙ্গাই পাৎ ৮। খুমন লমপাক ৯। ইম্ফাল পোলোগ্রাউন্দ ১০। হাওতাল নচিংবা মফম কয়ামকম চৎতুনা যেংলুই। সব-কমিটি অদুনা পুন্নমক্তগী খ্বাইদগী খুদোং চাগদবা শেম্বদা থোক্কদবা মফমদি খুমন লমপাকনি হায়না বিকমেন্দ তৌবক্রে। কাউন্সিলগী মেম্বব খবগা লোযননা চৎতুনা ঐহাক ইশামক মফম কযামকমদা চৎতুনা যেংলুববনি। কাউন্সিলগী ফুল কমিটিগী মিটিং অমদা ব্বাফম অদু পুথোক্নুনা খন্ন-নৈনবে। পুন্নমক্না য়েৎনবা অমৎতা যাওদনা স্পোর্টস কমপ্লেক্স অদু শেমগৎনবা মফম খুমন লমপাক্তা ওইবা হাযনা লেপ্লবে। লেপ্লবগী মতুং ইন্না খুমন লমপাক্কী লম পুন্নমক অদু কাউন্সিলদা পীনবা গভর্মেন্টতা তক্লবে। হান্না থোইদোক্না মব্দ ওইনা খন্নবমদবা মফম অদু হৌজিক্কী য়ান্না মব্দ ওইনা লৌনবক্তুনা ওবজেক্সন তৌবা হৌবকলে। যুম তানবা, সিনেমা হোল শাননবা, ওফিস কয়াগী শঙ শাননবা, স্কুল লিংখৎনবা ব্বাফম কয়ামকম গভর্মেন্টিদা থাঙ্গৎনবক্রে। দুকান ফন্নবা, সোপ সাইট ওইনবা তান্নবা কয়াসু য়াওবে। মহৈ মহৈ ব্বানোম্নবদা শক্তী পায়বা অঙস্বা মীশক কয়া য়াওবক্রে। তঙাইফদবা মবম কযামকম লৈবদগী কাউন্সিলদা পীনবা হায়নবা এবিয়া অদুমক্তী ফংদ্রে। অহানবা ইনষ্টোলমেন্ট ওইনা একব ৪৫ গী এবিয়াগী এলোটমেন্ট অদু পীবদুনা খৃষ্টাব্দ ১৯৭৪ জানুবাবীগী ২ দা লমগী দেলিভবী তৌবে। ঐহাক্না লোকেল সেলফ গভর্মেন্টিগী পোর্টফোলিওসু পুবা মবন্না এলোৎমেন্ট অদু ফংনবা হোৎনবদা খুম্মাং

চাওশিল্লিবনি। খবা তপথবম্নবদি য়ুম্ তাশিনখিদুনা অবাবা ওইবমগনি। লম অসি ফংলমদবসু য়াবিবনি।

স্পোটস কাউন্সিলনা লেপ্পবা মতুং ইন্না কমপ্লেক্স অদুগী কমপোজিৎ ষ্টেদিযম শাননবা যাত্রা অদু খৃষ্টাব্দ ১৯৭৫ ফেব্রুযাবি ২৬ দা ঐহাক্লা এডুকেসন মিনিষ্টব ওইনা হুনখিবনি। ফঙ্কসন অদুদা ঐহাক্লা এডুকেসনগী বজেৎতগী ষ্টেডিযম অদু শাবা হৌনবা লুপা লাখ অমা কাইথোক্লে হাযনা লাওথোক্লে। শেনফম অদু মতম অদুদদি যামথ্রবা শেনফমনি। অদুম তৌনা খুমন লম্পাক্তা স্পোর্টস কমপ্লেক্স শেমগৎপা হৌখিবনি।

ওল ইন্দিয়া নেসনেল স্কুলস চেমপীযনসিপ XVIII অদু খৃষ্টাব্দ ১৯৭২ গী ওক্তোবব ২৫ দগী ২৯ ফাওবা পাঙথোকখি। মদু যান্না মাইপাকপা ওইখি। মদুদা ষ্টেট ১৮ অমসুং যুনিয়ন টেবিটোবীশিংদগী শান্নবোই ১৪৮০ না শরুক যাখি। নেসনেল চেমপীযনসিপ অদু পাঙথোক্লবা দি এম কলেজ, জোনষ্টোন হাযাব সেকেন্দবী স্কুল, তম্ফাসনা গার্লস হাযাব সেকেন্দবী স্কুলগী কম্পাউন্দদা বাসকেটবোল কোর্ট শাবা হৌবনি, লোযননা সঙ্গেনথোং মযাগী Swimming পুল শাখিবনি। অদুম তৌনা শান্নবগী লমদসু তুংগী চাওখৎলক্লবা প্রোগ্রাম কয়া পাযখৎলম্বনি।

### টুবিজম ঃ টুরিজম চাওখৎনবগী মাইকৈদা

টুবিজম অসি এডুকেসন মিনিষ্ট্রিগী মখাদা লৈবম্মী। ঐহাক্লা এডুকেসন মিনিষ্টব ওইনা থবক পুবিঙেগী মতমদা পাঙথোক্লম্বা টুবিজমগী প্রোগ্রাম খরদং অদুদি অসিনি। লোকতাক পাৎকী ফজবা য়েংনবা শেমগৎলবা সেন্দ্রা টুবিষ্ট হোম, ফুবালা টুবিষ্ট হোম অদু হেন্না দিভলপ তৌনবা থবক পাযখৎলম্মী। ফন্দ মবাং কাইদবদগী নিংবা কাইখি। অনৌবা টুবিষ্ট হোম লিংখৎখিবশিংগী মনুংদা কাইনা, থোঙাম মোন্দুম অমদি, বাবোইচীং পনবা য়াই।

কাইনা অসি মৈতৈ বৈষ্ণব-বৈষ্ণবীশিংনা য়াম্না শেংবা মফমনি হায়না লৌজবা মফম অমনি। শ্রীগোবীন্দগী মুর্তি নিরূপন তৌখিবা হৈবোং পাম্বী অদুগী হৌফম মফম ওইবা মবম্না কাইনাদা লাইখুবম্বা চৎপা মীগী মশিং অদু চহিগী ওইনা য়াম্না য়াম্মী। মফম অদুদা মাগুপ লৈরমদে। নোংজু-নুংশা খাঙনবা করিগুম্বা

শঙ অমা ফাওবা লৈবমদে। ঈশিং য়োক্লবা পুম্ব্রিসু লৈবমদে। অদুনা মবম ওইদুনা যাত্রিকশিংগী যান্না খুদোং চাবমদে। ধর্ম্মগা মবি লৈনবা ওইবনা মফম অদুগী শেমগৎনবদা সবকাবগী মাইকৈদগী শেল থাদবা যাদে। ৱাফম অদু কান্‌বা য়ানবা কাইনা অদু টুবিষ্ট সেন্টব অমনি হায়না লাওথোক্লে। টুবিষ্টশিংগী খুদোংচানবগী মিংদা সবকাবদগী শেল থাদবগা অচৌবা মাগুপ অমা শাৱে। টুবিষ্টশিংগী লেকফম-চাফম-পোৎথাবম ওইনবা হোম অমসু পক্কা বিলদিং ওইনা শাবে। টুবিষ্টশিংগী খুদোংচাননবা সবকাবগী ফন্দদগী পুম্ব্রি অমসু শেমলে। অদুম তৌনা কাইনা টুবিষ্ট হোম হৌদোক্লম্বনি।

মথংদা থোঙাম-মোন্দুম লাইফম শেমগৎখি। অদুগী মথংদনা ৱাবোই চীং টুবিষ্ট হোম শেমগৎখি। ৱাবোইচীং অদু সনামহি নিংবনা সনামহিগী খুবমনি হায। হিন্দু ধর্ম্মা চৎপশিংনা সিব মহাদেবগী খুবমনি হায। মী মহাক অদুনা মপুক্লিংনা থাজবগী মতুং ইন্না নিংনবা লাইনি। য়ান্না থাজনবা ইবাং অমা মতম অদুদা লৈখি মদুদি, কন্নাগুম্বা ওফিসাব খবা খুবম অসিদা হৈকেৎ-লৈকৎ তমজকবদগী চীফ ইনজিনিযাব ওইখিবা য়াওবে, ভেটেবিনবি দিপার্টমেন্টদা ডাইবেক্টব ওইনা প্রোমোসন ফংখ্রে। অতে ওফিসাব খবসু মাই পাক্লখ্রে। ভোৎ লেপ্পা মীশক কয়ামকমসু অনকপা অবাপ্পদগী লাইফম অসিদা খুবম্বা লাকনৈ। খ্বাইদগী মশীং যান্না খুবম্বা লাক্লবদি ছাত্র ছাত্রিশিংনি। মখোযনা সিব-মহাদেবগী খুবন্নি হাযনা নিংদুনা খুবমজে। 'শঙ্গোম হৈবা' হায়দুনা পবীক্ষা ঙকযাদা সিব মহাদেবগী নুংগী মুর্তিদা শঙ্গোম হৈবগা চেংপাক-কবোক-চুহি যাওনা কৎতুনা খুবমনৈ। বাকনি নুমিৎতসু খুবম্বা চৎনৈ। খ্বাইদগী চাওনা পাঙথোকপা থৌবমদি চৈবাওবা নুমিৎতনি। অহল-নহা-নুপী-অঙাং মী লিশিংদগী তাদনা চহি খুদিংগী চৈবাওবা নুমিৎতা লাইফম অসিদা খুবমনৈ। অসিগুম্বা মফম অসি যৌনবা চৎপদদি য়ান্না খুদোং চাবমদে। খোঙনা চৎপা তাবম্মী। ধর্ম্মগী মীংদা লম্বী শেম্নবা শেল কাইথোকপা যাদবনা মফম অদু টুবিষ্ট হোম ওইনা লাওথোক্লগা শেল খবদি কাইথোক্লে। তৌইগুম্বসুং চংগদৌবিবা শেনফম অদু ওক্লবা টুবিজমদগী কাইথোক্লবা ফন্দ লৈতে। মতাং অমা চাক্লবদগী শ্রীইবেংবম গোকুলচন্দ্র কৌবা অদু চুন্নতগী এস ও অমা ওইবম্বদগী মথং-মথং ফম কাবক্লুনা চীফ ইনজিনীয়াব ফাওবা ওইখি। মহাক্কা 'সিব মহাদেব'গী থৌজান্দগী প্রমোসন ফংজবনি হায়না থাজমনখিবদগী ৱাবোইচীং সিব মহাদেবদা চাওনা পুজা কৎচখি। ঐহাক্কা তানবগা লম্বী অদু

'ইন্টবভিলেজ বোদ' ওইনা লৌখৎলে। লম্বী অদু শেম্নবা পি দবলিযু দি দা চার্জ তৌবে। লম্বী অদু শেম্বগা লোযননা টুবিষ্ট হোমগী মিংদা খুবম অদু মওং তানা শেমগৎপগা লোয়ননা শঙজাও অমসু শারে। লমহাং অদুদা লাই খুরম্বা লাকপশিংগী নোংজু-নুংশো মতমদা যাম্না বানবম্বা অদু কোকলে। ফন্দ মতিক চানা লৈতবা মতমদা টুবিজম চাওখৎনবা হোৎনবা অবাইবা থবক নৎখিদে। টুবিজম্বু ইন্দষ্ট্রিজ ওইনা লৌনবগী খোঙথাং যাঙনা থাংজিল্লম্বনি।

## মণিপুরদা পঞ্চায়েট

পঞ্চাযেট বাজ চাওখৎনবগী মাইকৈদা খৃষ্টাব্দ ১৯৭২ ফাওবদা মণিপুবদা পঞ্চাযেট লিংখৎনবগী থবক থৌবম পুম্নমক যু পি পঞ্চাযেট বাজ এক্টগী মখাদা পাঙথোক্রম্মী। মণিপুবনা মপুং ফাবা ষ্টেট ওইবগা লোযননা এক্ট অসি শিন্দোকপা হাযবা অদুনা ঐহাক্কী এজেন্দা নম্বব বান্নি। মদুগীদমক থবক পাযখৎলে। ঐহাক্না 'লো' পোর্টফোলিওসু পুবা মবম্না থবক অদু পাঙথোকপদা যাম্না খুৎলোইবম্মী। মথংগী এজেন্দাদি পঞ্চাযেট পুগদবা প্রধান, মেম্ববনচিংবদা শেলগী মতেং 'ওনবেবিয়ম' পীবনি। মদুসু পাঙথোক্রে। মমিংতা ওইনবা পীবা শেলগী 'ওনবেবিযম' ওইববমকসু মতুংগীদমক্তদি যাম্না মক ওইবা খোঙথাং অমনি।

## মণিপুরদা মেদিকেল কলেজ লিংখিবা

মপুং ফাবা ষ্টেট ওইববদা, মণিপুব সবকাব অদু মহম্মদ আলিম উদ্দীন না চীফ মিনিষ্টব ওইদুনা শেমলে। ঐহাক্না কেবিনেটগী অনীশুবা বেঙ্কদা লৈদুনা সবকাব অদু পুমীন্নবে। হৌনবী চৎনবী মতুংইন্না কেন্দ্রদা প্রাইম মিনিষ্টব ওইবিবদা ইকাইখুম্নবা উৎপা, শকখঙ মাইখঙনবগীদমক কর্টসি কোল অমা তৌকনবা ঐখোয অনী দিল্লীদা চৎলে। মতম অদুদা শ্রীমতি ইন্দিবা গান্ধিনা প্রাইম মিনিষ্টব ওই। ঐহাক্না মণিপুবদা কংগ্রেস লিংখৎপা নুমিৎতগী হৌনা একটিভ মেম্বব অমা ওইনা, বার্কিং কমিটিগী মেম্বব ওইনা পুবকখিবনা হাম্নদগী হৌনা ইন্দিবাজীগা অদুম শকখঙ মাইখঙনববনি। প্রাইম মিনিষ্টব জবহবলাল নেহরুনা খৃষ্টাব্দ ১৯৫১ দা মণিপুবদা লাকখিবদা ইন্দিবাজীসু যাওবকখিবনি। অদুগী মতুংদসু ইন্দিবাজীনা কংগ্রেসগী প্রসিদেন্ট ওইনসু মণিপুবদা লাকখি। ঐহাক্না দেলিগেসন কযাদসু শকক য়াবদুনা ইন্দিবাজী উনা-খোৎনবদা খুদোং চাবা কয়া ফংখি। হন্দকসু ফংই। দিল্লীদা সাউথ ব্লোকতা প্রাইম মিনিষ্টবগী ওফিসতা অয়ুক পুং ১০ মি ৪৫ দা উনবে।

মহাক্কী মমাংদা থাবিবা চৌকি অনীদা ঐখোয় অনীনা প্রাইম মিনিষ্টবগা মায়োক্লনা ফম্মী। ইহান হানবা মক্তদা ঐঙোন্দা চুমদ্রিংনা হেক্তা ওনশিন্দুনা হংই,' "Why you left the congress"? ঐহাক্লা হেক্তা খুমদোকখিবম্মী, "Just to draw your attention, Madame", অদুম হাযনা হংলক্কনি খলহৌদবনা খুদক্তা হেক্তা খুমদোকখিবনি। ঙৈহাক তুমিন্না লৈবগা ইন্দিবাজীনা ওবজার্ব তৌবকই, "Yes, I agree with you ." তশেংবমক কেন্দ্রগী মাইকৈদগী অসোইবা খবা লৈখ্রে হাযনা মশানা যাখি।

ইন্দিবাজীনা হায়, 'মণিপুবগীদমক থৌওইনা পাঙথোকফম থোকপা থবক কযা পাঙথোকহৌদ্রে। মদুগী নুংঙাইবক্তে। হৌজিক কবি তৌসি হাযবগে?' আলিমউদ্দীননা মখা শমথদুনা ব়াহে খবা হাযবগা লোযননা মেমোবেন্দম অমা প্রাইম মিনিষ্টবদা পীশিন্নে। ঐহাক্লা মতেং পাংবা ওইনা, 'হৌখিবা চহি কুন হেন্না কেন্দ্রদা কংগ্রেসনা সাসন পুবক্লবদা মণিপুবগীনি হাযদুনা মশক নাইবা থবক থৌবম অমৎতা ফাওবা পাযখৎপিখিদ্রি। মবম অদুনা মণিপুবগী প্রজানা ব়াবৌনবে, পেন্নদ্রে। অহল্লোন-নহাবোল সেক্সন খবদি ফোংনা 'বিভোলুম্নবি গভর্মেন্টি ওফ মণিপুব' হায়বা অমা শেন্নগনি হাযনা ফাওবা থৌবাং তৌবে। লো এন্দ ওর্দবগী ফিভমসু লুশিল্লককনি। মবম অদু লৈবনা লৈবাক্কী ইন্টবেষ্টতা ঐখোয়না মেমোবেন্দমদা পল্লীবা থবক প্রোগ্রামশিং অদু পাযখৎপদা অযাবা পীবীয়ু। লোযননা শেল মবাং কাইনা পীবীয়ু হায়না ঐনা হাযজবম্মী। ঐহাক্লা ব়াহে খবা অদু হাযবিঙেদা মহাক্লা মেমোবেন্দম অদু চাওবাক্লা ষ্টদী তৌবা লোইবে। ইন্দিবাজীনা হাযফেৎ পাববা মতুংদা মথং মথং হৌদোক্লে। মণিপুবদা, ইম্ফালদা মেদিকেল কলেজ লিংনবগী ব়াফম অসিগীনা মিষ্টব ডিক্সিৎ (Uma Sankar Dikshit) উনবো, মঙোন্দা ঐনা টেলিফোন্দসু হায়ব্রগে। মণিপুবদা য়ুনিভর্সিটি লিংনবগী ব়াফম অদুগীনা শ্রীপার্থ শাবথী উনবগা কুপ্পা তান্নবো। মঙোন্দসু ঐনা খঙহনব্রগে। চানবা চিঙ্গাক্কী মতাংদদি মহম্মদ ফক্রউদ্দীন অহম্মদ উনবগা য়াগনি। মণিপুবদি ফৌ মবাং কাইনা থোকপা নৎত্রনে? ফবে, ব়াংকদবা লৈববদি ওক্লবা লৌবা য়াগনি, অব়বা ব়াফম নৎতে। অরোইবদা হায়নিংবদি 'শেলগী মবিদনি, ফন্দগী মতাংদদি ব়াংহল্লোই provided you are prepared to utilise it properly and maintain a clean administration" অসিদা লোইশিল্লসি হায়দুনা নমষ্টে তৌবে।

ঐখোযনা খন্নবদি, ঐখোযগী সরকার অদুনা নন-কংগ্রেস ওইবনিনা থৌওইনা তৌবক্রোইদ্রা। উনৈ হায়বদমক থোক্রগা কান্নবা ফংলোইদ্রা খল্লুবনি। মদুমক্তী থোক্রে। মথংগী নুমিৎতা মিষ্টর দিক্সিৎকা উননবা মতম লৌবে। নুমিদাংগী পুং ১১ মি ১৫ দা এপোইন্টমেন্ট পীবে। ইম্ফালদা, য়ুমদদি তুন্নববা, মীকপ অমা থোক্লববা মতমনি। দিল্লীদদি ইঙন ঙন্না থোকলে। ঐখোয অনী মতম চপ চানা থুংলে। মিনিষ্টরনা মাগী কেন্দ্রগী ভিজিটর কয়ামকম উনবি হায। অদুবু ঐখোয লাক্রে হায়বা পাও পীরুবদগী মশামক থোবক্তুনা ওক্লবে। 'মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টরগা এডুকেসন মিনিষ্টরগা যৌবক্রে। অরুবা রা তান্নগদবা লৈবে। ময়াম চৎপীবো হয়েং উনবসি' হায়দুনা মাগী কেন্দ্রগী মীশিং অদু থাদোকখ্রে। রাবী হৌদোক্লবে। মণিপুরদা, ইম্ফালদা মেদিকেল কলেজ অমা লিংবীনবগী মতাংদনি হায়না খঙহল্লে। শ্রী দিক্সিৎনা মহাক্কী পি এস দা মেদিকেল পুবা সেক্রেটরীগা লোয়ননা মেদিকেল পুবা ডাইরেক্টর জেনরেল অদুগা কৌনবা খঙহনখ্রে। ইকুই কুইদনা মখোয় অনীমক যৌবক্রে। 'মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টরগা এডুকেসন মিনিষ্টরগনা ইম্ফালদা মেডিকেল কলেজ অমা লিংবীনবা হাযবি। করম তৌসিগে' হাযনা মিনিষ্টরনা হৌদোক্রে। মেদিকেল পুবা সেক্রেটরী অদু যাম্না চীং-লেম্মী, ইংই। মহাক্না পুথোকলে। চহি মঙাগী প্লান্দা, নোর্থ-ইষ্টগী ওইনা মেডিকেল কলেজ অমা লিংগদবগী প্রোভিজন লৈ। চৎলিবা চহি অসিগী মনুংদা লিংগদবনি। মতমসু লৈশিল্লক্তবে। ইনফ্রাষ্ট্রকচর হান্নবা লৈববা মফমদা লিংবনা খুদোং চাগনি। মতাং অদু যৌককপদা, ঐহাক্না, ঐখোযনা তৌজবিবা প্রোপোজেল অদুগী সপোর্ট তৌদুনা খবদং হাযজগে হায়দুনা হায়বে। অহানবদা, কেন্দ্রনা মণিপুরবু থৌশাবীবক্তবদগী প্রজানা পেন্নদবা ফোঙদোকলে। অনীশুবদা মণিপুরগী অহিং-অশা, ফজবা, লৈবদা নুংঙাইবা, কলচরগী অরাংবা থাক পন্দুনা শক তাক্রে। শ্রী দিক্সিৎ অদুদি হান্নবা মণিপুরদা লাকখ্রবনি। মৈতৈগী জগোয়-ঈশৈ উখ্রবনি, তাখ্রবনি। অদুনা চুম্মী হাযনা পুক্লিং থৌগৎপা রাহে ফোঙদোকই।

হায়নবা লৈ, 'নিংথৌগী মনাই অদু পীকপ্রা চাওব্রা যেংউ। পীক্লবদি লাইরোই, চেকশিল্লু, খুকউ শেল্লু'। হায়বিবা মেদিকেল পুবা ডাইরেক্টর জেনরেল অদু মী পীকই, মথিক নেম্মী। মফিদি য়াম্না নান্না শেৎলি। মচিন্দা কাংচুপ অদুদি শুপথা থাদোক্তে। পাবমিসন ফংবা ওইবমগনি। মিনিষ্টরগী মমাংদসু কাংচুপ অদুদি অদুম থকলে। অমুক হৈদোকই, মচাক অমুক হাপ তৌদুনা থকপা কাংচুপনি। এদিক্ট

ওইববনি। মহাক্লা মোৎ ফোংদোক্রদুনা হাযবকই, 'কদাইদগী মণিপুবদবু মেদিকেল কলেজ লিংবা যাব্নগদগে? প্লান্দা য়াওবিবা কলেজ অদুদি নোর্থ ইষ্ট বিজনগীনি। ইম্ফালদা মফম চাদে। লিংগদৌবিবা কলেজ অদু মীবু লায়েংনবনি। মী হাৎনবা লিংগদবা নৎতে। ইফ্রাষ্ট্রকচবসু লৈতে। ওইবা যাবোই। প্লান প্রোভিজন অদু লাপ্‌স ওইদুনা তোক্কনি। মসি ঐগী মোৎনি। চীফ মিনিষ্টব আলিম অদু তুমীন্না তাবম্বদগী শাওনিংলমাল্লে, হাযবকই, 'ঐখোইসু খঙই, মণিপুবগীদমক হায়জবদা যাবীবোই হাযবা। মণিপুবদি থৌশাবীদ্রবা লমনি। ঐখোযনা মদু প্রজাদা খঙহনগনি। অদুগা ঐখোযসু বিজাইন তৌথোক্কনি। মদুদগী ওইবকপা ফিভমদি যান্না লুগনি।' ঐখোয শাওবে অমসুং ব্বাবৌবে হাযবা মেদিকেল মিনিষ্টব অদুনা খঙলদুনা হাযবকই। "ডাইবেক্টব জেনবেলনা হাযবিবা অসিনা এডমিনিষ্ট্রেসনগী মীৎয়েংদগীনি। ব্বাফম অসিদি পোলিটিকেল ইসু ওইবক্রে'। ঐহাক্লা হাযফেৎ মবক থৎনা পাংলম্মী, "সাব, তশেংনমক ঐখোয়দদি ব্বাফম অসি পোলিটিকেল ইসুনি'। মণিপুবদা মেডিকেল কলেজ লিংগনি হায়না প্রজাদা কমিৎ তৌখ্রে। ঙমদবা তাববদি ঐখোয সবকাব থাদোকপা তাবনি। শ্রী দিক্সিৎ অদুদি নোকমি নোকমি তৌদুনা অদুম ওবজার্ভ তৌবি। অদুগা অমুক হাযবকই, 'প্রজাগী মেন্দেৎ ফংলদুনা সবকাব পাযবিবনি, তোকপগী ব্বাদি লাক্রোই'। ডাইবেক্টব জেনবেল অদুদা ওনশিল্লদুনা মিনিষ্টবনা খঙহল্লে, 'ব্বাফম অসিদি পোলিটিকেল ইসু ওইনা লৌবে। পোলিটিকেল দিসিজন্দি, "Madame dısıres to have the college at Imphal, So, I have taken the decısıon accordıng to her wıshes" কোন্না খঙলকপদা, প্রাইম মিনিষ্টবনা ঐখোযগা উনববা মতুংদা মেদিকেল মিনিষ্টবগা টেলিফোন্দা ব্বাবী শান্নখ্রে। প্রাইম মিনিষ্টবনা পাম্বা মতুং-ইন্না মেডিকেল কলেজ অদু ইম্ফালদা লিংবা হাযনা লেপ্লবনি।

ডাইবেক্টব জেনবেল অদুনা অমুক হৌদোকলে, গভর্মেন্টিকী অদুগুম্বা দিসিজন অদু লৈবগদি থবক অসিদি থুনা পাঙথোরবা তৌবীবো। মণিপুব সবকাবদা কন্দিসন খবদি থম্বীয়ু। অহানবা কন্দিসন, ওঝা হাপ্পদা সবকাবদগী খুৎ থিংজিনবীবক্কনু। অনীশুবদা, থবক হৌবা যাননবা এডমিনিষ্ট্রেটিভ ব্রোক অমা অথুবা মতমদা ফংহনবীবো। অহুমশুবদা, কলেজ অদুগী প্রিনসিপাল অমা হাপ্পীবো চীফ মিনিষ্টবগা ঐগনা হাযবিবা পুন্নমক অদু য়াবে হাযনা এসুবেন্স পীরে। মতাং অদু যৌবকপদা সেক্রেটবী অদুনা মীশক তবাখক্কী মমিং ইদুনা মিনিষ্টবদা পীশিল্লে।

সেক্রেটরীনা খঙহন্লে। লিষ্ট অদুদা য়াওবিবা মীশকশিং অদু প্রিনসিপাল ওইবা যাববা ঙাক্তনি। অদুবু লিষ্ট অদুগী মবি মঙাশুবা অদু ফাওবা ফম অদু ওইবীয়ু হাযবদা যাবোই। মবি ফাওবা অদুদি প্রোমোসন ফংগদবা ঙাইদুনা লৈববনি। মঙাশুবা মীশক অদুমদি ভাবতকী মপান্দা লৈখিবনা হৌজিকমক মহাক্কী সার্ভিস ফংলোই। তককশুবদা পল্লীবা 'মালহোত্রা' কৌবা অদু যান্না কেপেবল ওইবা মীনি। মঙোন্দা শীন্নববদি কলেজ অদু পাঙথোক্নবদা খুৎলোইগনি। অদুবু মহাক হৌজিকমক্কীদি বেনাবসদা লৈ। কনট্রেক্ট তৌবা ফংগদ্রা খঙদ্রে। শ্রী দিক্সিৎনা পুং কয়া তাখ্রবগে যেংবদা নোংযাই মতুং পুং ১ তাবে। মাগী পি এস দা 'হোৎ লাইন্দা' বেনাবসদা তেলিফোন্দা মালহোত্রা অদু ফংব্রা যেংঙ্উ হাযদুনা শীন্নবে। ফংবা ঙমলে। সেক্রেটবী অদুনা মঙোন্দা (মালহোত্রাদা) ইম্ফালদা লিংগদবা মেদিকেল কলেজ অমগী প্রিনসিপাল ওইনবা ওফব তৌবে। মহাক্নসু পোষ্ট অদু লৌবদা য়াবে হায়না পাও ফাওনবে। মেদিকেল মিনিষ্টবনা লাওথোক্রে, মণিপুবদা নোর্থ-ইষ্ট বিজনগী ওইগদবা মেদিকেল কলেজ অমা লিংলগনি। মদুগী প্রিনসিপাল ওইনবা মালহোত্রাবু হাপ্লগনি। মণিপুব গভর্মেন্টনা কলেজ অসি অথুবা মতমদা হৌবা যাননবা প্রিনসিপালগী ওফিসনচিংবা ইনফ্রাষ্ট্রকচবশিং প্রোভাইদ তৌনবা শিনবীবো। অদুম তৌনা, নোংয়াই মতুং পুং ১ মি ৩০ চৎপা মতমদা ইম্ফালদা মেডিকেল কলেজ অদু লিংননবগী দিসিজন লৌখিবনি। অসুম তৌনা বিজনেল মেদিকেল কলেজ (ঙসি উবিবা বিমস) অসি লিংখৎখিবনি। মতাং অদুদা কলেজ অদু লিংহৌদবা তাবন্নবদি, মণিপুবদা মতম শাংনা মেডিকেল কলেজ লিংনবগী খুদোং চাবা ফংলমলোইদৌবিবনি।

আলিমউদ্দীনগা ঐখোয় অনী য়াম্না নুংঙাইবস্মী। ঐখোয়না খবা কন্না তরুবমদ্রবদি খুদোংচাবা অদু ফংলমলোই। খবা থেংথবন্নবসু খুদোংচাবা অদু নাম্থোক্রমগনি। প্রাইম মিনিষ্টব উনবা মতমদা ঐখোযনা চৎনবা হৌগংলকপদা, ঐনা অসুম হায়না ফোঙদোক্রস্মী, "The M P P may be taken as the another name of the congress party, Madame" নোংঙানবগা দিল্লীদগী ইম্ফালদা মেসেজ থাবে। মীয়াম প্রজাশিংনসু য়াম্না হবাওখ্রে। দিল্লীদা অতৈ থবক লোইবগা হনপ্লগা কলেজ অদু লিংনবগী থবক য়াম্না য়াঙনা পায়খৎলে। মতম অদুদা নর্সশিংগী লৈনবা, তন্নবা মফম ওইনা শিজিন্নবম্বা 'নর্স কার্টব) অদু নৌনা শেমদোক শেমজীন তৌদুনা মদুদা কলেজ অদু হৌনবা শিন্নে।

ইম্ফালদা হেক হল্লকপগা চীফ মিনিষ্টবগা ঐখোয অনী গভর্ণবগা উনবে। মতম অদুদা শ্রী বি কে নেহৰুনা মণিপুবগী গভর্ণব ওই। মহাক্তি শ্রীমতি ইন্দিবা গান্ধিনা যাম্না থাজবা মীশক্তি, অদুগী মথক্তা নেহৰু ফেমিলিগী ওইদুনা নক্লবা মীশকনি। মঙোন্দা কলেজ অদু লিংনবগী পাও পুন্নমক তমলে। কলেজ অদু হৌনবা অমসুং অনৌবা শঙ অমা শাননবগী যাত্রা হুনবদা গভর্ণবনা চীফ গেষ্ট ওইদুনা পাঙথোকপীনবা হায়জবে, অহানবদা যাদে। পাঙথোক্কদৌবিবা থবক অদু এক্সিকিউটিভকিনি। চীফ মিনিষ্টবনা চীফ গেষ্ট ওইবগা পাঙথোকপনা অচুম্বা ওইগনি। বাদু তাবদা ঐনা হায়জবম্মী। 'পাঙথোক্কদৌবিবা থৌবম অদুদা ইযোব এক্সেলেন্সিনা যাওবীদুনা ব্রেসিং পীবীববদি মণিপুবগী প্রজানা যাম্না পেঞ্জগনি। মদুগীদমক্তা হাযজবিবনি'। মদু তাবদা শ্রী বি কে নেহৰুনা খোল থোক্না নোক্লগা হাযবকই, "Mr Chief Minister' your Education Minister is very shrewd I known why you wanted me to be involved in it Now, I have to agree in the public interest" ফঙ্কসন অদু চাওনা পাঙথোকখ্রে। বার্ত্তন ফংবা ফংদবা থিদনা অযাম্বা মশক নাইবা ফন্নাইবা অমসুং সাধাবন প্রজা অমসুং ছাত্র ছাত্রিশিংনা শৰুক যাখি।

মতাং অসিদা পন্নিংবা অমা লৈবে। শ্রী বি কে নেহৰু অদু যাম্না দাযীত্ব খঙবা, প্রিনসিপল লৈবা, লৈবাক্কী খনবা মীশক্তি। মহাক্না হায়, 'য়াবিবমখৈদি এক্সিকিউটিভকী থবক পুবিবা নখোয়না এক্সিকিউটিভনা পাঙথোক্কদবা থবক্কী থৌবমশিং পাঙথোকপদা শৰুক য়াবনা যৈ। গভর্ণবনা যাওবদা অবেম্বদা খবচ তৌনবনি। প্রোতোকোল ঙাক্তবা যাদবদগী ঙাক্লনবা শিনবদা শেল যাম্না চাদিং তৌবা তাই। ষ্টেট অসিগী শেল থুমগী ফিভম অসিদা অদুগুম্বদা শেল য়াম্না চৎহন্নীংদে। মহাক্কী মতুংদা ওইখিবা অয়াম্বা গভর্ণবশিংদি ফঙ্কসন অমদবু য়াওবীয়ু হাযজৰুববদি পংযাওদা যাওই। অদুনা কান্নফম খঙদনা, নংখ্রবা ষ্টেট অসিগী খবচ য়াম্না তিংহল্লি।

## মণিপুরদা য়ুনিভর্সিটি লিংখৎনবগী থৌরাং

পার্থ শাবথি হাযবা মীশক অদুদি প্রাইম মিনিষ্টব ইন্দিবা গান্ধিগী য়াম্না থাজবা এডভাইজবশিংগী মনুংদা অমনি। একাদেমিক ওইবা বাফম অয়াম্বা তান্নফম ওইনা থম্বা মীশকশিংগী মনুংদা অমা ওই। যাম্না চম্মী, ইংই। মহাক উবতদা

বাখল পোকপা মাইথোং পুই। গোপালস্বামি পার্থশারথী অদু শ্রী নেহরুগী মতমদগী হৌনা মব্দ ওইনা থবক থৌবম কয়া পাঙথোক্লবা থৌ পুবক্লবা মীশক্নি। মহাক্না অহানবদা Cambodia দা কন্ট্রোল কমিসনগী চেযাবমেন ওইনা এম্বাসেডবগী থাক্তা থবক পুবা হৌই। মতুংদা, Vietnam, Indonesia, China দা এম্বাসেদব ওই। পকিস্থানদসু হায কমিস্নাব ওইখি। জবহবলাল নেহরু য়ুনিভর্সিটি গী অহানবা ভাইস চান্সেলব ওইখি United Nation দা ভাবতকী Permanent Representative ওইখি। অবোইবদা External Affairs Ministry দা Policy Planning Committee গী চেযাবমেন ওইখিবনি। অসিগুম্বা মীশক অসি ইন্দিবাজীনা যাম্না থাজনা থম্বা অমা ওইখি। মণিপুবদা য়ুনিভর্সিটি অমা লিংনবগী বা তাননবা মঙোন্দা শিন্নবনি। প্রাইম মিনিষ্টবনা হাযবকপা মতুংইন্না মহাক্না উননবা শিন্নবে। নুমিৎ অমৎতদা পুংফম চপ মান্নবদা ট্রান্সপোর্ট পুবা মন্ত্রিনসু অদুগা পার্থ শাবথিনসু এপোইন্টমেন্ট পীবকলে। চীফ মিনিষ্টব অলিমউদ্দীননা ট্রান্সপোর্ট মন্ত্রি উননবা অদুগা ঐহাক্না পার্থ শাবথী উননবা শীন্নবে। অকক্লবা মতম চানা পার্থ শাবথিগী লৈফমদা ঐহাক চৎলে। মহাক ফৈজোম ফুবিৎ শেৎলি, ঐহাকসু ফৈজোম ফুবিৎ শেৎপনি। মহাক্না ওকপসু থোঙ্গালদা ওকপিবম্মী, থিন্দোবকপদসু থোঙ্গাল ফাওবা থিন্দোকপীবকই। অদুগুম্বা মীশক অদুগা বাবী শান্নবা অদুদা কবিগুম্বা মখলগী লৌথুপ লৌকোই লৈবগী বাখল পোক্তে। অফবা থবক অমা পাঙথোক্লবগী বা তান্নবা ওইনা পুক্লিংদা ফাওই। বাবী হৌদোক্লবদগী অদুম খঙলে। প্রাইম মিনিষ্টবনা মণিপুবদা য়ুনিভর্সিটি অমা লিংখৎনবগী মবিদা তৌবা যাবা কবি লৈবগে যেংশিন্নবা অমসুং মদু ঐগা তান্ননবা শীন্নবকখ্রে। মহাক্না মাগী টেবলদা মণিপুবগী হৌজিক ওইবিবা এডুকেসনগা মবি লৈনবা দাতা পুন্নমক পুথোক্লনা থমলে। ঐহাক্কী এপ্রোচতি পোলিটিকেল খবা ওই। তৌইগুম্বসুং পার্থ শাবথি অদুদি একাদেমিক্ য়াম্না ওই। পোলিটিকেল এঙ্গলদগীসু য়েংদবদি নৎতে। অদুনা থোইনা চয়েৎনদে। ঐহাক্কী বা পুন্নমক তাববা মতুংদা ঐহাকপু ফজনা কনভিন্স তৌবম্মী। মহাক্কী বাখলদি অসিনি। মণিপুবদা য়ুনিভর্সিটি অমা লিংখৎপা তঙাইফদবনি। থেঙবু থেংমন্নবনি। অদুমনদি ওইবগা য়ুনিভর্সিটি অদু খুদক্তা লিংখৎপদি য়াখিব্রোইদৌবি। অহানবদা য়ুনিভর্সিটি অদুদা তমগদবা ছাত্র পুথোক্লবা ফিদব কলেজ মতিক চানা লৈবা তাই। অনীগুবদা য়ুনিভর্সিটিঅদুগী শঙ-নুং মবাং কাইদবা যাবোই। মথংদা তম্বীনবা ওঝা মতিক চাবা ওঝানা তম্বীদবা যাবোই। অফং অফংবনা শিনবা

য়াবোই। ছাত্র মাংগদৌবিবনি। পুন্নমক অসিগী মথক্তা ষ্টেট গভর্ণমেন্টগী এডুকেসনদা থাদগদবা শেনফম বজেৎতা মবাং কাইনা য়াওগ্রি। পুন্নমক অসি য়েংবদা পুমবাৎ বাৎলি। 'এডুকেসন' অদুনা ষ্টেট সবজেক্ট ওইবা মবন্না পাঙথোক্কদৌবিবা ইনফ্রাষ্ট্রকচবগী থবক অযাম্বা ষ্টেট গভর্ণমেন্টনা পুথোক্কদবনি। কেন্দ্র সবকাবদগী পাংবা যাবা মতেংবুদি পাংগনি হাযববু মদুনা ওইবদি য়াবোই। 'পুন্নমক অসি কালকুলেট তৌবগা ঐঙোন্দগী (পার্থ) পীনিংবা এডভাইসতি অসিনি, চৎলিবা চহি অসিদগী জবাহব লাল নেহৰু যুনিভর্সিটি অদুগী সেন্টব অমা ইম্ফালদা হাংলসি। সেন্টব অদুগী মিংদা জে এন যুনিভর্সিটিনা কেন্দ্রগী খুৎথাংদগী শেল মবাং কাইনা থাদবা য়াবগনি। সেন্টব অদুগী ওইনা এডমিনিষ্ট্রেটিভ ব্লোক, ক্লাস কম, লাইব্রেবী, একজামিনেসন হোলনচিংবশিং দবকাব ওইবা শঙলেন কযা শাহৌবা য়াবে। মতিক চাবা ওঝা কযাসু জে এন যু দগী থাবক্লবা শিনবা যাগনি। লোকেলগী ওইবা মতিকচাবা প্রোফেসব, লেকচববসু হাপ্পা যাগনি। হৌজিকমক্কীদি প্রোপোজেল অসিগী মতুং ইন্না তৌহন্নীংই। সেন্টব অসি মপুংফাববা মতুংদা জে এন্ য়ুনিভর্সিটিনা ষ্টেট গভর্ণমেন্টদা মণিপুব য়ুনিভর্সিটি ওইনবা শীন্নবম্বা যাবে। মদুগীদি মেদাম প্রাইম মিনিষ্টবনা অদুম শিনবীবা যাবে।'

মহাক্লা হাযবা পুন্নমক মুন্না তাববা অমসুং মুন্না খল্লবা মতুংদা প্রোপোজেল অদু য়ান্না কনষ্ট্রকটিভ ওই হায়না পুক্লিংদা লেপলে। ঐহাক্লা পার্থ শাবথিদা খঙহল্লে। ঐহাক্কী ওইনদি প্রোপোজেল অদু য়ানিংলে। কেবিনেটতা পুথোক্লনা অযাবা লৌববা মতুংদা থবক ওইনা পাঙথোক্লবা প্রোসেস তৌবসি হায়না লেপ্লবদুনা খন্নবা অদু লোইশিন্লে।

দিল্লীদা ঐখোয়গী লৈফম, পতাউদি হাউসদতা, ঐখোয় অনীমক হায়বদি চীফ মিনিষ্টবগা ঐগা হল্লক্লরে। উনকবগী বাবী পুথোক্লনা শান্নবে। মহাক্লা উনকবা ট্রান্সপোর্ট পুবা মন্ত্রি অদু ঙাংনবদা কযা নুংঙাইবক্তে। মণিপুবগীদমক ডিমাপুব ফাওবা রেল গাড়ীদা চেং হবাইনচিংবা, গেহু অমদি অতৈ ইসেনশিএল কমোদিটিজ অদু প্রাইযোবিটি বেসিসতা চিংবীনবা হায়নবনি। মদু য়েংগেতা হাযবগা তোকলে। এসুবেন্স পীবক্তে। মদু নিংবা কাইনিংঙাই ওইবে হায়না পাওদম্মী। ঐনা পার্থ শাবথিগা উনকবা পাও অদু তম্বদদি ঐখোয় অনী নুংঙাইমিন্নে। আলিমউদ্দিননা হায়, 'খঙদ্রে, এডুকেসনগী মতাংদদি মিষ্টব য়াইমানা ফগনি খনবা অদুদা ঐগী অযাবা যাওববনি হায়না লৌবীবো'।

প্রাইম মিনিষ্টব উনববা মতুংদা শ্রী দিক্সিং উনবনি। অদুগী থংনেবা মতুং নুমিৎতা 'ফুদ এন্দ সিবিল সপ্লাই' পুবা কেন্দ্রগী মিনিষ্টব ফক্রউদ্দীন সাহগা ঐখোয় অনী পুন্না উনৈ। য়াচংবা মতমনি। ইবাই নুমিৎ ওইবমাল্লে। ঐখোযনা থুংবা মতমদা মিনিষ্টব অদুনা বাঙ্গলো অদুগী মাঙ্গোলদা ওকপীবম্মী। চংখিবা মতমদা বাঙ্গলোগী মনুং অদু ধুপ থাবগী মৈখুতনা পুম্মম মমলম্মী। মী ফমফম কাদা চংলগা ফমদ্রিঙৈদা মিনিষ্টবনা হৌদোক্লককই, 'বাবীদি কোন্না শাসি, হৌজিক লাই খুবম্বা মতম ওইবে। লাই হান্ননা খুবমখিসি,' অদু হায়দুনা কোক্তা কুপ্পবা ৰূমান অঙৌবা অমমম যেপ্লে। লাইখুবমফম কাদা ঐসু চংলে। ফক্রউদ্দীনগা আলিমউদ্দীনগদি লাই খুবম্বগী হৌনবী অদু পাঙথোক্তুনা চংথমীন্নখ্রে। ঐহাক্তী চুম্না ফম্বা যাওবতনি। লাইখুবম্বা লোইববা মতুংদা লাইদা কৎলবা অথুম অহাও পুথোবক্তুনা চামীন্নবে। ওম্থোক্লা চান্ন-চীন্ননা চামিন্নখ্রে। পোকপদগী অহানবা উনবা নুমিৎনি। অদুবু পুন্সি চুপ্পা লোযনবক্লবগুম কোইনদনা চামীন-থকমীন্নৈ। ঐহাক্লা খল্লী, ধর্ম্ম তিন্নবা হাযবা অদু অসি ওইবে। ষ্টেট অমগী চীফ মিনিষ্টব অদু ইস্লাম ধর্ম্ম চৎপা অমনা ওইরকপদা থোইদোক্লা হবাওবা পোকপনি। অদুগী মথক্তা ফক্রউদ্দীন অসামদগীনি। মণিপুববু নক্লনা খনবদগী লুনা তৌবা মাল্লি। আলিমউদ্দীননা মণিপুবগী ওইবিবা ফিভমদা চেং ৰাৎপা অমসুং অতৈ পোৎলম-চৈবম কেন্দ্রগী এফ সি এস তগী ফংহনবীনবা হৌদোক্লে। ইশম হেক শম্না মিনিষ্টবনা খঙহল্লে, 'কেন্দ্রগী ফুদ এন্দ সিভিল সপ্লাইদগী নখোয়গী অৰাৎপা মেন্নবা দবকাব ওইবা পুন্নমক ফংহল্লগনি। মদুগীদি ৰাৰূবগনু, অতৈ ৰাবীদুম শাশি'। ধর্ম্মগী অমসুং মণিপুবগী কলচবগী লোযননা মণিপুবগী মহৌশাগী ফজবা পুথোক্তুনা ৰাবী ঙৈহাক শান্নবগা লোইশিল্লে। ধর্ম্ম লাইনিং লাইশোল তিন্নবগী নুংশিনবগী মবি অসি তশেংনা লৈবনিকো হায়বা ঐগী পুক্লিংদা ফাওখি।

## নোর্থ ইষ্টর্ন হিল য়ুনিভর্সিটিদা মণিপুর য়াওশিন্নকপা অদু কমদৌনা কক্থৎখিবগে

এম পি পি না সবকাব পায়ববা মতুংদা ইহান হানবা ওইনা দিল্লীদা চৎলুবদা মাই পাকল্লকপা পাও পুন্নমক পার্টিদা তমদুনা হবাওনরে। সার্কল খবদদি ঐখোয়না দিল্লীদা চৎলুবা অদু অঙাওবা তাদুনা হল্লক্কনি প্রাইম মিনিষ্টরনসু থওইনা তৌবীবক্লোই হায়দুনা পাওথোক্লবা হোৎনবা পুন্নমক ময়া কুমদুনা তোক্লে। অহানবা চৎপা খোঙফম অদুদা মণিপুবদা মেদিকেল কলেজ লিংবা য়াবক্লে। মণিপুবদা

য়ুনিভর্সিটি লিংনবগী পান্দমদা জবাহবলাল নেহরু য়ুনিভর্সিটিগী সেন্টব ইম্ফালদা হাংবা য়াবক্লে। মণিপুবদা পেপব মিল অমা লিংনবগী মেমোরেন্দমদা য়াওবা অদু 'ইন প্রিনসিপল' প্রাইম মিনিষ্টবনা য়াবীবে। তৌইগুম্বসুং বাফম অদুমদি প্রোসেস্ তৌবদা মতম চংগদবা লৈবনা ফাইনেলাইজ তৌদ্রি। এক্সপার্টশিংদগী প্রোজেক্ট বিপোর্ট পীখৎলগা ফিজিবল ওই ওইদে লেপ্পবগা, লোইবগা 'লেটব ওফ ইনটেন্ট' লৌগদবনি। মতম চংগদবা প্রোসেসনিন চীফ মিনিষ্টবনা বাফম পুন্নমক কেবিনেটতা পুখৎলগা খন্নবে। থবক ওইনা পাঙথোক্লবগী মাইকৈদা দিপার্টমেন্টশিংনা প্রোসেস তৌনবে। জে এন য়ুনিভর্সিটিগী সেন্টব হাংনবগী মাইকৈদা খুন্মাং য়াম্না চাওশিল্লে। মতম অসিদা অঙকপা থৌদোক অমা থোকলে। থৌদোক অদুদি অসিনি। ভাবত পার্লিয়ামেন্ট ফম্বা মতমনি। লোক সভাগী নোংমগী মীফমগী প্রোসিদিংস অদু ওল ইন্দিযা বেদিওদা লাওথোবকই। 'ইন্দিবা গান্ধি য়ুনিভর্সিটি' কৌবা সেন্ট্রেল য়ুনিভর্সিটি অমা লিংখৎনবগী বিল অমা লোক সভাদা পুখৎখ্রে। বিল অদু ইন্ট্রোদ্যুস তৌবদা লোক সভানা অযাবা পীখ্রে। বিল অদুগী মতুং ইন্না য়ুনিভর্সিটি অদুনা কোনগদবা এবিযা ওফ ওপবেসনদি, নোর্থ ইষ্টদা লৈবা ষ্টেটশিংনি। মদুগী মনুংদা মণিপুব ষ্টেটসু যাওবে। পাও অদু তাবদা ঐহাক 'স্বাই' লাওই। হায়ফম খঙদবা নুংঙাইতবা অমা ফাওই। মণিপুবগী ওইজগদবা য়ুনিভর্সিটি অমা লিংখৎনবগী থবক পাযখৎপা হৌবে। জে এন য়ুনিভর্সিটিগী সেন্টব অমা ইম্ফালদা হাংনবগী প্রোসেস লোইবে। চৈবক অদুদা শিলোংদা নোর্থ ইষ্টর্ন ষ্টেটশিংগী ওইবা য়ুনিভর্সিটি অমা সেন্ট্রেল য়ুনিভর্সিটি ওইনা লিংনবা বিল অমা লোক সভাদা প্রাইম মিনিষ্টবনা ইন্ট্রোদ্যুস তৌবিবনি। কয়া য়াম্না নুংঙাইখিদ্রে। মথংগী নুমিৎতা ঐহাক এৱোপ্লেন্দা দিল্লী চৎলে। চৎলমদাইদা চীফ মিনিষ্টবদা তান্নবম্মী অমসুং তাক্লম্মী। প্রাইম মিনিষ্টবদা বিল অদু এমেন্দ তৌবগা লিংগদৌবিবা সেন্ট্রেল য়ুনিভর্সিটি অদুদা মণিপুব য়াওহনবীগনু হায়নকগনি। মদুদা য়াদ-য়াত্রগদি ঐহাক মিনিষ্টর ওইবা তোক্লগে হায়না চপ য়ুংনা লেপ্লগা চৎলবনি হায়না তাক্লম্মী। অতৈ পার্টিনসু খুবাক খুদুনা নোক্লগনি। ঐগী পার্টি কলিগশিংগী মনুংদসু কল্লকপোয়-কবি-ওই তৌবা মরুপশিংনা খুৎনা মচিল খুম্নগা নোকদবা অদু ঐঙোন্দা ফাওবম্মী। 'য়াবক্কদবদি মান্দে হায়নদুনা য়েংলুববুদি কাইদে। প্রাইম মিনিষ্টবমক্তা ইন্ট্রোদ্যুস তৌখ্রবা লোক সভানসু অয়াবা পিখ্রবদা অমুক কমদৌনা হন্দোকদগে, য়াবক্কনি থাজদে' হায়না চীফ মিনিষ্টবনসু চিংননা হায়হৌই।

ইম্ফালদগী দেকোদা এবোপ্রেন্দা পাইবগা কলকত্তাদগী 'এয়াব বস'দা পাইবগা নুমিদাংদা থুংবনি। মথংগী নুমিৎ অদুমক্তদা তান চাকবদগী উচিন-নাচিন্না প্রাইম মিনিষ্টবগা উনবা ফংলে। অয়াম্বা মতমদা প্রাইম মিনিষ্টবগী এপোইন্টমেন্ট ফংবদা যাম্না বানা ফংই। মতমসু কুইনা ঙাইনবনি। মতম মাংহন্দনা, ঐহাক য়াম্না 'সেবিযস ওইবা মুদ' তা প্রাইম্ মিনিষ্টবদা বাকৎপা ওইনা থাঙ্গৎলে। 'মেদামনা যাবীখিবগা লোযননা পার্থ সাবথিগী এডভাইস মতুং ইন্না জে এন য়ুনিভর্সিটিগী সেন্টব অমা মণিপুবদা হাংলগা মণিপুব যুনিভর্সিটি অমা লিংনবা থৌবাং লোযরে। অদুগা ইখঙ খঙহৌদনা শিলোংদা সেন্ট্রেল য়ুনিভর্সিটি অমা লিংনবা বিল অমা লোক সভাদা ইন্ট্রোদ্যুস তৌবীখ্রে। বিল অদুদা মণিপুব ষ্টেটসু কোভব তৌগনি হাযনা যাওবে হাযবা খঙজবে। কেন্দ্র সবকাবনা বিল অদু পুথোকপিদ্রিঙৈদা মণিপুব ষ্টেট গভর্ণমেন্টগসু তান্নবীবমদে। ঐনা মণিপুব গভর্মেন্টকী মাইকৈদগী খঙহনজবিবদি শিলংদা লিংগদৌবিবা সেন্ট্রেল য়ুনিভর্সিটি অদুগী এবিয়া ওফ ওপবেসন অদুদা মণিপুব ষ্টেট যাওজবোই। মদু যানবা শিনবীয়ু। মণিপুবতগী ওইবা যুনিভর্সিটি অমা লিংখৎচগে। কবিগুম্বা প্রাইম মিনিষ্টবনা য়াবীদ্রগদি ঐহাক মিনিষ্টব ওইবদগী তোকচবা তাবে।

ঐনা হায়বা তাববা মতুংদা প্রাইম মিনিষ্টব ইন্দিবা গান্ধিজীনা য়াম্না মুন্না খল্লগা হায়বকই, 'নোর্থ ইষ্টদা লৈবিবা অপিকপা ষ্টেটশিংনা মরন্নাই য়ুনিভর্সিটি অমমম লিংবদা বানা থোক্কদবা উবদগী ষ্টেটশিং অদুগী খুদোং চাননবা খন্দুনা সেন্ট্রেল য়ুনিভর্সিটি অদু শিলংদা লিংনবা বিল অদু পুথোকখ্রে। মণিপুবগীদমক্তসু মদুনা ফগনি খনবদগী এবিয়া ওফ ওপরেসন্দা মণিপুব হাপখিবনি। ষ্টেট গভর্মেন্টকা তাম্নহৌদবা অদুগী অসোইবা লৈখ্রে। নখোয়না য়ানিংদ্রগদি শেমদোক্রগা লোইরে, কবিগু কাইদে। বিল অদু অমুক উইদ্রো তৌবগা শেমদোক্রগা রি-ইন্ট্রোদ্যুস তৌবা য়াই। অদুম্ হায়না তৌবগে'। ঐহাক্সু 'অদুম হায়না তৌবীরো, মেদাম' হায়জদুনা য়ানবে।

ঐহাক দিল্লীদা নোংমা নিনী পন্থবে। প্রাইম মিনিষ্টবনা কবি তৌবক্কদগে হায়বা অদু খঙনিংদুনা ঙাইবনি। লোক সভাদগী হায়বিবা বিল অদু উইদ্রো তৌবে অদুগা শেমদোক্রে। শেমদোক্রবা বিল অদুগী মতুংইন্না লিংগদৌবিবা য়ুনিভর্সিটি অদুগী মিংসু হোংলে। হান্না ইন্দিবা গান্ধি য়ুনির্ভবসিতি হায়না কৌগদবা অদু তোক্রগা 'নোর্থ ইষ্টর্ন হিল য়ুনিভর্সিটি (NEHU) হায়না কৌবা তাবে। এবিয়া

ওফ ওপবেসন্দগী মণিপুব লৌথোকখ্রে। শেমদোক্লবা বিল অদু অমুক হন্না বি-ইন্ট্রোদ্যুস তৌবদা হাউসনা অয়াবা পীখ্রে। লোকসভাগী নুমিৎ অদুগী প্রোসিদিংস ওল ইন্দিযা রেদিওদা পাথোকপা তাবদা ঐহাক্না কয়া যাম্না নুংঙাইজখি। হায়ফম খঙদে। ইম্ফালদা হল্লকপদা চীফ মিনিষ্টব আলিমউদ্দীননা যাম্না হবাওনা ওকপা মতমদা মহাক্না ফোঙদোকখিবনি, 'মিষ্টব যাইমা অসি ঙমদি-ঙম্মীকো, প্রাইম মিনিষ্টববু বিল উইদ্রো তৌহল্লগা শেমদোকহনবা ফাওবা ঙম্মীদনসে'। মযাম হবাওমীন্নখি। সেকমাই চাওবনা খোম্বাংবা ওইনা হায়, 'অদুনবু ওইনাম যাইমা হাযনবিবনি, শক ফজে হাযদুনা হাযনবা নৎতে।' ফাগী তৌনৈ। নোকমীন্নে।

**য়ুনিভর্সিটিগী মফম লেপ্পা ঃ**

সবকাব কাযথোক কাযশিন তৌবদগী মতম খবদি 'এড়ুকেসন' গী থবক পাযকদ্রে। মতুংদা অমুক কেবিনেট মিনিষ্টব ওইববদা 'এড়ুকেসন' অমুক পুববে। অহানবগী টার্মগী মনুংদা য়ুনিভর্সিটিগী সাইট ওইনবা মফম য়েংবা চৎলি। ৱাইথৌ চীংগোলগী উসোযপোকপীদগী হৌবগা পাৎকী শব্দক অদু যেংই। ৱাইথৌ চিঙ অদু তেমথোক্লগা পাৎ অদু ফুল্লগা শাবা যাগদ্রা যেংই। শেল যাম্না চঙগনি। পুবা-থাংবা ঙম্মোই হাযদুনা তোকলে। মথংদা লমফেল্লদগীনা লাঙ্গোলচীং ফাওবদা লৈবিবা লমশিং অদু যেংই। যাবদি যাগনি অদুবু শেল যাম্না থাদ্রদবদি মওং তাবোই। লাইফম তিনফমসু যাম্না লৈ হাযদুনা থমলে। অদুগী মতুংদা লাংথবান কাঞ্চীপুবদা লাক্লে। লমদি খবা পীকই। পাটা তাবাবা লৌফম কযামক্মগা লৌশিনবা যাববদি ফখ্রনিদা হাযনা খন্নে। ঐহাক্না মখা তানা হৌদোকই নম্বুল তুবেল লাম্থোক্লগা লৈবিবা মোংশাংগেগী লমপাক অদু য়ুনিভর্সিটিগী কমপ্লেক্স মনুং চন্নবা লৌশিল্লবদি মবাং কাইগনি। অতৈ মফম খবসু যেংলুই। নিংবা ইথুং থুংদে। লাঙ্গোলদা শানবা হোৎনবদা শেল যাম্না হেন্না চঙগদবা লৈবনা, মদু ষ্টেট গভর্মেন্টনা পুথোকপা ওইথোকলোইদবনা মদুসু তোকলে। অবোইবদা কাঞ্চীপুবদা পোপ তাবে। ঐহাক্কীদি, ডাক্তব কমলগী 'মাধবী' গী কাঞ্চীপুব অদুনা ঐবু পুখিবনা ৱাবেপ অদু লেপহনখিবনি। ফাইলদা প্রোসেস তৌবে। কাঞ্চীপুবদা য়ুনিভর্সিটিগী সাইট ওইবগনি হাযনা দিসিজন লৌবে।

খবা লৈবগা সবকাব কাযবে। শ্রীমোইবাংথেম মেঘচন্দ্র, সি পি আই দগী তোক্লগা কংগ্রেসতা যাওবগা কেবিনেট মিনিষ্টব ওইববে। মহাক্না এড়ুকেসন মিনিষ্টব ওইববে। মহাক্না মবি লৈনবা ফাইল অদু অমুক প্রোসেস তৌব্রে। হান্না ফাইনেলাইজ

তৌব্রবা য়ুনিভর্সিটিগী মফম অদু অমুক মফম হোংনবা প্রোপোজ তৌবে। মহাক্না পাম্বা মতুংইন্না লাঙ্গোলদা য়ুনিভর্সিটিগী সাইট ওইনবা ফিবেপ লৌবে। থবক পাঙথোকত্রিঙৈদা সবকাব অদু অমুক কাইবে। মথংগী সবকাব অমুক শেন্নবদা ঐহাক্না এদুকেসন মন্ত্রি অদুম ওইবে। অবোইবা ওইনা কেবিনেটতা পুখৎতুনা অকনবা অবোইবা কেবিনেটকী ফিবেপ লৌবে। কাঞ্চীপুবদা য়ুনিভর্সিটিগী এডমিনিষ্ট্রেটিভ ব্লোক শাননবা যাত্রা হুপ্নে। শাবা হৌবে। অদুম তৌনা থেংখাং কয়াদা যেৎনবা লৈখ্রবসু অবোইবা ওইনা কাঞ্চীপুবদা মণিপুব য়ুনিভর্সিটি লিংখৎখিবনি। য়ুনিভর্সিটি অদু লিংখৎনবদা অমদি মফন্না কাঞ্চীপুবদা ওইনবা হোৎনবদা ঐহাক্না অচৌবা থৌদাং লৌবকপনি।

**মণিপুরগী আর্টস অমসুং কলচরনা ইরমদম্ন কন্নকখিবা ঃ**

মণিপুব মশাগী ওইবা, মহৌশাগী ওইনা ফজবা নিংথিজবা অদু পান্দমনিংঙাই লৈতে। অইং অশাগী চাংসু থোইনা ইংদে, থোইনসু শাদে। নিংথম থানি হাযদুনা খাঙবা ঙমদনা ইংবা হায়বদু থোক্তে। কালেন্নি হায়দুনসু প্রোক-প্রোক চাক্না শাবা নৎতে। বসন্ত ঋতু চঙলকপদা হৈপাল লৈপাল পুন্নমক্না অনৌবা য়েন্নিং হুন্নকপদা ফজবা নিংথিবা অদুবু কবিদা প্রমান তৌকনি। অসিগুম্বা ফজববা লমদম অসিগী আর্টস অমসুং কলচবসু মশাগী পীথোবকপা অমা য়াওনা মণিপুবীশিংগী লৈবক্রি। তোপ-তোপ্না শক্তম অমা লৌদুনা লৈবক্রি। মণিপুব ষ্টেট অসিনা ইনাক-কৈবাক খুনবা শেলগী অবাৎপা লৈতবা লমদম অমা ওইদুনা সবকাবনা শেল জোম-জোম থাদদুনা য়োকখৎপীবা ঙমদুনা মণিপুবগী আর্টস অমসুং কলচবনা মশা মবেং ফন্দুনা পাকথোক চাওথোকপা হায়বা অদুমক্তী থোকত্রি। মদুগীদমক্তা অয়াম্বনা পেন্নদে। কবমদি তৌনি, উপায় লৈতে। লাইববগী ফজফম লৈতে।

খৃষ্টাব্দ ১৯৭২ দা ঐহাক্না এডুকেসন মিনিষ্টর ওইনা আর্টস অমসুং কলচববুসু য়েংশিল্লী। শ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহবু ষ্টেট কলা একাদেমীগী সেক্রেটবী ওইহন্দুনা মণিপুবগী আর্টস অমসুং কলচববু চাওখৎহন্নবগী মাইকৈদা চংশিনবা হৌবে। তৌইগুম্বসুং মশক নাইবা, মপুংফানা পাঙথোক্রুবা প্রোগ্রাম পন্নীংঙাইদি লৈত্রি। জগোয় ইশৈগী মাইকৈদা জবাহবলাল নেহরু ডান্স কলেজনা পুবা য়াবা থৌদাং পুদুনা হোৎনবি। মতাং অসিবাইদা পন্নীংবা অমনা ডান্স কলেজ অসিগী মেনেজমেন্টগী থবক অদু এডুকেসন মিনিষ্টবনা চেয়াবমেন/প্রসিদেন্ট ওইবা বোর্দ

নৎত্রগা কমিটি অমদা শিন্নবনি। অদুবু, মদু শেমদোক্নুনা চেয়াবমেন/প্রসিদেন্ট ওইনবা অদু এডুকেসন মিনিষ্টবগী মহুৎতা গভর্নবনা ওইবগনি হায়না শেমদোবক্রে। শেমদোবক্রিবা অদু ডান্স কলেজ অদুদা বাজনিতীগী ইথিল চংলকপা য়াই হায়না হাযজীল্লুবা যাওবদগী প্রাইম মিনিষ্টবনা শিল্লকপা ওইবমগনি হায়না থাজে। শিল্লীবা অদু ফংতবদি নৎতে। অদুন্নদি ওইবগা অতোং-অবেং ওইনা লৈগদবা গভর্নবনদি কলেজ অদুগী ঙাচেৎ-থুমচেৎ ফাওবগী যেংশিনবদি ঙমদবনা অহোবা খবদি লৈখিবনি। শিল্লী লাংলিবনা অবাৎ-অপাগী মবমদা হায়ন-খোৎনবদদি মিনিষ্টবদনা ফ্রি ওইবা খবদি হেল্লী।

মতম অমদা, শোক-তাবিক চপ চাবা অদুদি নিংশিংদ্রে, প্রাইম মিনিষ্টব ইন্দিবা গান্ধিনা ইবান লৈবাক্তা চৎনবগী প্রোগ্রাম শেম্বা লোইবে। খোঙচৎ অদুদা ইন্দিবাজীনা মণিপুবী জগোযবু ইবানগী নিংথৌ 'সাহ' দা উৎনিংবদগী জগোয অদু উৎলুনবা কলাকাবশিংগী ক্রপ অমা থাবক্লবা টেলীগ্রাম তৌবক্রে। টেলীগ্রাম অদু জবহবলাল নেহরু ডান্স কলেজদা ওইনা থাবকপনি। মণিপুব গভর্মেন্টতা ডাইবেক্ট ওইনা থাবকপা নৎতে। মতম অদুদা ডান্স কলেজ অদুগী সেক্রেটবী ওইবী শ্রীমতি মহাবাজ কুমাবি বিনোদিনী দেবীনা টেলীগ্রাম কোপী অদুগা লোয়ননা ঐঙোন্দা (এডুকেসন মিনিষ্টব অমা ওইনা) তান্নববে। যান্না লুবা তানজা অমা ওইবে। প্রাইম মিনিষ্টবগা খোঙবু ওইগদৌবিবনি। প্রাইম মিনিষ্টবনা ইবানগীদমক দিল্লী থাদোক্লবা লেপ্পা মতমদি নুমিৎ খজীক্তা মঙাইবে। মতম নংনদ্রে হায়দুনা কনথোক্নুনা তোকপা যাবা খোঙফমসু ওইদ্রে। কলাকাব কনা কনা চৎকনি লেপত্রি। পোৎলোইনচীংবা চংগদবা পোসাক লাংদ্রি। পুং যৈবা বাঁসি খোংবনচিংবা সুত্রধাবীশিংসু যাওনা চৎকদবনি। এবোপ্লেন তোংদুনা মযাম অদু মথংগী নুমিৎ নিনীদা দিল্লী যৌদবা যাদবনি। হৌজিক-হৌজিক্কী চৎননবা খবচ, ইম্ফালদগী চৎনবা এবোপ্লেন টিকেৎনচীংবা লৈননবা শেলসু লৈতে। কমদৌনা শিনগদৌবিবা? অমুক্তা শিল্লুনে। এডুকেসন মন্ত্রি ওইবগী ডিস্ক্রেস্নবী পাবাব শিজীন্নদুনা এম কে বিনোদিনীগী অনীংবা, প্রাইম মিনিষ্টবগী অপাম্বা অদু থুংননবা হোৎনখি। মণিপুবগী বাস লিলা জগোয অদু ইবানগী কোনুং তেহবান্দা 'সাহ' গী মমাংদা য়াম্না চীংলেম্বা ফঙ্কসন অমদা উৎখি। প্রাইম মিনিষ্টব ইন্দিবা গান্ধিজী অদুগীসু নিংবা থুংজবদুনা আর্টিষ্টশিংদা থাগৎপা ফোঙদোকপীবকখি। ঐহাক্না দিল্লীদা পি এম উনবা খোঙফম অমদসু অপেনবা ফোঙদোক্রকখি।

যুনিয়ন ভাবতকি ষ্টেট পুন্নমক্কী ভমখৈ শেমদোক শেমজীন তৌনবগীদমক 'ষ্টেটস বি-ওর্গেনাইজেসন কমিসন' অমা শেমলে। মণিপুবগী মতাংদদি কমিসন অসিনা মণিপুব অদু নক্লবা ষ্টেট অসামদা পুনশিন্নবা বিকোমেন্দ তৌবে। বাফম অদুদা সোসিএলিষ্ট পার্টিখক্তনা সপোর্ট তৌখি। অতৈ পার্টি অমৎতনা সপোর্ট তৌখিদে। মণিপুব কংগ্রেস পার্টিগী মাইকৈদগী শ্রীসিনাম কৃষ্ণমোহোন সিংহনা মণিপুববু অসামদা নৎত্রগা অতোপ্পা ষ্টেট অমদা পুনশিনবা তাববদি 'চবা হেন্দুনা শিগনি' হায়না লাওথোকখি। মহাক্কী মতুং ইন্নবা ঐখোয় কয়ামক্নমসু শেম শাবে হায়বা খঙহন্নখি। বাফম অসিনা মবম ওইদুনা মণিপুবদা অচৌবা ইবাং অমা থোক্লগনি হায়না ঙাংনবে। কমিসনগী বিপোর্ট অদু কেন্দ্র সবকাবনা অযাবা পীদ্রিবা ফাওবদি চৎনবোই। কেন্দ্র সবকাব হায়ববু মতম অদুদদি প্রাইম মিনিষ্টব শ্রী নেহক্ননি।

খৃষ্টাব্দ ১৯৫২ অমসুং ১৯৫৩ দা শ্রী নেহক্ন মণিপুবদা লাকখি তাং ১৩/১০/৫২ অমসুং ২৮/৩/৫৩ দা অক্নবা থবক্কীদমক লাকখিবা ওইবিগনি। মতাং চানা, ষ্টেটস বি-ওর্গেনাইজেসন কমিসন অদুগী বিপোর্টকা মবি লৈননা খঙনিংবা, যেংনিংবসু লৈবমগনি। বাজ্য সভাগী মেম্ববসু ওইখিবা মণিপুব ষ্টেট কংগ্রেসকী লূচীংবা অমসু ওইবা পণ্ডিৎ ললিত মাধব শর্ম্মানা ঐখোয়দা বাবী ওইনা লিবম্মী। শ্রী নেহক্নবু ইম্ফাল এয়াবপোর্টতগী ওক্লগা কাব অমৎতদা তোংমীন্নদুনা বাজভবন ফাওবা ললিত মাধব শর্ম্মাগা লাকমিন্নে। লম্বীদা ক্না-কৈথেলদগী কৈসামপাৎতি য়ৌদ্রিঙৈ মবক্তা কনাগুম্বা লৈখিদ্রবা অমগী অস্থি সঞ্চয় লৌখৎপা অমগী মী য়াম্না পবেং শানা চৎলম্মী। লৈখিদ্রবা অদু মশক নাইবা মীশক অমা ওইবনা ওইবম্বসু যাই, অস্থি লৌখৎপা অদু মী য়াম্না চৎলম্মী। ইশৈ শকপা, পুং যৈবা, মোইবুং খোংবনা মকোক্তা কোযেৎ অঙৌবা য়েৎলি। ফৈজোম ঙৌবোক ঙৌবা শেৎতুনা খ্বাংয়েৎ লাক্কুনা শেৎলগা পুং য়েদুনা ইশৈ শক্কুনা চৎলি। মোইবুংসু খোংই। মথংদা নিপাগী কাংবু অমা ফৈজোম অঙৌবা শেৎলগা ইনফি অঙৌবা ইন্দুনা চৎলি। অদুগী মথংদনা নুপী কাংলুপ অমনা লৈ-মচু হায়ফেৎ শংবা পুঙৌ ফনেক শেৎলগা ফিদুপ অঙৌবনা কোক খুম্লগা ইন্দুনা পবেং শানা চৎলি। মদুবু হেক উবমক্তদা শ্রী নেহবনা কাব অদু তপথহল্লগা প্রাইম মিনিষ্টবনা য়াম্না খঙনিংনা হংখি। 'প্রোসেসন অদু কবিগীনো? কবিগা মবি লৈনবা প্রোসেসন্নো?' শ্রী ললিত মাধব শর্ম্মানা য়াম্না শুগাইনা তাক্কুনা খঙহনখি।

মণিপুরদা লৈবা বৈষ্ণব সমাজগী মনুংদা মী শিবগা পোৎলোইবা অমসুং শ্রাদ্ধ শোনবনচিংবগী মবমদা যাম্না শুগাইনা খঙহনখি হায়। হায়রিবা অস্থি লৌখৎপগী খোঙফম অদুগী দৃশ্য অদুনা শ্রী নেহরুগী মপুংফ্রিংদা করিগুম্বা অমদি পোকহনখ্রবনি হাযবা অসিমদি শেংলে। 'মৈতৈ অসিদি অহল নহা থকসি-খাসি ভাকপা, যাম্না তত্ব-তনানবা জাতী অমনি' হাযনা খল্লমগদবা মাল্লি। হাযবসু হায়রবনি। ঐখোযগী শ্রাদ্ধ-কর্ম্মা, উসব-মেলা থোকপদা অহলনা, নিপানা, নুপীনা শেৎ চানবিবা ফিজেৎ-লাকচেৎ অদু উবদা অসুম হাযনা খল্লরবদি খঙমল্লরবা হায়বা অদুনি।

নুমিৎ অদুমক্কী নুমিদাংদা শীনবা কলচরেল প্রোগ্রামদা মণিপুর জগোয মথং মথং উৎলগা অবোইবদা বাস লিলাগী শক্তক অমা শ্রী নেহরুদা উৎলি। শ্রীমতি রাধিকাগী মফমদা শ্রী কৃষ্ণনা মান থাদোকপীনবা হাযজবা মতাং অদুনি উৎলিবা। কবি অথোইবা জযদেবনা ভগবান শ্রী কৃষ্ণমক্তা ইবীবস্বনি হায়না লেংজবা, 'স্মরগবল খগুনং মম সিরসি মুগুনম দেহী পদপল্লব মুদারম' হায়বা মহাভাব স্বরূপিনি ওইবী শ্রীমতি রাধিকাগী চরন্দা শ্রীকৃষ্ণনা ধবা-চুড়া-বাঁসি থমদুনা প্রোক অসি থিবকপদা কবি মশামক্তা দৃশ্য অদু উজবা ফংবা থোক্লরবদি সোইদনা প্রেম পোক্কনি। মিৎলুদগী প্রেম শিন্থবক্কনি। শ্রী নেহরুসু মীকুপ অমবোমদি উৎলিবা অদু লিলা-ফম্বাক্তনি হাযবা কাওথোক্তুনা শ্রীব্রজ বৃন্দাবন্দা স্বয়ং ভগবান কৃষ্ণনা লিলা শান্নবা অদুমক্তি হাযনা পুক্লিংদা ফাওবমগনি।

কলচরেল প্রোগ্রাম অদু হেক লোইবগা শ্রী জবহরলাল নেহরুনা অদুম লাওথোক্লে। 'মণিপুরগী সংস্কৃতি, পুং-ইশৈ-জগোয অসি জাতীগী মরল্লি। পুন্নমক অসি মাঙহনবা যাবা নৎতে। হেন্না চাওখৎহন্নবা জাতীগী থাক্তা হোৎনগনি। মণিপুরগী অরাংবা থাক্কী আর্টস অমসুং কলচরবু মপুং ফানা য়োকখৎনবগীদমক মণিপুর তোঙানবা ষ্টেট অমা ওইনা অসুম্মক লৈগনি। কম্নাগুম্বা/করিগুম্বা ষ্টেট অমৎতগা পুনশিন্নবা তৌবোই।' প্রাইম মিনিষ্টরনা লাওথোবকপা অদু তাবদা মণিপুর প্রজানা কযাদা হরাওনখ্রবা। মণিপুরগী মশাগী লৈজবা আর্টস অমসুং কলচরনা মণিপুরবু মুথৎনবা হোৎনবদগী কলহৌরবনি।

লোন, সাহিত্য, আর্টস অমসুং কলচরগী লমদা মচিন চৎপা মীশক ওইরবা কাকা কালেকরনা ঐখোযগী কলচরবু বাংনা থাঙৎপীরম্মী। মতাং অমদা, শ্রীলাইরেনমযুম ইবুংঙোহল সিংহ, মতম অমগী দববাব মেম্বর ওইরম্বনা বাবী

তৌবস্মী। ইবুংঙোখোই। তাবীয়ু। ঐনা ইহান হান্না কাকা কালেকব উনবদা ঐখোয়গী কলচববু ইন্ট্রোদ্যুস তৌবদা অসুন্না হায়খি, মৈতে ঐখোয়গীদি চহিদা অহল-নহাগী থকসি খাসি ভাকপা অদু অকনবা চৎনবীনি। মদু থুগাইবা মীশক অদু হৌনবা খণ্ডদবনি হায়না লৌনে। কনাগুম্বা অমনা ঐদি দববাব মেম্ববনি, চৈবাপ-পঞ্চাই মেম্ববনি হায়দুনসু চৎনবী অদু থুগাইনদে। ঐনা আফিসতা চপ্রাসি, পিওন, তফাদাব ওইনা শিজ্জীন্নবিবা মীশক অদুনা ঐঙোন্দগী চহি হন্নবদি 'পংতি ভজন, উসব-মেলাদা ঐগী ইথক্তা মকোক ফম্বা চৎনে। ঐনা অঙম্বনি, ফন্নাইবনি হাযদুনা অহল চহি যান্নবা অদুগী মথক কানা ফম্বা ফজদনা লৌনে। চৎনদে।

হৌজিক্কী মতমদবুদি অহোংবা য়াম্না লৈবে। মন্ত্রিনি, এম এল এ নি, অঙম্বা ফন্নাইবনি হায়দুনা লাই-গুব্দ, অহল-লমনগী মথক্তা কাদুনা ফমহন্নবা শিনবা যাওবে। মাদু তৌদবনা ফৈ। মণিপুবদা, মৈতৈগীঙাক নৎতনা ত্রাইবেল ফুব্দপকী, মৈতৈ পাঙল ফুব্দপকী মবক্তসু আর্ট অমসুং কলচবদা হান্নদগী হৌজিক্কা য়াম্না হেন্না চাওখৎলে। পুন্না হায়ববদা মণিপুবগী আর্ট অমসুং কলচবদি হেন্না হেন্না চাওখৎলকখিগনি।

**পব্লিক সার্ভিস কমিসন লিংখৎপা ঃ**

প্রাইম মিনিষ্টব ইন্দিয়া গান্ধিনা হাযবকখিবনি, 'ক্লিন এডমিনিষ্ট্রেসনবু ফজনা মেইনটেইন তৌববদি ফন্দগী অবাৎপা লৈহন্নোই'। বাহৈশিং অদু হেক হেক নিংশিংনৈ। গভর্ণব বি কে নেহরু উনবদসু ক্লিন এডমিনিষ্ট্রেসনগী বা অসি হেক্তা পল্লী। তৌববুদি, সবকাব পায়হৌদবা পার্টিনা পাল্লিবা সবকাব অদুগী মথক্তা মবাল শিবদা সবকাব অদু শেঙ্গা-থুমজা তৌবে হায়না হনবা ওইবিগনি। শেঙ্গা-থুমজা সুপতৌমক তৌদে হায়ব্দবদা থাজনদবা য়াই। অদুমকপু মমাংগী সবকাবশিংদগীদি এম পি পিগী সবকাব অদুনা শেঙ্গা-থুমজা তৌদে, মোৎতে হায়বদা থোইনা লান্নোই। মীনা, মীবু বাবক্তুনা শেঙ্গা-থুমজা মুথৎপা ঙমলোই। সিষ্টেম্না মুথৎনবা হোৎনেগদবনি। শেল চাই হায়বিবা অদু থবক হান্নদনি। অদুনদি থবক হান্না অদু সিষ্টেম অমগী মথাদা হাপ্পবা শিনবা চুম্মী। অদুম হায়না খন্নদুনা মণিপুরদা অহানবগী ওইনা 'মণিপুর পব্লিক সার্ভিস কমিসন' লিংখৎখিবনি। তশেংনমক শেনজা-থুমজা মুথৎনবা লিংখৎখিবনি। এম পি পি না সবকাব পায়বা মতমদা লিংখৎখিবনি। হংনবিবা বাহংদি, কমিসন অদু লিংখৎলবদা শেঙ্গা থুমজা অদু কয়া য়াম্না মুথৎপা ঙম্নবগে?

**শ্রীশ্রীগোবীন্দজী টেম্পল বোর্দ লিংখৎপা ঃ**

মহাবাজ বোধচন্দ্রনা থুপত্ত্রবদা মজাইবুংঙো ওকেন্দ্রনা নিংথৌ খুভম ফংজবে। পোলিটিকেল পৱাব পুন্নমক, বাজ-শক্তী পুন্নমক লৌথোকখ্রবসু ধর্ম্ম-কর্ম্মাগা মবি লৈনবা, কষ্টমগা মবি লৈনবা থবক থৌশিলদি নিংথৌদা লৈরি। শ্রীশ্রীগোবীন্দাজীগী সেবাইট ওইবি। শ্রীশ্রীগোবীন্দজীদি লৈবাক প্রজাগী লাইনি, নিংথৌনা সেবাইট ওইবনি। ঐহাক্না এডুকেসন, লো, লোকেল সেলফ গভর্মেন্টি পুবা মতমনি। নোংমা নুমিৎ অমদা, শ্রীশ্রীগোবীন্দজীগী থাল-আবটি-ভক্ত কুষ্ঠামুক যাচংবদা ঐগী গভর্মেন্টি ক্বাটবদা লাকপিখি। লাকখিবা ভক্তশিং অয়াম্বা সবকাবগী থবক তৌবম্বদগী পোংথাববা ঙাক্তনি। ঐবু তম্বীবকপা ওঝা নবকান্তনচিংবা যাওবকই। ঐনা মযাম্বু খুকমজে। অহানবমক্তদা ওজা অহলনা হাযবকই, 'ইবুংঙো যাইমা, লাক্লিবা ওঝাশিং অসি শ্রীশ্রীগোবীন্দজীগী থাল আবটি যাওবগা যুমদা হন্নদনা হেক্তা লাক্লবনি। থম্মোই পুবা যাদ্রদুনা কপ্পবগা লাক্লবনি। বাফমদি অসিনি। শ্রীশ্রীবাধা গোবীন্দা, শ্রীশ্রীবাম কৃষ্ণ অমদি শ্রীশ্রীজগবন্ধু-বলভদ্র-সুভদ্রদা কৎলিবা লুক অসি তৌহৈদ্রে। চেংযেননা হৌবা লুক অদুনি, লফু অনোইবা খবগা, মনামশিং খবগনা পাংনবা কৎলেনে। পকৌবা, ক্ষিব, সাগ, হবাইগী মথেল যাওনা কৎপা লুকফম ওইদ্রে। মদুদা সেবা চংলিবা পূজাবিশিংদি মমিৎতা মপি তানা কপ্পবসু যাওবে। অতোপ্পা ভক্ত খবনসু বাপাংলে অমসুং তম্বদা কপ্পবে। মমাংদা মহাবাজনা পাল্লিঙৈদা মবাংকাইনা নিংথিনা কৎলম্বা অদু পুমওন ওন্নবে। মসিবু উপায় কবি অমৎতা লৈববোইদ্রনে, ইবুংঙো?'

ভক্ত মযাম্না হাযবা পুন্নমক তাববা মতুংদা ঐনা হায়বম্মী, 'ঐহাক্না ফনবা শিনজগে। মতম খবদংতদি ঙাইবীয়ু। শ্রীশ্রীগোবীন্দজীগী মেনেজমেন্ট পুন্নমক ষ্টেট গভর্মেন্টনা লৌশিন্নবা তৌজবগে। মনা মনিলদি নাইবীবকখিনু অব্বা বাফমনি।' মযাম পুন্নমক অদু হবাওনবে। ঐঙোন্দা আশীর্ব্বাদ তৌবন্নগা হন্নখ্রে। 'শ্রীগোবীন্দনা থৌজানবীবা ওইসনু'।

ইতোমদা তুমীন্না ফমহৌবগা মণ্ডল মণ্ডল খল্লম্মী। ঐহাক্না মতম অমদা চৎলুবা তীর্থধাম কযাদা টেম্পল বোর্দ লিংদুনা সেবা তৌহৌবা অদু মথং মথং নিংশিংলকলে। দ্বাবিকানাথগী সেবাসু টেম্পল বোর্দ অমনা পুহৌবা অদু নিংশিংলকই মথংদা দ্বাপুব যুগতগী লৈবক্লবা 'সোমনাথ মন্দিব' গী মেনেজমেন্ট অদু সবদাব পটেল, মোবাবজী দেশাইনা প্রেসিদেন্ট ওইদুনা সেম্বা টেম্পল বোর্দনা সেবাইট ওইহৌবা নিংশিংলকই। ঐখোযগী শ্রীশ্রীগোবীন্দজীগী সেবাসু টেম্পল

বোর্দ অমা শেম্নগা পুনবা শিন্নগে হায়না লেপলে। মথংগী নুমিৎতা ওঝা শ্রীকৃষ্ণ মোহোনগা উনরে। ভক্ত-বৈষ্ণবশিংনা বাকৎলম্বা বাফম অদু মাঙোন্দা বাবী তৌদুনা খঙহল্লে। ঐহাক ইশামকসু শ্রীগোবীন্দজী মন্দিবদা চৎতুনা য়েংশিন্নুবে। য়াম্না পেন্দ্রে। ঐহাক্না 'লো পুবা' মিনিষ্টব ওইনা -লো কমিসন অমা শেম্মী। কমিসন অদুগী চেয়াবমেন ওঝা অদুনা ওই। মহাক্না তাম্নবগা বিল অমা ড্রাফট তৌবে। মদু এসেমব্লীদা পুখৎনবনি। এক্ট অমগী মখাদা টেম্পল বোর্দ শেমদ্রবদি শক্তী শিজীন্নবা যাবোইদবনা বিল অদু পুখৎকদৌবিবনি। ওঝা কৃষ্ণমোহোম্না মতম অদুদা কোনুংগী সনা ওফিসকী এডমিনিষ্টেটবসু ওইবি। শ্রীবাজ কুমাব দবেন্দ্রনা শ্রীওকেন্দ্রগী লিগেল এডভাইজব ওই। ঐহাক্না অহানবদা বাজ মাতা শ্রীমতি কমলা (সঙ্গাই) দেবীগা উনৈ। উনদুনা বাবী শানবা অদুদা মজাইবুংঙো ওকেন্দ্রসু যাওবে। ঐহাক্না যাম্না নাকোইননা পুথোক্তুনা বাজ-মাতা অমসুং শ্রীওকেন্দ্রনা ষ্টেট গভর্মেন্টিবু কবি কবি পাংহল্লীংবগে হায়না হৌদোকলে। ঐহাক্না লোকেল সেলফ গভর্মেন্ট পুবনিনা পাংবা যাবা পাংনিংই হায়বা অদু ফোঙদোক্লে। অদুগী মতুংদা টেম্পল বোর্দ শেম্নবগী বা হৌদোক্লে। বোর্দ অদুগী লেংদবা প্রসিদেন্ট ওইনা শ্রীওকেন্দ্রনা ওইবীনবা হায়নবে। বাফম অদুদা ওঝা কৃষ্ণমোহোন অমসুং আব কে দবেন্দ্রগা তাম্নবীযু হায়নসু ঐহাক্না বামাং য়াল্লে।

ঐহাক্না শ্রী দবেন্দ্রগা বোর্দ অদু শেম্নবা তৌবকপদা তেংবোংবীনবা কুপ্না খন্নবে। মহাক্নসু য়ারে। ওঝা কৃষ্ণমোহোনগা য়া কু দরেন্দ্রা অনীনা হায়বা মতুংইন্না শ্রীওকেন্দ্রগী অয়াবা ফংলে। বিল অদু এসেমব্লীদা পুখৎতুনা পাস তৌববদা গভর্ণবদগী এসেন্ট ফংলবা মতুংদা এক্ট ওইরে। এক্ট অদুগী মখাদা শ্রীশ্রীগোবীন্দজী টেম্পল বোর্দ অদু শেমলে। অদুম হায়না, মণিপুব প্রজাগী থবাইগী থবাই ওইববা শ্রীশ্রী গোবীন্দজীগী সেবাদা টেম্পল বোর্দ অদু কৎচখি। শ্রীশ্রী গোবীন্দজীগী মনাইশিংনসু পেনজখি। বোর্দ অদু শেম্বদা বাজনিতীগী খুৎতং য়াওবীদ্রবদি হেন্না পেন্নগনি। বাজনিতীগী মীৎয়েংদগী নৎতনা শ্রী গোবীন্দজী সেবাদা কৎথোকপা ওমগদবা মীশকশিং খল্লগা বোর্দকী মেম্বব খনবা ফগনি।

## মণিপুরগী তোঙানবা হায় কোর্ট লিংনবদা ঃ

মণিপুবগীতা ওইবা হায়কোর্ট অমা লিংবা পাক্ ওইথোকলোই হায়বা খঙই। অদুম ওইনমক, হোৎনদুনা, হায়নদুনা তৌকম থোকপা অদুদি পাঙথোক্তবা য়াদে। অহানবা খোঙথাং ওইনা, লো মিনিষ্টব অমা ওইনা দায়ীত্ব লৈনা ঐহাক্না হোৎনবদা

গৌহাটি হাযকোর্টকী বেঞ্চ অমদি ইম্ফালদা থম্বা হাযবা ফাওবদি য়াবে। কন্দিসন কযামকম পীবে। মদু ফুলফিল তৌদ্রগদি বেঞ্চ অদু হাংলোইদৌবিবনি। অহানবদা, কোর্টকম, মদুগা শগোন্নবা ইনফ্রাষ্ট্রকচর কযামকম, লাইব্রেরি রুমশিং য়াওনা লৈবা তাই। অনীশুবদা, জর্জগী লৈফম পীবা তাই। অহুমশুবদা, সেকিউরিটিগী বাফমনি। কোর্টকম অদু অহানবগী ওইনা ইম্ফাল ট্রেজরী বিলদিং অদুদা ওইবদা যাবে। জর্জগী লৈফম অমসুং সেকিউরিটিনচীংবা থম্নবা শিল্লদুনা বেঞ্চ অদু হাংলে। কোর্টগী ফঙ্কসন ফজনা চৎথবে। খবা লৈবগা কোর্ট ওইনা শিজীন্নবিবা ট্রেজরী বিলদিং অদুদা চেকখাইবা শরুক খবা উবে। বিলদিং অদু সেফ ওইদ্রে হাযনা রিপোর্ট তৌবগা ইম্ফাল বেঞ্চ অদু ফঙ্কসন তৌদ্রে। মপান্দগী লাকপা জর্জ অদু ইম্ফাল থাদোক্নুনা চৎখ্রে। মতম অদুগী মণিপুরদা ওইরিবা লো এন্দ ওর্দরগী ফিভম অদুদা কযা লৈনিংদবগী মতৌ মাল্লী। অদুনা অঙম তান্নবে। অনৌবা কোর্টকম অমা পীনবা থৌবাং তৌবে। ইম্ফাল মিউনিসিপালিটিনা চলাইবা ইম্ফাল হোটেলনি। মতম অদুগী মিউনিসিপালিটিগী চেযারমেন অদু শ্রীসলাম গমভীনা ওই। শক্তী লৈবা, পোপুলর ওইবা মীশকনি। ঐহাক্না লোকেল সেলফ গভর্ণমেন্ট পোর্টফোলিও পুবা মবম্না মিউনিসিপালিটি অদুসু ঐনা পুবা দিপার্টমেন্টগী মনুং চল্লী। ঐহাক্না শ্রীগমভীগা তান্নবগা হোটেল অদু শেল চংনা অথুবা মতমগী মনুংদা শেমদোক শাদোক্লে। অহিং তুমদনা থবক কল্লা শুনবনি। অনৌবা এডমিনিষ্ট্রেটিভ ব্লিং অমগা শাবে। অদুম হাযনা শেমদোক্লবা হোটেল বিলদিং অদুদা কোর্ট ওইদুনা বেঞ্চ অদু ফঙ্কসন তৌবা অমুক হৌরে। অদুম হাযনা মণিপুরদা হায় কোর্ট লিংনবগী অহানবা খোংথাং ওইনা ইম্ফাল বেঞ্চ হাংনবা হোৎনখিবা অদু তেনগ্রবা মতম খবগী মনুংদনি। থরাই যাওনা হোৎনবদগী পাঙথোকপা ঙমখিবনি। থোইদোক্লা, বাবদা লৈবা, মিউনিসিপলিতিগী মব্দ ওইবা থৌপুবশিংনা যাম্না চাওনা মতেং পীবীখি। পন্দবা য়াদ্রবা অমনা, মতম অদুদা পি দবলিউ দি গী মকোক ওইনা থৌপুবা ইরেংবম গোকুলচন্দ্রনা অকক্নবা মতমগী মনুংদা থবক পাঙথোকপিখিবা অদুনি। অহিং নুংথিল খাক্তনা থবক শুবীদুনা হোটেল অদু কোর্ট কম ওইহনখিবনি। শ্রীসলাম গমভীনা মতেং পাংবীখিবা অদুগীসু কাউফম থোক্তে।

**লো কমিসন ঃ**

খৃষ্টাব্দ ১৯৭২ গী মতম অদু ফাওবদা ইন্দিয়াগী ষ্টেট কয়াগী এক্টশিং মণিপুরদা পুশিল্লক্লগা মদু এক্সটেন্দ তৌদুনা সবকার চলাইবম্মী। চাওরাক্লা এক্ট ৮১ বোম ওইগনি। অতৈ ষ্টেট অদুদদি চানবা অদুগা মণিপুরদদি চুনদবা এক্ট

কয়াগী মখাদা সাসন চলাইবা যাদবা ফাওবা য়াওববনি। খুদম ওইনা য়ু পি পঞ্চায়েট বাজ এক্টকী মখাদা মণিপুবদা পঞ্চায়েট বাজ লিংখৎপদা মওং তাদবা কয়া য়াওগ্রবনি। মদুনা মবম ওইদুনা পঞ্চাযেট বাজ শন্দোকপদা বানা থোকখি। অতৈ ষ্টেটকী এক্টশিং অদু বায়দুনা পুশিল্লকপা অদুগী মহুৎশিনবা মণিপুব ইশাগী এক্ট চৎননবা এসেমব্লীদা বিল কয়ামকম পুখৎপগী মথৌ তাবে। মদু পাঙথোকপদা লো দিপার্টমেন্টকী খুৎতা ঙাইদুনা লৈববদি মতম য়াম্না কুইনা চংগনি। মদু উবদুনা ঐহাক্না লো কমিসন অমা শেমলে। লো কমিসন হায়ববুদি কমিটি হায়বনা চুনগদবনি। অদুদা কমিসনগী থবক খবসু পাঙথোকসি হায়বগী বাখলদা কমিসন অদুম কৌখ্রে। কমিসন অদুগী চেয়াবমেননা শ্রীসিনাম কৃষ্ণমোহোন্না ওই। শ্রীথৌনাওজম জয়চন্দ্র সিংহনা সেক্রেটবী ওই। অতৈ মেম্ববশিংদি লো সেক্রেটবী, শ্রী অহম্মেম নিলমনি, শ্রীথোকচোম ইবোবীনি। সবকাব অদু কায়খিবগা লোয়ননা কমিসন অদুসু অদুম মুৎখ্রে। কমিসন অসিনা ফঙ্কসন তৌবিঙেদা মপানগী অতৈ ষ্টেটশিংদগী পুশিল্লকপা এক্ট কযামকমগী মহুৎ মণিপুব ইশাগী এসেমব্লীনা পাস তৌদুনা পুথোক্রুবা এক্টশিংনা মহুৎ শিলহৌই। থবকশিং অদু তেনখ্রবা মতম খবদংগী মনুংদা পাঙথোকহৌবনি।

## স্পীকর ওইনা পাঙথোকখিবা খরদং

খৃষ্টাব্দ ১৯৮০ দগী ১৯৮৪ ফাওবা ঐহাক্না মণিপুর এসেমব্লীগী স্পীকব ওইনা থৌপুবা মতমদা এসেমব্লীগী মগুন অদু খংহেন হেঙ্গৎহনখি হায়বদা হাযমনবা থোকলোই। সবকাব পুবিবা এক্সিকিউটিভগী শক্তি শিজিন্নবিবা পুন্নমকী একটিভিটী পুন্নমক এসেমব্লীদা একাউন্টেবল ওই হায়বা অদু ময়েক শেংনা খঙহনবা ঙমখি। 'মেদিকেল স্কেন্দল' হায়না খঙনখ্রবা লৈবাক বাথোক ওইখ্রবা অদুগুম্বা স্কেন্দল কয়া হাউসতা পুখৎতুনা লৈবাক খঙনা মবাল লৈকশীংবু দন্দি পীহনখি। এসেমব্লী প্রোসিদিংস পুন্নমক অদু মণিপুবীদা ফোঙহনখি। ইংরেজীগী বাহৈশিং মণিপুবীদা আর্থ হন্দোক্রবা কমিটি অমা অখঙ অহৈশিং য়াওহন্দুনা শেমখি। থবক পায়খৎপা হৌখ্রবনি। লাইবিক নত্রগা বুলেটিন ওইনা ফোঙবা হৌখ্রবনি। এসেমব্লীগী মশাগী প্রেস হাংদুনা এসেমব্লীগী থবক পেন্দিং লৈতনবা শিনখিবনি। গভর্মেন্ট প্রেসনা মতিক চানা লিংখৎতবদগী মরু ওইবা এসেমব্লীগী থবক কয়া পাঙথোকপা ঙমলকখিদবা অদু কোকহনখি। মরু ওইনা এসেমব্লী অদু প্রজাগী থাজবা পুন্নমক থমফম লাইশং অমগুন্না শেংলবা মফমনি হায়বা থবক্লা তাকখি। থকসি-খাসি গী ফিদম্নফম ওইবা ইনষ্টিট্যুট অমা ওইহনখি।

## কমনবেলথ পার্ল্যামেন্টরী কনফরেন্সতা শরুক য়াবা

কমনবেলথ প্রিসাইদিং ওফিসাবস কনফবেন্স হায়নসু হায়নৈ। কমনবেলথ লৈবাকশিংগী ওইবা স্পীকব, দিপুটি স্পীকব, চেযাবমেননা যাওগদবা কনফবেন্সনি। ইন্দিযাগী ওইনদি পার্ল্যামেন্টগী লোক সভাগী স্পীকবনা লুচিংবা পার্ল্যামেন্টবী এসোসিযেসনগী মেম্ববশিংদি ষ্টেট পুন্নমক্কী স্পীকবশিং, দিপুটি স্পীকবশিং অমসুং চেযাবমেনশিংনি। বাজ্য সভাদগী দিপুটি চেয্যাবমেন লোযননা লোক সভা অমসুং বাজ্য সভাগী মেম্বব অমদি এম এল এ দগীসু দেলিগেৎ ওইনা য়াওবা য়াই।

ঐহাক্না অনীশুবা ওইনা বাহামাজ হাযবা ইথৎ লৈবাক্তা কনফবেন্স য়াওবা চৎলি। বাহামাজ অদু আমেবিকাগী মিয়ামিদগী এবোপ্লেননা মিনিৎ ৩৫ বোম সমুদ্র মথক্তা পাইবগা যৌবা ইথৎ লৈবাক্নি। বাহামাজ অদু য়ৌনবা চৎপা লম্বীদা ঐহাক্না বোম, পেবিস, লণ্ডন ফাওবগা নিউর্য়োক যৌনবা চৎলগা মিয়ামিদগী বাহামাজ য়ৌনবা চৎলি। বোমদা নুমিৎ নিনী, পেবিসতা নিনী, লণ্ডনদা নুমিৎ মবিনি পল্লী। নিউর্যোকিতা নুমিৎ নিনী, ওকলাহোমাদা নোংমা, লোস এনজেলিসতা নিনী অমসুং বাশিংটননচিংবা মফম খবদা নোংমা নোংমা পল্লগা বাহামাজ য়ৌনবা চৎপনি। বাহামাজদা নুমিৎ তবামঙানি কনফবেন্স পাঙথোকই। মদুগী মনুংদা লময়েংবগী প্রোগ্রামসু শেম্মী। বাহামাজগী কোনুং NASSAU অদু পেরেদাইজ সিটিদনি। ফজবগী জাৎতা হাযনিংঙাই লৈতনা ফজে। সমুদ্রদা লৈবা ইথৎ অদুদা চীং মচা মচা য়াম্না মবাং কাইনা লৈ। লম্বী অয়াম্বা যাম্না নাল্লী। অদুগুম্বা লম্বীশিং অদুনা চীংলক ফাওদুনা চৎলগা সমুদ্র মপান্দা লমকোইবশিংবু পুবনি। তুবিজমদগী লৈবাক অদুগী ইনকম য়াম্না চাওনা কায়।

নিংশিংলুবগা নোকনিংবা থৌদোকনি। কনফরেন্স অদু অয়ুক্কী পুং মাপলদগী হৌবগা নুংথিল পুং অমদা লঞ্চ ব্রেক তৌই। পুং ১১ বোম তাবকপা অদুবাইদদি ইন্দিযাগী দেলিগেট অয়াম্বা উইনবনা থোক থোক চিংনৈ। অমগা অমগা য়েংনরগা নোকনৈ। কবিগীনো অসুপ যাম্না তুমনিংলিবা অসিবু। হংনবদগী খঙনবকলে, মদুদি, ইন্দিয়াগা আমেবিকা-বাহামাজ অদুগা অহিং নুংথিল ওন্নবদগী তৌরিবনি। বাহামাজদা অয়ুক্কী পুং তবামাথোই তাবা মতমদা ইন্দিয়াদদি নুমীদাংগী মতম চাওবাক্না পুং তরা-তরামাথোই তাবা তুম্ন-হিপ্নবা মতম ওই। অদুনা তুমনিংলকলিবনি। খবা লৈবগদি ফবকই।

লম কৌইবগী প্রোগ্রাম ওইনা বাহামাজ ইথৎ লৈবাক্কী শবক্ক অমা ওইবা Free Port হাযবা ইথৎ অমদা চৎখি। জহাজদা চৎপনি। অহিংগী খোঙচৎনি। নুংখিল পুং মবি মঙাবোম তাবদগী জহাজ তোংলগা চৎপা অদুনা অহিংচুপ্পা চৎলগা নোংঙাল্লকপদা থুংই। অহিং পুং তবানীথোইবোম তারকপা, নোংয়াই য়ৌবকপদা নোং নুংশিৎ থেংনদুনা জহাজ অদু য়াম্না হাই হন্না নোম্মী। অমুক্তা থেংনদ্রিবা ওইবনা ঐখোয় অয়াম্বা পাখৎনবা য়াওই। কিদবা শাজীন্নবা ঙমলক্তে। অদুমকপু নোং নুংশিৎ অদু পংকুই কুইনদি শিংখিদ্রে। নোং ঙানফুং-ঙানফুং তৌবকপদা অদুম নেমগ্রে। হল্লকপগী খোঙফমদি নুমিৎ লৈবিঙেগী মতমদা হল্লকপনা থোইনা নুংশা থিনিংঙাই ওইখিদে। জহাজদা চৎপা মদুনা ঐহাক্কীদি ইহান হনবা খোঙচৎনি।

কনফরেন্স অদুদা পৃথিবীদা হৌজিক ওইবিবা সমস্যাশিং, কমনবেলথকী লৈবাকশিংদা দিমোক্রেসি হেন্না মপাঙ্গল কনখৎনবা বাফম কয়া খন্নবনি। কনফরেন্স লোইববদা কাইনবমদাই অদু য়াম্না নুংশি। মাগী মাগী খোঙবু শেন্নদুনা চৎনখিবসু য়াওই। ঐদি ইতোমদা হল্লকই।

মমাংগী চহিগী কনফরেন্সনা ফিজি কৌবা লৈবাক অদুদা পাঙথোকই। ফিজি অদু সমুদ্র ইথৎ লৈবাকনি। অষ্ট্রেলিয়াগী সহব সিদনিদগী এবোপ্লেননা পুংখাই অমবোম পাযবগা য়ৌবা মফমনি। ঐহাক্না ফিজি য়ৌনবা চৎপা অমসুং হল্লকপা খোঙফমদা শিঙ্গাপুব, বেঙ্কোক্, হোংকোং, টোকিও, মনিলা, সিদনিনচীংবা মফমশিংদা নুমিৎ নিনী, হুমনি, মবিনি ফাওবা লৈদুনা লম কোইবকই। কনফরেন্সগী মফমদি ফিজিগী কোনুং সুভাদনি। ফিজিগী মশাগী লৈজবা জাতিদি ইতোপ তোপ্পী। কুচু মুই। শক্তাসু আফ্রিকাগী নেগ্রোগী শকফম পুই। ফিজেৎ চাকচাসু পুমতোপ তোপ্পী। লৈবাক অসিবু ব্রিটিসনা খুদুম চন্নবদা মফম অদুদা পায়খৎপা ইন্দষ্ট্রিজদা থবক শুননবা ইন্দিয়াদগী মী য়াম্না পুবকখিবম্মি। মন্নওইনা চু থাননবা লোয়ননা চিনি শুংনবা থবক্তা শিজিন্নবনি। ইন্দিয়াদগী লাকখিবা মীশিং য়াম্না য়ামখৎলকলে। মখোয়না খুন্দা লৈতাদুনা লৈবকপনা হৌজিক্তী ফিজি লৈবাক অদুগী অপুনবা মীশিংগী তংখাই ওইশিল্লকলে চাবৌ-মৌবৌনবসু য়াওবে।

কনফরেন্স অদুগী প্রোগ্রামদি নুমিৎ ১৩ (তরাহুমদোই) নি চৎথগদবনি। অদুগী মথক্তা চেয়াবমেন খনবগী ইলেকসন তৌনবা নোংমা, লম য়েংনবগী নোংমা হাপ্লগা নুমিৎ ১৫ (তরামঙানি) চংবা কনফরেন্সনি। খন্নবা নৈনবা শরুক

যাকগী মথক্তা দেলিগেটশিং ভোৎ কন্না খোম্নবসু থবক ওইনা চৎথনবে। ইন্দিয়াগী বলবাম ঝাকবসু মীবেপ ওইবি। কানাদাগী মীবেপকা থেংনগদৌবিবনি। গ্রুপ-গ্রুপ চাক কৌনবা কন্না চৎথনৈ। ঐখোইনা খল্লম্বগা ওয়্ন-তৈনবা খবা থোকখ্রে। খুনফম ওইবিবা ফিজিগী দেলিগেটশিংনা ঐখোয় ইন্দিযাগী কেন্দিডেটতা ভোৎ পীবক্রনি হায়না পাকবনি। মদু অবানবা ওইবে। ফিজিগী দেলিগেটশিংনা কানাদাদা সর্পোট তৌখিবদগী ইলেকসন অদুদা ইন্দিয়ানা মাইথিখি। বলবাম ঝাকব কাদ্রে। যাম্না নুংঙাইনখিদ্রে। কোম্না খঙলকপদা ফিজিগী দেলিগেটশিং অদু অযাম্বনা ওবিজিনেল ফিজি জাতিগী মীহুৎনি। মখোযগা ইন্দিযাদগী খুন্দাববা ফিজিগী নাগবিক্তী ওইববশিংগা নুংঙাইনদবা কয়া লৈবমলে। মদুগী মলোম লৈনবা অদু ভোৎতা ফোঙদোক্রে।

কনফরেন্স লোইববগী নুমিদাংদা এন্টবটেনমেন্টগী থৌবম অমা পাঙথোকই। অবোইবা উৎপা অদু 'নেকেদ দান্সনি'। ভাবক ওইনা মমাংদা ফম্বদা য়াওব্দবে। নেকেদ দান্স অদু মাই থাঙ্গৎতুনা যেংবা ঙমদবা 'সো'নি। মফম অদুগী ওবিজিনেল ট্রাইব মবক্তগী নুপীনা উৎপনি।

মতুংগী চহিশিংদা ফম্বা আইয়াবলেন্দ অমসুং কানাদা-দা পাঙথোকখিবা কনফবেন্স অনীদি যাওখিদ্রে। মদু মিস তৌখিবা অদু য়াম্নমক নুংঙাইখিদে। ইমুং মনুংগী প্রোব্লেম লোযননা বাজনিতীগী ওইবা ইহৌ অমা থেংনবা তাবনা কনফবেন্স যাওবা চৎখিদ্রে। যাম্না নিংঙমখিদ্রে। ফিজি অমসুং বাহামাজ কনফবেন্স অনী অদুগী খোঙচৎকি মবিদা মপুং ফাবা রিপোর্ট অদু তোংঙান্না হাপলে।

## বাষ্ট্রপতিনা কোক নোঞ্জবা

খৃষ্টাব্দ ১৮৯১ গী এপ্রিল থাগী অবোইবা শকক্তা শোক্লখিবা মণিপুবগী নিংতম্বা কন্নবগী অবোইবা লানফমশিং অদুগী মনুংদা য়াম্না কন্না শোক্লখিবা লানফমদি খোংজোমদা শোক্লখি। লানফম অদুদা মবৈবাক নিংবা মচা কয়ানা মথবাই কৎখি। পাওনা ব্রজবাশিনা লুচিংদুনা শোক্লখিবা খোংজোমগী লানফম অদুদা মথবাই কৎখ্রবশিং, অতৈ লানফমদা মথবাই কৎখ্রবা লানজীং পুরেন অথৌবশিং অমসুং মমাই লৈদুনা চেনখিদ্রবা মৈতৈ লানমী পুম্নমক অদুগী নিংশিং খুবম অমা থন্নবা খোংজোমগী খেবা চীংদা শেমগৎলে। নিংশিং খুবম অদু শাননবা খৃষ্টাব্দ ১৯৭২ গী আগষ্ট ১৭ দা ঐহাক্না যাত্রা হুনখিবনি। মদুদগী লেপ্তুনা শাগৎপনা

খৃষ্টাব্দ ১৯৭২ গী ওক্টোবর ২১ দা ভারতকী রাষ্ট্রপতিনা সঙ্গারীখিবনি। নুমিৎ অদুদা ভারতকী রাষ্ট্রপতিনা মৈতৈগী মমালৈবাক্কীদমক্তা মথবাই কৎথ্রবশিংগী মফমদা মকোক নোন্দুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি। ভি ভি গীরিনা মতম অদুগী ভারতকী রাষ্ট্রপতিনি। মহম্মদ আলিমউদ্দীনগা ঐহাক্কা দিল্লীদা চৎলগা রাষ্ট্রপতিবু শঙ্গারগী থৌরম অদু পাঙথোকপীননবা রার্জন তৌরবনি। মহাক্না য়াম্না হবাওনা য়াবীরকখি। রাষ্ট্রপতি লাক্কদৌরবনা লম্বী থোং নিংথিনা শেমগৎ শাগৎলে। চীংথক ফাওবা কাবনা কাখৎনবা লম্বী শেমলে। খোংজোম তুরেলদা তর্পন কৎপা য়ানবা শেমলে। চীংখোংদা মীযাম তিনবা যানবা পাক চাওনা তেমথোক্লুনা শেমলে। শঙ্গারগী থৌরম অদু য়াম্না চাওনা পাঙথোকখ্রে। ঐখোয়না প্রজাগী মফমদা রাশকখিবা অমা নৈ মদুদি (পোলোগ্রাউন্দা পাঙথোকপা অচৌবা মিতিং অমদা) 'ভারতকী রাষ্ট্রপতিবু মণিপুরগী নিংতম্বগী লানফমদা মথবাই কৎথ্রবশিংদা মকোক অমুক্তং নোলহনগনি'। মদুমক পাঙথোকপা ঙমখিবদা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইবা পোকই। মণিপুর প্রজানা হবাওনবগী ঙমখৈ লৈখিদে। ঐহাক্না লোকেল সেলফ গভর্মেন্ট পোর্টফোলিও পুবগী অচৌবা এচিভ্‌মেন্ট অমনি।

## খোংজোম দে পালন তৌবা

চহি খুদিংগী এপ্রিলগী ২৩ বু 'খোংজোম দে' হায়দুনা ষ্টেট গভর্মেন্টকী ফঙ্কসন ওইনা পাঙথোকপা হৌখিবা অদু এম পি পিনা সরকার পায়রবা, আলিমনা চীফ মিনিষ্টর লোয়নননা ঐহাক্না লোকেল সেলফ গভর্মেন্ট পুবা মতমদগীনি। অহানবদদি, মী খরতনা লম্নাই ওইনা, 'খোংজোম লাল নিংশিং নুমিৎ' ওইনা পাঙথোক্রম্মী। কনাগুম্বা খরনদি এপ্রিল ২৫ দা পাঙথোকফম থোকই হায়না মোৎ পীবসু য়াওই। তৌইগুম্বসুং সরকারগী মাইকৈদগী কুপ্না থিজীল্লবা মতুংদা ষ্টেটকী ওইনদি তাং ২৩ দা পাঙথোকপনা অচুম্বনি হায়না পাঙথোকখি। রাকম অসিগা মরি লৈনবদা খরা শুগাইনা পীবা রিপোর্ট অমা মখাদা অরোইবা শরুক্তা পীজরি।

## ১৩ আগষ্ট কী থৌরম

আগষ্ট ১৩ অসি মণিপুরগী 'সহিদ দিবস', পেট্রিওট্‌স দে' মরৈবাকনিংবা মচাগী নুমিৎনি। কংলুবরা মিৎকী পিবাংনা অমুক চোৎলকপা নুমিৎনি। কাওগে য়াদ্রবা নুমিৎনি। ব্রিটিস সরকারনা কোইরেং যুবরাজ অমসুং থাঙ্গাল জেনরেলবু

ফাঁসি তৌদুনা হাৎখিবা নুমিৎনি। শিবা হায়বা অদুবুদি শিগদবা লৈবে। শিখিবগী ঙাক নৎত্রি, পেন্নদ্রিবা অদু। অকনবনা অচুম্বা শক্তুনা পাঙথোক্লিবা থবক-থৌওং অদুবুসুনি। মৈত্রবাক্তা হৌব্বসু নৎতবা, কাইহৌব্বসু লৈতনা ইনিং তন্না পাঙ্গবিবা মৈত্রবাক্তা লান তাশিল্লক্রগা অচুম্বা শাববিবা অদুদা পেন্দবনি। মণিপুবদা সাহেব্বনা পাল্লবা, নিংথৌ পাল্লবা মতম অমদদি নুমিৎ অসি যান্না লোন্না থুপ্না, কিনা মী খবতনা নিংশিং থৌবম পাঙথোক্লম্বনি। খবা লৈবগনা লৈকাইদা, ক্লবকুম্বদা পাঙথোক্লবকলে। মদুসু যান্না মনা মনিল নাইদননি। খবা অমুক লৈবগনা স্কুলদা কবিদা ছাত্রগী কাংলুপ্না নুমিৎ অসি নিংশিংবগী থৌবম পাঙথোক্লবা হৌখি। ভাবতনা নিংতম্বা ফংলবা মতমদদি মপানথোক্লা ওবগেনাইজেসন কয়ানা, পোলিটিকেল পার্টিশিংনা নুমিৎ অসিবু চাওনা মব্ব ওইবা নুমিৎ ওইনা লৌদুনা থৌবম কযা পাঙথোক্লবে। মণিপুব পিপলস পার্টিগী ইলেক্সন মেনিফেষ্টোদা নুমিৎ অসিবু ষ্টেট ফঙ্কসনা ওইনা পাঙথোক্কনি হাযনা ফোঙদোক্লে।

এম পি পি না সবকাব পাযববদা কেবিনেটনা নুমিৎ অসি ষ্টেট ফঙ্কসন ওইনা পাঙথোক্লগনি হাযনা লেপলে। মদু লৈবাক খঙনবা লাওথোকলে। ফঙ্কসন অদু মপুং ফানা পাঙথোক্লবা শেম শাবা লোইবে। হৌজিক বীব টিকেন্দ্রজীৎ পার্ক কৌববা মফম অদুদা পাঙথোকপনি। থৌরম অদু পাঙথোকপদা আলিমউদ্দীননা চীফ গেষ্ট ওইনা ঐহাক্লা (অইবনা) প্রসিদেন্ট ওইনা পাঙথোকলে। থৌবম অদু হৌবমদাইদা নুংঙাইতবা থৌদোক মচা অমা থোকখি। মদুদি অসিনি। ফঙ্কসন অদু যাওননবা মহম্মদ আলিউদ্দিননা ঐহাক্তা পুন্না চৎমিন্নসি হাযদুনা চীফ মিনিষ্টবগী বঙ্গলোদা ফমদুনা ঙৈহাক্তং লৈবিঙে অদুদা চীফ সেক্রেটবী কৃষ্ণাবটিগা মদন গোপাল কৌবা পোলিসগী মকোক থোংবা ওফিসাব অদুগা মখোয অনী পুন্না লাকই। কৃষ্ণাবটিনা চংলক্তুনা চীফ মিনিষ্টবদা টেলিগ্রাম কোপী অমা পীবৈ। আলিমনা মদু পাবগা ঐঙোন্দা অমুক পীরকই। ঐহাক্লা পাবে। টেলিগ্রাম অদু হোম মিনিষ্ট্রিদগী থাবকপনি। বাফমনা, আগষ্ট ১৩ অদুবু ষ্টেট ফঙ্কসন ওইনা পাঙথোক্কনু। মদুনা লালহৌলুপ অমদি নহাবোলশিংবু লান্না লমজিংবা ওইনা থোক্কনি হায়বনি। শাওনিংমনখিবদগী কোপী অদু খুবাক্তা শুব্ব শুব্ব তাশিল্লগা কৃষ্ণাবটিদা হুনজিল্লম্মী। ফঙ্কসন হৌনবগী পুংদি তাশিল্লক্লে। মিনিষ্টবশিং, এম এল এশিং, ওফিসাবশিং অমসুং প্রজানা মফম অদুদা চোন্না তিল্লে হায়বগী পাও ফংলে। 'মিষ্টব য়াইমা। কমদৌসি হায়বা' চীফ মিনিষ্টবনা

হৌদোক্লকই। 'চৎলসিনে, মতম ওইরে'। হৌজিকপু হোম মিনিষ্ট্রিদগী থিংলক্রে তোকপা তারে হায়দুনা তোক্লবদি শিখিবনা হেন্না ফৈ। কেন্দ্রনা তৌনিংবা তৌজবকসনু থেংনবগা লোইবে'। কৃষ্ণাবটিনা বিপোট পিশিন্নুবদগী তৌরকপা ওইবিনিনে। কেন্দ্রনা খুৎ থিংজিন্নবা হোৎনবা অসি হোৎনৈদকো। অহে অপা শাকনা থোকহল্লীবনি। হোম মিনিষ্ট্রিগী মবা লৌদনা ঐখোয় অনী চৎলে। ঐখোয় অনী ফক্কসন মফমদা মতম চপ চানা থুংই। নুমিৎ অদুদা মফম অদুদা তিন্নস্বা মী ওয়োক্লা য়ামখ্রে। চহি (খৃষ্টাব্দ১৯৭২) অদুদগী হৌনা আগষ্ট ১৩ অসি ষ্টেট ফক্কসন ওইনা চৎথখিবনি। তেনখ্রবা মতমগী মনুংদা পাওথোকখিবা মক ওইখ্রবা থবক্লি।

## পেপর মিল লিংনবা হোৎনখিবা

চীফ মিনিষ্টর আলিমউদ্দীনগা ঐহাক্কনা প্রাইম মিনিষ্টব ইহান হান্না উনবা খোঙফম অদুদা মণিপুবদা পেপব মিল লিংনবগী বাকমদসু কন্না তক্লখি। ঐখোযনা পিবা মেমোবেন্দম অদুদসু য়াওবনি। মণিপুবদা ম্বা মরাং কাইনা হৌই হায়বা ইন্দিবাজীনসু যাই। মহাক খঙই হায় অদুমকপু পেপর মিল অমা লিংবদা ফীজিবল ওইগদ্রা হায়বা অদু এক্সপার্টশিংবু য়েংহল্লগা বিপোর্ট অমা সবমিৎ তৌহল্লগা মদুদা খন্নগদবনি। ফীজিবল ওইগদবা লৈবগদি 'লেটব ওফ ইনটেন্ট' অমা পিবগা থবক পায়খৎপা হৌগদবনি। প্রোসেস তৌবদা মতম চংগনি। কেন্দ্রগী ইন্দষ্ট্রী পুবা মিনিষ্টব উনৌ হায়দুনা তাকপীরে। খোঙচৎ অসিদদি মিনিষ্টব অদু উনবক্রে। মথংগী খোঙচৎতদি, চীফ মিনিষ্টর, ঐহাক অমসুং ষ্টেটকী ইন্দষ্ট্রি মিনিষ্টব খ্বাইবাকপম চাওবা (সেকমাই চাওবা) ঐখোয় অহম চৎলি। কেন্দ্রগী ইন্দ্রষ্ট্রি পুবা মিনিষ্টব অদু শিলচবদগী এম পি ওইনা কাবা মুস্লিম অমনি। মাগী মমিং অদু মণিবহোক চৌধুবী কৌই হায়না খল্লী (চপ চাবা নিংশিংদ্রে)। মহাক্লা ঐখোয়গী বাকম অদুদা কয়া পুক্লিং চংদবগুম তৌই। অদুমকপু প্রাইম মিনিষ্টরনা হায়বকপনিনা তৌদবা য়াদবা ওইনা টেকনিকেল এক্সপার্টতগী রিপোর্ট কৌরে। ইন্দষ্ট্রি দিপার্টমেন্টকী অখঙ-অহৈশিং টেকিকেল এক্সপার্টশিংনা য়াম্না বানা হোৎনদুনা ফীজিবল রিপোর্ট অমা শেমলে। রিপোর্ট অদু পুরদুনা দিল্লীদা ঐখোয় অহম অমুক চৎলে। কন্না হায়নবা য়াবা হায়নরে। লেটব ওফ ইনটেন্ট অদু পীবো হায়না তক্লবদা য়ারে। অদুন্নদি ওইরগা খুদক্তা পীবো হায়বদি য়াদ্রে। মরৈ মবা তৌরে। পোষ্টতা কোন্না থাবক্লগে হাযনা শিথাং থাংলে। ঐখোয় উপায় লৈত্রদুনা ইম্ফালদা

হল্লক্রে। খবা লৈবগদি পাও তাবে। ইন্দষ্ট্রি মিনিষ্টব অদুগী ভোট কাননবগীদমক্তা মহাক্কী কেন্দ্রগী মনুংদা শিলচবদা পেপব মিল অদু লিংনবা বাবেপ লৌখ্রে। মণিপুবদসু ইকুই কুইদনা ঐখোইনা পুবা সবকাব অদু কাযখ্রে। পেপব মিল লিংনবা হোৎনবদা মাই পাকখিদ্রে। প্রাইভেট সেক্তবদা টাটা, বীবলাদা হায়নদুনা পাওথোক্লবা হোৎনসি হাযনা থৌবাং তৌবিঙেদা সবকাব কাযখিবনি। পেলহৌদে।

## গভর্মেন্ট পোলিটেকনিক লিংবা

ইঞ্জিনীয্যাব তম্নবা ইঞ্জিনীয্যাবীং কলেজ অমা লিংনবা ওম্বা মখৈ হোৎনবনি। টেকনিকেল তম্নবা ইনষ্টিট্যুসন ওইবনা লিংখৎপদা অববা ওইবা বাফম কয়ামকম চেন্নে। নোর্থ ইর্ষ্টন বিজনগী ওইনা লিংনবা হাযনবদা কেন্দ্র সবকাবনা য়ানিংদ্রে। মেদিকেল কলেজ লিংখ্রবনা মণিপুবদদি ইঞ্জিনীয্যাবীং কলেজদি অতোপ্পা মফম অমদা লিংগনি হাযবে। ষ্টেট গভর্মেন্টনা লিংনবা হোৎনবদা পুবা থাংবা ওমলোইদবা শেলফম চংগদৌবি। এডুকেশন দিপার্টমেন্টকী ওইনা বজেৎগী শেনফমদগী কাইথোক্লবা লৈতে। মবম অদুনা তুংদা ইঞ্জিনীয্যাবীং কলেজ ওইহৌনবগী পান্দমদা কেন্দ্রগী শেনথং যাওনা গভর্মেন্টি পোলিটেকনিক ইনষ্টিট্যুত অদু লিংখৎহৌবনি। তাকযেলদা লিংখৎখিবা পোলিটেকনিক অদু তুংদা ইঞ্জিনীয্যাবীং কলেজ ওইবকপা যানবা পান্দমদা লিংখৎখিবনি। মওং তাদবা ইঞ্জিনীয়াবীং কলেজ অমা লিংখৎলুবগা বিকোগনিসন ফংবদা বাগদবা অমসুং এফিলিযেসন পীগদবা যুনিভর্সিটি লৈজদ্রিবনা ছাত্র মাঙগদবা বাফম কয়া মুন্না খন্নবগা কলেজ অদু লিংনবগী থবক অমা চৎথখিদ্রে। মবক অদুদা সবকাবসু কাযখ্রে।

## জেনরেল এমনেষ্টী

পুন্সিগী খোঙচৎতা মণিপুব এসেমব্লীদগী বিদায় লৌখ্রিঙেদা, মণিপুব সবকাব পুবা য়াওবিঙেদা থেংনখিবা থৌদোক খবগসু পন্নিংবা লৈবি। মদুগী মনুংদা মণিপুবদা জেনবেল এমনেষ্টি লাওথোকখিবা অদু অমনি। খৃষ্টাব্দ ১৯৭২ গী মমাংদগী হৌনা মণিপুব প্রজাগী মনুংদা, ইন্দিয়া গভর্মেন্টকী থৌশিলদা পেন্নদবা কয়া লৈখি। ইন্দিয়া গভর্মেন্টনা মণিপুববু ইন্দিয়াদা মর্জ তৌশিনখিবদগী হৌবগা নাগালেন্দবুনা মপুং ফাবা ষ্টেট অমা ওইহল্লগা থাইনদগী নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা ওইনা পাল্লকপা মণিপুববুনা 'পার্ট সি ষ্টেট' অমা ওইনা টৈবিটবিগী ষ্টেটসদা থম্বা অসিনচিংবা কযাদা পেন্নখিদে। পেন্নদবা কযা লৈবা অদু কোকহন্নবা পাম্বে

থিবদা রাজনিতী দলশিংনা গনতন্ত্রিক ওইবা উপায় শিজিন্নে। নহাবোল কাংলুপ অমদি লালহৌলুপ শেমদুনা খুৎলাই পায়দুনা ইন্দিয়া গভর্মেন্টগী মায়োক্তা লেপ্লবা থৌবাং তৌবে। ইবাং হৌরে। 'বিভোলুসনবী গভর্মেন্ট ওফ মণিপুৰ' কৌবা অমা শেমলে হায়না লাওথোকখ্রে। মদুনা মৰম ওইদুনা মণিপুৰগী লো এন্দ ওর্দৰ ঙাকপদা অচৌবা সমস্যা অমা ওইবক্রে। অন্দৰগ্রাউন্দদা লৈপ্লবা নহাবোলশিং অদু লাকশিন্নবা হোৎনবদা মণিপুৰগী লৈজবিবা পোলিস ফোর্সতা অকন্বা ফিভম ওইবক্রে। মতম অদুমক্তদনি এম পি পি না মণিপুৰ গভর্মেন্ট পুৰা হৌবা অদু। 'লো এন্দ ওর্দৰ' দি ষ্টেট সবজেক্টনি। স্টেট গভর্মেন্টনা লো এন্দ ওর্দৰ নিংথিনা থম্নগা ষ্টেট অদুদা শান্তি থম্নবা তৌগদবনি। কেন্দ্রদগী মতেং লৌনিংঙাইবুদি লৈ, লৈতবৰুদি নৎতে। অদুন্নদি ওইবগা এম পি পি সৰকাৰ অদুনদি কেন্দ্র সৰকাৰদা যাম্না নোঙ্গনা হায়জ চৎচৰসু পামদে। কবি তৌবা তাই।

মহম্মদ আলিমউদ্দীননা লুচিংবা সৰকাৰ অদুগী কেবিনেটনা ৰাফম অদু কুপ্না খম্নরে। পেন্দবা কযামৰাম লৈবদগী লালহৌলুপ শেমখ্রিবনি। পেন্দবা পুন্নমক পুথোক্লবগা মদু কোকহল্লবা পুম্না হোৎনমীন্নবসি হায়না লুপ অদুদা আপিল তৌবসি হাযনা লেপ্পবে। মদুগীদমক লুপ অদুগী লুচিংবা পুন্নমক্তা ৰাৰী শান্নবসি। ৰাৰী শান্নবা অদু ফোংনা শানবা য়ানবা অমদি ফ্রি ওইনা শানবা য়ানবা জেনৰেল এমনেষ্টী লাওথোক্রসি হায়না লেপ্লবে। কেবিনেটকী মিটিং অদুদা চীফ সেক্রেটৰীনদি য়াম্না য়েৎচৈ। ৰাফম অদু হোম মিনিষ্ট্রীদগী অয়াবা অমা য়াওদনা পাঙথোকপা চুমদে হায়না। মহাক্কা ফন্না কন্না য়েৎচৈ হায়বা মঙাইবে কন্নানসু য়াবিদ্রে। জেনৰেল এমনেষ্টী অদু লাওথোকলে। অন্দৰগ্রাউন্দদা লৈবা লুচিংবশিংদা ফজনা কাউন্সেলীং তৌবদগী অন্দৰগ্রাউন্দা লৈবা লুচিংবশিংনা য়ানিংবা পোক্নুনা মপান্দা থোবক্রে।

ৰারী শান্নবা অদুগী এজেন্দাদি অয়াম্বনা শেমগৎ শাগৎপা অমসুং থবক হাপ্লগা মবি লৈনবা ঙাক্তনি। মণিপুরদা মেদিকেল কলেজ লিংনবা, য়ুনিভর্সিটি লিংনবা, ইন্দষ্ট্রী লিংনবা অমসুং ইঞ্জিনিয়্যারিং কলেজ লিংনবা হোৎনগদবনি। নহাবোন্দা থবক পিননবা স্কিম পায়খৎনবা য়াওই। হায়বিবা থবক থৌবমশিং অদু পাঙথোক্লবা তাইম বাউন্দ ওইবা প্রোগ্রাম শেম্নবা য়ানরে। মেমোরেন্দম ওফ অন্দৰষ্টেনদিং অমদা সহী তৌনদুনা পাঙথোকলে। লুপ অদুগী খুৎলাই পুন্নমক সৰেন্দৰ তৌরে। ফৰ ফৰবা খুৎলাই য়াম্না য়াওৰম্মী।

থবক ওইনা পাঙথোকত্রিঙৈ মবক অদুদদি হোম মিনিষ্ট্রিদগী যাম্না নুংঙাইতবা মওংদা ইনক্কাবি তৌবকখি। ক্লাবিফিকেসন তাম্লকখি। থবক ওইনা পাঙথোক্লবদদি তুমীন্না লৈখ্রে। এপ্রিসিযেসন ফাওবা তৌবকখিদবা মাল্লে। কেন্দ্রগা ষ্টেট্কা লৈনবা মবিগী তাক্কক অমখকনি। শান্তি লৈববা অদুদা মণিপুবগী প্রজানা কয়াদা হবাউনখিবা। থাবল ফবগা শাওবা খববুদি হবাওবা অদুদা শকক য়াবমদবসু মযাই। এম পি পি সবকাব অদুনা মেদিকেল কলেজ লিংখৎলবা, যুনিভর্সিটি লিংখৎনবা, পব্লিক সার্ভিস কমিসন লিংখৎপনচীংবগী প্রোগ্রাম মথং মথং পাযখৎলকপা অদু উবদগী মণিপুবদা শান্তী হনজিল্লকখি।

মঙাশুবা শরুক

# পুন্সিগী খোঙচৎতা মখল মথেল

### ওইনাম খুঙ্গং

ঐগী খোয়বি লিশাং তাফম (ফুমফম) ওইবদগী ওইবা তাইয়ে ঐনা ঐগী পোক্লফম খুঙ্গং ওইনাম অসিবু অসুপ নুংশিজরিবা অসি। ঐগীতা ওইরমলোই, অতৈ মী পুন্নমক্কীসু ওইবমগনি। গীত গোবীন্দ লেংলম্বা কবি অথোইবা জযদেবগী পোকফম থিবদা খুঙ্গং, লৈকায় খঙলবা ফাওবদা পেন্নদদুনা হেক পোকফম মফম অদু খঙনবা থিনবি। প্রমান খবগী বানি। পৃথিবীগী ফাওববা মীশক কয়াগী পোক্লফমগী খোঙ্গুল লিবদা খুঙ্গংদা, কৈবোই-লৈকায়খক খঙলবফাওবদা পেন্নদে। হেক পোকফম, খোয়বি-লিশাং তাফম অদু ফাওবা খঙনবা থিনবিবনি। পোক্লফম ইমা লৈবাকপু নুংশিবগী মনুংদা পোক্লফম খুঙ্গংবু নুংশিবা অদু অথোইবা মথেল অমনি। ওইনাম হায়বিবা খুঙ্গং অসি ঐগী ইপা-ইপুগী পোকফম ওই। ঐগীসু পোক্লফমনি।

ঐহাক্না নুমিৎ হমনি লন্দনদা লৈবিঙৈদা মপা লৈতনা ফাওববা সেক্সপিয়াবগী পোক্লফমদা চৎলুই। অদুবু ঐগা লোয়নবিবা অদুনা য়াম্না মুন্না খঙদবদগী হেক পোকফম খোয়বি লিশাং তাফম অদুদি খঙদনা নিংবা কাইনা হন্নকখি। ভাবতকী রাষ্ট্রপিতা গান্ধিজীগী পোক্লফম পোববন্দরদা তির্থ চৎনবগুম চৎনরি। ঐখোয়গী মণিপুর অসিদসু কবি হিজম অঙাংহলগী পোক্লফম শামুরৌদা হেক পোকফম ইংখোলদা চৎতুনা লৈ-শু কৎনবি। খুদম খরদং পীজবতনি। অদুনা পোক্লফম মফম অসিসু মন্ন ওইবা মফম ওইনা লৌনে।

ওইনাম হায়বিবা খুঙ্গং অসি য়াম্না চাওবা হায়বা অদুমক হায়বা য়াম্রবসু ময়াই ওইরপ চাওবা খুঙ্গং অমনি হায়বদদি লাম্নরোই। নম্বোল কেন্দ্র অমসুং ওইনাম কেন্দ্রগী মনুংদা মীশিং খ্বাইদগী য়াম্বা খুঙ্গংনি।

ওইনাম খুল অসিগী খুন্দা অহানবা ইপা ইপুশিংনা লৈকায়, লম্বী য়াম্না মওং তানা থম্বীবম্মী। টিডিম বোদতগী চুমদ্রিং নোংপোক্তা চংশিনখিবা লম্বী অদুনা লমলোং অহুম ফাংবা ফাওবা চৎলগা খাদা-ঝাংদা খাইদোক্লুনা লম্বী শেমলম্মী। ঐখোয়নদি তুবেল হায়না কৌববা খোং অচৌবগুম্বা ওইনাম তুবেল্না খুলগী ময়াই খাযদুনা চেল্লী। তুবেল অসি পিকচববসু খুঙ্গংগী প্রজাগীদি য়াম্না কান্নখ্রবা খোংনি। তুব্রেল অসিনা যাঙ্গোই তুব্রেলগা শন্নবা মবম্না লোকতাক পাৎকী কাববাবগা মবি লৈনবদা যাম্না খুদোংচাবা পী।

ওইনাম খুল অসিগী মতাইদা ওইনাম কবুই খুল তাবি। কবুই খুল অসি ওইনাম খুঙ্গংগী শব্দক অমনি। নিংথৌ পাল্লিঙৈদা ওইনাম খুঙ্গংগী শাসি-ঙাসিগী থৌদাং পুবীনবা কবুইশিংবু তাহল্লম্বনি হাযনা বাবীনৈ। খুল অসিগী কবুইশিংগী মবক্তা যাম্না থৌনাফবা মী পোকখি। লমওকনচিংবা শা ফাবদা মমিং চৎখিবা, মপাঙ্গল কন্নবা, নিংথৌনা শক খঙখিবা 'শিংলৈ কবুই' মমিং পম্নে।

ওইনাম খুল অসিদা ওইনাম শাগৈনা খিৎ নম্না তাই। ওইনাম শাগৈদি চাওমন্দুনা ওইনাম লাইফম অমসুং ওইনাম খাবম হায়না খাইদোক্লে।

খুঙ্গং অসিদা অকন্ন অথৌ কযা পোকখি। খোং কাংজৈ-মুক্লাদা মমিং চৎখিবা লোংজম খোঙ্গোল অমসুং নোংথোম্বম কালা মমিং পম্নে। সাসনগী মরি লৈনবদা, নিংথৌ পাল্লিঙৈদা, খুলগী য়াইফনবা চাওখৎনবদা মমিং লৈবা ফম্নাই তুনাইবা পোকখি। যুমনাম সেনাহল, নোংথোম্বা কৈরুংবা, অচাংখোম্বা ফম্নাইবশিংগী মমীং পম্নে। যুম্নাম তোমচৌ, চৌকিদাব, লাইফম ইবোহল, পিবা, ওইনাম চাও-খুদোম্বী (লোংজমনি), অসিনচিংবা অসি খুলগী মচিন চৎপা মীশকশিংগী মনুংদা মমীং পম্নে। নট পালা ইশৈগী ঈশৈহনবা পঞ্চাই অমু হায়না খঙনবা অদু মশক নাইবা ওঝানি। অতৈ নট পালাগী ঈশৈদা থবাই যাওবম্বশিংগী মনুংদা য়ুম্নাম অঙৌ, পঞ্চাইময়ুম তোম্বা, ওইনাম মচু, নিংঙোম্বম ববজাও, কৈশাম মনাওতোনগী মীং পম্নে।

নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা লবাই ইম্ফাল খাযবা অদু সাসনগী পোলিসি অমগুম তৌবম্মী। অনী অসি য়াম্না খেন্নবা থাক্তা লৈহল্লম্মী। ঐহাক্লা প্রজাগী মীহুৎ ওইববদা অহানবা প্রোগ্রামদা, উখোং কৈথেল ওইনা খোংনাং মখোংদা পোৎ যোল্লম্বা অদু বাজাব ওইহল্লে। মদুদগী ওইনাম নোটিফাইদ এরিয়া ওইরে

হায়না সবকাবনা লাওথোকলে। লাওথোক্রবা মতুংদা লাইওইববা খোংনাং পাস্বী মণ্ডা যাম্লে। খোংনাংশিং অদু য়ানবীনবা লৈতবদগী ওইনাম কবুই খুলগী লূচিংবা শিংলৈনা য়ানখি। মতোমতনা য়ানবা নৎতে। মাগী মীংদা ময়াম চণ্ডদুনা য়ানখি। চবোংনা লেপ থুন্না হৌবম্বা লমপাক অদু নিলাম তৌদুনা মদুদগী ফংলকপা শেনফম্না কৈথেল শেমগৎলে, দুকান মফম কয়ামকম য়াংলে। কৈথেল শেমগৎপগা ইবোযননা নোটিফাইট এবিয়া ওইবম্বদগী 'স্মোল টাউন' ওল্লে।

ওইনামদা এল পি স্কুল অমতং লৈবম্বনা কলেজগী থাক ফাওবগী মহৈ তম্নবগী খুদোং চাবা ফংলবা, অনা লায়েংশং, শা-স্বণগী লায়েংশং এস দি সি ওফিসনচিংবা মথং মথং লিংখৎলবা মতুংদগীদি ওইনাম মশানা টাউন্ অমা ওইরে। হৌজিক্লা ওইনাম নগব পঞ্চায়েট লিংখৎলকনা নগব ওইবে।

ওইনাম খুঙ্গং অসিবু 'ওইনাম তাংলৈ হাদা' হায়নসু কৌই। অবিবা সবকাবগী বেভিনিউ বেকোর্দতা ওইনাম তাংলৈ হাদা হায়না বেকোর্দ তৌই। খুল অসিগী চিদাইদা তাংলৈবুং হায়না খঙনবা লাইফম অমা লৈ। মদু য়াম্না লুবা লাইফমনি হাযনা লৌনৈ। চহি খুদিংগী লমতা থাগী হুমনি পানবদা লাই খুবম্মী। য়াম্না চাওনা পাঙথোকই। লাইফম অসি সেমগৎনবা ঐহাক্লা এম পি ফন্দগী লুপা লাক্ষ অনীবোম মতেং পাঙখি। নিংথৌ পাম্লিঙে মতমদা ওইনামদা এল পি স্কুল অমখক্তমক লৈবম্বা অদু ঐহাক্লা প্রজাগী মীহুৎ ওইনা অনৌবা সাসনগা মবি লৈনববদা অনৌবা এল পি স্কুল তবেৎ অমসু লিংখৎলম্মী। বোইজ হায স্কুল অমা গার্লস হায স্কুল অসিসু লিংখৎলম্মী। হিন্দি তম্নবা কেন্দ্র অমসু লিংখৎখি। পুন্নমক অসিগী মথক্তা ওইনামদা মপুং ফাববা কলেজ অমা লিংখৎলে। কলেজ অদু গ্রান্ট পীদুনা মশক নাইবা অমা ওইহল্লম্মী। আগোব ইবোবী হাযবগা খঙনবা মকপ অমগী মমাগী মীং থোনবীয়ু হায়দুনা লুপা লিশিং য়াংখৈখক দান তৌবদগী 'থম্বাল মবিক কলেজ' থোনখিবনি। অসুন্না মহৈ মশীং তমফমগীদমক্তদি অবাৎপা অমৎতা লৈহন্দনা ওইনাম সেমগৎলম্বনি।

খুন্নকী লম্বী পুন্নমকসু ইন্টর ভিলেজ রোদ ওইহল্লগা সরকাবগী পি দবলিউ দিপার্টমেন্টগী মখাদা শেমগৎলম্বনি। মদুগী খুদোংচাবা পুন্নমক হৌজিক ফংলবনি। ঈশিংগীদমক্তা অবাবা কয়া নংলক্রবা খুঙ্গং অসিদা সরকারগী মতেংনা পুম্রি অচৌবা মণ্ডা তৌদুনা প্রজাগী খুদোং চানবা পাঙথোক্রম্মী। অফবা থরুবা ঈশিং ফংহন্নবা

বাটব সপ্লাই স্কীম পাঙথোক্লন্মী। মদু য়াম্না মৰু ওইবা প্রোগ্রামনি। ওইনামগী য়ুমথোং খুদিংদা ইলেকত্রিক্কী খুদোংচাবা ফংহল্লন্মী।

ওইনাম খুঙ্গংগী ওইনা একব ৬০ দগী হেন্না চাওবা লম অদু খুলগী ষণজাবুং ওইনা বিজার্ব তৌবম্বনি। মফম অদু 'ওকসোই ষণজাবুং' হায়না খঙনবনি।

ওইনামদা লো কলেজ অমা লিংখৎপদা ঐনা এম পি ওইববদা এম পি গী ফন্দ অদুদগী লুপা লাখ অমা মতেং পীখিবনি। কলেজ অসিগী বিকগ্নীসন ফংনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবকপনি। ওইনাম কাংজেবুং অসিসু হাম্না লৈবম্বদগী মযুংদা হাযবদি মমাংথংবদা লৌ লৈবগা শাংহল্লম্বনি। শান্নবা পাম্বশিংগীদমক পাঙথোক্লম্বনি।

মপুগী খুভম লৈবা ওইনামদি অসুম অসুম চাওখৎলকখিগনি।

**কবি মন্ত্রবু হৈবনো**

ঐহাক্লা ইলেক্সনদা থংন-থংননা তবেৎলক কাবক্লবদা কনাগুম্বা মৰূপ মপাংশিংনা চান্ননা, থওইনা ঐগীদা লাক্কুনা হংলবা য়াওই, 'কবি মন্ত্র হৈবনো, ঐখোয লৌহৌগে'। মন্ত্র হায়ববু ঐহাক ৰাবী ওইনা লিগে তাশিল্লু। অসুম তৌই। পৃথিবীগী অনীগুবা লাঞ্জাওগী মনুংদা ঐখোযনা জপান লান হায়নসু খঙনবা অদুগী মনুংদা যুম থাদোক্কুনা লানজেন্নৈ। মদুদা ওইনাম খুঙ্গংগী প্রজা পুন্নমক য়াঙ্গোই তুবেল খোংবান্দা লানজেল্লী। খবা চিংথবসু যাওবম্বা য়াই অতোপ্পা মফমদা চৎখিদুনা। খুঙ্গংগী যুম ময়াম অদুদনা ব্রিটিস-আমেবিকাগী লানমীনা চঙদুনা লৈহৌববনি। লাল যাম্না কনশিন্নবকপদগী অদু-অদা হায়নবা নংবা মতম নৎতে। লানমীশিং অদুনসু চংশিল্লিবা খোঙফম অদু শিবা-চঙবগী অবোইবা লানফমনি খঙনা চংশিল্লকপনা নোক-খেবা, ইবাং ফলাংগী, ৰাফমদি লাম্পা লৈশ্ৰবনি। খুল মনুংদা হেক চংলকপগা লানবন শেমদুনা, বোমদগী শোক্কনবা কোম তৌদুনা চেকশিন্না শেম শাদুনা লৈনখ্ৰবনি। খুলগী মীশিংনা লানজেল্লীবনি হায়দুনা চেল্লীবা মফম অদুনা যাঙ্গোই তুবেলগী তোর্ব্বান, নাক-য়েৎতনি। চবোংনা লেপ থুম্না হৌবা মফমনি। খাংপোক মচা অমমম শাবগা হিংনবা লৈবিবনি। যাম্না ৰানা লৈখ্ৰবনি। কয়া কুইনা লৈগদবনো মফম মবাং খঙদনা লৈববনি। চান-থক্লবা মবাং কাইনা লৈবা নৎতে। হিপফম চাফম মথোং মবম খঙবা নৎত্রে। অনা অয়েক য়াওবকপদা লাযেংনবগী উপায় লৈনদ্রবনি। অশি অনা য়াওবক্লবদা দেবকর্ম্মগী

মখোং খঙ্গ্রবনি। খুদোংচাদবা, ৱাবা হায়বা অদু থম থেংলবনি। অসুন্না লেম্লীডে মতমদা খুম্লক্তা সিভিলিযান মীচম প্রজা চৎপা ক্সিদুনা ইচৎ চৎনব্রে। ঐখোই খবদি হি তোংদুনা চৎলগা থৌনা ফবা শাদুনা ঈ-পাও লৌবা, ইংখোলদগী মনা মশিং হেকপা চৎলুই। অদুমকসু ফানবনা কোঙ্গাইনি। জপানগী সি আই দি ওইবমগনি হাযদুনা চিংনদুনা ফাবসু যাওবিবনি। অদুম্না অয়ুক নুংথিলদা নোংথক্তা এবোপ্লেন মশেল হায়বদি আমেরিকাগী প্লেনগা জপানগী প্লেনগা কাপ্নবা, বোম থাদনবা অদু য়েংই। নুমিদাংদনা মৈকাপ্পী মানবা কয়া কাপ্নবা য়েংই। অদুম হায়না লেম্লী, উপায় লৈতবদগী।

অহানবদা, আই এন এ অমসুং জপানগী লানমীনা মোইবাং যৌশিল্লকপদগী ব্রিটিস লানমীনা বীষ্ণুপুব অমসুং মাইবম লোৎপচীংদা কেম্প শাদুনা খাঙই। নোংমগী অহিং অমদা মাইবম লোৎপচীংদা শোক্লখিবা লান অদুদি অকিবগী মশক্লি। অহিং চুপ্পা শোক্লবা লাননি। থাংনা, খুগ্রীনা, শঙ্গীননা খুৎকা-খুৎকা হাকথেংননা য়াম্লদুনা শোক্লখিবা লাননি। যাম্নসু শিনখি। মাইকৈ অসোমদা থেংনবা লানফমদি মাইবম লোৎপচীংগী লানফম অদুনা অৱোইবা ওইখি। ব্রিটিস-অমেবিকা লানমীনা ঙমদুনা জপানিজ লানমী অদু মণিপুবগী বাংমদা তকথোকপ্রে। অদুগুম্বা মতম অদুদা ঈশিং চাওবক্তুনা যাঙ্গোই তুবেলসু পাথোক্রে। ঈশিংনা থুমজিল্লক্তুনা লৈবা য়ানবক্তবে। খুলগী অহল-লমন, য়াইতোং-খমদোং তিম্লরে। কমদৌসিগে তাম্লবে। শিববসু য়ুম য়ুমদা শিব্দবনা ফবে। ঈশিং মবক অসিদা শিগদবগী শরুক য়ুম য়ুমদা চংলগা সিপোয়না হাৎতুনা শিববসু অদু মঙাইবে হোঙ্গৎলসি হাযনা বাবেপ্পবে। ওইনামদা কেম্প শাদুনা লৈরিবা ব্রিটিস আর্মিগী মকোক অচৌবা অদুগী মফমদা হেক্তা হায়জব্দবগা লোইব্রে। মানা য়াবীরে ফবে, যাবীদ্রে ঐখোয়দি লাক্লগনি হায়দুনা হেক্তা হায়জব্দবসি হাযনা বাবেপ্পবে। আর্মিগী মকোক অদুগা ক্দাগা ঙানেগনি। অহলশিংনা খম্লবে। ঐখোয়গী নিপা অনী লৈরিদনা। মখোয়না হেন্দোক্লা ঙাংনবা ঙমগনি। ঐখোয়না মখোয়গী তুংদা লৈবগা লোইব্রেদনা। অদুম হায়না লেপ্লদুনা ঐহাক্কীদা অহল খবগা য়াইতোং খরগা লাক্লে। লাক্লিবশিং অদু ঐবু মগুনি-মচানি হায়দুনা য়াম্না চাওথোকচবগা লোয়ননা লুনা তৌজবা ঙাক্তনি। 'য়াইমা। নহাকপু মখোয় সিপোইগী মকোক ওইবা অচৌবা অদুগা বা ঙাংনবা ঙম্মোইদ্রনে? কিগদ্রনে?' হায়না হংই। ঐনা নোক্লগা খুম্মী, "ইপুবোক, নঙবু শারকপদা অকিবা হায়বা অদু য়াওরক্তেয়ে। মখোয়বু কৈদৌবগী কিজব্দনি।

ঙাংনবীগেনে। কবিনো ঙাংনগদৌবিববু'। নমানদি কবি হাযবিবা? ইমানা খুম্মী 'অহল লমনশিংগী তুং ইনজৌ হাযবদি মবাইবক্তুম ফবনি। কবিগী ঙানেবা ঙম্মোইদগে? মহৈ তমহল্লকলিবা অদু অসিগুম্বা মতমদা কান্নবনি'। অদুম হায়না হি কয়ামকমদা তোংদুনা অহল-লমনশিং অদুগা য়াইতোংশিং অদুগা পাৎতগী খুন্দা কাবক্রে। অতোপ্পা অমা হাযননবা চৎলুবদা অহল থবা অদুদি বারৌনা হল্লকখি। পাওদম্বদা শমলপ্পা তম্মী। 'ঐখোযগী ইচাবু মহৈ তমহল্লকপদা খুল নখোয়না অনা অমা ফানা পাংবীখিবা লৈব্রনে, অদুগা কান্নবমদাইদা থিবীবক্রিববু সিপোইনা ফাহনবীগে তৌবীবিব্রা? ইকাইমনখ্রদুনা ৱা মখা তাবমদনা অসুন্না লাক্লিবা অসিনি। ঐখোয়না চৎলুবদি কান্নদ্রে'।

লাল অদু কনশিল্লকত্রিঙৈ মতমদা ঐহাক্তী আর্মিগী মিলিটবী ইঞ্জিনিয্যাবীং, আব ই (বোয়েল ইঞ্জিনিয্যাবিং) হাযনা খঙনবা অদুগী মেজব সাহেব অদুগী মখাদা অহানবদা ইন্টবপ্রিটব ওইনা মতুংদা এস দি ও ফাওবা ওইদুনা থবক মতম থবা তৌহৌই। মদুদগী মখোযগা ঙাংনা শরুবা অদু শাগোন্নবা তৌবকপনি। অদুনা খুৎলোইববনি। ওইনামদা কেম্প পুবিবা অদু কোলোনেল অমনি। অহল লমন, যাইতোং নিফুমুক চৎলি। কেম্প অদু যৌগদবা নকশিল্লক্রুবদা মখোয পুন্না লৈহৌবগা ঐহাক ইতোমতা মাং থাগৎলগা শস্ত্রি পুবিবা অদুদা খঙহন্লে। খুলগী প্রজানি। সাহেবগা উনবা লাকপনি। অমুক্তা পাও হংনবীযু। শস্ত্রি অদুনা মহাক্কা দ্যুটি অদু পুমীন্নবা অমদা শীন্নবে। অহানবদা কেপটেন অমা থোবকই। মঙোন্দা অহানবদা ঐহাক্কী শক তাকই। ঐনা আব ই দা থবক তৌবম্বগী মেজব অদুনা পীবা সার্টিফিকেট অদু উৎলে। মেজব অদুনা পীবম্বা সার্টিফিকেট অদু যান্না কান্নখ্রে। মঙোন্দা প্রজাশিং অদুনা লাক্লিবা অদুগী মবম খঙহন্লে। কেপটেন অদুনা মনুংদা চংখ্রগা কমান্দব অদু উনকবে। মাগা লোয়ননা থোবকমীন্নবে। ঐঙোন্দা প্রজাশিং অদু লাক্লবা হায়বে। ঐনা পুশিল্লক্তুনা অহল-লমনশিং য়াইতোংশিং অদুনা নমষ্টে তৌবগা মখোযনা হায়নিংবা অদু হাযহন্লে। ঐনা ইংবাজীদা হন্দোক্তুনা খঙহন্লে। 'খুল অদুগী খুঞ্জা পুন্নমক ঈশিং চাওবকপদগী খাংপোকশিং পুন্নমক ঈশিংনা থুমগৎলক্তুনা লৈফম লৈত্রে। য়ান্না বানবে'। কমান্দব অদুনা মুন্না তাববা মতুংদা, ঐঙোন্দা হায়বে, 'ঙসিমক লাকপা য়াবে। লৈকাই অমত্তংদি সিপোইনা মতম খবদং লৈথহনখিগে'। ঐনা পাও অদু হন্দোকপদা ময়াম পুন্নমক অদুনা হবাওমনখ্রদুনা সাহেব অদুদা খুবমলম্মী অমসুং সলামসু তৌবম্মী। কমান্দর অদুনা

ঐগী সার্টিফিকেটশিং অদু য়েংলগা মতুংদা হায়, 'মিষ্টব সিং খুঙ্গাশিংদা অনাবা য়াওববদি হিদাক পীগে, চান-থক্লবা অবাৎ-অপা, অনংবদসু চেং-হবাই-অটা-থুম পীগে, ময়ামদা খঙহল্লু'। ঐনা বাফম অদু মীয়ামদা হায়দুনা লাওথোক্লে। ময়াম পুন্নমক অদু হবাওনবদা হায়নিংঙাই লৈত্রে। মফম অদুদগী পুন্না হল্লক্লগা খুন মনুংদা লৈবা খাবম লাইবেম্মাগী লম্পাক্তা ময়াম ফমদুনা পোৎথানবে। অহল মবক্তগী মবা যান্না চৎপা 'চাও-খুদোম্বী' কৌবা অমনা হৌদোক্লে। 'ঐখোযগী ইচা ইম্মাক ইশু ওইজববা যুন্নাম সাগৈদা পোকচববসু ওইনাম শাগৈদা চাওজববা যাইমগী লমন খুন ঐখোযনা তোনশিল্লে। কবিনা লমন শিংশিগে?' লাইফম পিবা হায়বগা খঙনবা খুল পুন্নমক্লা ইকাইখুন্নববা ওইনাম ইবুংঙোহল কৌবা অদুনা বাপাংলে, 'ঐগীদি ইচলনা পোকপনি। ইম্মাক অসিনা ইচংথৌনা লেপ্পা অদুদা পেল্লে। অদুনা ঐনা পাম্বদি হয়েং মতম অমদা মমান মমান্নবা লাম্বা পানবকপদা মাগী মীচংদা খুন ঐখোয়না পুন্না লেপ্লীসি। মদুদা হে তৌদুনা থওইদবা মীশকশিং অদুদা শাপ তৌসি।' মদুগী বাপাংবদা মতম অদুদা নট পালাগী ওঝা ঈশৈ হৈবদা মাইকৈ অসোমদা মমিং চৎলিবা অদুনা মমিংনা ওইনাম অমু, ময়ান্না 'পঞ্চাই অমু' কৌবা অদুনা লাওথোক্লে। 'ইশু য়াইমনা পাঙথোকপা অদুদা হেক্তা পেনখ্রে। মহাক্লা ঙাংনবদগী অৱাবা কোক্কদৌবিবনি। অদুনা ঐগী পকবা পুন্নমক্তা খঙহল্লবনি। নখোয পুন্নমক্লা ইশু য়াইমগীদমক্তা লেপকদবনি। কবিশুম্বা ঐনা হাযবা অসিবু থৌশাদ্রবদি ঐনা শাপ তৌগদৌবিবনি।' অদুম হায়না অহলশিংনা ফোঙদোবক্লবা অদুদা য়াইতোংশিংসু ঐখোয় পুন্নমক য়াবে। ঐখোয়না শিদ্রিবা ফাওবদি অহল লমনগী য়াথং লৈবাক তাহনজবোই। ঐখোয় য়াইমগী মীচংদা লেপকনি। অরোইবদা, ঐগীদি ইপুবোক য়ুন্নাম তোমচৌ খুনগী চৌকিদাব ওইবম্বনা ফোঙদোক্লে 'ওইনাম খুঙ্গাও অসিগী অহল লমন, য়াইতোং ঐখোয় পুন্নমক্লা ইশুনিপাদা বব পীববনি, নহাক্লা নমান্নবগা পান্নবকপা মতমদা নমাই পাকচৌ, অহল লমন য়াইতোং ওইবা ঐখোয়গী ববদগী লাই গুরুগী সেবা ফংজৌ'।

অসুম তৌনা ফংজখিবা বোবদগী ইলেক্সন খুদিংমক্তা মাই পাকলকপনি। মীয়ান্না পীবীবা ভোট অদুগী শক্তিগী মতেংনা অমুক খুঙ্গংগী শেমগৎ শাগৎপদা শিজিন্নরকই। অনাবা অচৌবা, 'কলেরা ইপিদেমিক' অনীরক থেংনখিবদা ওইনাম খুঙ্গংগী মী য়াম্না শিখি। ইমুং হুম্না শিবা ফাওবা য়াওনখি। মী অশিবা পুথোকপিনবা লৈতবদগী, সংস্কাব তৌবীনবা মী লৈতবদগী য়াম্না বানখি। মী অশিবা অদু ইরোই

কাংপোত্তা হাপ্লগা চিংদুনা পুবগা যাঙ্গোই খোংবান্দা শিং খবা মৈ চুবগা হন্দোক্লবম্বসু কোঙ্গাইনি। কিন্নবনা নুংথিল পোবোপ্তা মী অমত্তা নাইতোম খুল্লক্তা চৎনখিদে। তৌবদি থোকখিবা কলেবা ইপিদেমিক অদুদি আ লান মমাংদা সাহেবনা, নিংথৌনা পাল্লিঙেদা থোকখিবনি। মদু থক্লনবা ঈশিং অফবা ফংদবদগী তুবেল ঈশিং অমোৎপা, অপিকপা পুম্ব্রিগী অমোৎপা ঈশিং থক চান্দবনগীনি। মদুগুম্বা ইপিডিমিক অদু অমুক হল্লক্তনবা ঐহাক্লা ভোট কাববা মতুংদা হোৎনদুনা সবকাকগী মতেং লৌবগা অচৌবা পুম্ব্রি মঙা তৌখি। রাটব সপ্লাই স্কিম পাঙথোক্তুনা থক্লবা চুমথোক্লবা ঈশিং খুঙ্গাদা ফংহনখি। সাহেবনা পাল্লিঙেদা লিংখৎলম্বা স্কুল অদু থাদনা অনৌবা লরাব প্রাইমারি স্কুল মঙা লিংখৎখি। বোইজ হায়স্কুল অমা, গার্লস হায স্কুল অমা, কলেজ অমা লিংখৎখি। কলেজ অদু গভর্মেন্টকী গ্রান্ট ফংলবনি। ওইনামদা রেভিনিউ দিপার্মেন্টগী এস দি সি গী ওফিস লিংখৎহনখি। প্রাইমারী হেলঠ সেন্টর অমসু লিংখৎখি। টেলিফোন এক্সচেঞ্জ অমসু লিংখৎহনখি। উখোং কৈথেল ওইবম্বা ওইনাম কৈথেল শেমগৎ শাগৎতুনা ওইনামদা স্মোল টাউন লিংখৎখি। অকম্বা লাইফম ওইববা 'টাংলৈ হাদা' লাইফম সেমগৎনবা অচৌবা থৌদাং লৌবক্তুনা হৌজিক মমিং চৎলবা লাইফম ওইবে। খুল্লক্তা চৎনবিবা লম্বী থোং পুন্নমক ইন্টর ভিলেজ রোদ, ডিষ্ট্রিক্ট রোদকী মখাদা পি দবলিয়ু দি দা বুক তৌরে। লোইনমক শিংথাজকদ্রবসু 'অনৌবা ওইনাম' অমদি ওইনবা ভোটতগী ফংবা শক্তী অদু শিজিন্নদুনা হোৎনবকপনি। মদুগী মপান্দগী ঐনা ইলেক্সন্দা কাবকখিবনি। ভোট কানবগী মন্ত্র হাযববু অদুনি। হৌজিক্তী অহল লমন পুন্নমক লৈখিদ্রে। হৌমিন কামিন্নবকপা যাইতোং খমদোংশিংসু লোইনা সংসাব থাদোকখ্রে। ইতোমতা তবক তবক লৈবে। তুংদা হৌবকপা নহাবোল অয়াম্বা ঐনা মথক্তা পনম্রিবশিং অদু মতোমতা লৈজবকপা ওইনা লৌনবম্বসু যাই। অদুবু থিগৎনিংবা কনাগুম্বগী কান্ননবা খবদং ইশিন্দুনা থনম্বতনি। মনা লৌনিংদুনা তৌবা নৎতে। সোসিএল ৱার্কব অমা ওইবদগী ভোৎ লেপ্পা খুদিংদা কাবনি। মন্ত্র নৎতে। ভোৎ কাননবগী উপাযদি লৈবাক প্রজাগী সেবা পুচেল শেংনা তৌবনি।

## অইবা অমা ওইনবদা

ইহান হানবা ওইনা বাম লাল পাল হাযস্কুলগী মেগাজিন অমদা আর্টিকল অমা ফোঙনবা ইখি। আবটিকল অদুগী তাইটল অদু 'বিমলা' কোই। ফোঙবদি দামুদব কৌবা ছাত্র অমগী মিংদা ফোঙবনি। আর্টিকল অদু ফোঙলবা মতুংদা

বা থোক্লবে। 'মাইপাকপী' কৌবী অমগী ইমুং মনুংনা আর্টিকল অদুগী মবিদা থিগৎপদা ঐহাক্না ইবনি হাযবা খঙনবে। মদুনা মবম ওইদুনা ঐঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইতবা পোকখি। মথংদা শ্রীকৈসাম কুঞ্জবীহাবিনা ফোঙবা 'ঙসি' খববদা কলমনিষ্ঠ অমা ওইনা ইবা যাওবে। কবিগুম্বা মতমদা ইদিটবিযেল কলমদসু ইখি। 'ঙসি' কৌবা মেগাজীন অদুদসু বাবী মচা কযা ইদুনা ফোঙখি। ঐহাক্না ইকোন কোম্না ইখিবা বাবী মচা অদু 'যাঙ্গোই তাবী' কৌই। অনীশুবা লাঞ্জাও মনুংদা যাঙ্গোই তুবেল খোংবান্দা লান চেনবগী পুন্সিগী শক্তম অমা উৎপনি। মথংদা 'কিষান' কৌবা মেগাজিন অমগী ইদিটব ওই। মদুদা 'কৎথোকপা' হাযনা মিংথোনবা বাবী মচা অমা ইদুনা ফোঙবদা মেগাজিন অদু যাম্না পাম্নবা অমা ওইখি। অদুগী মতুংদা 'সনা লৈবাক', নুমিৎ খুদিংগী ফোঙবা খববগী ইদিটব ওই। 'পাওজেল' কৌবা নুংতিগী ফোঙবা খবব অদুগী ইদিটব ওইদুনা খবব অহানবা পুথোক্লবা হোৎনখি। 'ঐখোযগী বাখল' কৌবা অমগা 'মণিপুবী লোনবু নিপালশুবা সিদ্যলদা চলহনখিবা' হাযনা মীংথোনবা বুকলেট অনীখকসু ফোঙখি। ইকোন কোম্না ফোঙবা লাইবিক্তী, 'নুংশিননা হিংমীন্নবা' অদুনি।

## কবিগী ওইবিগবা

মণিপুব পিপলস পার্টিনা মণিপুবগী সবকাব শেম্নবা মতুংদা চীফ মিনিষ্টবগা ঐহাক্না প্রাইম মিনিষ্টবদা কর্টসি কোল তৌবা দিল্লীদা চৎলুবনি। হল্লকপগী খোঙফমদা নোংমা কলকট্টাদা পল্লী। কলকট্টাদা লৈবা মণিপুব ভবন্দা লৈ। কলকট্টাদা থুংলবা মতম ইকুই কুইদনা ভবনগী কেয়াবটেকবনা পাও অমা পীবৈ। 'কলকট্টাদা লৈবা ব্রিটিসগী দিপুতি কনসুলেট জেনরেলনা চীফ মিনিষ্টবদা কর্টসি কোল তৌনিংই। য়াববদি খুদোং চাগদবা মতম অমা পীবীবকউ হায়বি। কবি হাযখো হায়বগে?' আলিমগা ইখোয় অনী য়েংনৈ। ইঙক ঙকনৈ। ইথা থাজদনা, কবিগী ওইবিগবা। কর্টসি কোল হায়বতনি, মবম অমদি লৈবমগনি। ফৈ-উনসি কৈদৌবগে? অদুম্না খন্নবগা মতম পিখ্রে। পুংমুক লৈবগা মখোয় ব্রিটিসব অনী লাকই। অমনা কনসুলেট অদুগী দিপুটিনি হায়না শক তাকই। বা হৌদোকপা ওইনা দিপুটি অদুনা 'জেনবেল ইলেক্সন অদুদা মণিপুব পিপলস পার্টিনা মাই পাকলকপগীদমক কংগ্রেচুলেসন তৌজবি' হায়না ফোঙদোক্লকই। ঐখোয় অনীনসু থাগৎপা ফোঙদোকই। মখোযবু অয়াম্বা ঙাংহল্লি। মখোয় মণিপুবদা লাক্রমলে। মণিপুবগী সিনিক বিউটি অদু প্রমান লৈতনা ফজে। মহৌশাগী ওইবা লোক্তাক

পাৎকি ফজবনচিংবা কযা ফোঙদোকই। অদুগী তুংদা মণিপুব পিপলস পার্টিগী ফিব্রেপতা মণিপুব অদু ইন্দিযাদগী তোঙান্না লৈনবগী ফিব্রেপ লৈব্রা হাযনা খণ্ডনিংবা ফোঙদোকই। চীফ মিনিষ্টবনা অদুগুম্বা লৈতে হায়না খুমই। ঐহাক্না শমথৈ, পার্টি অদুদি শেমগৎ শাগৎপদা যুমফম ওইবনি। মণিপুবগী শোৎথবিবা হিবম কযা দিভলপমেন্ট তৌনবা প্রজানা ভোৎ পীবনি। ফোবেন পোলিসিদি কেন্দ্র সরকাবগীনি। মণিপুব ইন্দিযাদগী তোখাই তানবগী বাফম লৈতে। অতৈ অতৈ, বাফমদা হৌখিবা লাঞ্জাওদা মণিপুবদা শোক্লখিবা লানগী বাবী খবা লিনবগা চৎলগে হাযদুন চৎথ্রে। মখোয চৎব্রগা ঐখোয অনী নৈনহৌই। কবিগী ওইবিগবা ? ঐখোয অনী লেম্লবে। থৌদোক্তু কনা অমৎতদা হায়দোক্লগুমসি। মনা মনিল নাইবগুমসি। অদুনা কনাদসু পাওদমখিদ্রে। মণিপুববু ভাবত্তগী তোখাই তানবা হোৎনবদা মতেং পাংনিংবগী ইঙ্গিৎ অদু উই। ব্রিটিসগী কুটনিতি অদু কয়াদা কুপশ্রবনো।

## মিসাদা (MISA) ফারগা জেলদা থম্বা

খৃষ্টাব্দ ১৯৭১ গী লোক সভাগী জেনবেল ইলেক্সন্দা কাববা ইন্দিবা গান্ধিগী মাযোক্তা বাজ নাবাযননা ইলেক্সন কেশ তৌবদা এলাহাবাদ হায় কোর্টনা খৃষ্টাব্দ ১৯৭৫ গী জুন ১২ দা বাই হাযদোকপদা ইন্দিবাজীনা ইলেক্সন্দা কাবকখিবা অদু নৎতবা উপায শিজীন্নদুনা কাবনি হাযনা লাওথোক্রে। ফিভম অদুদা প্রাইম মিনিষ্টব ওইবিবী ইন্দিবা গান্ধিনা খৃষ্টাব্দ ১৯৭৫ জুন ২৫ দা ইমবজেন্সি লাওথোকলে। মদুগী মতুংইন্না ইন্দিয়াগী ওপোজীসন্দা লৈবা লিদব পুন্নমক তখৎতুনা '(Maintenance of Internal Security Act ) মিসাগী' মখাদা ফাদুনা জেলদা থমজিল্লে। মতাং অদুদনি ঐহাকপু 'মিসা'দা ফাবগা জেলদা থমখিবা অদু। কবিগী ফাবিবনো তাক্তে। ঐহাক্না খনবদা, ঐহাক্না ওবগেনাইজ তৌরগা 'সেভ দেমোক্রেসি' হাযনা দেমোনষ্ট্রেসন অমা তৌখি। মদুগী ফাবা ওইবিগনি।

মেন্টিনেন্স ওফ ইন্টবনেল সেকিউবিটি এক্ট অদুগী মখাদা ফাবা খুদিংমক্তা মতম কয়া কুইনগীদমক্তা ফাবিবনো কবি মবালগী ফাবিবনো খণ্ডহন্দে। ঐহাক্না ইহান হান্না জেলদা লৈখিবা অদু খৃষ্টাব্দ ১৯৫১ দা দি এম কলেজগী ছাত্র অমা ওইবা মতমদনি। ছাত্র ইউনিযনগা মতম অদুদা কলেজ অদুগী প্রিন্সিপাল ওইবা অদুগা যান্না য়ানবক্তবা অমা থোক্লখ্রে। প্রিন্সিপাল অদু মণিপুরগী মপান্দগীনি। ছাত্রশিংগী খুদোংচাদবা কয়া অদু কোকহনবীনবা হায়নবদা নিংথিনা হায়নবা

য়াদবদগী প্রিন্সিপাল অদু লৌথোক্লবা ছাত্রশিংনা ষ্ট্রাইক তৌবনি। ষ্ট্রাইক অদুগী এক্সন কমিটিগী ঐবু ছাত্রশিংনা চেয়াবমেন ওইহল্লে। মণিপুরদদি ছাত্রগী ষ্ট্রাইক অদুনা ইহান হানবনি। ছাত্রশিংনা, এক্সন কমিটিনা শিনবা মতুংইন্না লিংজেন মান্নবা ষ্ট্রাইক অদু চংশিল্লে। পোলিসনা ফাদুনা ঐখোয় ছাত্র চাম্মা তবামাথোই ইম্ফাল জেলদা লৈখি। জেলগী বার্দব অমনা জেল মনুংদা ছাত্র অমা ফুবদগী অচৌবা বাথোক ওইবদুনা ছাত্র পুন্নমক চবা হেন্বগী খোঙজং চংশিল্লে। জেল মনুংদা থোকপা থৌদোক পুন্নমক মপান্দা তান্নবদগী প্রজাসু আন্দোলন অদুদা যাওশিল্লকলে। কৈথেল, স্কুল থোঙ লোল্লে। লম্বী থিংবগী খোঙজং চংশিলক্লনা লো এন্দ ওর্দবদা অকবা ফিভম অমা ওইবে। ফিভম অদু য়ৌবকপদগী সবকাবগী মাইকৈদগী নেগোসিএসন তৌনবা শ্রীদ্বীজমনি দেব শর্ম্মানা লূচিংবা তিম অমা জেলদা লাক্লে। এক্সন কমিটিগা জেল মনুংদা অহানবা উনবদা য়ানবা ওমদ্রে। মতম অদুদা মিষ্টব ই পি মুন কৌবা অমনা চীফ কমিস্নাব ওইবনি। মহাক্কী মেসেজ মতুং ইন্না প্রিন্সিপাল লৌথোকপা নৎতনা অতৈ দিমান্দ পুন্নমক য়াবগে হাযবকপনি। ছাত্রগী দিমান্দদি প্রিন্সিপাল অদু লৌথোকপা নৎতনা যানবা পুবকপা সুপযা যাব্রোই হায়বনি। অনীবক শুবকপা নেগোসিএসন্দদি শ্রী দ্বীজমনি শর্ম্মানা এসুবেন্স পীবে, প্রিন্সিপাল অদু সোয়দনা লৌথোক্কে হায়না। মদুদা য়ানবদুনা ছাত্র পুন্নমক জেলদগী থাদোকখি। মতম খবা লৈবগা প্রিন্সিপাল অদু লৌথোকখি।

মথংদা লৈবা জেলদি পলেন জেলদনি। মণিপুরবু মপুং ফাবা ষ্টেট ওইহনগদবনি হায়বগী আন্দোলনদা লৈখিবনি। 'কোর্ট এবেষ্ট' তৌবগা লৈবা জেলনি। পোলিটিকেল পার্টি খুদিংমক্কী মীহুৎ থোক্লবগা কোর্ট এবেষ্ট তৌবগা, ধবনা তৌবগা, আই পি সি গী সেক্সন ১৪৪ থুগাইবগা পোলিসনা ফাহল্লগা লৈবা জেলনি। ঐখোয় মী লিশিং অমগা চামঙাদগী তাদনা জেলদা লৈখিবনি।

মিসাদা ফাবগা লৈবা অদুদা এম পি পি দগী ঐখোয় অহুমনি। ঐখোয়বু সোইদনা ফাবরগনি হায়বা খঙই। পাওনা বাজাবদা ঐগী লৈফম অমদগী ঐবু ফারবনি। ঐহাক্না ইম্ফাল জেলদা য়ৌবা মতমদা নোং ঙানফাৎত্রি। মিষ্টব আলিমউদ্দীনগা সেকমাই চাওবগদি হান্নবা লৈবমলে। ঐখোয় অহুমবু পুন্না বার্দ অমদা তোঙান্না থনম্মী। ঐহাকপু ফাবা অদু খৃষ্টাব্দ ১৯৭৬ গী ফেব্রুবাবিগী তারিখ ১৫ দনি। নোংমাইজিং নুমিৎনি। ঐখোয় অহুমগী মমাংদা হান্না ফাদুনা লৈবল্লবা মখোয়শিং— মধুমঙ্গল শর্ম্মা, লাইশ্রম অচৌ, য়েংখোম নিমাই, কেতুকীন্না

অমসুং আদিম জাতি স্কুলদা প্রিন্সিপাল ওইবা জোসি কৌবা অমা, মখোয়বুনা নিউ জেলদা থনম্মী। মখোযগা মবক মবক্তা উনদুনা বাবী শান্নে। তোয়নদি উনহন্দে।

ঐহাক্কীদমক্তদি জেলদা লৈবা অদু থোইদোক্লা নুংঙাইতবা তৌদে। লাইবিক পানবা মতম ফংবা তাবে খন্দোক্তুনা নুংঙাইথোকপা ঙম্মী। ঐনা য়াম্না পানিংবা লাইবিক কে এম মুনসিনা ইবা, 'কৃষ্ণ অবতাব' কৌবা অদু ভোলুম তবেৎনি। মদু পানবা মতম ফংদদুনা পাদনা লৈহৌবা অদু য়ুমদগী পুবকহল্লগা পাবা হৌবে। সেকমাই চাওবগা আলিমউদ্দীনগদি লৈবা অদুদা মতম লেনবা বানা উই। মখোয অনীনা শত্রং শান্নদুনা মতম লেন্নবা হোৎনৈ। শত্রং শান্নবদা চুশিনগ্রবদি মতম যান্না হাৎলি হাযনবা অদুদা কিদুনা ঐদি মদুদগী লাপথোক্লবা হোৎনৈ। অদুম হায়না থা অমবোম লৈবক্রবদা মখোয অনীদি মেদিকেল গ্রাউন্দা থাদোক্লবা ওর্দব লাকলে। অচুম্বদি অচুম্বনি। মি আলিমউদ্দীন অদুদি ঈশিং পুকচৎকী লাইনা চেন্দুনা যাম্না বানা লৈ। যেংবদা নুংঙাইতে। মহাক মশানা ইনজেক্সন কাপচৈ। সেকমাই চাওবদি চাকখাওগী লাইনা লৈ, মশা নুংঙাইতেদা হাযদুনা লৈবনি। মখোয অনী থাদোকলে। চৎখ্রে। ঐখোয় অহুম লৈমীন্নবিঙেদদি থোইদোক্লা খল্লুদে। ইতোমতমক লৈববা অদুদদি খংচিক চিকপগুম ফাওবম্মী। নোংমা নিনীদি লাইবিক পাবা ফাওবা যাখিদে। ফবে, কমদৌরুনি। খাঙবা তাবেদনা। লাইবিক অমদুম ইবগে হাযদুনা ইবা হৌখি। ঐহাক্লা ইবগা ফোঙদোকখিবা 'নুংশিননা হিংমিন্নবা' হাযবা লাইবিক অদুগী শরুক খবা ইবা হৌখি।

যাওশং মতুং নিনী কোনবা নুমিৎতা জেলগী জেল্লবনা শুমাং লিলা কৌদুনা জেল মনুংগী লমপাক মচা অদুদা শান্নহল্লী। নুংথিলদা শান্নবনি। লিলা অদু লোইবদা যাচংলে। যেংলম্বা ভাবোক পুন্নমক মাগী মাগী কাদা চংনখ্রে। জেলব অদুসু মতু-মচাশিং পুশিন্দুনা চৎনখ্রে। ইতোমদা ইচিক চিক্লা লৈহৌবে। য়ুমদা, যাওশং মনুংদা ইচাশিংগা উননিংবগী লিচিং অমা কন্না ফাওখি। তাঞ্জা অদুদা ওইনামদগী শামু কৌবা অমা বাখল খবা চোইবকপদগী লাইযেংবা ওইনা জেলদা থমদুনা লৈ। মহাক্লা পুখন্না পুং ওইবগা তান থাবদুনা খোংজোম পর্বকী শৈহেক্তা ঈশৈ শকলকই। 'ঙসি অহিংগী খোমলেন মংলান চাদদি পলেম ইমাবু উরম্মী, খুৎলাম তোইনা কৌবম্মীনে'। মহাক্লা শকপা ঈশৈ অদু তাব্দবদা মীৎতগী পি চদুম অমা তাখি।

মথংগী নুমিৎ অমদদি মধুমঙ্গল শর্মানা চিংদুনা মখোয় খবা ঐগী লৈফমদা লাকই। ইতোমদা লৈবা নুংঙাইবম্মবোই হায়দুনা লাকলিবনি। জেলবদা হায়নবগা ভজন মতেক অমা শকমিন্নে। নুমিৎ অদু শিববাত্রি নুমিৎ ওইবনা ফাদোক মবক্তসু ঈশৈ-নুংমাই য়ান্না শাক্তুনা লাংনৈ। অবাপ্পদগী মাইককী মখোলনা পুবক্তুনা শিববাত্রি পূজা তৌবগী ঈশৈসু তাবা ফংখি। ঐগী ইচাশিংদগী চিঠি ফংই। জীতেননা ভোপালদগী থাবকই। "We are proud of you , please don't worry ।
ঐগী লোইনবী লৈমহলনা মচানিপা বনজীৎ পুবগা লাকই। জেলবগী কাদা উনবনি। মহাক্না মপুক্সিংদা ফাওবকপা নুংঙাইতবা অদু উহন্দনবা কন্না হোৎনবা অদু ঐহাক খঙই। মহাক্কী মবিংজেল লৈবা মতৌ অদুদা ঐহাক্না চাওথোকচৈ। মহাক্না হাযবম্বা হায়ববু, 'অহম ফামীন্নবগা, অনীদি থাদোকখ্রবনিনা খবদি নুংঙাইতে, অদুবু খাঙবা তাবেদনা'।

মার্চকী তাং ২৬ দা ডি সি সেন্ট্রেল (হেলিম চৌধুবী) অদু জেলদা লাক্লম্মী। নুংথিল পুং অনী তাবদা লাক্তুনা ঐগা বাবী কুইনা শানবগা হনখি। মহাক্না ঐগী মবমদা গভর্মেন্টিতা বিপোর্ট অমা পীগদবা মাল্লি। নুমিৎ হুমনি লৈবগা, মার্চকী তাং ২৯ দা চীফ সেক্রেটবী ভুটালিয়া অদু জেলদা ঐগা উনবা লাক্লম্মী। পুং অমবোম বাবী শান্নে। মখোযদি ওফিসাবনি। মথক থোংব্না হাযবা অদু পাঙথোকপদনি হাযবা ঐবু বাবৌদনবা বা ওইনা ফোঙদোকলম্মী। নুমিৎ অদুগী পুং মবি তাবদা ঐবু জেলদগী থাদোক্লবগী গভর্মেন্টকী ওর্দব অদু থিল্লকই। ঐহাক্না জেলদা লৈবা নুমিৎ নিফুমবিনি শুবদা ঐহাকপু থাদোকপনি। জেলদগী ওইনামদা, যুমদা হল্লকপদা ইমানা যাম্না হবাওবম্মী। 'ইচাসিদি, লৈবাক্কীদমক জেলদা লৈববু চাম্মবক লৈথোক্লগা লোইবেদনা' কবিও খল্লুগনু'।

**এপ্রিল ২৩ দা 'খোংজোম দে' পাঙথোকপা**

মণিপুবগী ইতিহাসকী মতুং ইন্না, মণিপুবগী মমা তিন্নদবা নিংথৌ মচাশিংগী মবক্তা নিংথৌ-ফম মুন্নবগী বাথোক্তা খুদোংচাবা লৌবগা ব্রিটিসনা মণিপুবদা লান্দাবকখিবনি। মমা লৈবাক-মজাতীগী নিংতম্বা ঙাক্লনবগীদমক মবিংজেল মথৌনা লৈববা মচাশিংনা লান অদুদা মথবাই কৎনখি। কযা অমনা অশোক-অপন নংদুনা পুন্সিচুপ্পা বানা লেনখি। কয়া অমনা লানফা ওইদুনা পুন্সি চুপ্পা জেলদা লৈখি। ফাঁসিগী সগাই কাদুনা কোইবেং যুববাজ, থাঙ্গাল জেনবেলবু মমা লৈবাক্কীদমক মথবাই কৎখি। কনানসু শকখঙবীদ্রবা, শক্ল-শোন্নবীদ্রবা কয়া অমসু

লানফম অদুদা মথৱাই কৎলখি। খৃষ্টাব্দ ১৮৯১ গী এপ্রিল থাদা শোক্লখিবা লানফম অদুদা মাইথিবদগী মণিপুব ব্রিটিসকী মখা পোনখিবনি।

শোক্লখিবা লান অদুগী লানফম পুন্নমক মক ওইবা ঙাক্তনি। লানফমশিং অদুদা মথৱাই কৎখ্রবা পুন্নমক মমালৈবাক-মজাতিগীদমক কৎলখিবনি। মখোয় পুন্নমক অদুগী মফমদা চপ মান্নবা ইকাই খুম্নফম থোকই। 'ভেদি-ভেদা' নাইফম থোক্তে। অদুমকপু, ইতিহাস ইবশিংনা, চৈথাবোল কুম্বাক্না অমসুং শৈশকপশিংনা শৈথাবদা খোংজোমগী লানফম্না খবা মপুং ওইনা মরু ওইনা পল্লী। খোংজোম লালগী মনুং চন্না থৌবাল অথোকপমদা শোক্লবা য়াইস্কুল লাকপা অমদি মচাইবুংঙো শেঙ্গোই সনানা থেংনবা লান অমদি ককচীংদা বাংখে পোইলানা লুচীংদুনা শোক্লখিবা লান অদুসু শবকক অমনি হায়না লৌবদা কাইদে, তৌবতবু মাংগী লান, নিংগী লান, লানজাবা হায়বতনি।

লান অদু লোইববদা ব্রিটিসনা ফাগদবা ফাবে, হাৎকদবা হাৎলে, মণিপুবদগী তাম্নোক্কদবা তাম্নোক্রে, কালাপানিদা থাগদবা থাপ্রে। ব্রিটিসনা পামজবা নিংথৌ হাপতুনা সাসন তৌবে। নিংথৌগী ফম্নাই-তুনাইবা ওইদুনা, দববাব মেম্বব ওইদুনা, সবকাবগী সাবভিসতা চংদুনা থবক-ইনখাং তৌদুনা হিংনরে। কমদৌরুনি নিংতম্না হিংলম্বা মণিপুবনা হিংদবদি যাদবনা মীনাই ওইনা হিংনবা হোৎনবা তাবনি অদুগুম্বা ফিভমদা ইনিংতম্বা অদু কন্ননবা কৎথোকখ্রবা, মথৱাই থাখ্রবা পুন্নমক অদুগী মফমদা লৈহৌবিবা ঐখোযনা কবি তৌফম থোকপগে, লৈহৌবিবশিংনা লৈখিদ্রবা পুন্নমক্কী মফমদা লমন য়াম্না চাওনা তোল্লীবনি। মখোযনা কৎথোকপীবম্বদগী ঙসি পৃথিবীগী মমাংদা ঐখোয়না মাই বাংনা থাঙ্গৎতুনা উৎপা ঙমলিবনি। অকল-অথৌশিংগী মচা-মশুনি হায়দুনা চাওথোকচবা ঙমলিবনি। ইপা-ইপুশিং অদুনা লানফমশিং অদুদা মবৈবাক্কীদমক মথৱাই কৎথোকপীবমদবা থোক্লবদি পাঙদবগী মচা-মশুনি হায়দুনা ফিরুক খুমলমগদবনি। ইকাইবা নংলমগদবনি। অদুনদি ঐখোযনা তোল্লীবা চাওববা লমন অদু কোকপীননবা কবি তৌসিগে? পাঙথোকপা যাবা থৌবমশিংগী মনুংদা অপুনবগী ওইবা নিংশিং ফুবা খিনবা অমা ওইবা য়াই। লৈখিদ্রবা ইপা-ইপুশিং অদুগী আত্মানা ঈশ্ববগী খুয়াখাদা ইংনা লৈজবা য়ানবা ঈশ্বরগী মফমদা নিজবা তাই লোইননা তর্পন কৎপা তাবনি। ধর্ম্ম-কর্ম্মগী থৌবমশিং পাঙথোক্তুনা শ্রদ্ধাঞ্জলী কৎফম থোকই। মদু হৌজিক্তী পাঙথোক্লবে। খেবা চীংদা নিংশিং ফুবা শাবে। এপ্রিল ২৩ দা চহি খুদিংগী 'খোংজোম নুমিৎ'

হায়না পাঙথাক্রে। নুমিৎ অসিদা লৈখিদ্রবা ইপা ইপুশিংদুগী মফমদা তর্পন কৎলে। খোংজোম তুবেল মবিন্দা তীর্থ ওইনবা শেমদুনা কৎলে। নুমিৎ অসিদা স্টেট ফঙ্কসন ওইনা থৌরম পুন্নমক পাঙথোক্রে। নুমিৎ অসি স্টেট হোলিদে ওইবে।

সাহেবনা পানবা হৌবকপগী অঙনবা মতম, অফা-অপুনগী য়াম্না কিনবা মতম অদুদদি ইপা ইপুশিং অদুগী মফমদা তৌবীমল উৎপগী থৌদাংশিং অদু পাঙথোক্লবগী থৌবাং লৈবমদে। বাখলদি লৈনবম্বা য়াই। তৌইগুম্বসুং থবক ওইনা পাঙথোক্লবগীদি লৈবমদে। লানফমশিং অদুদা লৈখিদ্রবশিংগী ইমুং মনুংনা লোম্না তেংথাজবা মঙাই। অহানবদদি, লানফমদা মথবাই কৎথোকপ্রবশিং অদুনা কবম তৌনা থৌনা ফম্না লান শোক্লখিবগে হাযবা অদু লান অদুদা মশামক য়াওব্ববা মমীৎমক্লা উবকপা, হকথেংনবশিংনা বাবী লিকগা তানবম্মী। ইমুংদা ফুঙ্গাদা ইকোই কোইনা ফম্নগা বাবী লিবা অদু তানবম্মী। লোম্না লোম্না কপমীম্নবম্মী। কপ্পা ফাওবা ফোংনা কপচনবগী মনিংতম্বা অদু মাঙপ্রবনি। মথংদো লৈপুংফম্বদা বাবীনবে। মথংদনা লৈকায়গী মাঙ্গোল অচৌবদা, শঙ্গোইদা বাবী ওই ইশৈ ওই তানবে। থোলোক পায়দুনা তান থাদুনা শৈহেক যাওনা ইশৈ ওইনা শক্লগা অহল-নহা, নিপা-নুপী-পাখং লৈশাবী পুন্দুনা তাবা হৌনরে। মদুবু খোংজোম পর্ব্ব শকপা তাবা হায়না পাঙথোক্লবে। অসুম্না হায়নৈ, থোবী লৈনৌ কৌবা নিপা অমনা কৌটা অমদা তান থাবগা খোংজোম লানগী অথৌবশিং অদুগী থৌনা অদু শৈথাদুনা খোংনাং মখোঙ অমদা মপী তানা কপতুনা শকই। মদুগী মতৌ তমদুনা অতৈ-অহৈবশিংনা শক্লবদগী খোংজোম পর্ব্ব কৌনখিবনি।

খুঙ্গংগী লমদদি কুম অমগী হায়বদি চহি অমগী মনুংদা লৌবোক পাম্বা লোইবকপা য়াম্না নুংঙাইবা মতমদা লৈকাযগী ওইনা নৎক্রগা খুঙ্গংগী ওইনা খোংজোম পর্ব্ব শকপা হৈবা কৌবগা তাবা অদু য়াম্না পান্নবম্মী। ইম্ফালগী লৈকায়শিংদসু খোংজোম পর্ব্ব শকপা হৈবা কৌবগা তাবা অদু য়াম্না পাম্নবম্মী। ইম্ফালগী লৈকায়শিংদসু খোংজোম পর্ব্ব শকপা তান্নবম্মী। শৈশকপশিং অদুনা তাব্ববদগী, থিক্লবদগী তম্মুবদগী খঙলকপা খোংজোম লানগী পর্ব্ব অদু শকলকপদা যামগ্রবা ভাবকশিং, তাবিবা পুন্নমক চেক-মোক লাওদনা তুমীন তুমীন্না তানৈ। মতাং মতাংগী ওইনা কপ্পবসু য়াওই। থৌবাল অথোকপমগী লানফমদা য়াইস্কুল লাকপা অমসুং মপাবি শেঙ্গোইস্না তুবা মতাং শকপদা মমা ওইবী কয়াদি খোঞ্জেল থোক্লা কপ্পা ফাওবা য়াওই। লান চৎলমদাইদা মমাদগী বিদাইলৌবা,

মঙ্গল পীয়ু হ্যাযজবা, মমানা খাম্বা য়াদনা মপাবুংগী থৌগল তৌরুগে হায়না মমাদগী বোব নিবা মতাংগী দাইলোক অদু য়ান্না নুংশিবা মতাংসু ওই। মথংদা পাওনা ব্রজবাসিনা খোংজোম লান্দা তুবগী মতাং শকপা তাবদা নুংশিৎ - নুংশা ফাওবা চপ লেপ্লী হাযনৈ। ব্রিটিস লাম্মীগী লানকন্দগী মৈতৈগী খোংজোম লানবন্দা টোপনা বমদিয়াব (বোম) কাপলকলবদা পাওনানা চোংখৎতুনা বোমগী মৈনা ককপা মতাং অদুদি তাবদা অতাবা ভাবক ফাওবা তুজুংনৈ। অহানবগী বমদিয়াব অদুগী মৈনা ককলবদা পোকখাইদ্রবনিনা অনীবক শুবা কাপলকপদদি বমদিয়াব অনী কাপলকলে। পাওনা মেঙ্গোবনা লাওথোক্লে, 'কমদৌশিগে লৈবাকমচাশা। হন্দক্তী বমদিয়াব অনী কাপলক্লে। অমদি ঐনা সোইদনা মৈনা ককনি। অতোপ্পা অমা অসিনা পোকখাইবদা শোক্তনবা কোমনুংদা চংনবো।' মেঙ্গোবগী বাদু তাবদা পাওনা ব্রজবাসিগী অচানবা পরুবা চীংলেনম্না চোংথোক্লে। 'ওঝাগী কৃপাদগী বোমগী মৈনা ককচগে, থৌজানবীয়ু। ওঝানা বোব পীবীয়ু।' অদুদি ফরে, শ্রীগোবীন্দজীগী থৌজাল যেংলসি হ্যাযদুনা বমদিযাবনা পাইশিল্লকপা ঙাইদুনা শেম শাদুনা লৈবে। বোম অমগী মৈনাদি পাওনা মেঙ্গোবনা লৈমাইদগী চোংখত্তুনা কক্তুনা থাদবে। চীংলেন সনানা চোংখৎপদা খজিক্তং সোইখিবদগী মৈনা ককপা নংহৌদ্রে। মৈনানা চেন্দুনা চীংলেনম্না তুবে, মৈনা চাকলে। অদুমকপু মৈশা মরক্তা খুৎ য়েৎনা পাযবিবা থাংশাংনা মৈনা ককথৎতুনা বোম অদুদি পোকখাইহৌদ্রে। পাওনা ব্রজবাসিনা চেনশিল্লক্তুনা চীংলেনম্নাদা চাকলিবা মৈ অদু মুথৎলে। অদুবু চীংলেনম্নাদি জ্ঞান মাংলমলে। মতাং অসিদা শৈশকপনা মতেক অমা হাপচিন্দুনা শকই। ব্রজাবাসি পাওনানা চীংলেনম্না কোল্লগা তেংথাবনি। 'ইপাগী চীংলেন, স্নাখ্বা চীংলেন। নংবু পোকপী পলেম্না নখুদাং পাযদুনা শিন্নবকপনি। ইপানা নংবু কনবা ঙমদ্রেদো। ফবে, ইমা লৈবাক্তীদমক্তনি। চংনা স্বর্গ কাবম্বা ওইয়ু। ইপাসু নতুং ইল্লক্কগনি।' মতাং অসিদসু ভাবক য়াম্না কপনৈ। মতুং তাবদা পাওনা মেঙ্গোবগী মমা তিন্নদবা মনাও অনী, অঙাং মচা, থাবল তুবে। পাওনানা য়াম্না লুনা তৌজবা হৈবাংখোংজাসু লানফমদা তুবে। খোংজোম পর্ব্ব শকপা শৈশকপশিংনা মতাং অসিগী মতুং তাবকপগী লালওং অদু থাদুনা শকই। পাওনা মেঙ্গোবনা য়েৎথাং ওইথাং পাযবদুনা মলেসতা সিপাই কয়া য়েন্দেম-থরাক শোইবগুম শোইদুনা মঙক কত্তুনা থাদবে। নুমিৎ অসিদা পাওনা ব্রজবাসিসু লানফমদা তুদুনা সনাতন ধর্ম্ম ফংখি। খেবা চীংগী চীংখোংদা য়েক্লবগী লাম্মী মশিং খঙদনা হাৎলম্লগা মৈতৈ পোকপী পলেমগী তাংনা ফংজবা মপাবি পাওনা

ব্রজবাসি অদু য়েক্লবগী খুৎলাইনা শোজ্নুা পুন্সিগী অবোইবা য়াহিপ তানখি। পাওনা মেজোবনা তুখিবগা লোইননা খোংজোমদা শোক্লবা লান অদু লোইবে। মতুং তাবা লান শোক্লখিদ্রে। চোংথা-মিয়া মেজোবসু লানফম অসিদা শোকপদগী পুথল্লবনি। অদুনা লুচীংবীনবা অতোম্না লৈত্ৰবনা মখা তানা লান অদু শোক্লখিদ্রে।

হৌজিক লাকলিবা বাফমদি, খোংজোম লানগী অবোইবা লানফম অদু কবি নুমিৎতা কবম্বা থাবান্দা শোক্লখিবগে? বাফম অদুগা ইবোইননা পাওনা ব্রজবাসিনা লানফম অদুদা তুখিবা নুমিৎ অদু কবি নুমিৎতনো? বাহং অনী অদু অমৎতনি। পাওনা মেজোরগী মচানিপানা পোকপা মগুনিপা পাওনম ফলেন্দ্ৰজীৎনা ফোঙবা লাইবিক, 'পাওনা ব্রজবাসি অমসুং খোংজোম দে' হায়বা অদুদা ব্রজবাসিনা লৈখিদবা হায়বদি লান্দা শিখিবগী মতাংদা য়াম্না মবিকচুম্না ইদুনা ফোঙদোক্রি। লাইবিক অদুদা ফোঙদোকপা অদুদি অসিনি, এপ্রিল ২৩ গী নুমীদাং পুং ৯ লোম তাবদা মহাবাজ কুলচন্দ্রনা কোনুংদগী শগোল পাও থাবক্নুা ব্রজবাসিগী ইমুংদা, খোংজোম লান্দা, নুমিৎ অদুদা পাওনা মেজোব তুবে (শিবে) হায়না খঙহল্লবে। পাও অদুগী মতুং ইম্না ব্রজবাসি অদু খোজোম লান্দা এপ্রিলগী তাং ২৩ দা শিবে হায়বা তশেংলে। মথংগী নুমিৎতা ইমুং মনুংগী মীওইশিং পুনশিন্নদুনা ব্রজবাসিগী অশিবা হকচাং অদু লানফমদগী থিদুনা লৌরুনবা খন্নবে। খন্ন-নৈনবদা নুমিৎ অদুমা হৌখ্রে, হায়বদি তাং ২৪ অদুসু হৌখ্রে। এপ্রিলগী ২৫ দা ইমুং মনুংগী মীশিংনা চৎপদা সাহেবকী লান্মীগা থেংনরোইদবা মাইকৈ য়েংদুনা ককচীংলোমদা চৎলে। নুমিৎ অদুমসু ককচীংদা পল্লে। নোংঙাল্লগা হায়বদি এপ্রিল ২৬ তা ককচীংদগী হাইগৎলক্লগা য়েক্লবগী সিপাইগা থেংনদনবা কোইনা লাক্লগা লানফমদা থিবদা ব্রজবাসিগী অসিবা হকচাং অদু খেবা চীংগী চীংখোংদা তাদুনা লৈরম্বা থেংনরে। হকচাং অদু খবা শোকচিল্লমলে। অদুম পুদুনা লাকপনা, ফুনাল চীংশাং লান্দুনা লাকপনা উরুপ আরাপতি য়ৌরে। অশিবা হকচাং অদু য়াম্না হেন্না শোকচিল্লবনা মখা তানা পুথবদা খুদোং চাদ্রে। মরম অদুদগী আবাপত্তিগী ইমখাইবম হিদেন্দা সংস্কার তৌরে। ধর্ম্মগী চৎনবী মতুং ইন্না সংস্কার তৌবা নুমিৎ অসিদগী পারগা লৈখিদ্রবা ব্রজবাসিগী শ্রাদ্ধ-কর্ম্মনচিংবা মথৌ-মগুম পাঙথোক্লে। হায়রিবা সংস্কার অসি এপ্রিলগী ২৬ দা পাঙথোক্লিবনি। ব্রজবাসিগী অশিবা হকচাং অদু থিবা লৌবা চৎপদা য়াওখিবা মীশকশিং অদু লাইরিক অদুদা শুগাইনা পল্লী। খোঙবু অদুদা ব্রজবাসিগী ইতোন তোনবা মচানিপা তোনল্লা য়াওখি।

মহাক্লা চিংদুনা ইমুং মনুংগী মীনা লোম্না চিক্লা পাওনানা তুবা মফম খেবা চীংগী চীংখোংদা খুবম্বা চহি খুদিংগী চৎলি। চহি খুদিংগী মফম অদুদা হৈ-লৈ কৎতুনা এপ্রিলগী ২৩ দা খুবমজবা অদু লেগুনা চৎথজবক্নি। সাহেবপু কিবা অসুম-অসুম ফনবকপগা লোযননা মবৈবাক মবমদস্থ নুংশিজবা মীশকশিংনা ইপা-ইপুশিংগী খোঙ্গুল লিনবক্রে। মণিপুরগী নিং-তম্বগী অরোইবা লানফমদা মথবাই কৎথ্রবশিংগী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলী কৎপা যাওনবক্রে। খৃষ্টাব্দ ১৮৯১ গী মতুংদা খৃষ্টাব্দ ১৯৫৭ দা খোংজোম বাব মেমোরিএল কমিটি কৌবা ওর্গনাইজেসন অমা লিংখৎলক্রে। কমিটি অসিনা শিন্দুনা খৃষ্টাব্দ ১৯৫৭ গী এপ্রিল ২৩ দা খোংজোমদা খোংজোম লাল নিংশিংবা নুমিৎ পাক চাওনা পাঙথোক্রে। হান্নদি পাওনাগী ইমুং মনুংনো লন্নাই ওইনা পাঙথোকলম্বা থৌবম অদু হৌজিক্তী অহন্নোনগী, নহাবোলগী, মহৈরোইশিংগী ক্লব, কমিটিশিং যাওনা পাঙথোক্লবে। খৃষ্টাব্দ ১৯৭২ দগীদি এপ্রিল ২৩ বু খোংজোম নুমিৎ হাযনা স্টেট ফঙ্কসন ওইনা পাঙথোকপগা লোইননা স্টেট হোলিদেসু ওইবে।

খৃষ্টাব্দ ১৯৭২ দা মতম অদুগী এডুকেসন মিনিষ্টর শ্রী য়ুন্নাম য়াইমা (অইবা) সিংহনা আগষ্ট ১৭ দা খোংজোম বাব মেমোরিএল ফুবাগী যাত্রা হনখি। ওক্তোবরগী ২১ দনা ভারতকী রাষ্ট্রপতি ভি ভি গীরিনা নিংশিং ফুবা অদু শঙ্গারীখি।

মতৌ অসুম তৌনা, অহানবদা পাওনা মেঞ্জোবগী ইমুং মনুংনো লোম্না লন্নাই ওইনা খোংজোম লান্দা তুখিবা অথৌবশিং নিংশিং নুমিৎ পাঙথোক্লকপনা খৃষ্টাব্দ ১৯৫৭ হায়বদি লান মতুং চহি ৬৬ কি মতুংদদি ফোংনা লৈবাক্কী ওইনা পাঙথোক্লবে। মথংদা স্টেটকী ফঙ্কসন ওইনা পাঙথোক্রে। অসুম্না লিশাংশিংনা চহি ৮০ রোম পাঙথোলকপা পুম্নমক এপ্রিলগী ২৩ দা পাঙথোক্লখিবনি। কনা অমৎতনা য়েৎলকপা নৈতনা পাঙথোকলকখি। অদুবু খৃষ্টাব্দ ১৯৭০ অদুবাইদদি য়েৎনবা বাফম অমা থোকলকখি। কনাগুম্বা খরনা খোংজোম দে, খোংজোম নুমিৎ অদু এপ্রিল ২৩ দা পাঙথোকপা লাম্লি, এপ্রিল ২৫ দা পাঙথোকফম থোকই হাযনা যেৎলে। বাফম অদু মণিপুর সরকারনা য়াম্না কুপনা থিজীন্নবা মতুংদা এপ্রিল ২৩ দা খোংজোম দে অদু পাঙথোকপনা অচুম্বনি হায়না খৃষ্টাব্দ ১৯৭৫ গী মার্চ ১৩ দা ওর্দর থোক্রে। কাংবু অদুম্নমা খৃষ্টাব্দ ১৯৭৭ দা অমুক যেৎলে। মণিপুর গভর্মেন্টনা কাংবু অদুনা হায়রিবা অদুগী মতিক চাবা প্রমাণ লৈতে হাযদুনা অনীবকগুবা ওইনা খৃষ্টাব্দ ১৯৭৭ দা ওর্দর অমুক্তসু থোকলে।

অদুগী মতুং তাবদা খৃষ্টাব্দ ১৯৮১ দা মণিপুৰী সাহিত্য পৰিষদকী মাইকৈদগী এপ্রিল ২৩ দা খোংজোম দে পাঙথোকপা চুমদ্রে এপ্রিল ২৫ দা পাঙথোকফম থোকই হায়না ইদুনা মণিপুৰ গভর্মেন্টদা ৰাকৎলক্রে।

খৃষ্টাব্দ ১৯৮১ দা এপ্রিল ২৩ দা খোংজোম দে থৌৰম পাঙথোকপদা শ্রীয়ুম্নাম য়াইমা (অইবা) মণিপুৰ এসেমব্লীগী স্পীকৰ ওইনা ফঙ্কসন অদুদা ৰা ঙাংবদা খোংজোম দে গী চয়েৎনবিবা নুমিৎকি মতাংদা থিজীন্নবা ফোঙদোকখি। মতম খবা মণিপুৰদা প্রসিদেন্ট রুল লৈবা মতম ওইৰনা এডভাইজৰদা ইদুনসু খঙহন্দ্রে। মণিপুৰী সাহিত্য পৰিষদকী মাইকৈদগী থাঙ্গৎলকপা অমদি স্পীকৰনা ইৰকপা অদুগী মতুং ইন্না মণিপুৰ গভর্মেন্টনা হায়বিবা, য়েৎনবিবা ৰাফম হায়বদি এপ্রিল ২৩ না চুমব্রা, এপ্রিল ২৫ না চুমব্রা হায়বা অদু থিজীন্নবা অমসুং মদুগী মবিদা রিপোর্ট অমা পীনবা কমিটি অমা শেমলে। কমিটি অদু খৃষ্টাব্দ ১৯৮১ গী মে থাগী ১৫ দা No 23/7/81-DIPR (III) গী মখাদা শেম্বনি। কমিটি অদুগী মেম্বৰশিংদি মখাগী অসিনি ঃ

১। শ্রীয়ুম্নাম য়াইমা সিংহ, স্পীকৰ, মণিপুৰ লেজিসলেটিভ এসেমব্লী, চেয়াৰমেন।

২। শ্রীৰাজ কুমাৰ সনাহল সিংহ, প্রসিদেন্ট, মণিপুরী সাহিত্য পৰীষদ।

৩। শ্রীফুৰাইলাৎপম নন্দলাল শর্ম্মা।

৪। শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ

৫। শ্রীৰাজ কুমার মাধুর্য্যজিৎ সিংহ

৬। শ্রীসনসাম গৌরহৰি সিংহ

৭। শ্রীঅশাংৰম মিনকেতন সিংহ

৮। শ্রী পাওনম যুগীন্দ্র সিংহ

৯। শ্রীএলাংৰম নীলকান্ত সিংহ

১০। শ্রীলৈশাংথেম চন্দ্রমনি সিংহ

১১। শ্রীরাজ কুমার ৰলজিৎ সিংহ।

১২। শ্রীদেৰ বর্ম্মন (S B K. Dev Varman) সেক্রেটরী প্রব্লিসিটি, কনভেনর।

কমিটিনা বাফম অদু থিজীনবদা 'পব্লিক ওপিনিযন' পাক চাওনা লৌখি। খববগী থোংদা অতে মেদিয়াগী খুৎথাংদা প্রজাগী মাইকৈদগী বাফম অদুদা মোং পীনিংবা পীবনবা মবাং কাইনা মতম পীদুনা কৌখি। কমিটিগী মাংদা মশামক লাক্তুনা মোং পীববা মীশকশিংদি অসিনি ঃ

১। শ্রীদব্লিউ গৌবচন্দ্র সিংহ, এম সি এস (Retired) Ex-Under Secretary

২। শ্রীক্ষেত্রিমযুম শ্যাম কান্হাই Tutor (History) N G College

৩। শ্রীএল কুমাবজীৎ সিংহ, কাংঙবম লৈকায়

৪। শ্রীএম মনিকুমাব (মিথাই) সিংহ

৫। শ্রী পাওনম ফলেন্দ্র সিংহ

৬। এ তোম্বা মৈতৈ।

মখোয পুন্নমক্না কমিটিগী মাংদা মোং পীবা অদুগী ভববোটম বেকোর্দ তৌই। কমিটিগী মেম্বব কনাগুম্বনা হংদোক-হংজিল, শেংদোক শেংজীলসু তৌনে। মদুগীসু ভববোটম বেকোর্দ তৌদুনা থম্মী। মখোয পুন্নমক্না ইদুনা পীবা মোংসু বেকোর্দ তৌদুনা থম্মী। পব্লীক ওপিনিয়ন পীবা মখোয় মঙানা এপ্রিল ২৩ না অচুম্বনি হাযনা মোং পী । এ তোম্বা মৈতৈ কৌবা মীশক মতোমতনা এপ্রিল ২৫ না চুমগনি হায়না মোং পীখি।

কমিটিগী মাংদা মেম্ববশিংনা পাম্বা দোকুমেন্ট পুন্নমক পুথোক্তুনা থম্মী। চেয়াবমেন্না দিল্লীদা চৎতুনা নেসনেল লাইব্রেবীদগী মরু ওইবা বেকোর্দ কয়াগী কোপী পুবক্তুনা থম্মী। থিবা হৌনবা থিববা, নৈনবা হৌনবা, য়েংনবা হৌনবা য়েংনববা মতুংদা কমিটিগী কনভেনবনা কমিটিগী মাংদা কমিটি অদুগী বাবেপ ওইনবা প্রস্তাব অমা থমলে। প্রস্তাব অদু ইংবাজীদা ইবনি। মদু মখাগী অসিনি

The committee recommends that the proper date of observing KHONGJOM DAY is the 23rd April

শন্না হাযববদা, এপ্রিল ২৩ দা খোংজোম দে পাঙথোকপনা চুম্মী হায়না কমিটিনা বিকোমেন্দ তৌবে ।

মতাং অদু যৌবকপদদি কমিটিগী মেম্বব অহম হায়বদি শর্ব্ব শ্রী বাজকুমাব সনাহল সিংহ, বাজকুমাব ঝলজীৎ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রনা — মখোয়দি দাইসেন্ট তৌজবে হাযনা ফোঙদোকই। মীওই ১২ না শাবা কমিটি অদুদা মীশক

অহুম খক্তনা (Dissent) দাইসেন্টতৌবনিনা দেমোক্রেতিক প্রিনসিপলগী মতুং ইন্না প্রস্তাব অদু কমিটিনা য়াবে হায়না লৌবে। কমিটি অদুনা পীবা রিপোর্ট অদু মণিপুব গভর্মেন্টনা এক্সেপ্ট (accept) তৌবগা লোয়ননা ওর্দব অমা থোক্তুনা চহি খুদিংগী এপ্রিল ২৩ দা খোংজোম দে পাঙথোকলিবা অসিনি। ৱাফম অসি থিজীনবদা কমিটিনা থা তবাবোম চংখি।

কমিটি অদুগী প্রোসিদিংসদদি য়াওদবা ঐহাক্না (অইবনা) নোত তৌহৌবা খবসু ফোঙদোকচবি। পাওনম ফলেন্দ্রজীৎ সিংহ, পাওনা ব্রজবাসিগী মশুনিপা ইহন হনবা অদুনা কমিটিগী মাংদা মোৎ পীবদা ৱাবী তৌই, এপ্রিল ২৩ গী নুমিদাংদা মহাবাজ কুলচন্দ্রনা কোনুংদগী শগোল পাও থাবক্তুনা ব্রজবাসিগী ইমুংদা ব্রজবাসি অদু খোংজোম লান্দা তুবে হায়না খঙহন্নে। অদুগী মতুংদা লানফমদা চৎতুনা ইমুংগী মীনা থিবদা ব্রজবাসিগী অসিবা হকচাং অদু খেবা চীংগী চীংখোংদা তাদুনা লৈবা থেংনখি। মতাং অদু য়ৌবকপদা এপ্রিল ২৩ য়াদবা কমিটিগী মেম্বব অমনা চিন্নাং-খবাং ওইনা হেক কমেন্ট তৌবকই, 'পাওনা মেজোবনা কৈদৌবগী খেবা চীংখোংদা শিজবিবা। মফম অদুদদি লানসু শোক্লদনা। মবন্নাই শিবা ওইবম্বসু য়াই।' ফলেন্দ্রজীৎনা, 'কবি। উশিৎত্রিবা হায়'দুরা' হায়বগা খুত্তুম শিংদুনা চোংশিনগদৌববদা মযাম চংদুনা খান্নে। চেয়্যাবমেন্না রুলিং তৌবে, 'অসিগুম্বা সেনসিটিভ্ ওইবা ইশুদা কবেম কথাইনবগুম্বা মতৌদা ইনসলটিং ওইবা ৱাহৈ-ৱাতা শিজীন্নবীগনু।'

ইংথনরবদা, শ্রীসনসম গৌবহবিনা ফোঙদোকই, 'পাওনা ব্রজবাসি য়াওদবা খোংজোম লান অমা ভাবনা শাবা ফাওবা ওইথোকলোই। এপ্রিল ২৩ দা ব্রজবাসিনা তুববা মতুংদা কনানা লুচীংদুনা এপ্রিল ২৫ দা খোংজোম লান শোক্লখিবগে? এপ্রিল ২৪ দনা কবি তৌদুনা লৈবিবা?' সেনিয়র ওইববা অদুগী চীনথক্তা কনানসু খুম্মক্তরে।

এপ্রিল ২৫ না অচুম্বনি হায়বা মেম্ববশিং অমসুং পব্লিক ওপিনিয়ন পীবা মীশক্না হায়রিবনা ব্রিটিস আর্মিগী মেজোর গ্রান্ট হায়বা অদুগী ডাইবিদা খোংজোমদা শোক্লখিবা লান অদু এপ্রিল ২৫ দনি হায়না ঈবম্মী। মশা য়াওনা লান শোক্লবিবা মেজোব অদুনা ইরম্বা অদুনা অচুম্বনি, অসিনচিংবা।

এপ্রিল ২৩ না অচুম্বনি হায়বা অয়াম্বনা লৌবিবা চৈথারোল কুম্বাবদা য়াওরিবা অদুনা অচুম্বনি। মহাবাজ কুলচন্দ্রনা এপ্রিল ২৩ দা ব্রজবাসি খোংজোম

লান্দা তুবে হায়দুনা শগোল পাও ব্রজবাসিগী ইমুংদা পীবে। অদুগী মতুং ইন্না ব্রজবাসিগী ইমুংগী মীনা অসিবা হকচাং অদু খেবা চীংখোংদগী লৌজরগা এপ্রিল ২৬ দা আবাপতিদা সংস্কার তৌই হায়বি। পাওনা মেজোরনা তুববদা খোংজোম লান লোইবে। এপ্রিল ২৩ গী মতুংদা লান শোক্লদ্রে। অদুনা কমদৌনা মেজোব গ্রান্টনা কনাগা এপ্রিল ২৫ দা খোংজোমদা লাল শোক্লবিবনো? মাগী ডাইরি অদু মশাগী মবন্নাই কান্নবা ইশিনবনি। থাজনিংঙাই ওইদে।

অরোইবদদি, বাফম অদু তেনশিন্না খন্নবে। মৈতৈ নিংথৌরোলগী বেকোর্দকা ব্রিটিসগী বাব বেকোর্দকা কবম্বনা চুমগদগে? অয়াম্বনা মৈতৈ ইশাগী বেকোর্দনা চুমফম থোকই। চৈথাবোল কুম্বাবনা অচুম্বা বেকোর্দনি। মথক থোংবা অফিসাবগী সহী শাবগা ওর্দব থোকপা ঙম্বা মেজোব গ্রান্টকী দাইবিদা থাজফম থোক্তে।

শ্রীসনসম গৌবহাবিনা ফোঙদোকখিবা, 'পাওনা ব্রজবাসি যাওদনা শোক্লবা লান, খোংজোম লান অমা ভাবনা শাবা ফাওবা ওইথোক্তে' হায়বা অদুনা বাবোইনখি।

**থাজরুদবা থৌদোক**

মীনা ফৎতবা তৌবক্তনি হায়বা অদুদা ঐহাক ইখল খল্লুদে। থাসু থাজদে। ঐনা লাল্লুদ্রগা লোইবে। অদুম্না খন্দোকই। পুক ফবগী শবক বাৎলি হায়বা অদু চুমই হায়বা খঙলকই। কোম্না খঙলকপনি। মীনা ফৎতবা লৌশিং তৌবক্তনি খলহৌদবদগী খৃষ্টাব্দ ১৯৮৬ গী ইলেকসন্দা লেপ্পবা কংগ্রেস পাটিগী টিকেট ফংখিদ্রে। পুক ফব্দবদগী চীফ মিনিষ্টবসু ওইহৌদ্রে। স্পীকব ওইবগা ইলেকসন লেপ্পা কাগন্দে হায়নবগী মথক্তা কংগ্রেস পার্টিগী টিকেটসু ফংদ্রে। মতম অদুদা শ্রীমতি ইন্দিয়া গান্ধিজিদি নুংঙাইতবা থৌদোক অমদা লৈখিদ্রে। শ্রীবাজীব গান্ধিনা প্রাইম মিনিষ্টব ওইবে। কংগ্রেস পার্টিগীদি য়াম্না মপাঙ্গল কনবা মতমনি। অদুগুম্বা মতমদা কংগ্রেস পার্টিগী টিকেট ফংদবা হায়বা অদু অচৌবা মাইথিবা অমনি।

কংগ্রেস পার্টিগী টিকেট পীদবা, কবি মবমগীনো হায়না ঐনা থিগৎলুবদা এ আই সি সি গী জেনবেল সেক্রেটবী শ্রীমতি বাজেন্দ্র কুমাবি বাজপায়না হায়বকই, 'মিষ্টব য়াইমা, নহাক্কা মণিপুবগী লো মিনিষ্টব ওইনা পুবা মতমদা লৈখিদ্রবী ইন্দিবাজীবু সমন তৌনবা অমসুং ত্রিখা কমিসনদা বিচাব তৌহন্নবা শিনখি হায়না চার্জ তৌই। চার্জ অদুগী মতুং ইন্না টিকেট পীদবনি।' মদু তাবদা ঐহাক পুমঙক

ঙকখি। চার্জ অদু শেমজিন শাজিন্নগা তৌরিবনি। তৌইগুম্বসুং চার্জ অদু শেংদোক্নবগী খুদোং চাবদি ফংখিদ্রে।

বাফমদি অসিনি। হৌখ্রবা মতমদা 'এমর্জেন্সি' লৌথোক্লগা জেনবেল ইলেকসন তৌবদা কংগ্রেস মাইথিখ্রে। মতম খবা জনতা পার্টিনা পানখ্রে। মতম অদুদা ইন্দিবাবু বিচাব তৌনবা কমিসন কয়া শেমখি। মণিপুবদসু য়াংমাসো সৈজানা চীফ মিনিষ্টব ওইরে। সৈজানা 'ত্রিখা কমিসন' কৌবা অমা শেমখি। মতম অদুমক্তদা ঐহাকসু সৈজাগী কেবিনেটতা য়াওদুনা লো দিপার্টমেন্টসু পুখি। ত্রিখা কমিসন অদুনা শ্রীমতি ইন্দিবাবু মণিপুবদা কৌবগা বিচাব তৌনবা হোৎনবে। ত্রিখাগী ফাইল অদু লো দিপার্টমেন্টতা ক্রিয়াবেন্সগীদমক থাবকই। ঐহাক্না য়াম্না যানিংখিদে। ত্রিখা অদু পাবসনেল্লী ঐগসু যানদে। অদুগী মথক্তা ইন্দিবাবু মণিপুবদা লাক্লবা সমন তৌবদা চংগদবা শেনফম অদু লুপা লিশিং নিফুদগী তাদনা খবচ তৌবা তাবনি। মবম অদুনা লো মিনিষ্টব অমা ওইনা ঐহাক্না ওবর্জাব তৌরে " in view of the facts Smt Indira Gandhi should not be summoned" লো সেক্রেটবী ওইনা পুবিবা অদু যু পি দগীনি। মহাক্না কমেন্ট তৌখিবনি, 'সাব It is your rare quality You can give the strong and clear opinion against Trikha" তৌইগুম্বসুং মী ফৎতবনা তৌবা ঙম্বা অসি অঙকপনি। ফাইল অদুদা ইবা ঐনা ওবজার্ভ তৌবা নোট সিট অদুগী ফোটোষ্টেট কোপী অমা "not" হাযবা বাহে অদু য়াওদনা নমথোক্লুনা পুবক্লগা দিল্লিদা বাজীব গান্ধিদা উৎলগা ঐঙোন্দা টিকেট পীদবনি। কয়া যাম্না তৌবা ঙমখ্রবনো। মদুগী লৌতুনখিবা পুন্নমক খঙই। অদুবু মিং পন্নীংদ্রে। লৈখিদবসু য়াওখ্রে। মতম অদুগী ইলেকসন অদু য়াম্না মথোং চাদনা পাঙথোকখি। পোলিং বুথ মৈ থাবা, বিগিং তৌবা, নোংমৈ কাপ্পা থৌদোক কয়া থোকখি। ওইনাম কেন্দ্রগী পোলিং ষ্টেসন খরদা বিগিং তৌরে হায়দুনা কমপ্লেন্ট তৌনবদগী অমুক বি-পোল তৌনবা ওল ইন্দিয়া বেডিওদা ইলেকসন কমিসননা লাওথোকলুববনি। অদুবু মতম অদুদা দিপুটি চিফ মিনিষ্টব ওইবা অমনা সেক্যুবিটি পার্সনেলগী মশিং য়াম্না পুদুনা লাক্লগা বিটবনিং ওফিসাবগী ওফিস কোইশিল্লগা তিল্লিবা ইলেকসন হন্নবা আন্দোলন তৌবিবা মীয়াম্বু তানখাইরম্মী। তিয়াব গ্যাস কাপতুনা নুপী য়াম্না শোক পনবা য়াওনখি। অঙকপনি, দিপুটি চীফ মিনিষ্টব অদুনা বিটবনিং ওফিসাব অদুদা ওর্দব তৌদুনা ইলেকসন ফল অদু নমদুনা লাওথোকহনখি। অদুম তৌবা ফিভমদা ঐহাকপু কাহনখিদে। ঐবু মাইথিবা পীনবগী অতৈ উপায় লৈত্রদুনা নমথাক্কী উপায় শিজীন্নখিবনি।

ঐহাক্না চীফ মিনিষ্টব ওইখিবা য়াই খনবদগী ফৎতবা লৌশিং পুথোক্তুনা হোৎনখ্রবনি। ঐহাক কবিশু তৌখিদ্রে। অচুম অবান খায়বীবিবগী মফমদদি খুরুমজখি 'অবানবা তৌবশিংবু দন্দি পীনবীয়ু' হায়না।ইলেকসন কেস তৌখিদ্রে। মতম য়াম্না কুইববগী তুংদা নোংমা মতমদুদা বিটবনিং ওফিসাব ওইখিবা অদুনা ঐঙোন্দা থৌদোক অদুগী মবিদা নুংঙাইতবা ফোঙদোক্রকখি।

**শিনিংচিৎতগী হিংহৌবা থৌদোক খরদং**

খৃষ্টাব্দ ১৯৬৫ (চপ চাবা নিংশিংদ্রে) লোকসভাগী পব্লিক একাউন্ট কমিটিগী চেযাবমেননা কৌবকপা ওল ইন্দিযাগী ওইনা ষ্টেট খুদিংগী এসেমব্লীগী পব্লিক একাউন্ট কমিটিগী চেযাবমেনশিংগী ওইবা কনফবেন্স অমা যাওবা দিল্লীদা চৎলি। ঐহাক্না লোয়ননা শ্রীথিংঙোম কালাচান্দ কৌবা এসেমব্লীগী সেক্রেটবী অদুগা চৎমিন্নে। ঐখোয অনী ডিমাপুবদগী ট্রেন তোংদুনা চৎপনি। সেকেন্দ ক্লাসকী তুমফম যাওবা কমপার্টমেন্ট অমদা তোংই। ট্রেন অদুনা দিফু ষ্টেসন হেক যৌবমক্তদা শক্তি লৈবা বোম অমা পোকখাইবকপদগী ট্রেন অদুদা তোংলকপা অমদি প্লেটফোর্মদা ট্রেন অদু থুংলবা ঙাইবা পেসেঞ্জব চামগা তবানিথোই খুদক্তা বোম মচেৎনা পান্দুনা শিখি। মীশক খঙবা ইঙম ঙমদবনা অয়াম্বনি। অশোকপগী মশিংদি যাম্না যামখ্রে। চপ চাবা খঙদ্রে। মীগী তৎলবা হকচাংশিংগী মচেৎ কযা প্লেটফোর্ম বিলদিংগী ফ্রেমদা যান্দুনা লৈ। মকোক যাওদ্রবা হকচাং কযাসু তাদুনা লৈ। য়েংহৈদে। অকিবগী মশকনি। বোম অদু পোকখাইবদা ঐখোয়না তোংলিবা কমপার্টমেন্ট অদুগা হেক থংনবা অদু ফাওবা থুগাইখিবনি। লাইবক ফবদগী ঐখোযনা তোংবা কমপার্টমেন্ট অদুদগী লেমহৌবা শরুক্তা তোংবা পেসেঞ্জব মখৈদি অশোই অঙাম য়াওদনা হিংহৌই। বোম অদু পোকখাইবা মতম অদু নোংঙাল্লকপদনি, অয়ুক পুং ৯ লোম তাবা মতমদা ওইগনি। তশেংনমক শিনিংচিৎতা হিংহৌবনি। খুদক্তা য়ুমদা পাও থাবা খুদোং চাদবদগী থাখিদ্রে। পাও অদু তান্নববদা যুমদদি কপ্প-লাওনববনি। শিবা অদুদা মৈতৈ মচা য়াওদে হাযবা খঙনবকপদগী অদুগা লোযননা ঐখোয অনীনা দিল্লীদা হেক য়ৌবগা টেলিগ্রাম তৌদুনা যুমদা পাও থাখি শিনিংচিৎতা হিংহৌবনি হায়না।

অনীশুবা থৌদোক্না কাব এক্সিদেন্টদগী হিংহৌবনি। জাপান লান মনুংদা সি আব ই গী মখাদা হিংনবা উপাই থিবদা ইন্টবপ্রিটব ওইনা থবক তৌই। মমৈথংদা এস দি ও ফাওবা ওইখি। নোংমদি সাবজন্ট মেজব অমগা লোয়ননা

*টিদিম বোদকী লম্বীদা সিংহাট অদুবাইদা অনৌবা লম্বী শেম্বা য়েংবা চৎলি।* ষ্টাফ কাব অমদা তোংদুনা চৎপনি। অনৌবা লম্বীনি। কোনা য়াম্না থেক্লা কোন্না চৎপা লম্বীনি। দ্রাইভর অদুনা কোনা অমদা ককপা বাৎহৌবদগী চীংচেপ্তা য়েশিন্দুনা কাব অদু মথক মখা ওন্রে। সাবজন্ট অদুগা ঐখোয় অনী পুন্না মনিংগী সিট অদুদা ফম্বনি। ঐগী ইথক্তা তায়াব স্পিযাব অমনা নল্লি। সাবজন্ট অদুদি খবা শোকলে। কবিগুম্বা দ্রাইভব অদুনা চীংচেপ্তা য়েশিল্লমদ্রবদি কাব অদু লোকখা য়ৌপ্রগদবনি। হিংবগী বা লৈত্রবনি। তুংদা মথং মথং লাকপা আর্মিগী সিপোইশিংনা থুনা য়াংনা কাব অদু উপথোক্রগা হিংহৌবনি। মৈ হৌদুনা চাকপা ওইবল্লবদি শিবমলগদবনি। শিনিংচিৎতা হিংহৌবনি, অসিমসু। অহুমগুবা থৌদোক্লা ট্রক গাডীনা তকদবদগী হিংহৌবনি। চহিসু ফনা য়ামশিল্লক্রবদা মীৎ অনীমক উবা বাৎলে। তঙাইফদবা থবক অমা লৈবদগী গান্ধিজীগী ষ্টেচু লৈবা অদুদগী স্টেট বেঙ্কতা চংনবা লম্বী অদু লানথোক্রম্মী। ঈশিং টেঙ্কী পুবা ট্রক গাডী অমা লাকপদু উহৌদ্রে। দ্রাইভব অমনা মখুৎনা ইম্থোকপীবমদ্রবদি অদুম তক্লগদবনি। দ্রাইভব অদুনা লাওবকই, 'অহল নহাক শিনিংলব্রা?' ঐ স্বাই লাওই। এ। শিবমগনিদা। ঐহাক্লা ইকুই কুইদনা মীৎ লায়েংবা চেনাইদা 'সঙ্কব নেত্রালয়দা চৎলে।

খেঙফম অহুমদা থোকখিবা থৌদোক্তা শিগদবদগী হিংহৌবা অদু শ্রীগোবীন্দজী ইবুংঙোনা কনবীবনি হায়না ঐনা থাজে।

## চীংগী থম্বাল উথম্বাল

হায়নবা লৈ, 'মীওইবগী পুন্সিদা অবাবনা শংবাইনি, নুংঙাইবনা লাইতংনি'। পাওব্রৌ অসি খুনুং ঈশেংগী সৈহেক্তা খুদাম্মচানা গুমাং লিলাদা তেংথাদুনা শকপদা মী পুন্নমক পুকলি পায়দুনা খাঙনখিবনি। যাম্না চম্বা বাহৈশিংনি। ওবজার্ভেসন অসিমকসু য়াম্না চম্না পুন্সি লেনজবক্রবা অবাবতনা মশরুক ওইনা লেলক্রবা নুংঙাইবা হায়বা অদু মশক খঙলকখিদ্রবা মীওইনা ফোঙদোকচবনি। পোকপদগী অদুম নুংঙাই য়াইফনা হৌবকপনা পুন্সি লোযবা ফাওবদা অবাবা মশক খঙদনা লেনখিবা মী ইযাও য়াওদববুদি নৎতে। ময়াওবিবনি। অদুবু অদুগুম্বা মীগী মশিংদি য়াম্না য়ামদে। অসিনা মী মবক্তা নাইতোম নাইতোমগী বানি। মী ময়াম্না পুনশিল্লগা শাবা খুম্নাইগী মতাংদসু খেন্নবা লৈবিবা অসিনি। খুম্নাই অমনা পুন্না হোৎনমীন্নদুনা চাওখৎপগী মঙাল ফংদুনা নুংঙাই য়াইফনা পান্নী। অতোপ্পা খুম্নাই অমগীনা লমজীংবীনবা বাৎপা, লিংজেল মান্নবা বাৎপদগী য়াম্না শোৎথনা হিংবসু যাওবি।

অতোপ্পা শক্তম অমনা, লৈবাক্কী মপু ওইবা, নিংথৌনবু ওইববসু প্রজাগী মীহুৎনা পানববু ওইববসু অঙম্বা লৈঙাক মপু অদুনা প্রজা পুন্নমক, খুন্নাই পুন্নমক থোং মান্ননা চাওখৎহন্নবা থৌবম কযা পাযখৎতুনা পুন্না নুংঙাই য়াইফনা খুয়া তুশিংনা হিংমীন্ননবা হোৎনবসু যাওই। খুাই-য়াইফগী বাখল লৈতবা, পুকচেল পীকপা লৈঙাক মপু কযা অমনা চিঁহে নাইনা শেমগৎ শাগৎপগী থৌবাংদগী লমথুংদদুনা খুন্নাই কয়ামকম চাওখৎপগী মঙাল সুপ্রফং ফংদনা লৈবসু য়াওবিবনি।

অনীশুবা লাঞ্জাও থোকত্রিঙৈগী মমাং হায়বদি মণিপুবদা জপান লান হাযবগা খঙনবা লান অদু যৌবকত্রিঙৈগী মমাংদা ওইবম্বা মণিপুবগী ফিভম অদু হঙ্গৎনা য়েংবদা অঙকপা পোক্লগনি। পাক চাওনা নৈনবদি ওইথোকত্রে। বাফম অমতং পন্নিংই। মদুদি চীংগা তমগা লৈনবা মবিদনি। মণিপুবদা লৈবিবা চীংগী লম অযাম্বা তম্পাক্পা শন্নবা লম্বী-থোং খুদোং চাবমদে। খুদোং চাবমদে হাযবা অসিনা ফজনবা হাযবনি। চপ হেক চাবদি লম্বী থোং লৈবমদে হাযগদবনি। তৌববুদি মতম অদুগী লৈঙাক সাসন পুবিবনা ফৎতদুনা তৌবা নৎতে। লম্বী থোং লৈহন্নবা হোৎনবদা চঙগদবা শেল লৈতবননি। অদুগুম্বা শেল লৈতবদগী পাঙথোকপা ঙম্লক্তবা চাওখ্রবা পঞ্জাও অমা নমখাইদুনা লান অদু শোক্লনবগী পান্দমদা লম্বী থোং শেমখি। অদোমদগী খল্লুববদি লাঞ্জাও অদুনা মণিপুবগী লম অমদদি যান্না কান্নবা পীখি। খুদম অমতং ওইনা পল্লবদা, টিদিম যৌনবা অচৌবা লম্বী শেম্বনি। লান অদু শোক্লবদা, লান অদু ঙম্নবদা লম্বী অদু যান্না মরু ওইবা লম্বী অমা ওইখি। হান্না লৈবম্বা ফিভমদি চুন্নতগী খোঙ লম্বী ওইনা লৈবম্বনি। চুবাচান্দপুব ফাওবুদি গাডী চৎপা যাইদি হাযববু যান্না খুদোং থিনিঙাই ওইবনি। নুং থাবা লম্বী নৎত্রি। নোংজু থাদা চৎপা য়াবা লম্বী নৎতে। অদুগুম্বা লম্বী অদু টিদিম যৌনবা শেম্বা হাযবা অদু চাওখ্রবা থবকনি। শেল, মী, লেবব, মেছিন য়াম্না চঙখ্রবা থবক্কি। অদুগুম্বা লম্বী অদু শেম্বদগীদি মনুং হুনজিন্না লৈবা চীংমিশিংগী লৈফম পুন্নমক লম্বী মচা মচা কয়ানা অমুক শম্নহন্দুনা খুদোং চাহল্লী। অদুম হায়না অতৈ লম্বী অচৌবা কয়া হান্না লৈবম্বদগী পাকথোক চাওথোকহন্দুনা, শাংদোকহন্দুনা চৎথোক চৎশিন খুদোং চাহনখিবনি। অদুগী মতুংদা খুঞ্জানবু ওইরবসু সবকাবগী মতেংদগীবু ওইববসু লম্বী মশা কযা, লম্বী মচা কয়া শেম্নগা মনুং হুনজিন্না লৈখ্রবা চীংমিশিংগা তম্মীশিংগা তোৎন-তিন্নমীন্নবগী খুদোং চাবা ফংনবকখিবনি।

'টিদিম বোদ' লম্বী অদু শেম্বা হৌববদা, মিলিটবী 'চীফ বোয়েল ইঞ্জিনিয়াব' গী মখাদা ঐহাক মতম খবা ইন্টবপ্রিটব ওইনা থবক পুই। ইন্টবপ্রিটব হায়বতনি অদু নৎতবা থবক কয়ামরুমসু পুহল্লী। সার্জন্ট মেজব অমগা ঐহাক্কনা মিলিটবী ষ্টোব অচৌবা অমা পান্নবগী থবক পুই। ষ্টোব অদুদা চেং-হবাই, আটা, চিনি, চা, শঙ্গোম, হবাইনচিংবা পৈদুনা থম্বনি। চানবগী মথক্তা থবক শুবদা শিজিন্নগদবা খুৎশু-খুৎলাই পুন্নমকসু পৈদুনা থম্মী। ষ্টোব অদু সিংহাটকী চীংদুম মচা অমগী মথক্তা শাবনি। চীংদুম হায়বতনি য়াম্না বাংবা নৎতে। মথক অদুসু ইতেম তেম্বা মফমনি। ইবাপ লাপ্তনা চীংখা অদুদা খুনগী চীফ, খুল্লাকপগী য়ুম লৈ। খুনগী চীফ অদুগী য়ুম অদু মবাং কাইনা চাওই। শুমাং মতেক অমসু তব্দ তনান্না থাকই। শুমাং অদুগী ময়াই চবুক্তা তোমাল পাম্বীশুন্না তৌবা উপাম্বী অমা হৌই। য়াম্না বাংবা হায়বদুসু থোক্কে, মনা পুংই। মতম পুন্নমক্তা ইশং শংদুনতা লৈ। ঐগা পুমীন্নবা সার্জন্ট মেজব অদু মশা নাবকপদগী আর্মি হোস্পিটালদা লায়েংনবা চৎখ্রে। ঐগোন্দা ষ্টোব অদুগী চার্জ পুন্নমক শিন্নবমলে।

চীংদোং অদুদগী য়েংথবদা পাক্লা-শন্না তাম্লিবা খুল, খুল অদুগী ইনা কুপ্পা য়ুমশিং উবে। চীংয়াদা, খুঞ্জানা শেমজবা লম্বী মচা মচাশিং অদুনা চীংখা য়ৌনা ঈশিং খোং ফাওবা শন্নখিবা অদুসু উবা ফংই। লম্বীগী মতুং ইন্না হৌবিবা উপাম্বীশিং অদুনা চুমথ্রিং চুমথ্রিং পবেং শানা হৌবা অদু য়েংবদা য়াম্না ফজে। চীংথ্রাও কৌবা পাম্বী অদুনা মবক মবক্তা হৌবনা মপাল অদুনা ফজবা অদু অমুক্কা হেন্সৎহল্লী। নাগেশ্বব পাম্বীসু হৌই। য়াম্না মবাং কাইবদি নৎতে। খুঞ্জাগী নীপা নুপীশিংনা অয়ুক ভঙ্গনা হৌগৎতুনা চাকয়োম পুদুনা পামদা থবক শুবা চৎখি। লৈশাবী মচাশিংনা শমদা বাগী উর্তোংদা ঈশিং শোক্লগা ঈশিংখোংদগী পবেং পরেং কাখৎলকপা অদু য়েংবদা মীৎকি কুম্মে ওই। ঈশিংগীদমক্তদি য়াম্না অবাবা ওই। চাক থোং-থাক্লবা ফাওবা ফাওবগী ঈশিংদি নেক্তুনা শোকহল্লী। ইব্দ মাইথজনবগী মবাং কাইনা ফংদে। অদুনা য়াম্না বাই। চেং, চিনি, চা-মনা পিদুনা ঈশিং লৈবিবনি।

সার্জন্ট অদুগা লৈমীন্নরিঙৈদদি কা অমমমদা তুমফম শেমদুনা নুংঙাইনা লৈবা য়াই। মহাক্কীদি খুৎলাই মতিক চানা লৈ। পিষ্টোল, বাইফল লৈ। মহাক চৎথ্রবা মতুং অদুদদি ইতোমদা চীংথক অদূদা অহিং লেকপা কিবম্মী। মথংগী নুমিৎতা খুল্লাকপা চীফ অদু থবক লেপ্পা নুমিৎ ওইদুনা চীংথক্তা কাখৎলকই।

অয়ুক্তনি। অসুম ৱাবী শানবদা মহাক্না ফোঙদোবকই। চীংথক অদুদা অহিংদা ইতোমদা লৈবা অদু ফৎতে। শা কৈ মবক মবক্তা মফম অদুদা লাকপা য়াওখি। মহাক্কী ৱাবী অদু তাবদা ঐহাক খংকি কিবম্মী। হান্নদগী কিবা অদু হেনজীল্লম্মী। ঐহাক্না চীফ অদুদা মগী যুমদা ঐহাক খবা লৈগে, য়াগদ্রা হায়না হংলম্মী। মহাক্সু কবিগী য়াদগনি, লৈয়ু হায়বে। নুমিৎ অদুমক্তদগী ঐহাক হোংথবে। চীফ অদুগী য়ুম অদুদা ঐগী ফমুং শেমলে।

চীফ অদুগী ইমুংগী মী য়ান্নমদে। চীফ অদুনে, মাগী নুপীনে, মচানুপী অনীনে। অদুখক্তনি। মচানীপা পোক্তে। মচানুপী অনী অদু অমদি লৈশাবী ফাবে, অতোনবী অদুসু পুংকক চাওববীনি। ঐহাক্না চীফ অদুনে, মাগী নুপীনে, মচানুপী অদুনে ষ্টোবদা পুবগা চেং বেগ অমনে, চিনি বেগ তংখাই অমবোমনে, চা-মনা ফনা যান্না পীবে। মখোই হবাওবদা লোযবে। ঐহাক্না খঙহল্লে। মবক মবক্তা অদুম হায়না পিগনি। অদুনা ঐগী চাক থোংনবা, ইব্বজনবা ঈশিং হোনবীগদবনি, শিংগু পিগদবনি। মদুদা মখোয হবাওনা যারে। ষ্টোব অদু ঐনা পানৈ, ঐনা অসুপ্পনি। আর্মিগীনি হায়বা নামাতনি। পুন্না গাডীদা পুবক্লগা থনম্বনি। ইনদেন্ট অমমম পুবক্লগা পুন্না থাই থাইদুনা অমুক পুখিবনি। অদুনা হিসাব থোইনা কুপ্তে। ঐগী দিসক্রেশনদসু অদুম খৱদি পীথোকপা ঙম্মী। অদুম হায়না চীফ অদুগী ময়ুমদা লৈবে।

ঐহাক্কী অশোনবা হায়গদ্রা, ওবথোদোক্স ওইমনবা হায়গদ্রা অমাং অশেং খায়বা অমা ইশাদা চুপ্রে। ধর্ম্মগী ৱাদি নৎতে। ইব্বজদনা চাক চাবা, ইব্বজদবা মীনা চাক থোংবা চাবা ঙমদে। অদুনা ঐনা অয়ুক ইব্বজবগা চাক থোংবা মতমদা লৈশাবী অনীদি ইঙক ঙকই। চঙশিল্লক্তুনা মৈ য়াংবীগে তৌবা, চফু-উয়ান অদু শৌববা কান্দা থাংথবিগে তৌবদা ঐনা পামদবা উবদা মখোয় অনী পঙনোক্তা নোকই। চীফ অদুনদি ঐগী চানবা অদু মখোয়বু থোংহল্লু হায়বিবনি। ঐনা য়াম্রিবনি। মতম অদুদদি মফম অদুদা লৈবা খুপ্না অয়াম্বনা মৈতৈলোন থোক্তে। চীফ অদুতদি মৈতৈলোন অবাইবা মখৈ খঙই। অব্বদি ঙাংবা ঙমদে। লৈশাবী অনী অদুদি শুপখঙ খঙদে। মখোয় অনীনা মখোয়গী মবোলদা করি কবিনো পঙাংদা ঙাংলগা পংনোক্তা নোকপনি। মখোয় অনীমক মশক য়ান্না ফজবী হায়বা অদুদি নৎতে। অদুম ওইনমক য়েংবা য়াদবীদি নৎতে। মীওই মীতৌদা মচে অদুনা হেল্লী। তোঙগানৈ, কুচুদি ঙৌদে, মুবসু নৎতে। মনাওনুপী অদুদি ৱাখি লৈ হায়বদা লাক্লোই।

ঐহাক্কী চহি মতাংদি মপুংদা কুনমাথোইনি। মচেৎতা কুননিথোইরোম শুবে। লাক্ল-ফানবা য়াম্না বাবা চহি মতাংনি। চীংগী ফজবা দৃশ্য অদু পেন্নবা যেংলি। চীংদুম মচা অদুগী মথক অদুদি লৈতেম মান্নে। নাপীদি হৌদে। মফম অদুদা ফমলগা য়েংবদা ফনা যাম্না লাপ্পা মফম ফাওবা উবা ফংই। নুমিৎনা তাবমদাইদদি যেংবদা পুক্লিং য়াম্না নুংশিবকই। ঙাঙাম্নববা নুমিৎকী মশেক্লা য়েবদা ইশং শংবা উনাশিং অদুসু মচু ওনবগুম হেক তৌই। নুংশিৎনা লিবি লিবি হুম্বদা উনাশিংনসু লেং লেং চৎলকপা মতম অদুদা মনাপুংবা উশা তন্না লাপ্পা চাকতাকবা চেক্লাশিংনা অহিং য়াবেক্লবা পাইশিন্নবকই। য়ুমদা যাবেকপা পোম্বীশিংসু য়ুম লৈবা মফমদা হল্লকনৈ। পোম্বীগা চেক্লাগা খেন্নবিবা অসিসু অঙকপা অমনি। চোঙা, শেম্বাং, শেন্দাং খুনুগুম্বা উচেকশিংনা অহিং লেক্লবা মীনা লৈবা য়ুমদা পাইশিল্লকই। লমখুনু, ক্বাক, চবোই খম্রাংচাক্লচিংবা উচেকশিংনা মীনা লৈবা মফমদগী লাপ্পা থৈদোক্তুনা লৈ। চোঙাগুম্বা, তেনবাগুম্বনা চেক্লাশিংদা চল্লবসু মীনা যোক্তুনা থন্নে। নুমিদাংবাই অসিদা লৈশাবী মচিন মনাও অদুসু ঐগী ইনাক্তা লাক্তুনা মখোয়গী মবোলদা খুনুং ইশৈ (খুল্লং ইশৈ) শক্তুনা তাহন্নে। অদুগা পঙনোক্তা নোকই। অসুম তৌনা লৈমিন্নবকপনা নুমিৎ মঙানি হৌখ্রে। মঙানিদগী তবানি, তবানিদগী অসুম অসুম হৌজিল্লকলে। লৈমীন্নবকপগী নকশিন্নবকপগী হৌনবা নুংশিনবা হাযবা অদুনা অমোনবা মখুৎ অদুনা কোনশিনবা হৌবক্রে। ইচল ওইনা নুংশিবিববা কবি ওইনা নুংশিবিবনো মদুতদি খুদক্তা ফোঙদোকপা ঙমদ্রে। ঐহাক ইশানা ইশাবু কম্না বাবকচবি। হেন্না নকশিন্নদনবা। অদুম ওইনমক চীংখাদা ঈশিংখোংদা কুমথদুনা লোক্কী ঈশিংদা ইরুজমীন্নবা, নুংপাক্তা ফম্মীন্নদুনা ঈশিং চাইমীন্নবা, লংনবা কয়া পাঙথোক্তুনা শান্নবদা হজোইনদ্রে।

নহা ওইরিঙৈগী পুন্সি অসিমক্তবু য়াম্না খুদোংথিনিংঙাইনি। খজীক্তং শোয়খিবদা অমুক কাখৎলকপা বাবগদবা লৈখাদা তাখিগদবা খুদোংথিবা কয়া অমসু থেংনবিবনি। নোংমা নুমিৎ অমদি চীফ অদুগী য়ুমদা খুল অদুগী থৌপুবা ওইবা তাই, মখোই নিপালমুক তিন্নদুনা বাবী কয়া শানৈ। য়াচংবা মতুংদগী ফম্বা হৌই। ইয়ুং অদুদা মৈ থান্দে হায়বদি থাওমৈ থান্দে। উ-শিংনা মৈ থাবগা মদুগী মৈঙাম্না অদুম চৎনবা য়াই। মখোয় ঙৈহাক বারী শান্নবগা য়ুগী খবং অমদা পুমকোই কোইনা ফম্মীন্নবগা খরূং অদুদা বাগী তোংজৈ অমমম থিংজিল্লগা থকপা হৌরে। মতম অদুদা ঐহাক্তী ফমুং শেমদুনা কাংখল মনুংদা হিপতুনা লৈরবনি।

য়ু ঙাওনবক্রবদি কবি তৌবক্কবা হায়না কিবা পোক্রম্মী। ঐগী ইশাগা কোম্নবা খুগ্রী অমদি থাদে। ঐহাক্তী তুম্বা যাদে। কবি থোক্রকদগে হায়না খনবদা নুংশা শ্বব ফাওবা কম্না হোল্লমদে। মখোযনা ঐবুদি তুমগ্রবনি হায়না লৌববনি। ঐগী ফম্মুংগা যান্না নরুম্না লৈশাবী অনী অদুগী হিপ্পবা শেম্মী। ফম্মুং কৌবতনি। উপাক্তা হাওফি অমমম থুপতুনা থাবগা উনা শাবা মোন অমমম থাবগা লোইবে। কাংখলসু খন্দে। মদুগী খল্লুবদা, মীগী মবক্তা খেন্নবিবা য়ুম্বাল কৈপাল অদুগী নুংঙাইতবা ফাওই। খবা থেঙজিল্লক্রবদা য়ুগী নিশা লাক্লবে। বা কল্লপ ঙাংনবা অসুম হৌবক্রে। ঐহাক্না তুমলিবা অদুদা খুদোম্বীনা থিন্দুনা ঙাংনবা হৌবে। ঐদি মবোল খঙদে। অদুবু মৈঙাল অদুদা উবদা ঐগী মবমদা ঙাংনবনি হায়বা ইঙ্গিৎনা খঙই। করি তৌবকপা য়াই। পঙচিংদা চিংনৈ। য়ু ঙাওবগদি ফৈ ফৎতে খঙনদবনিনা। অদুবু ঙৈহাক নোক খেনবগা অদুম চৎনখ্রে। ঐহাক নে তাবে। চীফ অদুনা মখোয় মযাম অদু চৎখ্রবদা পাওদম্মী, মাগী মচানুপী অহল অদু নঙোন্দা পিথোক্লগা: চেং-চিনি, চা-মনা মবাং কাইনা লৌহৌ হাযবিনে। চীফ অদুনা মখোয়গী মবোন্দা মচানুপী অদুদা কবি কবিনো খবা হায। মচানুপী অদুনসু কবি কবিনো খবা খুম্মগা অদুম তুমথনবে।

মথংগী নুমিৎতদি ঐহাক য়ুমদা চৎনিংবা খঙপোক পোকলে। ইমাগী মশক খঙউ উনিংলকলে। লাইনা শিনবীবগুল্লদুনা মশা অনাবা য়েংবা চৎখিবা সার্জেন্ট অদু ফবদুনা হল্লকলে। মহাক লাক্লবদি হান্নগুম্না ষ্টোব বিলদিংদা লৈমীন্নবে। চীফ অদুগী য়ুমদা লৈত্রে। দযা অমা কোকলে। নোংমা নিনী লৈববা মতুংদা ঐহাক য়ুমদা চৎনবা থৌবাং লোইবে। মপা মমা অনীদি পামদা চৎখি। মচিন মনাও অনী অদুদা ঐহাক য়ুমদা চৎলগনি হায়না খঙহল্লবদা মখোয় অনীদি চান্নবা কপথোবক্রে। অহল অদুগী মমিংদি দিমখোনিয়াং কৌই। মনাওনুপী অদুগীনা দিমজানিয়াং কৌই। ঐনদি মচে অদুবু 'থম্বাল' মনাও অদুবুনা 'উথম্বাল' থোনবী। মখোয় অনীগা কাইনবমদাই মিকুপ অদুদদি কদাইদগীনো খঙহৌদনা ঐগী মিৎলুদগীসু পীবাং শিন্থখি।

## লাইবক্তা তমলক্তবা

লাইবক্তা তমলক্তবা হায়বা অসিসু অকবা অমা ওইরমলে। 'ফনা য়াম্না কম্না হোৎনজববসু লাইবক্তবু তমলকত্রবদি কবিসু কান্নদে' হায়না হেক হেক হায়নবা তাই। মদুদা য়াম্না কা হেম্না থাজকবদি লৈতে। নহা ওইবিঙেদা খরদি

তিনখেৎ-লাইখেৎপা ওইনা হৌবক্লবসু লাইবুদি যাম্না থাজবককই। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা আর্জুনগী মফমদা পিবীখিবা পাউতাক, 'নহাক্লা পাঙথোকফম থোকপা অদুতা পাঙথোকউ, মহৈগী খন্দুনা পাঙথোক্লনু' হায়বা অদুদা থাজদুনা লৈবাক্কী সেবা তৌবা যাওবকপনি।

ঐনা যাম্না থাজবা, ঐবুসু যাম্না লুনা তৌবা এম এল এ অমনা ঐঙোন্দা হায, 'তা'যাইমাদি লিকমল্লিনে, অদুপ লিকপা নহাক্লা চীফ মিনিষ্টব ওইবা ফঙবা হৌনদে। ঐখোয তা'যাইমাদা ভোট পীগে হাযদুনা ঙাইদুনা লৈবনি। অদুদা অতোপ্পনদি লুপা লিশিং মঙা মঙা যেনশিল্লকলে। শেলগী চিনবসু কযা চিনখ্রে। চিনমনবদগী লৌব্দবে। অদুনা অতোপ্পা অদুদা ভোট পীথোকখ্রে। তুংদদি নুংঙাইবক্তে'। অতোপ্পা অমনসু, তাইবুংঙো লাইশ্রম মনাওবীনা হায, 'কৈদৌবে ইবুংঙো যাইমা। ঐখোয়দি ইবুংঙোনা চীফ মিনিষ্টব ওইবগনি হায়দুনা নুংঙাইব্দববনি। কদাইদা সোইখ্রে। শেল লৈত্রগা ঐঙোন্দা হায়বকপা যাদ্রাও?' অদুম হাযন-হাযনা লিদব ওইখিদ্রে। চীফ মিনিষ্টব ওইখিদ্রে।

অতোপ্পা মাইকৈ অমদনা, এম পি পি গী কেন্দিদেৎকী মনুংদা অনীখক সোযদনা কাবগনি হায়না পানবদা কাবক্তবে। থিগৎনবদা, মখোই অনী অদুনা কাববদি সোযদনা মখোয অনীদি য়াইমাদা ভোট পীখিগনি হায়দুনা পার্টি মনুং মক্তদগী মখোয় অনী কাবক্তনবা হোৎনবা য়াওবমলে। অদুম হায়না তৌনবগী পাবা অদুদি ঐদি ফাহৌদ্রে। ইনৌ নৌবা পাবানি। মদু ফাদবনা ফৈ। মদু বীশ্বাসঘাতক তৌনবগী পাবানি।

মথৎদনা ঐহাক স্পীকব ওইববা মতমদনি। মখোয এম এল এ কুনমঙামুক্লা ঐহাকপু চীফ মিনিষ্টব ওইদবা যাদ্রে হাযদুনা কন্না তক্লবে। ঐহাক্লা যাজদে। কন্না তকমনখ্রদুনা যাদবা ঙমদবদগী ঐখোয লোযনমক দিল্লীদা চৎলগা কেম্প তৌব্দবে, লোয়ননা প্রাইম মিনিষ্টব ইন্দিবাজী উনবে। লীদব শিনবগী বাফমদা প্রাইম মিনিষ্টবনা য়াবদুনা ঐখোয়গী লীদব কনানা ওইগদগে খন্নো হায়বে। মতাং অদু যৌবকপদদি চীফ মিনিষ্টব ওইনিংবা অমা চোংথোবক্লে। মহাক্লা শিন্দুনা এম এল এ অনীখক্লা ঐহাক্লা (অইবা) লীদব ওইবা য়াবোই হাযদুনা 'হিন্দুষ্টান টাইমস'গী কলম অমদা ঐগী ইথক্তা হন্দুনা শাংনো ইবে। সৈজানা চীফ মিনিষ্টব ওইবা মতম অদুদা 'ত্রিখা কমিসন' হায়বা অমনা ইন্দিবা গান্ধিবু ইম্ফালদা সমন তৌবগা বিচাব তৌখি। মতম অদুদা ঐহাক্লা লো মিনিষ্টব ওইবা মবম্না সমন তৌবা অদুদা লো মিনিষ্টব ওইনা ঐহাক্লা অযাবা পীখিবনি হায়না চার্জ তৌবনি।

তশেংবমক্তী লো মিনিষ্টব ওইনা ঐহাক্না ত্রিখাগী প্রোপোজেল অদুদা ওবজেক্সন তৌখিবনি। সমন তৌবা অদু য়াখিদবনি। চীফ মিনিষ্টব ওইনা সৈজানা এপ্রুভ তৌবগা সমন অদু তৌখিবনি। অবানবা যুমফমদা শাগৎপা বাফম ওইববসু খুদক্কী ওইনদি শেংদোক শেংজিন তৌননবগী খুদোংচাবা অদু ফংদ্রে। লীদব ওইনবা অনী শুববদি প্রাইম মিনিষ্টবনসু যাদ্রে। নখোযগী মবক্তসু মোৎ মান্নদ্রবনিনা হৌজিক ওইবিবা অদুনা টার্ম অসিমগীদি অদুম্মক ওইবসনু হাযদুনা বাযেন্স্রে। 'লাইবক্তবু তম্লকত্রবদি যাদবোইবে' খন্দুনা থোইনা নুংঙাইতবা তৌদে, ঐহাক্কীদমক্তদি।

সবকাব অদুগী লীদব শিন্দোকত্রবদি সবকাব অদু কাযবা যাবগী ফিভম অমা ওইবকলে। সবকাব অদুদা প্রজানা পেন্নদবনা খম্ থেংলে। মনুংগী পাও লৌনবদা প্রাইম মিনিষ্টবনসু সবকাব অদু শিন্দোক্সবা ইঙ্গিৎ পীবে।

খৃষ্টাব্দ ১৯৮৪ গী ওক্টোববগী ২৯ দগী ভাবত অপুম্বগী প্রিসাইদিং ওফিসাবশিংগী হাযবদি স্পীকব, দিপুটি স্পীকব, চেযাবমেন্নচিংবগী কনফবেন্স অদু কলকট্টাদা ফমখি। মতম অদুগী লোক সভাগী স্পীকব বলবাম ঝাকবনা কনফবেন্স অদুগী চেযাবমেন ওইদুনা পাঙথোকপনি। কনফবেন্স অদু যাওবিঙেদা প্রাইম মিনিষ্টবনা ঐহাকপু দিল্লীদা তাং ৩১ গী অযুক পুং ১০ মিনিত ১৫ দা প্রাইম মিনিষ্টব উন্ননবা কৌবক্রে। স্পীকব-চেযাবমেনদগী য়াথং লৌবগা ঐহাক কলকট্টাদগী দিল্লীদা তাং ৩১ গী অয়ুক্তা এবোপ্লেনদা পাইবে। নুমিৎ অদুগী ফ্লাইট অদু পুং অমা হেন্না থেংনা পাইবে। ঐহাক্না দিল্লীগী এযবপোর্টতগী দাইবেক্ট প্রাইম মিনিষ্টবগী লৈফম তান্না মণিপুব ভবনগী কাবদা চৎলি। 'সবনিজ' কৌবা দ্রাইভব অদুদা ঐহাক্কী পুংফম অদু নংনবা অশম্বা লম্বীদা চৎহল্লী। লাইবক থিবদি যৌগদবা খজীক্তা ঙাইববা মতমদা মীৎনা উববা মফমদা প্রাইম মিনিষ্টববু মহাক্কী বোদি গার্ডনা কাপতুনা হাৎপা অদু খুদক অদুদা থেংনরুবে। অদুনি লাইবক্তবু তম্লক্রবদি কান্নদ্রে। বোব-গুম চৎলগা মঙ্গুম্বা যাওবগা হন্লকখি।

প্রাইম মিনিষ্টব ইন্দিবাজীবু হাৎপা নুমিৎ অদু খৃষ্টাব্দ ১৯৮৪ গী ওক্টোবব থাগী তাং ৩১ দনি। অযুক পুং ১০ তাফাৎত্রিঙেদনি। শিবে হায়না লাওথোকপদি অথেংবদনি। নুমিৎ অসিদা মচানীপা অহল বাজীব গান্ধিদি কলকট্টাদা লৈহৌবিবনি। মতাং অসিদা কবি পুবেন ববিন্দ্রনাথগী 'পেপব বোট' কৌবা কবিতা অদু নিংশিংলকই। ইন্দিবাজীবু কাপ্তুনা হাৎহল্লিবা অদুবু ঐগা উনহন্দনবগীদমক্তা ওইবিগদ্রা?

তরুকশুবা শরুক

# ভারতকী পার্ল্যামেন্টতা এম পি ওইনা

বাজনিতিগী পুন্সিদা ভাবত পার্ল্যামেন্টকী মেম্বব অমুক্তং ওইবা হাযবা অদু ঐহাক্কী এম্বিসন্নি। খৃষ্টাব্দ ১৯৫৪ দা লোক সভা অমসুং বাজ সভাগী প্রোসিদিংস যেংবা অমসুং এম পি শিংনা খন্ন-নৈনবা তাবগী খুদোংচাবা অদু ফংখি। হাউসতা শ্রীজবাহবলাল নেহরু অমসুং শ্রীশ্যামাপ্রসাদ মুখর্জীনা ঙাংবো তাখি। মতম অদুদগী হৌবদুনা লোক সভাদা এম পি অমা ওইনা অমুক্তং বা ঙাংবগী খুদোংচাবা ফংজববদি পেনখ্রনিদা হাযদুনা খন্দুনা লাকখি। খুদোংচাবা অদু ফংখি। তবাশুবা লোক সভা সেম্ননবা জেনেবেল ইলেক্সন অদু খৃষ্টাব্দ ১৯৯১ গী মে-জুন্দা পাঙথোকখি। ইলেক্সন অদুদা ঐহাক ইন্নব মণিপুব কনস্টিটুয়েনসিদগী কাদুনা মণিপুব প্রজাগী মীহুৎ অমা ওইনা লোক সভা অদুগী মেম্বব ওইবা ফংখি। ইলেক্সন অদুদা ঐহাক মণিপুব পিপলস পার্টিগী মীবেপ ওইখি।

ভোত হাযদোকপগা ইকুই কুইদনা পার্ল্যামেন্ট সেসন কৌবক্তুনা পুন্সিগী অহানবা ওইনা লোক সভাদা চংলম্মী। লোক সভাদা হেক চংবমক্তদা ইশাদা নুংঙাইবগী তুজুংবা ফাওবম্মী। অহানবা সেসন অদু খৃষ্টাব্দ ১৯৯১ জুলাই ৯ দগী ফম্বা হৌখি। অহানবদা বাশকপগী থৌবম পাঙথোকই। সীৎ এলোট্ তৌদ্রিঙে অদুদদি মেম্ববশিংনা ফমনিং ফমনিংবদা ফম্নবম্মী। ঐহাক্তী ফ্রন্টকী পবেংদা সীৎ অহুম থাবগী ময়াযদা ফম্নুবে। ঐগী নাক য়েংতা ফম্নবিবা অদুদি অমনা ভি পি সিংহনি অতোপ্পা অদুনা চন্দ্রশেখবনি।

বাশকপগী থৌবম অদু ভোট কাবক্রবা এম পি শিং অদুগী মনুংদগী খ্বাইদগী সেনিয়ব ওইববা ইন্দ্রজীৎ গুপ্তনা প্রো-তেম্ স্পীকব ওইদুনা পাঙথোকখি। মথং মথং কৌবকপনা ঐগী মীং কৌবক্রবদা ঐহাক্না প্রো-তেম স্পীকবদা 'ঐহাক্তী মণিপুবীদা বাশকচগে' হায়না হায়বম্মী। লোক সভাগী সেক্রেটবী জেনেবেল অদুনা হায়রকই, 'বাশক্রবগীদমক মণিপুরীদদি ফোর্ম নমহৌদ্রে।'

ঐহাক্না প্রোটেস্ত তৌবে, 'অতে লোন্দদি ফোর্ম নম্বীবগা কবিগী মণিপুরী লোলগীদমক্তদি ফোর্ম নম্বীদ্রিবনো'? 'মণিপুরীদি হৌজিক সেদ্যুল-লেংখ্বেজ ওইদ্রি' হায়না পাওখুম্লকখি। ঐহাক্না, 'মদুবুনি ঐখোযনা পেনজদ্রিবা অদু' হাযনা ফোঙদোকখি। শ্রী ইন্দ্রজীৎগুপ্তনা মবক থৎতুনা খঙহল্লে, রাফম অদুদি কোন্না খন্নসি। হৌজিক মেম্বরনা হিন্দী নৎত্রগা ইংরেজীদা অপাম্বা অমদা রাশকপীরো। যানিংদ্রবসু যানিংদনা ঐহাক্না ইংরেজী লোন্দা রাশকখি।

তবাশুবা লোক সভাগী মীখল অদুদা কবিগুম্বা পার্টি অমত্তনা এবসোলুত্ মেজোরিতি ওইবা ঙমদ্রে। অদুমকপু কংগ্রেস (আই) পার্টিনদি সিঙ্গল লার্জেষ্ট পার্টি ওইবদুনা কেন্দ্র সবকাব শেমলে। পি ভি নবসিংহ্ রাওনা প্রাইম মিনিষ্টব ওইবে। কংগ্রেস লুচীংবশিংনা অরাংপা মশিং অদু মেনখৎনবা অঙকপা ফংনা হোৎনখি। খবদি মেনখৎপা ঙমখি। এম পি ২৩২ দগী২৪৭ যৌখি।

পার্টি অমদগী এম পি অমমম খক্তা কাবকপা ঐখোয নিপালখক পুনশিন্নদুনা ফোবম্ অমা শেমলে। ঐখোয নিপাল অদুদি ১। এম পি পি গী মণিপুবদগী য়ুম্নাম য়াইমা সিংহ (অইবা) ২। নাগালেন্দগী এন সি পি গী ইমচালোম্বা ৩। কর্বি অলোংদগী দাক্তব বোংপী ৪। আসামদগী এ জি পি গী মুহি বাম সাইক্রিযা ৫। সিকিমদগী সিকিম সঙগ্রাম পবিষদকী দীল কুমাবি ভান্দাবি ৬। ইন্দিপেনদেন্ট ওইনা কাবকপা বোডোগী ব্রহ্ম চৌধুবি লোযননা অতোপ্পা গোবা অমসুং মিজোবামগী এম পি অনীগা পুল্লগা এম পি নিপালনা শেম্বনি। ঐখোয অসি অরাং নোংপোক লমগী এম পি শিংনি অতে স্টেটতগীসু বিজনেল পার্টিদগী এম পি অমখক্তা কাবকপা যাওই। মখোয অদুদি ফোবম অসিদা যাওদে। ঐখোয নোর্থ-ইষ্টতগী কাবকপা এম পি তব্বক্না শেম্বা ফোবম অদুবু মাইনোবিতি ওইনা সবকাব পাযবিবা নবসিংহ্ রাওনা শক খঙবগা লোযননা যান্না মব্ব ওইনা লৌবম্মী। ফোবম অসিনা নবসিংহ্ রাওগী সবকাব অদু কাযবা তাববদি মিদ টার্ম ইলেক্সন লাক্কদবনা মদু লাক্তনবা সবকাব অদু সপোর্ট তৌখি। অতে বাফমদদি ইশু-ইশুগী মতুং ইন্না ওপোজিসনগা চৎমীন্ননবা ফিবেপ লৌবে। সবকাব অদুগী মথক্তা নো-কনফিদেন্স মোসন থাঙ্গৎলক্রবদা প্রাইম মিনিষ্টবগা মোসন অদুগী মাইয়োক্তা ভোত পীনবা ফোবম্ অসিগা মেমোবেন্দম ওফ অন্দবস্টেন্দীং অমদা য়ানবে। মদুগী মতুং ইন্না (১) মণিপুবী লোল, কোংকানি অমসুং নেপালি লোলবু ভাবত সম্বীধানগী নিপালশুবা সেদ্যুলদা চলহনবা (২) নাগালেন্দ অমসুং

আসামদা সেন্ট্রেল য়ুনিভর্সিটি লিংখৎপা, কার্বিঅলোংদা ওটোনোমস কাউন্সিল লিংবা (৩) বোদোলেন্দদা টেবিতোবিএল কাউন্সিল লিংখৎপা হায়না যানবে। ফোবম অসিগী মপুংফাবা সপোর্ট ফংহনবগীদমক অথোইবা ওইনা ঐহাক্কীদমক যেংবীদুনা সেন্ট্রেল এগ্রিকলচবেল য়ুনিভর্সিটি অমসু মণিপুবদা লিংবদা যাবে। প্রাইম মিনিষ্টবনা মণিপুবী লোল কোংকানি অমসুং নেপালি লোলবু নিপালশুবা সেদ্যুলদা চন্নবা কনষ্টিট্যুসন শেমদোক্লবা প্রোসেস তৌনবা হোম মিনিষ্টব, এস বি চৌহান্দা শিনবে। সেন্ট্রেল এগ্রিকলচবেল য়ুনিভর্সিটি লিংনবনা এগ্রিকলচব পুবা মিনিষ্টব বলবাম ঝাকবদা শিন্নবে। অসুম তৌনা বাজনিতিগী ওইবকলিবা ফিভমগী খুদোংচাবা লৌদুনা মণিপুবী লোলবু সম্বীধানগী নিপালশুবা সেদ্যুলদা চলহৌবনি। অদুগা লোয়ননা সেন্ট্রেল এগ্রিকলচবেল য়ুনিভর্সিটি অদুসু মণিপুবদা লিংহৌবনি। মতাং অসিদা পন্নিংবা বাফম অমদি অসিনি। মণিপুব য়ুনিভর্সিটিবু সেন্ট্রেল য়ুনিভর্সিটি ওইহন্নবগী মতাংদনি। তানজা-মেনজা খঙনা ঐহাক্না মণিপুব য়ুনিভর্সিটি অদু সেন্ট্রেল য়ুনিভর্সিটি ওইহৌনবা হাযনবে। তৌইগুম্বসুং মতম অদুগী মণিপুব য়ুনিভর্সিটি গী মচীন চৎপা মীশকশিংগী মনুংদা মোৎ অনী থোক্রম্মী। কাংবু অমনা সেন্ট্রেল য়ুনিভর্সিটি ওইবা পাম্মী, মদু কাংবু অমনা পামদে। মতম অদুগী ভাইস-চানসেল্লব ওইবম্বা আই এস খাইদেম্না শিন্দুনা ঐহাক ইশামক য়াওনা য়ুনিভর্সিটি গী মচীন চৎপা ওঝাশিংগী মিতিং অমা তৌখি। মিতিং অদুদা বাফম অসি খন্নবদা য়ানিংদবনা মোৎ খবা কন্না ফোঙদোকই, যানিংবা কাংবুদি বা ইঙাং ঙাংদে। অদুগুম্বা ফিভম অদুদা ঐহাকসু পাঙ্গল থোকখিদে। অদুনা, সেন্ট্রেল এগ্রিকলচবেল য়ুনিভর্সিটি অদু ওইনা লিংহৌবনি। অদুমকসু য়াম্না তাংনা ফংহৌবনি। গুবাহাটিদা, শিলংদা অমসুং মফম অতৈদা লিংনবা কন্না মুন্নবনি। বাজনিতিগী ওইবা ফিভমদা খুদোংচাবা ফংদুনা মণিপুবদা লিংহৌবনি।

ঐহাক্না ঙম্বমখৈ হোৎনদুনা, লোক সভাদা পুখৎলকপা অয়াম্বা ইশুদা খন্ন-নৈনবদা শকক য়াবকখি। শন্না পল্লবদা লোক সভা অদুদা মণিপুববু শকতাক্লুনা মণিপুবগী মীহুৎ অমা য়াওবি হায়বা অদু খঙহনখি। কলিং অমসুং ওপোজীসন অনীমক্না মণিপুবগী বাফম লাকপা মতমদা থবাই য়াওনা খন্নবী অমদি সপোর্ট তৌবীখি। ঐহাক্কী এক্টিভিটিবু শক খঙবীবা ওইনা পার্ল্যামেন্টবী ষ্টেন্দিং কমিতিশিংদা নোমিনেৎ তৌখি। আযোধ্যাগী বাব্রি মসজিদ থুগাইখিবগী বাথোক্তা, মফমদুদা চৎতুনা থিজীল্লুনবা অমসুং বিপোর্ট অমা হাউসতা পীখৎনবা 'হাউস

কমিটি' শেম্বদা ঐহাকপুসু নোমিনেৎ তৌবীখি। মদুমক মশক্লাইবা থৌদাং পাঙথোক্লবদা ঐহাকপু শরুক য়াহনবনি। ভাবতকি মনুংদা অবাং-নোংপোক লম্মু মীবায়বগী মাযোক্তা লোক সভাদা ফোবম অদুনা পুখৎখিবদা চাওনা শরুক য়াখি। বেল লম্বী ফাওদবদগী মণিপুরনা মাযোক্লবিবা খুদোংথিবা কয়া হন্না হন্না পন্দুনা বা ঙাংখি। তৌইগুম্বসুং কেন্দ্র সরকারগী ওইবা ফিরেপ অমা লৌহনবদি শুমখিদে। উচিন-নাচিন্না জীবি ফাওবদং বেল হেদ য়ৌহনখিবদনি।

লোইশিল্লকপদা, পল্লমদনা তোকপা নুংঙাইদ্রে। রাফমদি, 'কবো ভেলিবু' বর্ম্মাদা পীথোকখিবগী মতাংদনি। পার্ল্যামেন্টকী লাইব্রেরিদা বিফরেন্সকী লাইবিক খবা পানবা থিবদা দাক্তব বাম মোনোহব লোহিযানা লোক সভাদা ঙাংখিবা পন্দুপ অমা থেংনব্রবে। মতাংনা, মণিপুরগী লম ওইবম্বা 'কবো ভেলী'বু প্রাইম মিনিষ্টব নেহরুনা বর্ম্মাদা পীথোকখিবা অদুগী মতাংদনি। সোসিএলিষ্ট পার্টিগী লিদব দাক্তব লোহিযানা যান্না অযাকপা রাহৈ শিজীন্নদুনা ঙাংখিবগী বেকোর্দনি। দাক্তব লোহিযানা প্রাইম মিনিষ্টব নেহরুদা 'কবো ভেলী' অদু 'নেহরুগী অহল-লম্মনগী (পেটবনেল) প্রোপবতিবা? ভাবতকী মনুং চল্লবা কবো ভেলীগী লম্মু প্রজাগী অমদি হাউসকী অযাবসু যাওদনা মবন্নাই মপোৎকুম কবিগী পীথোকলিবনো?' হাযনা ঙাংবনি। মদু পারুবদগী ঐঙোন্দসু ইন্সপিরেসন অমা ফংদুনা হাউসতা কবো ভেলী অমুক লৌশিনগদবনি হাযনা খবা কল্লা ঙাংখিবনি। রাফম অদু নেসনেল পেপবগী বিপোর্টব খবনা মরু ওইনা লৌখৎতুনা খবব কাগজশিংদা ফোঙখিবনি।

ঐনা পার্ল্যামেন্ট সেসন অদু লোইবগা যুমদা হল্লকপদা ঐঙোন্দা পামফলেৎ অমা পীরে। পামফলেৎ অদু 'লালহৌ-লুপ' অমগী মীংদা নল্লগা ফোঙবনি। ঐহাক্লা লোক সভাদা কবো ভেলীগী রাফম পুখৎখিবা অদুবু যানিংদবনি। ঐঙোন্দা বার্নিং তৌবনি। বর্ম্মাগা নুংশি চান্নরা লৈমীন্নরবা যান্না মরু ওইবা মতমদা কবিগীদমক নুংঙাইনদবা বা হৌদোক্লিবনো হাযবনি। খুৎলাই পায়বা লুপ অদুগা মুক্লনিংদবদগী ঐহাক্লা মখা চৎথদনা অদুম তোকন্ত্রে। ঐমক্তী লোক সভাদা মচীন চৎপা লিদব খবদা রাফম অদু পুখৎপদা তেংবাংবীনবা হায়নরুরবনি। অদুম তোকন্ত্রে। মখা চৎথিদ্রে।

মণিপুরগী মপান্দা লৈবা মী কাংলুপ অমনা 'বীযুত্রিয়া মণিপুরী' কৌবা লোল অমবু শক খঙবীনবা কেন্দ্র সরকারদা থাঙ্গৎলকপা অদুগী মায়োক্তা লেপখি। রাফর্ম অদু কেন্দ্র সরকারনা খন্নবীগনু হায়না লোক সভাদা পুখৎখি।

ভাবত লান্মীগী ইচং থৌবা অমসুং য়েক্লবগা মাইরোং য়াবদা থৌনা লিংজেল লৈবকীদমক থাগৎ বাহে হায়বদি এপ্রিসিযেসন ফোঙদোক্লুনা বা ঙাংকগা লোয়ননা মণিপুবদা 'আর্মদ ফোর্সেস স্পীসিএল পবাব এক্ট ১৯৫৮' অদু চৎনহনবা পামদে হায়না লোক সভাদা ফোঙদোকখি। তৌইগুম্বসুং কেন্দ্র সবকার অমদি হাউসকী পুক্লিং চিংশিন্নবা হোৎনবদদি মাই পাকপা ঙমখিদে। মণিপুবদা মতম অদুদা ওইখিবা লো-এন্দ ওর্দব য়ান্না ফৎখিদবা ফিভম, হায়বদি ত্রাইবেল এবিয়াদা পাকতক্লনা য়ুম মৈ থানবকপা কম্যুনিতি অমগা অমগা পঙহাৎতো হাৎনবকপা, লোয়ননা তমপাক্তসু খুৎলাই পায়দুনা লালহৌবা লুপ্পসু মীওই কয়ামকম হাৎলকপা পুন্নমক অদু লাকশিনবা ঙম্ননবা হায়বিবা এক্ট অদুগী তঙাইফদবা লৈবি হায়না হাউসপু কনভিন্স তৌখিবননি। চীংগী লমদা, উখ্রুলগী চনুবা বোজ কৌবী অমবু আর্মি কেপ্টেন অমনা 'দি ফ্লাবাব' তৌবদগী ব্রোজনা আত্মাঘাৎ তৌখিবা অদুগুম্বা মীওৎ-মীনৈ অদু পুখৎতুনা এক্ট অদুগী মায়োক্তা কন্না ঙাংখিবনি। তৌইগুম্বসুং মদুদা সবকাবনদি নাচুংবা পোকখিদ্রে।

বাষ্ট্রপতিনা হাউস অনীগী অপুনবা সেসন্দা পীবা ভাসনগী থন্ন-নৈনবদা এমেন্দমেন্ট কযামকম থাঙ্গৎতুনা শকক য়াখি। খৃষ্টাব্দ ১৮৪৯ ওক্তোবব ১৫ দা মণিপুববু ভাবত্তা মর্জ তৌশিনখিবদা মণিপুব প্রজাদা থাজহনখিবশিং অদু থবক্তা কেন্দ্র সবকাবনা পাঙথোকপীদে হায়না পেন্দবা ফোঙদোকখি। মণিপুবগী লম ওইজরবা 'কবো ভেলী' দুম বর্ম্মাদা পীথোকখি। প্রজাগী খোইদৌ শাওগৎহল্লী হায়নসু লোক সভাদা ফোঙদোকখিবনি।

ভাবতকী নিংতম আন্দোলনদা মায়বোং য়াবকখিবা মশক নাইবা অথৌবা কয়াগী মুর্ত্তি পার্ল্যামেন্ট কমপ্লেক্স মনুংদা থমলি। মণিপুরগী নিংতম্বা ঙাক্লবগী লানফমদা ব্রিটিসকী মায়োক্তা লাল হৌরুবগীদমক ব্রিটিস সবকাবনা ফাঁসি তৌখিবা মণিপুবগী যুববাজ বিব টিকেন্দ্রজিৎকী ষ্টেচু অমা পার্ল্যামেন্ট হাউস কমপ্লেক্স মনুংদা খিনফম থোকই হায়না অক্লনবা বাফম অমা ঐহাক্না পুখৎখি।

ঐহাক্না বাজনিটিদগী পোখাববা মতুং চহি তরানিথোইমুক ওইরকপা, খৃষ্টাব্দ ২০০৫ গী আগষ্ট থাদা হিরম অসিগা মরি লৈননা লোক সভাগী সেক্রেটবিএতকী অন্দর সেক্রেটবি অশোক বালবানিনা থাবকপা চিঠি অমা ঐগী য়ুমদা য়ৌরকখি। বাবোলদি পার্ল্যামেন্টকী জোইন্ট কমিটি ওন ইন্সটোলেসন ওফ ষ্টেচু ওফ নেসনেল লিদর্স এন্দ পার্ল্যামেন্টবিয়ানবা ইন্দিয়াগী পার্ল্যামেন্ট হাউস কমপ্লেক্স মনুংদা

বিব টিকেন্দ্রজিৎকী ষ্টেচু খিন্নবা য়াফমনি।'ষ্টেচু অদু থম্নবগী দোনেসন তৌবীগদবা মীওই লৈববদি য়াফম অদু লোক সভাগী জোইন্ট কমিটিদা পুখৎলগে, দোনেসন তৌবা ঙমগনি নৎত্রগা ঙমলোই হায়বা য়াফম থা অমগী মনুংদা খঙহল্লকউ অমদি মতম অসিগী মনুংদা খঙহল্লকত্রবদি মখা তানা ইন্টবেক্ট লৈত্রে লোয়ননা জোইন্ট কমিটিনা ড্রোপ তৌবগনি' হায়না খঙহল্লকপা চেবোলনি।

ঐহাক ইশামক্কীদি অহলগী মতম ওইশিল্লকপা অদুগা য়াফম অসিদি লৈবাক্কী ওইবা য়াফমনিনা, কনাগুম্বা লনাই মীওই, ওর্গনাইজেসন অমদি মণিপুব সবকাবনা হিবম অসিবু পাঙথোকপীনিংবা লৈববদি ঐঙোন্দা (অইবা) পাউ খঙহনবীবরূবা বেদিও অমদি পাউ-চেশিংদা ফোঙদোক্নুনা মীয়ামদা আপিল তৌজখি।

ঐহাক্না মণিপুব মীয়ামগী মীহুৎ অমা ওইনা চৎপদগী ভাবতকী পার্ল্যামেন্টতা ঐখোযগী মীহুৎ অমা লৈজবগী কান্নবা ফংবা হৌখি। ইবমদম অসিদা থোকপা থেংনবিবা থৌদোকশিংগী পাউনিলখোল পার্ল্যামেন্টতা যৌহনবতা নত্তনা লৈবাক্কী মরুওইবা য়া খন্নবা খুদিংমক্তা শরুক যাখি। মণিপুবখক্তগী নত্তবা অয়াং নোংপোক লমদমগী মীহুৎশিংগা লোয়ননা মরুওইবা দাযিত্ব লৌখি। লমদম অসিবু কেন্দ্র সবকাবনা থওইবিদবা, শোৎথহৌববা অপীকপা স্টেটশিংবু অচান মীবান নাইনা যেংবা মীৎযেংবু পার্ল্যামেন্টকী ফ্লোবদা পুথোক্নুনা পেন্দবা ফোঙদোকখি। লমদম অসিদা শেঙ্গুং হেন্না পীনবা, চাওখৎনবগী অখন্নবা স্কিমশিং পাযখৎনবা তক্লখি।

মণিপুবগীদমক এম পি অমা ওইনা হোৎনখিবশিংগী মনুংদা শমলপ্না অমুক পনবা তাববদা ভাবতকী ইতিহাসতা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা মওংদা ভাবতকী সম্বিধানবু শেমদোক্নুনা মণিপুবী লোলবু নিপালশুবা সেদ্যুলদা চলহনখিবদা মাংজিল থাবা মাইপুনবা অমগী থৌদাং লৌখি। মণিপুবদা সেন্ট্রেল এগ্রিকলচবেল যুনিভর্সিটি অমা লিংখৎখিবা অসিসু এম পি অমা ওইনা ঐহাক্না লমদমসিগী পুবকপা কান্নবনি। থেংখাং কযাবক্তা ইম্ফাল ফাওবা বেল লম্বী যৌহন্নবা হাউসকী ফ্লোবদা তক্লখি, মসিগী ফীজিবিলিটি সবভে তৌহনখি, লাইন অসি ফীজিবল ওই হায়না লাওথোকহনখি। মতৌ অসুম্না পার্ল্যামেন্টবি দিবেট চাম কুম্থাতরেৎ (১৩৭) কী মথক্তা শরুক যাখি। মসিগী মনুংদগী খনগৎপা খবথক্কী শম্রম্না য়াবোলশিংসু তোঙান্না থমজবি।

**তরাশুবা লোক সভাদা শরুক য়াখিবা দিবেট/বাহং ১৩৭ কী মনুংদা খনগৎপা বাকম খরগী শম্লপ্পা বারোল ঃ**

তাং ১৮/৭/৯১ ঃ মণিপুব অপীকপা স্টেট অমনি হায়না থওইবিদে। অপীকপা স্টেটতগী কাবকপা মীহুৎশিংবু মখোয়গী লমগী ওইবা বাফমশিং পুখৎনবা, বা ভাংনকগী খুদোংচাবা বাৎনা পী হাযদুনা কন্না পুখৎখি। অমদি অসুন্না অপিকপা অবাং নোংপোক লমগী মীহুৎশিংবু থওইবিবোইদবা লৈববদি তোকচবগে হায়বা বাফমসি হাউসতা পনখি।

তাং ১/৮/৯১ ঃ পুথোক্লিবা ফাইনান্স বিল অসিদা মণিপুবগীদমক্তা থুংলিবা চাকথুং অসি পীকমল্লি। মণিপুবগী চাওখৎ লম্বীদা শিজিন্ননবা পৈশা থাদবিদে হায়না চার্জ তৌদুনা বজেট অদুবু ওপোজ তৌখি।

তাং ২৮/২/৯২ ঃ মণিপুবী লোল অসি সম্বিধানগী ৮শুবা সেদ্যুলদা চলহনফম থোকপগী তঙায়ফদবা অদু হাউসতা পুথোকখি অমদি পাল্লিবা সবকাবনা মসিবু থবক ওইনা ওল্লোকপিনবা হায়জখি।

তাং ৫/৩/৯২ ঃ মণিপুবগী অমতা ভায়ববা য়ুনিভর্সিটিদা থাদবিবা শেনফম অসি হেনগৎপিনবা অমদি পৈশা বাৎপনা মবম ওইদুনা মাযোক্লবিবা অবাং-অপা কেন্দ্রনা মতিক চানা য়েংশিনবিনবা তক্লখি।

তাং ২৭/৩/৯২ ঃ চহিসিগী পুথোক্লিবা বজেটতা মণিপুরগীদমক্তা কাইথোক্লিবা শেনফম অসি অতৈগা চাংদম্নবদা য়াম্না নেম্মী। অপীকপা স্টেটশিংনা অচৌবা স্টেটশিংগী মবক্তা অচান মীবাই নাইবগী মিৎয়েং লৈবে অমদি অবাং নোংপোক লমগী স্টেটশিংবু হন্দক্কী বজেটসিদা থওইবিদ্রে নেগ্লেক্ট তৌবিরে হায়না চার্জ তৌবদুনা বজেটসিবু ওপোজ তৌখি।

তাং ৪/৫/৯২ ঃ মণিপুবী লোলগীদমক মণিপুব অমদি দিল্লীদা চৎথবিবা খোঙজংশিং সভাদা পুখৎতুনা খঙহনখি অমদি সবকারগী মাইকৈদগী প্রজাগী অপাম্বা অনিংবা থুংহন্নবা করি খোঙথাংশিং লৌখৎপিববগে হায়না হংখি।

তাং ১৩/৭/৯২ ঃ মণিপুরগী লম কয়া লোক্তাক প্রোজেক্টনা মাঙহল্লিবা অমদি প্রোজেক্ট অসিনা স্টেট অসিদা কয়া যান্না কান্নবা পীবিবগে, প্রোজেক্ট অসিদগী স্টেট অসিগী চাকথুং কয়া থুংলিবগে হায়বগী মতাংদা ৱাহংশিং হংখি।

তাং ৭/৮/৯২ ঃ সম্বিধানগী নিপালগুবা সেদ্যুলবু শেমদোক্লুনা মণিপুরী লোল অমদি নেপালী লোলবু সেদ্যুল লেঙ্গোইজ অমা ওইহন্নবা পুখৎলকপা মোসনবু পাস তৌহন্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং মাইপুননা লৌখি।

তাং ১৮/৮/৯২ ঃ Armed Forces শিংগী বিল খন্নবদা লৈবাক অসিবু ঙাক শেল্লিবা আর্মদ ফোর্সেসশিংবু মোবেল ৱাংনা অমদি ফিভম চানা থম্বগী তঙাইফদবদু পনবগা লোযননা অৱাং নোংপোক লমদা লৈবাক্কী আইন নিয়মগী ৱাংমদা মীচম প্রজাদা ওৎ-নৈবা নুপী ওইবিশিংদা নৎতবা লিচৎ চৎপগী হৈনবী অসিনা মখোয়বু মীযাম্না ওকুপেসন ফোর্স ওইনা উবে। অসিগুম্বা অহেনবা শাজৎ লিচৎশিং অসি থিংননবগীদমক মবাল লৈবা পর্সোনেলশিংবু মতিক চাবা দণ্ডি পীফম থোকই, নুপী-অঙাংদা অবানবা লিচৎ চৎপগীদমক শিবফাওবগী দণ্ডি পীফম থোকই হায়না হাউসতা থমখি।

তাং ৮/১২/৯২ ঃ স্টেটশিংদা চাওখৎনবগীদমক কেন্দ্র সবকাবনা পায়খৎলিবা স্কিমশিংগী মতাংদা মণিপুরগুম্বা শোৎথহৌববা অপীকপা স্টেটশিংদদি পাযখৎতবগা অমহানি। অযাম্বা স্কিম লোইনমক অচৌবা চাউখৎলবা স্টেটশিংদা ওইনা পাঙথোক্লে হায়বগী পেন্দবা ফোঙদোকখি। অসিগুম্বা স্কিমশিং অসি মশাগী পোখোক ৱাৎলবা অপীকপা স্টেটশিংদা হেন্না পায়খৎনবা তকশিনখি।

তাং ৯/৩/৯৩ ঃ বেলৱেগী ওইবা বজেট খন্নবদা মণিপুরগী তম্পাক ফাওবা বেল লম্বী যৌহনবিনবা ৱাফম পুখৎখি।

তাং ২৪/৩/৯৩ ঃ বাম জন্ম ভূমিগী মতাংদা থোকখিবা থৌদোক ৱাথোক্কী খন্নবদা শরুক যাবদুনা মণিপুরগীসু অসিগুম্বা পাবি-পুবিগী লাইফম ওইবিবা কংলাগী ৱাফম সভাদা পুথোকখি।

তাং ২৬/৩/৯৩ ঃ মণিপুরদা স্পীকর অমদি জুদিসিয়্যারী অনীগী মবক্তা থোক্লিবা বাথোক অমদি মসিগী মতাংদা য়ুনিয়ন গভর্মেন্টকী ওইবা ফিরেপকী মতাংদা ৱাহংশিং হংখি।

তাং ৪/৫/৯৩ ঃ মণিপুরদা থোক্লিবা কাংলুপকী ইবাংগী মতাংদা য়ুনিয়ন গভর্মেন্টনা কবি অখণ্ডবা লৈ। ইবাং অসিবু স্টেট গভর্মেন্টনা লাকশনবা ঙমদ্রবনিনা য়ুনিয়ন গভর্মেন্টনা লাকশন্নবা কবি খোঙথাং লৌখৎপিগনি হায়না হংখি।

তাং ১২/৮/৯৩ ঃ লৈবাকসিগী ওইনা ফোরেন এক্সচেঞ্জ মতিক চানা লৈহন্দুনা ইকোনোমিকেল পরার শাগৎপগী তঙাইফদবা পল্লদুনা স্মগ্লিং/হুরান লান্নাগী ললোন-ইতিক্না লৈবাকসিদা মাঙহল্লিবা অদু সভাদা থমখি। ইল্লিগেল ট্রেড অসি রিগুলেট তৌথোক্লবদি মণিপুরগুম্বা স্টেটকী দবকার লৈববা রিভেনিউ লাকফম অমা ওইগনি হায়না হাউসতা পুথোকখি।

তাং ২১/৮/৯৩ ঃ অবোনবা লম্বীদা ময়াই কাবা চিঙ্গাকশিং পুশিল্লকপা মসিনা মণিপুরদা থোকহল্লিবা প্রোব্লেমশিং অমসুং মসি থিংনবা পাম্বৈশিং হাউসতা পুথোক্লুনা খন্নখি।

মোইবাংদা নেতাজী সুভাসচন্দ্র বোসকী মুর্ত্তি থুগাইখিবগী ৱাফম সভাদা পুথোকখি।

তাং ১৯/৩/৯৪ ঃ সেক্যুরিটি ফোর্সশিংনা মরম চাদনা নোংমৈ কাপ্পা, দিপুটি কমিস্নারগী ওফিসিয়েল গাডিদা নোংমৈ কাপ্পগী ৱাথোক সভাদা পুথোক্লুনা খন্নখি।

তাং ২৭/৪/৯৪ ঃ রেলৱে বিল খন্নবদা শরুক য়ারদুনা মণিপুরগী তম্পাক লম ফাওবা রেল লাইন য়ৌহন্নবা অমুক্কসু তকশিনখি। মসিগী মতাংদা সরকারনা থৌওইদনা লৈথোকপবু পেন্দবা ফোঙদোকখি।

তাং ১৪/৬/৯৪ ঃ মণিপুর ম্যুনিসিপালিটিজ এক্ট খন্নবদা শরুক য়ারদুনা, ম্যুনিসিপালিটি অমদি নগর পঞ্চায়েটশিংবু হেন্না শক্তি লৈহন্নবা অমদি চাওখৎ থৌবাংশিং পায়খৎপা ঙমহন্নবা স্টেট ফাইনান্স কম্মিসন লিংখৎপিনবা য়ুনিয়ন মিনিষ্টরদা তক্লখি।

তাং ৪/৮/৯৪ ঃ লোক্তাক দাউনস্ট্রিম প্রোজেক্ট অসিগী ক্রিযাবেল্স পীবিদুনা স্টেট অসিনা থেংনবিবা মৈগী অৱাবা কোক্লবা শিনবিনবা তক্লখি। অপীকপা স্টেটনি হাযবগী উশিংতদুনা ক্রিয়াবেল্স অসি নমশিন্দুনা থম্বনি, অচৌবা স্টেট মহাবাষ্ট্রগুম্বা ওইবন্নবদি অসুন্না তৌবল্লোই হাযনা পেন্দবা ফোঙদোকখি, লোয়ননা ক্রিযাবেল্স অসি থুনা পীবিনবা তকশিনখি।

তাং ২৪/৮/৯৪ ঃ 'TADA' বু পাল্লিবা সবকাবশিংনা লালহৌবা নমথবগী নম্মাদা খুৎলাই ওইনা শিজিন্নদুনা লাঞ্জদবা কয়াবু ওৎ-নৈবে। মণিপুবদা এক্ট অসিগী মখাদা নহাবোল কযা অমবু মবাল লৈবা-লৈতবা থিদনা ফাজিন্দুনা থল্লে হায়না ফোঙদোক্লুনা এক্ট অসিবু মুৎথৎনবা তকশিনখি।

তাং ২৬/৮/৯৪ ঃ কা-হেনবা নীতি চৎপা নহাবোলশিংগী মখুত্তা অমদি পুলিসকা খুৎ থোক্লবদা লৈখিদবা মীওইশিংগী ইমুং-মনুংদা মতেং পাংবদা মণিপুবগা অতৈ স্টেটশিংগা খেন্নবা লৈবিবসি লৈহনদনবা তকশিনখি। লোযননা স্টেটশিংগী বিসোর্স খেন্নবা লৈবনিনা বিহেবিলিতেসন প্রোগ্রাম অসি সেন্টবনা পুবিনবা তকশিনখি।

তাং ২০/৩/৯৫ ঃ কষ্টম এণ্ড তাবীফকী বিল খন্নবদা শরুক যাবদুনা কষ্টমদগী কাবকপা শেনফমশিং অসি স্টেটশিংগী শরুক থুংফম থোকই। মণিপুবগুম্বা অপীকপা স্টেটতদি মসিনা অচৌবা আয় কাহন্দুনা বিসোর্স কনস্ট্রেন্টকী অৱাবসি কোকহনবা ঙমগনি হাযনা ফোঙদোকখি।

তাং ২৭/৩/৯৫ ঃ পীক্লবা স্টেটশিংনা পুল্লীবা নোর্থ ইষ্টকী লমদমসিবু চাওখৎনবা প্রোপোজেল অমত্তা যাওদে লমদমসিগা নাগালেণ্ড, মেঘালয়, অরুনাচল অমদি মণিপুবগুম্বা স্টেটশিংবু য়ুনিয়ন গভর্মেন্টি মকওইনা ফাইনান্স মিনিস্ত্রীনা থওইবিদ্রে। পোটেন্সিয়েল লৈববসু ফণ্ড মতিক চানা পীবিদবনা শেমগৎপা ঙমদদুনা লৈবে। লমদম অসি লৈবাকসিগী শরুক নত্তবগুম্না তৌবিবে হায়বগী পেন্দবা ফোঙদোক্লদুনা লমদম অসিদা পৈশা

থাদবিনবা তকশিনখি। লোযননা মণিপুবগী লমখৈ কবিগুম্বা মওংদসু কনাগুম্বা কাংলুপকী যেংদুনা মাঙহনবা যাবোই। মদুগীদমক মণিপুব মীযাম্না থবাযনা পোম্থা ওইদুনা থেংনগনি হায়না য়ুনিযন গভর্মেন্টিতা অকনবা বাফম থমখি।

তাং ১০/৫/৯৫ ঃ আর্মিনা লৈবাক অসিখক্তদা নত্তনা মপানগী লমদা ফাওবা লৌবিবা থৌদাংবু শিংথাবগী খন্নবদা শকক যাবদুনা অসিগুম্বা পান্দমনিঙাই ওইববা আর্মিশিংনা মণিপুব অমদি অবাং নোংপোক্কী লমদমশিংদদি ইতৎ-তত্তনা কা হেনবা থবক থৌওং কযা পাযখৎপা অমদি মখোযগী অহেনবা লিচৎপু লাকশিনবা তঙাইফদে। মওং অসিনা মখোয়বু ওকুপেসন ফোর্স ওইনা উহল্লে হাযনা ফোঙদোকখি।

তাং ৩/৫/৯৫ ঃ ইম্ফাল ফাওবগী বেলবে লাইন অসি শেন্দোং লৈবোই অমদি ফগু লৈতবা মবম্না শাবা ঙম্নোই হাযবা সবকাবগী ফিবেম্পু শীংনবদুনা কাশ্মীব ফাওবদি মাঙলবসু মাঙনা বেল লাইন য়ৌহনবা ঙম্নগা ইম্ফাল ফাওবা য়ৌহনবা ঙমদবসি পোলিটিকেল দিসিজননি হায়না চার্জ তৌখি। প্রধান মন্ত্রী মশামক্না অবাং নোংপোক লমদম অসি মশামক্না য়েংশিনগনি চাওখৎনবা শিনগনি হায়বগা হন্না ফাওবা যেংবিদ্রে। অসুম্না থওইবিদ্রবনি। মণিপুবগী মর্জব এগ্রিমেন্ত অদু অমুক হন্না খন্নবা তঙায় ফদবে, মণিপুবগী মীযাম্না মণিপুব অসি অমুক হন্না ভাবত্তগী তোখাইনা লৈফম থোক্তববা হায়বগী বাফমশিং খন্নবা হৌনবক্লে হাযনা হাউসতা থমখি। হৌজিক হৌজিক জিবিবামগী চিপ্লীং প্লান্টতা বেগোন মতিক চানা পিবিদবদগী স্টোক ময়াম অমা মাঙদুনা লৈবে হায়নসু পনখি।

তাং ৮/৫/৯৫ ঃ মণিপুবীশিংগী ওইবা শক্তম্বু বীষ্ণুপ্রিয়াশিংনা য়ানশিন্নদুনা মাঙহন্নবা শিন্নে। মণিপুবগী তোপ তোপ্লা শক্তম মাঙহন্নোইদবনি অমদি বীষ্ণুপ্রিয়াগী বাফম কবিগুম্বা ফিভমদা য়াফম থোক্তে হায়না তকশিনখি।

তাং ১৭/৫/৯৫ ঃ ইম্ফাল অমদি গুৱাহাতিগী মবক্তা ফ্লাইট কেন্সেল তৌবা অসি মবম চাদে। নেসনেল হাযবে ৩৯ অসি খুদোংথিবা মবন্না ফ্লাইট অসি খুদক্তা থন্নবা এভিযেসন মন্ত্রিদা তক্লখি।

তাং ২২/৫/৯৫ ঃ পুথোক্রিবা বিল অদুদা মমাংঙৈগুম শোথহৌববা অৱাং নোংপোক লমদমগীদমক কবিগুম্বা অনৌবা প্রপোজেল অমত্তা যাওদে। ফগু অসি অচান মীবাই নাইনা থাদবা মবন্না বিজনেল ইমবেলেন্স থোক্কে। লমদম অসিবু তশেংনা থওইবিদ্রে হাযবসি খঙলে। লমদম অসিদা মীশি মীনা থোক্লবসু প্রধান মন্ত্রী নৎত্রগা অতোপ্পা মীওই অমফাওবা লাক্তুনা যেংশিল্লবা তৌদে। অতোপ্পা স্টেশিংদদি থৌদোক মচা অমা থোকপগীসু প্রধান মন্ত্রীনা চৎতুনা যেংশিল্লি। মতৌ অসুন্না যুনিযন গভর্মেন্টনা লমদম অসিদা থমলিবা মীৎযেংসি হোংদোক্লবদি লমদম অসিগী মীওইশিংদগী সপোর্ট ফংলোই হাযনা হাউস্তা থমখি।

তাং ৩/৫/৯৫ ঃ কংলাদগী অসাম রাইফলস লৌথোকপগী মতাংদা কেন্দ্র সবকাবগী কবি ফিবেপ লৈববগে? মসি পাঙথোক্লবা কবম্বা থৌবাং লৌখৎলবগে হাযনা হোম মিনিষ্টবদা হংখি। প্রসিদেন্ট রুল শাংদোকপগী মতাংদা কাস্মীবদা ওটোনোমি পীবা তাববদি মণিপুব অমদি অৱাং নোংপোক লমগী স্টেটশিংদসু ওটোনোমি পীগদবনি হাযনা থমখি। লোযননা কংলাদগী আসাম রাইফলস লৌথোক্তুনা মণিপুব প্রজাগী অনিংবসি থুংহল্লু হাযখি।

তাং ২৭/১১/৯৫ঃ ইম্ফাল দিমাপুর নেসনেল হায়বেদা থেংনৱিবা খুদোংথিবশিংগী মতাংদা কেন্দ্রগী ফিবেপ অমদি ইম্ফাল জিবিবাম অসি পাকথোক্লবা কবি খোঙথাং লৌখৎলবগে হাযনা হংখি।

তাং ২২/১২/৯৫ ঃ কংলাদগী আসাম রাইফলস লৌথোক্লবগীদমক মণিপুব হুপনা চঙশিল্লিবা খোঙজং, ৱাফম অসিবু কেন্দ্র সরকারনা থৌওইবিদবা অসিনা মণিপুব মীযামগী অপাম্বা অনিংববু

খোঙনেৎনবে। আসাম রাইফলস অসি যাম্না থুনা লৌথোক্নুনা প্রজাগী পেন্দবা অসি কোকহন্নবা তরুখি।

তাং ১১/৩/৯৬ ঃ ইন্তবিম বজেদ অসি খন্নবদা কেন্দ্র সবকাবনা অৱাং নোংপোক্তা য়েংলিবা মীৎযেং অসি অমুক্তা হন্না পুখৎখি। প্রধান মন্ত্রী মশামক্তা হাউসতা নোর্থ ইস্টর্নগী প্রোব্লেমসি য়েংশিনগনি হায়না লাওথোকখ্রগা পুথোবক্লিবা বজেদ অসিদি মীযামগী থাজবগী বাংমদনি, মণিপুরবু ইন্দিয়াদা তিলহনখিবা মতমদা লম মাঙখিবা অমদি কখোকখিবা কয়া অমগী মমল ফাওবা হঞ্জিন্দ্রি হায়বগী বাফম পুখৎখি। থাদবক্লিবা শেনফমগী অয়াম্বসু লো এন্দ ওর্দবগীদমক শীজিন্নখি অদুনা স্টেট অসিগীদমক হেন্না চাওবা পৈশা কাইবিনবা তকুখি।

পুলিসকী ইন্দেসক্রিমিনেট ফয়াবিংদা য়ুনিফোর্ম শেৎলিবা নেতাজি কৌবা ছাত্র অমনা লৈখিদবা মদুদগী ওইবক্লিবা লৈবাক্কী ফিভম হাউসতা পুথোকখি। অমসুং মতুংদা অসিগুম্বা থৌদোকশিং থোকহন্দনবা স্টেট সবকাবদা দাইরেক্তিব পীনবা তকশিনখি।

তাং ১২/৩/৯৬ ঃ 'হাবালা' কেসকী মতাংদা দেমোক্রেসিগী বাংলবা পান্দমবু ওাক্লবগীদমক প্রধান মন্ত্রীনা ফম থাদোকফম থোকই হায়না ফোঙদোকখি।

মথক্কী বাফমশিংসি লোকসভাগী সেক্রেটরিয়েটনা ফোঙবা কম্পুটরাইজ দাতাদগী খনগৎচবনি।

## মণিপুরী লোলবু সম্বীধানগী নিপালগুবা সেদ্যুলদা চলহনখিবা

'মণিপুরী লোল' হায়গদ্রা নৎত্রগা 'মৈতৈ লোল' হায়গদ্রা হায়বগী য়েৎনবা অদু লৈনা লৈনমক ফিভমনা যাদবদগী 'মণিপুরী লোল' হায়না ভারত সম্বীধানগী নিপালগুবা সেদ্যুলদা চলহনখিবনি। ফিভম অদুমক্তদা লোল অসিগী ময়েকসু বাঙ্গলা ময়েক্কা ওইখিবনি। ফিভম অদুদি অসিনি। মৈতৈ লোল হায়বসু যারোই, ময়েকসু মৈতৈ ময়েক্কা ওইবা যারোই হায়দুনা মী কাংলুপ খবদগী কেন্দ্র সবকাবদা মেমোরেন্দম পীদুনা, দবথাক্ট থাদুনা য়াম্না কন্না য়েৎলকখ্রবনি। মদুগী অঙম তাম্নদুনা

লৈবা তাবগদি লোল অসিবু নিপালগুবা সেদ্যুলদা চলহনবা হায়বা অদু হৌজিক হোবেলগী বা ওইবোইদৌবে। অদুম যেৎনদুনা লোইবা নাইদনা তোকপা তাবে। অদুগুম্বা ফিভম অদুদা কমদৌনা ভাবত সম্বীধানগী নিপালগুবা সেদ্যুলদা মণিপুবী লোলবু চলহনখিবগে হাযবা অদু লাইবিক অসিদা ফেংদোক্লি।

ভাবত সম্বীধানগী নিপালগুবা সেদ্যুলদা হান্ননা লোল ১৫ চন্দুনা লৈববনি। মদুগী মথক্তা লোল কযামকম হাপকৎপীযু হাযবগী দাবী পবেং অমসু লৈববনি। মদুগী মনুংদগী মণিপুবী লোলবু শকৎলগা সেদ্যুল অদুদা যাওহনগদৌবিবনি। 'মণিপুবী লোল' হাযবা বাহে অনীমক অসি সেদ্যুল অদুদা চলহন্নবগীদমক কনষ্টিট্যুসন এমেন্দমেন্ট বিল অমা পার্ল্যামেন্টতা পুখৎলগা মদু লোক সভা অমসুং বাজ্য সভানা পাস তৌগদবনি। খুৎ যান্না চঙখ্রবা থবকনি, অবাইবা থবক নত্তে। লোক সভাগী অপুনবা এম পি মশিং ৫৪৫ গী শক্তক অহুম থোকপগী অনীনা হাউসতা খন্নবা অদুদা শক্তক যাবগা লোযননা মদুগী অয়াম্বা মশিংনা বিল অদু যাবগা পাস তৌগদবনি। মদু ওইহনবদা খুদোংচাবা ফংলক্তবদগী চহি কযা ঐখোযগী নুংশিজববা ইমাবোল অসিনা মাঙজদুনা লাক্লবনি। মতম্না পুবীবক্তুনা, তাইবং শেম্বীবা মপু ইবুংঙো অমসুং শ্রীগোবীন্দজীগী থৌজালদগী লোযননা মণিপুব ইমামক্কী অনিংবদগী ভাবতকী ১০গুবা লোকসভানা মণিপুবী লোল অসিবু ভাবত সম্বিধানগী নিপালগুবা সেদ্যুলদা চলহনবীখিবনি। অদুগুম্বা নুমিৎ অদু মণিপুবগী ইতিহাসতা অনৌবা তাঙ্কক অমা ওইনা সনাগী মুক্তা ইদুনা লৈবগদবনি। নুমিৎ অদু খৃষ্টাব্দ ১৯৯২ গী আগষ্ট থাগী তাবিখ ২০ নি।

ভাবতকী সম্বিধান শেম্বা মতম অদুদদি মণিপুবদি ভাবত্তা তিনখিদ্রি। মদুনা মক ওইবা মবম ওইবদুনা মণিপুবী লোল অসি সম্বিধান অদুগী নিপালগুবা সেদ্যুলদা চলহৌদ্রে। নম হাদুনবু ওইববসু মণিপুববু ভাবত্তা তিলহল্লবদা মণিপুরী লোলসু নিপালগুবা সেদ্যুল অদুদা হাপফম থোক্লবনি। লাইবক থিবনা মর্জবগী মতমদা হাযনবা অমদি ইনবা লৈনহৌদ্রবনিনা মখুৎ চল্লবা মতমদদি কেন্দ্র সবকাব পুবা কনা অমৎতনা থৌশাবীদ্রে। মতম শাংনা ঐখোয়গী ইবোল অসি শক খঙবীদবা ওইদুনা লৈবে। ভাবতকী পার্ল্যামেন্টতা ঐখোয়গী ইবোল মণিপুরীদা বা ঙাংজবা ফাওবা যাদ্রে। ইজৎ মাঙলে, অসিদগী হেন্না ইকাইনিংঙাই লৈত্রে।

অসিগুম্বা ফিভম অসিদা মণিপুবগী প্রজানা খাঙদুনা লৈবা ঙম্নবকত্রে। দাবী তৌবা হৌবে। অহানবদা নৎত্রগা অঙনবা খোঙথাংদা অখন্নবা মীশক খবা

অমসুং ওর্গেনাইজেসনগী মীহুৎ খবনা কেন্দ্র সবকাবদা হায়জ-চৎচবগী মওংদা দবথাষ্ট থাদুনা হোৎনৈ। মথংদা দিল্লীদা দেলিগেসন চৎতুনা প্রাইম মিনিষ্টব, হোম মিনিষ্টব অমসুং অতৈ লুচিংবা কয়াগা উনদুনা, মেমোবেন্দম পীদুনা হোৎনৈ। কান্নবদি ফংদে। খন্নগে, তান্নগে, য়েংগে হায়বগা লোইবে। উপায লৈতে কবিসু তৌরুনিংঙাই লৈতে।

ঐহাক অমসুং ঐহাক্না মোৎ তিন্নবা ঐখোয় কযামরুমগী অচেৎপা ফিরেপতি অসিনি, মদুদি, মণিপুরী লোলবু সম্বিধানগী নিপালশুবা সেদ্যুলদা চলহন্নবগীদমক্তদি হাযজ-চৎচবা, বানোম্বনা সুপকান কান্নরোই। বাজনিতিগী ওইবা বাফম, ইশু অমা ওইনা পুখৎতুনা থেংনবগা নমদুনা চলহনগদবনি। মদুমক ওইহ্রবনি। মতমদুদা মণিপুব পিপলস পার্টিনা বাফম অসি পোলিটিকেল ইশু ওইনা লৌখৎখি। পার্টি অসিগী ইলেক্সন মেনিফেস্টোদা ফোঙদোকখি। খুদম হাযববু, নাগালেন্দনা মপুং ফাবা স্টেট ওইহ্রগা মণিপুবনা মপুং ফাবা স্টেট ওইবা ফংদনা মতম শাংনা ইকাইবা নংখিবা অদুনি। মমৈথংদা বাজনিতিগী ইহৌ শাগৎতুনা অকন্নবা আন্দোলন তৌবগা নমদুনা মণিপুবগী স্টেটহুদ লৌখ্রিবা অদুনি।

মণিপুবগী সমস্যাবু মমুৎ তানা খঙবীবা লোযননা মদু কোকুনবা অততাই ওইনা হোৎনবিগদবা দিল্লীদা কনাবু লৈবগে? ঐখোযনতা, মণিপুবদি লাইগী লৈবাকনি, ঐখোয় লাইগী মচা ঙাক্তনি হাযদুনা পনুংদা নুংঙাইদুনা পানজবা লৈবাক্লি। অদুগা মণিপুবগী মপানগী মীনদি ইখঙ খঙবীদনা পাল্লকপনি। মতাং অসিদা ঐনা নিংশিংলকপা অমখক লৈবে। মণিপুববু মপুং ফাবা স্টেট ওইহল্লু হায়নবগী দিল্লীদা চৎপা দেলিগেসন অমদা ঐ ইশামক য়াওরকই। মতম অদুগী ভাবতকী বাষ্ট্রপতিদি লৈখিদ্রবা ভি ভি গীবিনা ওই। মহাক্না অহানবমক্তদা অসুন্না হংলকই, 'নখোয়গী হেদ হনতিংগী থবক্তু হৌজিকসু অদুম্মক চৎথবিব্রা?' ঐখোয দেলিগেটশিংগী মবক্তগী অমনা মদুদি নাগালেন্দদা চৎনবম্বগী বানি, ঐখোয মণিপুবদদি অদুগুম্বা অদু চৎনদে হায়না শেংদোকখি। ভাবতকী বাষ্ট্রপতি ফাওবনা মুন্না খঙবীদ্রবা মণিপুবগী ফিভমনি।

মণিপুবী লোলগীদমক কন্না তকশিন্নখিবা অসি শ্রীমতী ইন্দিবা গান্ধীনা প্রাইম মিনিষ্টব ওইববা মতমদনি। ইয়া যাবগদবগুম হেক উহল্লগা ফজনা হৈশিংনা নানথোকপা হৈবী লুচিংবীনি। মণিপুবগী প্রজা মীহুৎশিংনা, ওর্গেনাইজেসন কযাগী মীহুৎশিংনা তোয়না হন্না হন্না হায়মনবদগী মণিপুবী লোলগী বাফম অসি পব্রিক

ইশু অমা ওইবে হায়বা ফাওবদি লুচিংবী অদুনা খঙবীগ্রবনি। তৌইশুম্বসুং থবক ওইনদি পাঙথোকপীবমদ্রে। মহাক্কু পাঙথোকপীগে হায়ববদি অরুবা নত্তে। মাগী মখুত্তা শক্তি যান্না লৈবা মতম অদুদদি কনষ্টিট্যুসন শেমদোকুবগী ৱাফম অদু পার্ল্যামেন্টবু যাহনবদা যান্না অরুবা থবক নৎতে। অদুবু তৌবিখিদ্রে।

শ্রীমোবাজী দেশাইনা প্রাইম মিনিষ্টব ওইবা মতম অদুদনা অমুক্কা হেন্না নিংবা কায়নখ্রে। মহাক মশামক্কা মণিপুবদা লাক্রম্বা অদুদা মঙোন্দা সিভিক বিসেপসন অমা কোনুং লম্পাক্তা পীখি। বিসেপসন অদুগী মাইপুনবগী মাইকৈদগী পীবা মেমোবেন্দম অদুগী পাউখুমদা মহাক্তি মণিপুবী লোলবু সম্বিধানগী নিপালশুবা সেদ্যুলদা চলহনবা হাযবা ৱাফম অসি সুকয়া যানিংদে হাযনা লাওথোকখি। মদু তাবদা প্রজানা যান্না পেন্নখিদ্রে। বাজিভ গান্ধিনা প্রাইম মিনিষ্টব ওইববদা, মহাক্কী মপান ফবিঙে মতম অদুদা মণিপুব প্রজানা যান্না আশা তৌনখি। কংগ্রেস পার্টিগী, মণিপুব স্টেট ইউনিৎকী থৌপুবশিংনা লোলগী ৱাফম অসি মণিপুবগী যান্না মক ওইববা পোপুলাব ইসু অমা ওইববনা তাঞ্জা অদুগী খুদোংচাবা পুন্নমক লৌননবা কন্না হোৎনবনি। অদুবু লাইবক থিবদি বাজীভ গান্ধিনদি মখোযগী মাই ঙাকপীখিদ্রে। মহাক্কী অরোইবা খোঙচত্তা মণিপুবদা লাক্রম্বা অদুদা ক্বাকৈথেল ত্রাউগী লম্পাক্তা তৌবা ইলেক্সন মিটিং অদুদা মণিপুবী লোলগী ৱাফম অসি পাঙথোক্কবা তৌগনি হাযনা লাওথোকপীনবা মঙোন্দা কন্না তক্কখিবনি। অদুবু মহাক্কা মদুদা সুপযা যাখিদে।

ভি পি সিংহনা প্রাইম মিনিষ্টব ওইবকপদা অনৌবা আশা অমা তৌনবকই। মঙোন্দা হাযনরুবশিং অযাম্বগী পুক্নিংদা থাজবা অমা পোক্কখি। এম পি শিগী মাযকৈদগী হায়নজবদদি মহাক্কা সুপসোয় সোযদনা মণিপুবী লোল অসি নিপালশুবা সেদ্যুলদা চলহন্নগনি হায়না এসুবেন্স পীবকখ্রবনি। ঐখোয়গী লাইবক থিবনা মহাক্কা লাওথোক্রগনি হাযনা থাবকপা নুমিৎ অদু যৌদ্রিঙৈদা মহাক্কী সবকাব অদু কাযখিবনি।

অসুম তৌনা মণিপুব প্রজাগী মহৎ শিন্দুনা সংস্থান কয়ানা মণিপুবী লোলগীদমক শেম্বা দিমান্দ কমিটি, জোইন্ট একসন কমিটি কয়ানা অমদি ছাত্র মহৈবোইশিংগী ওর্গেনাইজেসনশিংনা হোৎনবা যাবা, হাযনবা য়াবা, লাওবা য়াবা লাওদুনা হোৎনবকপদা মাই পাকত্রে, থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙমদ্রে।

ভাবত পার্ল্যামেন্টকী তবাগুবা লোকসভাগীদমক ইলেক্সন মেনিফেষ্টোদা পার্টি খুদিংমক্কা মণিপুবী লোলবু ভাবতকী সম্বীধানগী নিপালগুবা সেদ্যুলদা চলহনগদবনি হায়না ফোঙনবে। চপ চানা পোলিটিকেল ইশু ওইরে, যান্না পোপুলাব ওইববা ইশু ওইবে।

মণিপুবদা কংগ্রেস যাওদবা পার্টি কযামকমনা চুংশিন্নবা সবকাব অমা লৈবগা লোইননা ইউনাইটেদ ফ্রন্টগী কেন্দিদেৎ ওইনা ঐহাকপু এম পি পি গী মাযকৈদগী তবাগুবা লোকসভাগী মীখল অদুগী কেন্দিদেৎ ওইনা থাগৎপীবে, লোযননা মণিপুবগী প্রজানা ঐহাকপু খনবীবে। ঐহাক্কা কাদ্রিঙৈদগী হৌনসু অদুগা কাববদা মণিপুব প্রজাগী মফমদা ৱাশকখিবনি, মদুদি, ঐহাক্কা পুগদবা চহি মঙাগী তার্ম অদুগী মনুংদা মণিপুবী লোল অসিবু সোযদনা ভাবতকী সম্বীধানগী নিপালগুবা সেদ্যুলদা চলহনগনি হাযনা। ৱাশক অদু মপুংফানা ঙাকখি অমসুং থবক ওইনা পাঙথোকখিবনি। ঐগী ৱাশক অদু কবম তৌনা পাঙথোকপা ঙমখিবগে হাযবা অদু তেনতক্কা মখাদা নৈনজবি।

মণিপুবী লোলবু সম্বীধানগী নিপালগুবা সেদ্যুলদা চলহনবীযু যাদবগী কেন্দ্র সবকাবগী মথক্তা পেন্দবা ফোঙদোকপগী অক্নবা প্রোগ্রাম কযামকম মণিপুব প্রজানা পায়খৎলে। মণিপুব বন্দ কৌবা, খুৎথাং চবা হেনবা, ছাত্র-মহৈবোইশিং অমসুং নহাবোলগী ক্লবশিংনা হিন্দীগী ফিলম উৎপা থিংবা, হিন্দীলোন্দা নম্বা কেসেৎনচিংবা উৎপা থিংবগী খোঙজং চঙশীন্রে। নিপা-নুপী, অহল-নহা, জাতি-বীজাতি খায়খিদ্রে। মণিপুব প্রজা চপ মান্ননা হৌবে। দিল্লীদা চৎতুনা শিদ্রিফাওবা চবা হেনবগী খোঙজং চঙশিন্নবে। দিল্লীদা আই পি সিগী ধাবা ১৪৪ চলাইবা অদু থুগাইদুনা জেল চঙনবা য়াওবে। বাজনীতি দল পুন্নমক্কী মীহুৎনা প্রাইম মিনিষ্টব শ্রীনবসিং বাও উনদুনা হায়নবা য়াবা হায়নবে। অদুবু থবক ওইনা পাঙথোকপীনবদি কেন্দ্র সরকাবনা লৌখৎপীদ্রে।

লোক সভাদা ঐগী মীংদা ৱাফম অসিদা প্রাইভেৎ মেম্ববগী বিল পুখৎলে। হাউসনা মদুসু এডমিৎ তৌবীবে। হোৎনবা য়াবা, তৌবা য়াবা তৌববফাওবদা সবকাবগী মায়কৈদদি অথুবা মতমগী মনুংদা থবক পাঙথোক্কগী থৌবাং লৈত্রে। কেন্দ্র সবকাবগী কনাগুম্বা মন্ত্রি নৎত্রগা ওফিসাব অমৎতনা মণিপুবগীদমক্তা অততাই ওইনা হোৎনবীনবা লৈত্রে।

মতমনা পুৰীবকপা অহোঙবা অমা লাক্রে। লোক সভাদা পার্টি অমত্তনা এবসোলুৎ মেজোবিতি ওইবা ঙমদ্রে। কংগ্রেসনা লোক সভাদা এবসোলুৎ মেজোবিতি ওইদ্রে। কংগ্রেস পার্টিখক্তনা এবসোলুৎ মেজোবিতি ওইদুনা কেন্দ্রদা মতম কুইনা পান্নকপা অদুগী যুগ লোইখ্রে। অদুন্নদি ওইবগা, তবাঙবা লোকসভা অসিদা কংগ্রেসনা সিংগল লাবজেষ্ট পাবতি ওইবে।

কংগ্রেস পার্টিনা এবসোলুৎ মেজোবিতি ওইবা ঙমদ্রবসু সিংগল লাবজেষ্ট পার্টিদি ওইববনা বাষ্ট্রপতিনা কংগ্রেসপু সবকাব শেমহল্লে। নবসিংহ বাওনা প্রাইম মিনিষ্টব ওইনা বাশক্রবসু অকক্লবা মতম অমগী মনুংদা মহাকপু লোক সভাগী মেম্ববগী অযাম্বা মশিংনা শৌগৎলি হাযবা অদুদি হাউসদা উৎকদবনি। মদুগী অকক্লবা নুমিৎ লেপলে। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা বিজনেল পার্টিশিংনা য়াম্না মরু ওইবা বোল অমা লৌননবগী খুদোংচাবা ফংলে। এম পি অমখক্তা কাববসু, এম পি অমগী শক্তি যাম্না চাওবে।

ঐনা কন্না হোৎনবদগী এম পি নিপালগী ফোবম্ অসিনা নৌনা ওইবক্রিবা বাজনীতিগী ফিভম অদু কুপ্না খঙ্গে। শ্রীনবসিংহ বাওগী সবকাব অদু সপোর্ট তৌগদ্রা নৎত্রগা ওপোজ তৌগদ্রা হায়বা অদু যাম্না কুপ্না খন্ন-নৈনখি। ফোবম্ অসিগী এম পি খুদিংমক্না মোত অমত্তা ওইনা সবকাব অমা লৈহল্লবগীদমক্তা সপোর্ট তৌবনা চুমগনি হাযনা লেপ্লবে। সপোর্ট তৌবা তাববসু মদু য়ানবা অমগী মখাদা তৌবা হাযনা লেপ্লবে।

এম পি মশিং নিপাল অসিগী সপোর্ট ফংবা হাযবা অসি সবকাব অদু হিংহনবদা য়াম্না মরু ওইল্লবনি। অতোপ্পা পার্টি অমত্তনসু সরকাব সেম্বা ঙম্লবোইদবনা মিদ তার্ম ইলেক্সন তৌবা তাববদি নৌনা কাবকপা বিজনেল পার্টিগী এম পি শিং অদুনা পান্নদে। জেনবেল ইলেক্সন লোইবদা ভাইবিঙেদা অমুক হন্না অথুবা মতমগী মনুংদা মিদ তার্ম ইলেক্সন তৌবা অতৈ পার্টি কনানসু পান্নদে। অদুগী মথক্তা ভাবতকী শেল-থুমগী ফিভম যাম্না ফংতে। লোক সভাগীদমক জেনবেল ইলেক্সন অমুক তৌবদা লুপা ক্রোব চামগী মথক্তা চংই। অদুনা লৈবাক্কী শেল-থুমগী ফিভম ফংখিদ্রবা অদুদা অমুক্তা ইনোৎ হাপচিনবা পান্নদে। অদুনা তঙাই ফদনা শ্রী বাওবু সপোর্ট তৌবদা লেপ্নদুনা কেন্দ্রদা কংগ্রেসনা সবকার শেম্বা অদুদা সপোর্ট তৌবে।

প্রাইম মিনিষ্টরগা তৌনগদবা এগ্রিমেন্ট অমা ইরে। মেমোরেন্দম অদুদা মথাগী কন্দিসনশিং অসি হাপলে।

১। বোডোগীদমক বোডো ওতোনোমস কাউন্সিল লিংবা।

২। কারবিআলোংগী ওতোনোমস কাউন্সিল লিংবা।

৩। নাগালেন্দগীনা সেন্ট্রেল য়ুনিভর্সিটি লিংবা।

৪। মিজোরামদা সেন্ট্রেল য়ুনিভর্সিটি লিংবা।

৫। মণিপুরগীনা সম্বিধানগী নিপালশুবা সেদ্যুলদা মণিপুরী লোল চলহনবা।

৬। সিকিমগীসু নেপালী লোলবু নিপালশুবা সেদ্যুলদা চলহনবা।

৭। গুবাগীসু কোংকানী লোলবু নিপালশুবা সেদ্যুলদা চলহনবা।

৮। এ জি পি গীদি কন্দিসন পীরবোই, মযামগী মতেং পাঙলগে হায়রে।

মেমোরেন্দম অদু শ্রীনরসিংহ রাওগী ওফিসিএল রেসিদেন্সতা এম পি নিপালগা উনরদা মঙোন্দা পীদুনা বাফম খুদিংমক্কী অমমমতা ওইনা পুথোক্নুনা নৈনরে। বাফম পুন্নমক্তা য়ানববা মতুংদা মহাক্না হায়রিবশিং পুন্নমক থবক্তা পাঙথোক্লগনি হায়না সহী তৌরে। এম পি নিপালসু মহাকপু সৌগৎকনি হায়না এসুরেন্স পীরে। অসিমক য়ানরে, মদুদি, সবকার অদু হিংহনবা নৎত্রগা মুথৎপগী বাফম নংতবা হাউসতা পুথোবকপা অতৈ বাফমদদি মেরিটকী মতুং ইন্না মোত পীনগনি। সবকার অদুনা পুখৎলকপা বাফম পুন্নমক্তা সপোর্ট তৌবগী বা লৈতে।

মবক অসিদা মণিপুরদগী দেলিগেসন কয়া লাক্নুনা দিল্লীদা থাবনা তৌরবা, শিঙ্গিবা ফাওবা চরা হেনবগী খোঙজং ফাওবা চঙশিনখি। তৌইশুবসুং অসিগুম্বা আন্দোলন অসিদা কেন্দ্রদা সরকার পুরিবা মীশকশিং অদুনা কবিসু নাচুংবিদে। তাল্লিবা দাবী হায়বদি মণিপুরীবু নিপালশুবা সেদ্যুলদা চলহন্নবগী ওফিসিয়েল বিল অদু পার্ল্যামেন্টতা পুথোকপগী বাফম সুপনৈমক লৈখিদ্রে। অসিগুম্বা ফিভম য়ৌবরদা কবি তৌবা তাই। বাজনিতিগী ওইবা ইশুদা মুকপা নত্তনা অতৈ উপায় অমৎতা লৈখিদে। যন্না য়াম্না চোং-ফন্দুনা, কপ-লাওদুনা হোৎনবা য়াবা, তৌবা য়াবা তৌবদা বিল পুথোক্কদবা প্রাইম মিনিষ্টর নৎত্রগা হোম মিনিষ্টরনা পুথোকপীদ্রবদবু কবি উপায় লৈরি। অসিগুম্বা ফিভম অসিদনি ঐহাক্না অচৌবা থৌদাং অমা লৌখিবা অদু। অদুগুম্বা থৌদাং অদু লৌবগী তঙাইফদবা অদু ইবমদমগী ইজাতিগী অমসুং নুংশিজববা ইমাবোলগীদমক্তনি।

তবাশুবা লোকসভা অদুগী সিটিং ফম্বা ইহান হানবা নুমিৎ অদুদা প্রোটেম স্পীকব শ্রীইন্দ্রজীৎ গুপ্তনা মেম্ববশিংগী বাশক লৌই। অয়াম্বনা মাগী মাগী মমা লোন্দা বাশকনৈ। ঐহাকসু মণিপুবী লোনদা বাশকচগে হায়রুবদা নিপালশুবা সেদ্যুলদা চনদবনা যাহনখিদে। তঙাইফদবা ফিভম অদুদা অন্দব প্রোটেম্টতা ঐহাক ইংবেজীদা বাশকখি। মথংদা শ্রীশিববাজ পাটিলবু স্পীকব খল্লবদা মদুগী ফেলিসিটেসন অদু মণিপুবীদা পীজগে হাযবদসু য়াখিদে। নিপালশুবা সেদ্যুলদা চনদ্রিবা লোন্দা হাউসতা ঙাংবা যাদে হাযদুনা কলিং পীখি। মতাং খবদসু ঐনা মণিপুবী লোন্দা ঙাংখি তৌইশুম্বসুং মদু হাউসকী প্রোসিদিংসতদি বেকোর্দ তৌদে কান্নদে। ইকান কান্নদবদি নত্তে। লোক সভাদা মণিপুবী লোলবু ভাবতকী সম্বিধানগী নিপালশুবা সেদ্যুলদা চন্দবনা মবম ওইদুনা মণিপুরদা প্রজানা পেন্দবগী অচৌবা ইবাং অমা থোকলিবনি হায়বা অদুদি খঙহনবা ঙমলে। লোযননা বাফম অসি ভাবতকী ওইবা নেসনেল ইশুনি হায়বা অসি কলিং অমসুং ওপোজিসনগী মরু ওইবা লিদবশিংগী পুক্লিং চিংশিনবা ঙমলে। মদু ঐগী বাখলদা অচৌবা মাই পাকপা অমনি। মণিপুবদগী লাকপা মীহুৎ কাংবু অমনা দিল্লীগী ইন্দিয়া গেৎকী বিজয চোক মযা বোত ক্লবতা সেমীযানা খন্দুনা চবা হেনবা অমসুং থাবা ১৪৪ থুগাইনবা খোঙজং চংশিন্নবদা ঐসু শরুক য়াবা চৎলবনি হায়দুনা লোকসভাদা লাওবগা ঐনা হাউসতগী থোবকপদা ওপোজিসনগী অযাম্বা এম পি শিংনা মঙ্গল ওইয়ু হাযদুনা আশীর্বাদ পীখিবা অদু কাওবা যাদ্রবনি।

ঐহাক্লা ইউনাইটেদ ফ্রন্টকী কেনদীদেট ওইনা কাবগা, এম পি ওইবগা লোক সভাদা কবিগীদক্তা শ্রীনবসিংহ বাওদা সপোর্ট তৌখিবনো হায়বা অদু মযেক শেংনা খঙহন্নীংবদগী বাফম অসি ফোঙদোকচবিবনি। মদুদি, বাজনিতিগী ইথিক্সকী মতুং ইন্না ঐহাক্তি সবকাব অদুদা সপোর্ট তৌবা তাবনি। হায়বদি মণিপুবদা এম পি পি গা কংগ্রেসকা সবকাব পুন্না পায়মিন্নবনা মবম ওইদুনা কেন্দ্রদা কংগ্রেস সবকাব অদু সপ্পোর্ট তৌবা তাবনি।

অতোপ্পা অবস্থা অমসু লৈবি। ওপোজিসনগী মতেং য়াওদনদি সবকাবনা বিল ফনা য়ান্না পুখৎতুনসু কান্নদে। মবমদি সম্বিধান শেমদোক্লবা বিল অমা পাস তৌবা তাববদি যামদ্রবদা লোক সভাগী অপুনবা মশীংগী অহমগী অনীনা ভোত পীনবা মতমদা হাউসতা লৈগদবনি। লোযননা হাউসতা ভোত লৌনবা মতমদা তংখাইদগী হেনবনা বিল অদু পাস তৌনবগী অয়াবা পীগদবনি।

অদুনা, ওপোজিসনগী অয়াবা য়াওদনা বিল অদু পাস তৌবা সুপওই ওইথোক্তে। রুলিং পার্টিদগী বিল অদু পুখৎলগা, হায়বদি, গভর্মেন্টি বিল ওইহল্লগা ওপোজিসন্না সপোর্ট তৌবীবগা থবক ওইনা পাঙথোক্কদবনিনা ঐখোয়না শান্নগদবা বোল অদু অবায়বা নৎতে। রুরিং পার্টিসু য়ানবা, ওপোজিসন্নসু য়ানবা চৎপা তাবনি।

সবকাব কায়দনবা শ্রী নবসিংহ বাওবু সপোর্ট তৌববসু অয়াম্বা মতমদা ঐহাক্না ওপোজিসন্না থাঙৎলকপা ব্রাফম অয়াম্বদা সপোর্ট তৌদুনা লাকই। মদুনা মবম ওইদুনা ওপোজিসন পার্টি পুন্নমক্কী সপোর্ট ফংই। শন্না হাযববদা ওপোজিসন্না থাঙৎপা বিল অমসুং বিজোলুসনগী ভোত লৌনবদা ঐহাক ওপোজিসনদা ভোত পী। মদুগী কান্নবনা মণিপুরী লোলগী ব্রাফমদা ওপোজিসন পুন্নমক্না মণিপুবগীদমক্তা ভোত পীবিখি।

অসুন্না মণিপুবী লোল, নেপালী লোল অমসুং কোংকানী লোল অহুম অসিগীদমক্তা অততাই ওইনা হোৎনমিন্নবা অসি ঐহাকনে, সিকিমগী এম পি দীল কুমাবী ভান্দাবী ঐখোয অনীতনি। কোংকানীগীদমক্তদি হোম মিনিষ্টব ওইবম্বা ব্রাই বী চাওব্রান না মাইবোং য়াদুনা হোৎনৈ। মরু ওইনা সিকিমগী ভান্দাবীগা ঐখোয অনীনা কোইচেন চেন্দুনা প্রাইম মিনিষ্টবদা হন্না হন্না হায়জবদা তৌনি তৌনিতা হাযদুনা মতম য়ৈথোক্তুনা লৈবে। ঐখোয়বু সৌগৎপীবিবা এম পি শিং খোমদুনা অবোইবা ওইনা প্রাইম মিনিষ্টবদা হায়নবদা মহাক্না হাউসতা হায়বিবা লোল অহুম অসিগী ওইবা বিল অমা পুখৎলগনি হায়না এসুরেন্স পীবে লোয়ননা মতম অদুগী হোম মিনিষ্টব ব্রাই বী চাওব্রান কৌরগা মঙোন্দা বিল অদু পুখৎনবগী দায়ী অদু প্রাইম মিনিষ্টবনা শীন্নবিরে। অসি য়ৌববদা খবদং থাজনিংঙাইদি ওইরে। প্রাইম মিনিষ্টব উনবদি অবাবা থবকনি, অদুগা হোম মিনিষ্টব উনদুনা মঙোন্দা তাইনবদি খরা লায়না থোক্লে। মরমদি মহাক্কীসু কোংকানী লোল অসি য়াওহৌনবনি। মতাং অসিবাইদা পন্দবা য়াদবা ব্রাফম খবা অমুক লাক্লে। বিল অসি পুখৎলমদাইদা 'মণিপুবী' হায়বা অসিগী মায়োক্তা ওবজেক্সন তৌবা মেমোরেন্দম খবা প্রাইম মিনিষ্টব, হোম মিনিষ্টবদা থারক্লে। মদুনা অমুক পল্থহন্নে।

অতোপ্পা কাংবু অমনা অমুক কন্না খুরৌ থারক্লে মদুদি, মণিপুরী লোল হায়বা য়াবোই। মীতৈ নৎত্রগা মৈতৈ লোল হায়গদবনি। ময়েক্কী মতাংদসু বেঙ্গলী ময়েক ওইরোইদবনি, মৈতৈ নৎত্রগা মীতৈ ময়েক্না ওইগদবনি হায়বা মেমোবেন্দমগা লোইননা ওবজেক্সন তৌনবে। হোম মিনিষ্টব চাওব্রাননা ঐঙোন্দা

খঙহল্লে মদুদি, মসিগী অচুম অরান থিগৎতুনা লৈবা তাববদি হৌজিক হোবেলগী বা ওইববোই, মথংগী তবামথোইশুবা লোকসভাদা তাববনি হায়রে। মণিপুরীগীদা নত্তনা নেপালী লোলগী মথক্তসু ওবজেক্সন কল্লা তৌরি। নেপালী লোল হায়রোইদবনি, গোবখালোন হাযগদবনি হায়না কল্লা তৌনরে। য়াল্লা নিংবা কাযরে। প্রাইম মিনিষ্টর অমুক যৌনরে। হোম মিনিষ্টরনা তুংগীনা তুংগী ওইরসনু হৌজিক্কীদি 'মণিপুরী' অমসুং 'নেপালী' হাযনা বিল অদু পুথোক্লগে হায়না হায়ববদা প্রাইম মিনিষ্টরনসু মদুদা য়াবে। অসুম্না শিন্নবদুনা বিল অদু ড্রাফ্ট তৌবা হৌবে। অদু য়ৌববদসু যেৎপগী লোইবা নাইদ্রে। নাগালেন্দগী এম পি অমনা ঐঙোন্দা ইঙ্গিৎনা খঙহল্লে, মদুদি 'মণিপুরী' গী মতাংদা কংগ্রেস এম পি অমনা হোম মিনিষ্টরদা যানিংদবগী বা হাযবে।

নেপালীগী মতাংদসু কংগ্রেসকী এম পি ইন্দ্রজীৎ কৌবা অমনা কল্লা য়েৎলে হাযবা খঙলে। হোম মিনিষ্টরনদি শেংনা ঐখোযদা খঙহল্লে, মদুদি, প্রাইম মিনিষ্টরনা যাববা বাফমনিনা মখোয অনীনা ফনা যাল্লা যেৎলবসু কান্নববোই, অসুম চৎথবনি। হায়বিবা কংগ্রেসকী এম পি অনী অসিনা, ভোত তৌনবা নুমিৎতসু ভোত পীখিদে।

হৌজিক মণিপুরী ইমা লোলগী মবাইবক লেপকদবগী অবোইবা সিন উবিবগনি। বাফম কয়াদা চবাংনবা থোকপদগী লোক সভাগী নোংমগী পাঙথোক্কদবা বিজিনেস কযা পাঙথোকপা যাদদুনা লাক্লবনি। অনৌ-অনৌবা লৈবাক্কী ওইবা, জাতীগী ওইবা অরুবা বাথোক কয়াগী মতাংদা হাউসতা চবাংনবা থোকপদগী অসুম যৈথবকপনা সেসন লোইগদবা নোংমা নিনীদা ঙাইববদদি সেসন অদুদা লোইহৌদবা য়াদ্রবা ওবদিনাফকুম্বগী থবক্লা চনম্রগ্রে। ঐখোয়গী বিল অদু পুখৎপীবক্তে মতম লৈত্রে। কমদৌগনি হয়েংদগীদি সেসন মতম কক্তনা য়েথোকখ্রগনি।

ফল্লিবা সেসন অসি নানথোকখ্রবদি, মণিপুরী, নেপালী অমসুং কোংকানী লোলগী আশা লৈত্রে হায়বা য়াবে। মবমশিংদি অসিনি। রুলিং পার্টিগা ওপোজিসনগা যান-যানবা তান্ন-খোৎনদুনা চৎমিন্নবকপগী তাক্কক অদু লোইশিল্লে। মথংগী সেসন্দগীদি থ্রাং শৎনবগনি হায়বা খঙলে। সবকাব অদুগী মথক্তা নো-কনফিদেন্স মোসন্নচিংবা থাঙ্গৎতুনা হন্দোকনদবগী খোঙজং চৎশিন্নবগনি হায়বা খঙলে। অদুনা ফল্লিবা সেসন অদুগী অবোইবা নুমিৎতা মঙাইবে। অরোইবা নুমিৎকী বাহং পাওখুম লোইবা পুং ১২ হেক তাবদা জেরো অবারনি। জেরো অবাবদা ঐহাক্লা হেক্তা হৌগৎলগা হাউসদা য়াম্না কল্লা বাকৎলে।

'কবিগীদমক্তা মণিপুবী লোলগী বিল পুখৎপিবক্তবনো? হাউস অসিদা গভর্মেন্টকী মায়কৈদগী এসুবেন্স কযাবক পীখ্রবা বাফমবু থবক ওইনা পাওথোক্তবা অসি কন্‌টেম্প ওফ দি হাউস' নি হায়না স্পীকবদা বাকৎলে। ঐনা ঙাংবা হেক লোইবদা সিকিমগী এম পি ভান্দাবী হাউসতা চংলকপদা ঙাইবি। ঐগা হেক থংননা ফম্বনি। ঐনা মঙোন্দা য়াম্না বাবৌনা ঙাংলম্মী। অবোইবা নুমিৎ অসিদা কবিগী থেংনা লাক্লিবনো হাযদুনা মঙোন্দা যাম্না শাওনা হংলম্মী। মহাক ইকাই নুংশি যান্ননা মাগী ফমফমদা ফন্নমদনা চুমদ্রিং স্পীকবগী মমাং থানা চংশিনখ্রগা ঐখোযনা তাল্লিবা বিল অদু ঙসি পুথোকপীদ্রবদি চবা হেন্দুনা শীবগনি হায়না হাউসকী বেল দা ফমথখ্রে। চুম্না ফম্বতা নন্তনা মহাক্লা হীক-হীক লাওনা মখোলথোক্লা কপ্লম্মী। ঐহাকসু তৌফম খণ্ডদ্রদুনা বেলদা মাগী মনাক্তা ধাবনা তৌনবা হেক ফমথবদা স্পীকবদগী ইঙ্গিৎ অমগা লোযননা ঐবু ঐগী ফমফমদগী বা ঙাংনবা চান্স পীবে। ঐহাকসু ঐগী লৈজবা থৌনা লিংজেনগা লোয়ননা ঙাংলম্মী। 'অপীকপা স্টেট অমা ওইবদগী অযাবা পীদববা? ভাবততা নমদুনা মর্জ তৌহল্লগা অবাপ্পদা লৈবা প্রজানি হায়দুনা উশিৎতপীদব্র?' হায়না পন্দুনা যাম্না বাবৌ পুকলৌবগা লোযননা আপীল তৌবে। মতাং অসিদা সিকিমগী এম পি ভান্দাবীদি অদুম্মক কপ্তুনা বেলদা লৈবি। হাউসতা থম্মোয থুক লাওবা সিন অমা ওইবে। কলিং অমসুং ওপোজিসনগী নুপী এম পি শিংনা লান হৌবক্রে।

মমাংদদি অমুক্তা থোকখিদ্রি। মতুংদসু থোক্রদবা য়াই। হাউস অদুদা মেম্বব ওইবিবী নুপী এম পি পুন্নমক্লা ফোঙদোক্লবক্রে। হাউস অসিদা নুপী অমবু কপহল্লিবসি ঐখোয যানিংদে। মসি থোকহল্লিবা অসি কনাননো? হাযদুনা নুপী এম পি শিং অদুনা ভান্দাবীগী মীচংদা বেল অদুদা চংশিল্লক্রে। কনাগুম্বীনা মখোযগী সাবীগী ফিজিনা মপী তৈথোকপীবগা লোযননা থেমজিল্লম্মী। মপী নৌবী এম পি নুপী অমা অনীসু কপলম্মী। ফিভম অসি য়ৌববদা হোম মিনিষ্টব শ্রীবাই বি চাওবাননা ফুক হৌগৎতুনা হাযরকই, 'হাউস অসিনা অমসুং ওনবেবল স্পীকবনা যাবিববদি হাযবিবা বিল অদু হৌজিক পুথোকচগে'। হাউসকী অয়াম্বা মেম্ববশিংনা য়াবে, য়াবে, বিল অদু পুথোক্রো হায়না ফোঙদোকনবকই। স্পীকবনা যাম্না ইমোসনেল ওইনা হায়ববকই, 'ভান্দাবিজি, ইট ইজ ইবোয তিয়াব দেট মুভ দি হাউস' অদুনা ফমফমদা ফম্বীবো। হোম মিনিষ্টবদা 'ইয়ু মে ইনত্রোদ্যুস দি বিল বিট দি কনসেন্ট ওফ দি হাউস' হায়না হাযদুনা বিল অদু স্পীকবনা হাউসদা ইনত্রোদ্যুস তৌহন্নে।

প্রোব্লেমদি লোইদ্রি, কংগ্রেস পার্টিগী ইন্দ্রজিৎ কৌবা এম পি অমনা খুদক অদুদা পোইন্ট ওফ ওর্দব অমা থাঙ্গৎলক্লে। হাউসকী মেম্বব অযাম্বনা মঙোন্দা ফমমু-ফমমু কবিগী পোইন্ট ওফ ওর্দবনো হাযদুনা শাওনবে অমসুং মেম্বব পুন্নমক্লা মবু সাউট দাউন তৌবে। স্পীকবনদি পোইন্ট ওফ ওর্দবনিনা মহাক্লা হায়নিংবা অদু হাযহল্লে। ইন্দ্রজিৎ এম পি না হাউস অসিগী চৎনবিবা রুলগী মতুং ইন্না হাউসতা বিল অমা পুখৎকে হায়ববদি, মদু নোংমগী বিজিনেসকী লিষ্টদা ফোঙগদবনি। বিল অদুগী কোপী অদু মেম্বব পুন্নমকতা নুমিৎ হুন্নিগী মমাংদা সাবকুলেত তৌদুনা ফঙহনগদবনি। হাযবিবা অদু তৌদ্রবনা বিল অসি ইনত্রোদ্যুস তৌবা যাব্রোই। মহাক্লা হাযবিবা, রেইজ তৌবিবা পোইন্টশিং অদুদি অচুম্বা ওাক্তনি। হাযবিবা রুলশিং অদুগী মতুং ইন্নদি বিল অদু ইনত্রোদ্যুস তৌবা যাববোই হাযবা শেংলে। স্পীকবনা পাইবক্কী লৌশিংগা লোযননা অদুগী মথক্তা রুলশিং অদু মমুৎ তানা খঙলবনা রাফম অমা পুথোক্লে। রুলশিং অদু শেল্লিবা হাউস অদুনবু যাবিববদি বিল অদু খন্নবদা অপনবা লৈহনগদৌবিবা মবি লৈনবা রুল পুন্নমক সসপেন্দ তৌদুনা চৎনহন্দনা থম্বা যাই। অদুনা হাযবিবা রুলশিং অদু সসপেন্দ তৌদুনা থম্বদা হাউস অসিনা যাবিবব্রা হাযনা পুখৎপদা মেম্ববশিংনা কলিং অমসুং ওপোজিসন খাযদনা যাবে যাবে হাযনা খুম্বীবক্লে। অদুম হাযনা য়াম্না থরাই যাওনা সিনসিযব ওইনা মীনুংশিগা যাওন স্পীকবনা হোৎনবিবদগী বিল অদু খন্ননবা পুখৎপীবে। অসিনসু লোইদ্রি। বিল অমা খন্নবগী চপচাবা প্রোসিদ্যুব অদু ইনবা তাববদি পুং কযা চংগদৌবি। অদুনা রিদাউট দিসকসনদা বিল অসি পাস তৌবা যাবব্রা হাযনা অমুক্কসু হৌদোকপীবে। স্পীকবনা বিল অদু পাস তৌবা নংহৌববোই হাযনা পাখৎপদগী ঐখোয রা ঙাংনবা হৌগৎত্রে। অদুম্মক দিসকস তৌদনা পাস তৌবা হাযনা হাউসনা যাবীবে। হোম মিনিষ্টবনা বিল অদু অমুক্তং পাথোক্লে। রুলগী মতুং ইন্নদি স্পীকবদা বিল অদুগী কোপী অমা পীদনা পাবা যাদবনি। স্পীকবনা বিল ইন চার্জ হাযবদি হোম মিনিষ্টবনা টাইপ কোপী ওইববসু মঙোন্দা অমত্তংদি পীযু হাযবদা মহাক্লা খুন্নক্লে, মদুদি খুৎনা ইবা মানা পাবিবা কোপী অদুদগী হেন্দ্রে তাইপ তৌবা নংদ্রে হাযবে। ওম্বোকপা মতৌনি। য়াম্না চেকশিনথ্রবা হোম মিনিষ্টব, কল-তুলদা অহোবা লৈবা য়াখিদ্রবা শ্রীপাতিল স্পীকবনা বিল অসি পাস তৌহৌনবা কল পুন্নমক চৎনহন্দ্রবনি। অসুন্না শিনবিখিবা অদু মীৎনা উহৌদ্রবশিং অদুগী মফমদা পাও তম্বদা মপুং ফাবা ঙম্নবোই। বিল

অদুগীদমক নুংনাংবনা ঐদি নিংদোল পীং পীং চোংলবনি। কবি থোক্রগদগে। বিল অদু পাস তৌহৌববোইদ্রা ?

সম্বীধানগী বাহে অমখক্তা ওইববসু শেমদোক-শেমজিন, হাপতোক-হাপচিন তৌবদা মদু কনষ্টিট্যুসন এমেন্দমেন্ট কৌবে। অদুনা নিপালগুবা সেদ্যুল অদুদা 'মণিপুরী' হাযবা বাহে অসিদং হাপ্লীননবা লোকসভাগী অপুনবা মেম্বব মশিংগী শরুক অহুমগী অনীদি হাউসকী মনুংদা বাবেপ্পবা অদুদা য়াওবা তাই। লোক সভাগী অপুনবা মশিং ৫৪৫ নি। মসিগী অহুমগী অনীদি, হাযবদি ৩৬৩ দগী তাদনা ভোত লৌনবা মতমদা হাউসতা লৈবা তাই। ভোত লৌনবদা লৈবিবা মশিং অহুমগী অনীদগী তাদবা অদুগী তংখাইদগী হেনবনা য়াববতদা চৎনবা যাবগনি। অদুনা যামদ্রবদা ২৮৩ দগী তাদবনা সপোর্ট তৌবা তাবনি।

মমাংদা থোকখিবা, রুলগী মতাংদদি স্পীকবনা মত্তোন্দা পীবা পবাব পুন্নমক শিজিন্নদুনা থবক ওইনবা শিনবা গুম্মী। তৌইগুম্বসুং সম্বিধানগী তঙাইফদবা প্রোভিজন অদুদদি স্পীকবনা কবিসু তৌবা ঙম্লোই হায়বা অদু স্পীকবনা হাউসতা খঙহল্লে। মেম্বব পুন্নমক্কা যাবে য়াবে হায়বনা য়াদ্রে, চৎনদ্রে। ভোইস ভোতনা পাস তৌবা যাদ্রে। একচুয়েল ভোত তৌগদবনি।

বিল অদুবু পাস তৌহন্নিংবনা ঙাইঙমদ্রবা ঐখোয়দি মীপাইবা অমা পোক্রে। হাউসতা মেম্বব মশিং শুনা কাদে। লাইবক ফবা অমনা সেসনগী অবোইবা নুমিৎ ওইবনা কাবকপগী বেজিষ্টাব সহী তৌনবা মমীংতা ওইববসু কাবদি কানবকই। অদুবু অয়াম্বা হন্নখিবনি। স্পীকবনসু ফ্লোবগী লিদবশিংদা, পার্টি পুন্নমক্কী লিদবশিংদা মশিং শুহন্নবা শীনবিনবা খঙহল্লে। মদুগীদমক মিনিট ১৫ গী মতম পীবে। লোক সভাগী সেক্রেটবিযেটকী মেছীনবি শিজিন্নদুনা টেলিফোনদা এম পি শিং অমদি মন্ত্রিশিং ময়ুমদগী নৎত্রগা ওফিসতগী কৌনরে। অরৈবা কাব শিজিন্নদুনা লৌবা চেন্নবে। সেন্ট্রেল হোলদা অমদি লাইব্রেবীদা, বেঙ্কতা অমসুং এয়াব/বেল টিকেৎ লৌফমদা লৈবা এম পি পুন্নমক কৌনবা কোইচেল চেন্নবে।

নুংঙাইবা মতাং অমনা, বিল অদু গভর্ণমেন্টকী বিলনি। কবিগুম্বা পাস তৌবা ঙমদবা থোক্লবদি অকাইবা খবা লৈ। মবম অদু লৈবনা লাষ্ট মোমেন্টতা মশিং শুবোইদবা উববদি হোম মিনিষ্টবনা বিল অদু বিদ্রো তৌখিগদ্রা হায়নসু চিংনরে। তশেংনা স্পীকবদা লৈববনি। অসিগুম্বা তৌফম খঙদ্রবা মতমদা

মণিপুবগী কংগ্রেস পার্টিগী এম পি অদু হাউসতা ফাওবা লাকপীয়ু হাযবা য়াবীখিদে। মদুমক্তি ফজবা ৰাৎপনি।

উচিন-নাচিন্না যান্না চেন্ন-খোৎনদুনা হোৎনবদগী, কবি হায়রুনি, প্রাইম মিনিষ্টব মশামক যাওনা হোৎনবদগী তঙাইফদবা মশীং অদু শুবদুনা স্পীকবনা লোবী ক্লিযাব তৌহল্লে। ভোত লৌনবে। ভোত লৌনবদা, 'যেস' কীদমক ৩৬৫ অদুগা 'নো' দা ২ থক পীবে। নো দা পীবিবা ভোত অদু থিগৎপদা নেপালি যাদবা ইন্দ্রজীৎকী অমা ওইবে। অতোপ্পা অমদুদি লেফট পার্টিগী এম পি অমগীনি। মহাক্কীদি নম্বদা লানবনি হাযনা মশানা স্পীকবদা খঙহন্দুনা চুমথোক্লে।

ইন্দ্রজিৎ এম পি গী মতাংদদি গভর্মেন্টকী পার্ল্যামেন্টবী এফিযাবস পুবা মন্ত্রি গুলাম নবী আজাদনা ৱার্নিং পীবে। গভর্মেন্টকী বিলদা কলিং পার্টিগী মেম্বব অমনা ওপোজ তৌবিবা অসিগী কনসিক্যুএনস ফবোই। অদুনা ইন্দ্রজিৎনা মশানা স্পীকবদা হাযজবে, মদুদি মহাক্কী ভোত অদু যেস তনি হাযনা বেকোর্দ তৌবিযু। অসিগী মতুংদদি স্পীকবনা বিল অদু হাউসনা পাস তৌবে হাযনা লাওথোকলে। তশেংনা মণিপুবী, নেপালী অমসুং কোংকানী লোল অহুম অসিবু নিপালশুবা সেদ্যুলদা চলহনখিবা থৌদোকশিং অদু চপ-চাবা দ্রামা অমা ওইখি।

অসিদা লোইদ্রি। লোক সভানা পাস তৌববা বিল অদু বাজ্য সভানসু যাবা চংই। অদুগী মতুংদা বাষ্ট্রপতিগী অযাবা লৌবগা চৎনগদবনি। হোম মিনিষ্টব, শ্রীচৌৱাননা বাজ্য সভাদা পুখৎপা নংহৌননবা সেন্ত্রেল হোল ফাওদুনা নোমহৌ নোমহৌনা চেনবগী দৃশ্য অদু হৌজিকসু ইমিৎ অসিদা শং-শংনা উবি। হান্ননা পাও পীনদুনা থম্বদগী বাজ্য সভাগী মীফম অদু লোইশিন্দনা ঙাইদুনা লৈবম্মী। লোক সভাদা তৌখিবগুম্না বিল ইন চার্জ হোম মিনিষ্টবনা আপিল তৌবগী রুল পুন্নমক চেয্যাবমেননা সসপেন্দ তৌবগা বিল অদু পাস তৌখিবনি। অসুম তৌনা, খৃষ্টাব্দ ১৯৯২ গী আগষ্ট থাগী তাং ২০ দা মণিপুবী লোল ভাবত সম্বীধানগী নিপালশুবা সেদ্যুলদা চনখি। নুমিৎ অসি মণিপুবগী প্রজানা মতম পুন্নমক্কী ওইনা কাওফম থোক্তবনি।

বিল অদু পুথোক্রবা লোযননা পাস তৌনবা হোৎনবদা হেনজীন্না থবায় যাওশিনখিবদুগী মহয ওইবমাল্লে 'মণিপুবী', 'নেপালী', অমসুং 'কোংকানী' লোলগী অততাই ওইনা হোৎনখিবা মীশক অহুম্মক মথং ভোত কাখিদে।

ঐগী মকপ শ্রীমতী ভন্দাবীনা ঐঙোন্দা নোংমা কমেন্ট অমা তৌই, মদুদি, 'মি সিংহ। প্লিজ নোট, হাউ অনগ্রেটফুল দে আব।' মহাত্মা পল্লীবা অদু ভোটবশিংদা ওইবমাল্লে।

শ্রীনবসিংহ বাওগী সবকাব অদু শৌগৎপগীদমক লন্নাইগী ওইবা কবিগুম্বা কান্নবা অমৎতা ফঙখিবা লৈতে। অমমমখক্তা কাবকপা এম পি শিংনা শাবা ফোবম্ অদুগী কন্না অমৎতনা মবন্নাইগী ওইনা কান্নখিবা অমৎতা লৌখিদে। মাগী মাগী স্টেটকী খ্বাইদগী মক ওইবা থবক অমমমদি কান্নহৌবনি। অসুম তৌনা ঐগী বাশক ঙাকপা ঙমহৌই।

মণিপুব ইমাগী অশেংবা মচা ওইজবনা, শ্রীগোবীন্দজীগী থৌজালদগী ইমাবোল মণিপুবী লোল অসিবু ভাবতকী সম্বিধানগী নিপালগুবা সেদ্যুলদা চলহঞ্জবা ঙমখিবনি।

তরেৎশুবা শরুক

# মপান লমদা

## ফিজিগী খোঙচৎ

ফিজিগী পাক চাওবা অদু স্কোয়াব কিলোমিটব ১৮,৩৭৬ তনি। মতমদুগী মীশিংনা ৮২৩,০০০ বোমনি। ইথৎ লৈবাক অসিগী কোনুংদি 'সুভা'নি। লৈবাক অসি ব্রিটিসনা খৃষ্টাব্দ ১৮৭৪ দা লোই চনখিবনি। খৃষ্টাব্দ ১৯৭০ গী ওক্তোবর ১০ দা ব্রিটিসনা ফিজিবু মনিং তম্বা লৈবাক ওইহনখি। ভারতগী লাক্তুনা খুন্দাবকখিবা ভাবত মচাগী মচা মশুশিংনা ফিজি লৈবাক্কী অপুনবা মীশিংগী তংখাই য়ৌগ্রে। ভাবতগী হৌখিবা মীগী মচা-মশু ওইববা চৌধুবিনা ফিজিগী ইলেক্সন্দা মহাক্কী পার্টিনা মেজোবিতি ওইবক্তুনা প্রাইম মিনিষ্টব ফাওবা ওইখ্রে।

খৃষ্টাব্দ ১৯৮১ ওক্তোববদা কমনবেলথ পার্ল্যামেন্টবীগী ২৭ শুবা কনফবেন্স অদু ফিজিদা ফমখিবনি। ওক্তোবব ১৯ নিংথৌকাবা নুমিৎতা ফিজিগী গভর্নব জেনবেলনা হৌদোকখি। হৌদোকপগী থৌবম অদু লম অদুগী চৎনবী মতুং ইন্না মখল মথেলগী থৌবমশিং উৎতুনা পাঙথোকখি। কনফরেন্স অদুদা দেলিগেত ২০০ বোম সেক্রেটবী ৩৬ অমসুং ওবজার্বভব ২২ যাওখি। প্রেস অমসুং পত্রিকতা ওপন ওইবা কনফবেন্সনি। ফিজিগী কোনুং সুভা অদু কনফবেন্স অসিগীদমক্তা মথুম-মবাং হৌবম্মী লোযননা কনফবেন্স অদুবু অচৌবা থৌদোক অমা ওইনা লৌবম্মী।

ফিজি চৎননবগীদমক ঐহাক মাদ্রাজ এযাবপোর্টতগী (হৌজিক্কী চেনাই) প্লেন তোংলম্মী। এবোপ্লেন অদু তেক ওফ তৌবদগী হৌনা অচৌবা সমুদ্র ঈপাক অদুগী মথক্তা অদুম পাইদুনা চৎলম্মী। নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং অহুমলোম তাবদগী মাদ্রাজদগী পাইবা অদুনা শিঙ্গাপুবদা অহিংগী মতমদা থুংই। অহিংগী মতমদা সমুদ্র মথক্তা পাইবা অদুদা ওহ্মোক্না ফজবা দৃশ্য উবা ফংই। থানা মপুং ফানা অতিয়াদা থোকপা অদু যেংবদা পুক্নিং শুনিঙাই ওই। অতিয়াদনা থাবল, মথাদনা

পুংশং শংবা ঈশিংগী ইপাকনি। এরোপ্লেন অদু এয়ার ইন্দিয়াগীনি। ভি ভি আই পি গী ক্লাসতা তোংবনিনা য়াম্না নুংঙাইনা চৎলি। সিঙ্গাপুর এয়ারপোর্টতা ভারতকী এমবেসীগী মীওইশিংনা ওকপীবম্মী।

সিঙ্গাপুর এয়ারপোর্ট অদু ওখাক চাওবা এয়ারপোর্টনি। অমুক-নুংথিল-নুমিদাংগী মতম পুন্নমক্তা মীনা ত্রিক-ত্রিক ইন্নদুনতা লৈবা এয়ারপোর্টনি। নুমিদাং অথেঙবা অদুদা এয়ার পেসেঞ্জর কয়া অমা থুংলেরি, কয়া অমনা চৎখিনবা, পাইখিনবা তিল্লিবনি, য়ামগ্রে। পৃথিবী অসিদা লৈবিবা অচৌবা ইন্টবনেসনেল এয়াপোর্টশিং অসিদগী মী লিশিং কয়ানা অতিয়াদা পাইদুনা অহিংদা চৎথোক চৎশিন তৌনবি। মাগী মাগী লমথুংফম য়ৌনবা অহিংদা অতিয়াদা পাইবিবা মীগী মশিং অসি ওয়্যোক্লা য়ামলিগনি। অসুন্না মীওইবনা চাওখৎপগী চাং হেঙ্গৎলকপা অদু উবা ফংই।

সিঙ্গাপুরদা নুমিৎ হুমনি ফাইদুনা লম কোয়বম্মী। ঐগী বাখলদা ভাবনা শাগৎতুনা থম্বা সিঙ্গাপুর অদুদগী তশেংনা ইমীৎমক্লা উববা সিঙ্গাপুরনা য়াম্না হেন্না ফজবম্মী। টুরিষ্টশিংগী যেংনফম অযাম্বদা চৎতুনা য়েংবদা অপেনবা পোকই। শেমগৎ শাগৎপগী অনৌবা প্রোজেক্ট পায়খৎপদা সমুদ্র ফুনবগী প্রোগ্রাম পায়খৎহৌবা অদুদা কল্লকপা পোকই। কংফালগী লমদা লম মবাংকাইনা ফংলক্তবদগী সমুদ্র খোংবালদা লম খোম্লগী থবক্লি। মদুদা হোটেল অমদি তুরিষ্ট হোম্নচিংবা শেমগৎলবনি। চীংদুম অমদগী জীঙঘ মপাক-মপাক্লা শমজীন্দুনা সমুদ্র খোংবান অদুফাওবা শম্নহল্লগা চীংগী অঙস্বদগী লৈবাক অদু খোৎথবকপনি। চীংদুম মচা অমদগী খোৎথবক্তুনা সমুদ্র খোংবান অদুগী ফূট কয়ামরুম লুপ্লবা মফম অদু চীংলৈবাক্লা ফুম্লে। চীংদুম অদুসু লৈতেম মাল্লবা মফম অমা ওইরে। অদুনা থবক অনী কাম্নরে। য়ুমফম ওইবা য়াবা মফম অনী ফংলে। অদুম হায়না শেমগৎ শাগৎপগী মাইকৈদা য়াম্না খুমাং চাওশিনবগী থবক পায়খৎহৌবা অদু থেনেরকখি। য়াম্না লু-নানবগীদমক শিংথানবা য়াবা মফম অমনি, সিঙ্গাপুর হায়বা লম অদু।

সিংঙ্গাপুরদগী নোংয়াই মতুং পুং অমরোম তাবদগী এরোপ্লেন্দা অমুক পাইরকপনা অষ্ট্রেলিয়াগী সমুদ্র খোংবান্দা লৈবা পর্থ এয়ারপোর্টতা নোং ঙানফুং-ঙানফুং তৌবা মতমদা থুংই। ঐহাক অহানবদা মতম খেন্নবগী লেপ্পা অদুদা চমম্নবা অদু পোকপদগী মতম পীদ্রে। এরোপ্লেন অদুগী তয়ার অমা নুংশিং

যাওবমদবদগী খুদোংখিবা নংলমগদবা খজিক্তা ঙাই। কোম্না খঙলকপনি। এযাবপোর্ট অদুদগী অমুক পাইবকপনা অষ্ট্রেলিযাগী সিদনীদা নুমিৎ যুংবা মতম অদুবাইদা থুংই। মফম অদুদসু ইন্দিযাগী এমবেসিগী মীওইশিংনা ওকপীবম্মী। ঐহাক্কী লৈফমগীদমক্তা এমবেসীনা দলাল মখোল তবামবিগী তবামাথোইশুবদা শিনবীবম্মী। ঐহাক্কা ইব্দ-মাইথজবগা থোংনাওদা য়েংথখিবদা কুচু ঙৌবী নুপী মঙা তবক্কা 'নামাবলী' ফিদুপ ইল্লগা লম্বীদা চৎপা অদু উব্দবে। মখোয় অদু ইসকোনগী ভক্ত নুপী ঙাক্তনি। মন্দিবদা-চৎতুনা লাই খুব্দন্নিংবদগী লিফ্‌ট তা মখাদা কুমথবগা মখোয অদুগী মতুং ইন্দুনা ইসকোনগী মন্দিব তান্না চৎলে। মন্দিব অদুদা অযাম্বনা কুচু ঙৌবা ভক্তা কয়ামকম্না ভজন শক্রম্মী। পুং-কবতাল য়াওনা শক্রম্মী। ঐহাকসু কবতাল অমা পাইদুনা মখোয়গী মবক্তা ভজন শকপা যাওবম্মী। ঐহাক ইসকোনগী লাইফ মেম্বব পেত্রোম্নি। ঐগী আইদেনতিটি কার্দ অদু মেনেজমেন্ট পুবিবা প্রসিন্টে অদুদা উহন্দুনা শক তাক্রে। প্রসিদেন্ট অদুনা ঐহাকপু গেষ্ট ওইনা ইসকোনগী মন্দিবদা লৈবীয়ু হায়দুনা লিক-চৎনবা মালা অমসু খুদোল ওইনা পীবে। ইসকোনগী লাইফ পেত্রোনশিংদি লংফৈ চৎলকপদা ইসকোন মন্দিব কমপ্লেক্সতা লেন্না লৈফম পী হাযবা ঐহাক খঙই। অদুবু ঐহাক্কীদি সবকাবগী খবচতা লাকপা খোঙচৎনিনা লৈবকখিদে। নুমিৎ অদুগী নুম্নিদাংদা মফম অদুদা 'কংস-বোধ' কৌবা দ্রামা অমা ইসকোনগী ভক্তশিংনা শান্নে। কুচু মুবা ইন্দিয়াদগী ভক্ত কয়ামকমসু য়াওই।

সিদনীদা নুমিৎ নিনী ফাইদুনা লৈবগা যেংবা য়াবা কয়ামকম য়েংদুনা লম কোয়ববা মতুংদা ফিজিগীদমক খোঙশাল্লম্মী। সিদনীদগী এবোপ্লেন্দা ফিজিগী কোনুং সুভা য়ৌবদা পুং অমা চংদে। ঐখোয়না থুংবা মতমদা ওক্লনবা য়াম্না নিংথিনা শিল্লম্মী। ইন্দিয়াগী দেলিগেত মখৈ ফাইভ স্টারবগী হোটেল অমদা পুন্না লৈনবা শিনবীবম্মী। হোটেল অদু সমুদ্র মপান্দা শাবনা থোঙ থোঙনাওদা যেংথোকখিবদা সমুদ্রগী দৃশ্য পুন্নমক মপুং ফানা উবা ফংই। পেসিফিক ওসিনগী ইপাক্লি, উবিবা অদু।

কনফবেন্স অদুদা ঐঙোন্দা বা ঙাংনবগী খুদোংচাবা অনীবক পীখি। ঐনা ঙাংখিবা অদুগী extract কোপী অদু এপেন্দিক্সতা হাপলে। নুমিৎ ১৪ নি চুপ্না চৎথখিবা কনফরেন্স অদু য়াম্না কান্নবা ওইখি। কনফরেন্স মনুং অদুদা ফিজিসিয়ানশিংনা দেলিগেৎশিংবু গ্রুপ কয়া থেক্লগা চাক-কৌদুনা চামীন্নখি।

অমসুং শকখঙ মাযখঙনখি। কনফবেন্স অদুগী প্রোগ্রামগী মনুংদা লম কোয়বা, লম যেংবগী প্রোগ্রামসু পাঙথোকই। অবোইবা নুমিৎতদি এনটবটেইনমেন্টগী প্রোগ্রামদা লৈবাক অদুগী কলচবেল সো উৎলি। ইবোয় লোইবা আইতেম অদুদি 'নেকেদ দান্স' নি। ঐদি ভাবোক মমাং থংলুবে। দান্স অদু ফিজিগী নুপীশিংনা উৎপা ত্রেদিসনেল দান্সনি। ঐদি মাই থাংঙ্গৎতুনা য়েংবা ঙমলক্তে। ফিজিদা নুমিৎ ১০ নিমুক লৈবক্রবদা নোংমদি মন্দিবদা চৎতুনা লাই যাম্না খুবমনিংবা পোক্লক্খি। পৃথিবীদা ইসকোন মন্দিব লৈবা মফমশিং য়াওবা মেগজীন অমা পুই। মদু ফাক্তুনা যেংবদা ফিজিদসু ইসকোন মন্দিব লৈ হায়বা খঙলে। মফম অদুদা চৎতুনা শ্রী কৃষ্ণগী চবন্দা হৈ-লৈ কৎতুনা লাই খুবমলুই।

ফিজিদা ফম্বা কনফবেন্স অদুগী মনুংদা মথংগী টার্ম অমগী কমনবেলথ পার্ল্যামেন্টবী এসোসিযেসন অদুগী চেয্যাবমেন খনগদবনি। পোস্ট অদুগীদমক ইন্দিযাগা কানাদাগা ভোৎ লেপ্পবে। ভোৎ যাম্না কন্না খোম্নবে। লাইবক থিবদগী ইন্দিযা মাইথিবে। বলবাম ঝাকব, ভাবতকী লোক সভাগী স্পীকবনা ইন্দিয়াগী মীবেপনি। অযাম্বনা ইন্দিযানা কাগনি হাযনা থাজনৈ। ঐখোয়সু থাজে। মমৈথংদা খঙলকপনা ফিজিগী দেলিগেৎশিং অদুনা কানাদাদা ভোৎ পীখিবননি হায়নৈ। বাফমদি অসিনি। ফিজিদা লৈবিবা মীশিং মিলিয়ন অমগী তংখাইদগী খবদং হেনবা মীশিং অদুগী তংখাইগী ঙকযা যৌনা ভাবত্তগী লাক্তুনা খুন্দাখিবা মীনি। অহানবদা চু থানবগী অমসুং চিনি শুংনবগী থবক্তা শিজীন্নবা লেবব ওইনবা ব্রিটিসগী মীশিংনা ভাবতদগী পুবকখিবনি। মতম কুইনা লৈবকলবনা ফিজিগী হান্নদগী লৈবক্রবা মীশিং অদুগা চাবৌ-মৌবৌনবে। মীশিং য়ামলক্পা অদুগী খুদোংচাবা মথং মথং লৌশিন্নকপদগী মুক্লবগী মতাং য়ৌবে। হান্না লৈবম্বা ফিজিসিয়ানশিংগা ভাবত্তগী খুন্দাববা ফিজিসিয়ানশিংগা শক্তী মুন্নবগী মুক্লবা মতমনি। মতম অদুদা হায়বিবা ভোত অদু তৌনবদা হান্নগী ফিজিসিয়ানগী দেলিগেটশিংনা ইন্দিয়াদা ভোত পীবমদবা য়াই হায়না লৌনখি।

ফিজিগী নুপীশিং অদুগী লমচৎ ফজনা উই। ঐখোয় দেলিগেটশিংগী সেবা তৌনবা থমলিবা লৈশাবী নুপীমচাশিং অদু মোং-হাদে। খথলি-খথলি তৌদে। মোদেষ্ট ওই। মখোযদগী খঙবদা মখোয় লমচৎ ফজবী হায়বা অদু ওই। নুমিৎ খুদিংগী ওইনা ফম্মুং-ফানুং শেমজীন খোৎচিনবীবা লোইবম্নগা 'গুদ-নাইট-সাব' হায়বগা চৎখি। হোটেলগী কার্দ অমদা 'MOCE ENA VACACE GU'

(Have a peaceful sleep), Your Maid হায়না Sign তৌবগা থনম্মী। নুংঙৈ নুংশি, মতৌদুদা।

কনফবেন্স লোইববদা ঐখোয় খবা খোঙবু ওইদুনা হনমিন্নবকই। হল্লকপগী লম্বীদা ফিলিপাইনসতা নুমিৎ নিনী পল্লগা লম কোয়বকই। ঐহাক্না মমাংদা পল্লকত্রিবা অমখক লৈবে। ঐনা ফিজিদা ফম্বা কনফবেন্স অদু য়াওননবা লাকপা খোঙফম অদুদা খোঙবু ওইনা শ্রীলোংজম কুল্লবীধু কৌবা মরূপ অমগা লোযনবকই। মাদ্রাজদগী এবোপ্লেন্দা অদুমক লাকমিন্নববনি। মহাক্কী কনফবেন্স যাওগদবা নৎতে। লমসু কোযবা অদুগী মথক্তা কাববাবগা মবি লৈনবা থবক কযামরূম লৈবদগী খোঙবু ওইমিন্নবনি। ফিজিদা নুমিৎ তবামগুনি লৈবা অদুদসু নন-ওফিসিএল ওবজার্ভব ওইনা অদুম কনফবেন্স অদুদা শরুক যাবে। কনফবেন্স লোইবগা হল্লকপদদি চপ চানা লমসু কোযমীন্নবে, কাববাবগী থবক্তসু চৎমিন্নবে। যাম্না নুংঙাইবা খোঙচৎ ওইখি।

ফিলিপাইনস অদু ইথৎ লৈবাক্নি। মনিলানা কোনুংনি। য়াম্না নাল্লী। লোলচৎতি পুমতোপ তোপ্পনি। পৃথিবীগী জাতী খুদিংমক্কী মীনা তিনবা মফমনি। ঐখোয অনী উবদা ঐখোয়দা ফিলিপিনশিংনা মখোযগী মবোন্দা হেক্তা ৰাবী শাবকই। ঐখোযনা খঙদে হাযবা অদুবু তৌশিন্নবিবনি হাযনা নোকই। ঐখোয়গী শক্তা অদু উবদা ফিসিপাইনসকী লমগী মীনি হায়না লৌই। মনিলা অদুগী ফজবা দৃশ্য, নিংশিং খুভম কযা য়েংনিংঙাইগী পোৎশক ওই। ঐগী ৰাখলদদি মফম অদু ইবাং-ফলাং যাম্না পাম্বা লম ওইনা উই।

ফিলিপাইনসতগী জপান্দা লাক্রে। টোকিযোদা নুমিৎ মবিনি লৈবকই। ইন্দিয়া এমবেসীগী মীনা এয়াবপোর্টতা ওকপীবম্মী। এযাবপোর্টতগী ঐখোয়গী লৈফম অদুফাওবা লাকপা অদু ফনা য়াম্না লাপ্পী। ফনা কুইনা চংঙি কাবদা চৎপদা। ঐখোয়বু ফাইভ স্টাব হোটেল অমদা লৈনবা শিনবীবে। এয়াবপোর্টতগী লম্বী লমশাং অদু লাকপদা ট্রেফিক কন্ট্রোল অদু অয়াম্বা মফমদা খুৎশেমগী মীনা তৌবা থেংনৈ। ইলেকট্রোনিক য়াম্না চাওখৎপা মফমনিনা থবক অদু মেন পবাব ইশিন-শিজীন্নদনা পাঙথোকই। লম্বীগী ফিভম্না ফবিবদি কবি হায়বনি। লম্বী ফবগী মপান তাংদুনা, তাঙপ্রবা মতম অসি ওম্থোক্না তাঙনা শিজীন্নবা য়াহন্নী। লম্বী ফৎতবদা কাব থৌবদা পুং অমা চংগদবা অদু লম্বীনা ফববনিনা পুংখাই অমখতমক চংহনবা ঙম্নবদি কয়া য়াম্না মতম কন্নবা ঙমত্রবনো। মদু খঙনা সেম্বা লম্বীশিংনি, জপানগী লম্বী অয়াম্বা।

সিতি মনুং অদুদা য়েংবা য়াবা য়েংলগা, মার্কেতিং তৌবদা মতম হৌখিবা খঙহৌদে। নোংমগী নুমিৎ অমদি পুবা খুঙ্গংগী লমদা কোয়জনবা খাকলে। অবাপ্পা খুঙ্গংদা লৌমীগী ফার্মদা চঙদুনা য়েংলকই। জপানগী লৌমী অমগী ইমুংদা চৎতুনা য়ুম্বাল কৈপাল য়েংলকই। য়ুম পীশক পীক্লা শাই। অয়াংবা হায়বদি লুমদবা মপোৎ মচৈনা শাবনা অয়াম্বনি। মবমদি য়ুহাব হাবা কিন্নবদগীনি। কা পংয়াম য়াম্নদে। মদুগী মহুৎতা কা খুদিং মলটি পবপজ ওইবা কা ওইহল্লী। কা অমনা লাইব্রেবী ৰূম, ড্রোবিং ৰূম, ডাইনিং রূম পুম্নবা তেকনোলোজীনা শিনবা য়াই। ইলেকত্রিক সুই অমা নম্নগা কা অমা লিভিং ৰূম ওইবা অদু সুই অমা অমুক নম্নগা মী উনফম কা ওহ্নোকপা য়াই। লৌমী ইমুং অমদা এভবেজ ওইনা কাব অহুমগুম্বা থম্মী। কাব অমগী ব্বাদি চম্নদে। হায়বদি ইমুং অমদা লৈবা মীগা কাব অমগা শুনা লৈনবা পান্দম লৈ। ঐখোয়না চৎপা মতম অদুদা জপান্দা লৌউবগী থবক তৌবীনবা মী ব্বাৎলকপগী প্রোব্রেম লৈবা মতম থোকই। অয়াম্বা মীশিংনা ইন্দস্ট্রীজদা চঙনখিবদগীনি। অদুনা প্রোব্রেম অদু সোলভ তৌনবগীদমক লৌমীগী চাথোক্তা গভর্মেন্টনা সবসিদি মবাং কাযনা পীগনি হায়দুনা লাওথোকপা থেংনৈ।

খুঙ্গংগী লমদা চৎপগী খোঙফমদা লম্বীদা 'বোপ বে' স্টেসন অমা থেংনৈ। ভাবতকী মফম খবদসু বোপ বে অদু লৈরে। ভাবতকীদি অয়াম্বনা পোৎ-চৈ-মাল ত্রান্সপোবটেসনগী থবক্তা শিজীন্নে। মীনা চৎথোক চৎশিন তৌনবগীদমক্তদি কযা শিজীন্নদবগুম তৌই।

কুম্নবীধুগা ঐখোয় অনীনা 'বোপ বে' অদুদা চৎতুনা যেংশি হায়দুনা কাখৎলে। কিবিবদি অসিগীনি। তোংদুনা চৎলিবা অদু চীংদোল অমদগী চীংদোল অমদা ইলেকত্রিক লাইনদা য়ান্বা উপু মানবা তোংফম অমদা তোংলগা চৎকদৌবিবনি। ময়াইকা য়ৌবকপা অদুবাইদা ইলেকত্রিক কবেন্ট অদু য়াবক্তবা থোক্লবদি কমদৌগনি। য়াম্না খুদোং থিবা নংগদৌরিবনি। মীসু পংচৎ চৎনবিবনি, লাইবক য়েংসি হায়দুনা তোংখৎলে। কোম্না খঙলকপনি। বোপ বে অদুগী মশাগী জেনবেটব য়াওজবম্মী। ইলেকত্রিক কবেন্ট লাক্তবা থোক্লবদি জেনরেটব অদু উংগদৌবিবনি। মদু খঙবদগী কিবা খবদি ফবে। অদুবু মখাদা যেংথবদা কিবদি অদুম কিবা পোকই। হার্ট শোনবা মীনা তোংবা য়াবা নৎতে হাযনা ফাগী তৌনে।

মথংদা রেল লম্বীদা খ্বাইদগী য়াংবা ত্রেম্নী হায়নবিবা বুলেট ত্রেন্ অদু তোংই। টিকেৎ কক্ফম কাউন্টবদা মী য়াওদনা টিকেৎ যোম্নী। ত্রেন অদু ওহ্নোক্লা

য়াঙথ্রে, নানথ্রে। তোংলিবা মী অয়াম্বা বা কয়া ঙাংনদনা তুমীন-তুমীন চৎনৈ। হায়বদি য়ৌ-যা তৌদুনা লাংনদে। ত্রেইন অদু নোংমৈ মক্ত মাল্লী হায়বিববা নৎত্রগা নোংমৈ মকমুক যাঙঙি হায়বিব্রা বুলেট কৌবিবা অদুবু।

জপানগী খুন্নাইশিংদগী তমজনিংঙাই ওইবশিংদগী অমদি মখোযগী লমচৎ শাজৎনি। ঐখোয় মৈতৈগীগা হাইফেৎ মান্নবসু যাওই। খঙদ্রবা অমা হংবদা খঙনবা নিংথিনা তাকপী। মফম অমা টেক্সি দ্রাইভব অমদা হংলুবদা মহাক্না তাকপা অদুদা মী অদুনা মুন্না খঙদ্রে হায়না খল্লবদি মহাক্কী টেক্সি অদুদা তোংহল্লগা মফম অদু ফাওবা থিনবী হায়নৈ। মদুগী টেক্সি মমল লৌদে। মীনম-শোবিবা, উৎ-পাৎ তৌবগী মতৌ উবা ফংদে। থেংনবক্তে। শক্তা-চুদা হাইফেৎ মান্নক্বনবা খঙদে, লম্বীদা, বসতা, টেক্সিদা অমসুং ত্রেন্দা চৎপদা হবাও-হবাও তৌবগী মতৌদমক থেংনবকই। মাবকেটিংগী মতাংদনা ইতোপ তোপ্পনি। মদুদসু বাবগেন্নিং যান্না কন্না তৌনদমাক্লে খল্লী।

ঐখোযনা লংফৈ চৎপদা হেক-হেক থেংনবা খুদোংচাদবা অমদি লৈ। হোটেল-কিপবনা হংই, ভেজটবিযান ওইব্রা নৎত্রগা নন-ভেজটবিযান ওইব্রা। ভেজটবিয়ান্নি অদুবু ঙাদি চাই। জপানগী হোটেল অমদা ঙা চাগে হাযদুনা ওর্দব তৌব্ববদা ঙা অতেক্পা ঙামু পোবোমগুম্বা অমগা থাঙ অথৌবা মচা অমগা অতৈ থুম-মোবোক কোন্নবা প্লেৎ অচৌবা অমদা পুথোবকই। ঐদি স্বাইদুম লাওই। ঙা হিংনা চানবা লৈবোইবে। হোয, ঐখোযগী অসিদসু খজীং অতেকপা শিংজু চানবসু মযাওইদনা।

জপান্দগী হোংকোংদা লাক্লে। হোংকোংগী ফজবনা মৈগী লৈতেংশিংনা ফজবনি। নুমিদাংবাইবমদগী মৈ পুন্নমক থাঙ্গৎনবকপা মতমদা সিতিগী শক্তক অদুদা ফজবদি অঙকপনি হাযবা য়াই। হোংকোংদদি অহিং অনীদমক লৈবকই। মফম অদুদা চান-থক্লবগী খুদোংচাদবা কযা থেংনৈ। শা চাদবা য়ু থক্তবা মীশিংগীদমক্তদি খুদোং চাদে। মনা-মশিং ভেজটেবল, চাক অশেংবা, ঙা থোংবা ফংবা যান্না বাই। মক্ত ওইনা থক্লবা ঈশিং অশেংবা ফংবা বাই। ঐনা ঈশিং গ্লাস অমৎতা থক্কে হাযক্ববদা হোটেল মেনেজব অদুনা ঐবু কবি লৈবাক্কী মীনো হায়না হংই। মহাক্না শো লোন্দুনা থম্বা উপু অমদগী ঈশিং অশেংবা গ্লাস অদু পুথোক্রগা পীবৈ। বিল শাবকপদসু মমল যান্না তাংনা শাবকই। কোন্না খঙলকপনি। ঈশিং

*অশেংবা অদু চিনা লৈবাক্তগী জহাজদা পুবকপনি অদুনা যাম্না তাংনা ফংলিবনি।*
মফম অদুদদি ঈশিংগী মহুৎ 'জীন' নৎত্রগা 'বিযাব' না মহুৎ শিল্লী।

হোংকোংদগী বেঙ্কোক্তা লাক্লে। নুমিৎ নিনীখক্তা লৈবকই। বেঙ্কোক্তী ইন্দিয়াগুম্বনি। শিখ, পঞ্জাবী, বিহাবি, মাদ্রাজী অতৈ জাৎ গুনা লৈবা মফমনি। বুধগী মুর্ত্তী অচৌবা, মচা কয়ামকম উবকই। মণিপুবদা লাৎলিবা কংলা-শা অদুগী মুর্ত্তীগী মতাংদা যাম্না য়েৎনবা মতাং অমা লৈখি। কনা অমনা মচী অনী পানগনি হায। কনাগুম্বা খবনা মচী অমখক পানবনি হায। কন্না য়েৎনমনশ্রদুনা তৌফম খঙদনা ফনা কুইনা যাক্তুনা লৈনখি। ঐহাক্না বেঙ্কোক্তা লৈবা মতমদা হায়বিবা ঐখোযগী কংলা-শা অদুগা যাম্না মান্নশ্ববা শা কযাগী অশাবা মুর্ত্তী উবকই। ইতোমতা খনজে, ঐখোযগী কংলা-শা অসিগা মখোয়গী শা অসিগা মবি-মখোঙ তিম্নবমগদ্রা? মখোয়গী শা অসিগীদি মচী অমৎতমক পান্নী। ঐহাক্না এডুকেসন মিনিষ্টব ওইবা, লো অমসুং লোকেল সেলফ গভর্মেন্টিসু পুবা মতমদা মণিপুব স্টেটকী 'এমব্রেম' অদু 'কংলা-শা' ওইনবা লেপখিবনি। লৌখিবা ফিবেপ অদু অচুম্বা ফিবেপনি হায়না পুক্লিংদা কনফার্ম তৌজে। মতম অদুগী চীফ সেক্রেটবী কৃষ্ণ মুর্ত্তীনদি 'শঙাইবু' স্টেট 'এমব্রেম' ওইনবা য়াম্না কন্না হোৎনৈ। মহাক্না হায়বগুম্না 'শঙাই' গীসু দাবী অদু তৌনবা হক লৈ। বাফম অদু অয়াম্বা অফিসাবশিংনা সপোর্ট তৌই। তৌইগুম্বসুং নন অফিসিএল ওইবা বাজনিতীদগী লাকপা মীহুৎ অয়াম্বনদি কংলা-শাবু পান্নে। মসীগী-মতাংদদি পেন্নবসু য়াওই, পেন্নদবসু ময়াওখি।

*বেঙ্কোক্তগী এরোপ্লেন্না পাইবক্তুনা অহিংদা কলকত্তা এয়াবপোর্টতা থুংলবে।* নোংঙাল্লগা ইম্ফালদা হল্লক্লে। অসুম তৌনা ২৭ শুবা কমনবেলথ পার্ল্যামেন্টবী কনফবেন্স ফম্বা য়াওরুবা ফিজিগী খোঙচৎ অদু লোইশিনখি।

## বাহামাজগী খোঙচৎ

বাহামাজ হায়বা ইথৎ লৈবাক অদুগী এবিয়াদি স্কোয়াব কিলোমিটব ১৩,৯৩৯ তনি। মীগী মীশিংনা মতমদুদা ৩০৮,০০০ বোমতনি। ইথৎ লৈবাক অদুগী কোনুংদি নাসাওউ (NASSAU) নি। বাহামাজগী মীশিংগী চাদা মরিফুমঙাগী চাংদি নেগ্রোনি। অবেম্বা অদুনা ইউবোপিয়াম্নি। ব্রিটিসকী মখা পোল্লম্বদগী খৃষ্টাব্দ ১৯৭৩ দা মপুং ফাবা মনিংতম্বা ফংখিবা লৈবাক্লি।

কমনবেলথ পার্ল্যামেন্টকী ২৮ শুবা কনফবেন্স অদু বাহামাজ ইথৎ লৈবাক অদুগী কেপিটেল পেবেদাইজ আইলেণ্ডগী নাসাওউদা ফম্মী। খৃষ্টাব্দ ১৯৮২ গী ওক্তোবব ৯ দা ফম্বা হৌই। কনফবেন্স অদু য়াওননবা চৎপা খোঙচৎতা অহানবদা ইটালিগী বোমদা এয়াব ইন্দিযাগী প্লেন্দা পাইবগা থুংই। দিল্লীদগী অদুম পাইখৎপা অদুনা নন-স্টোপতা পাইবনা বোমগী এয়াবপোর্টতা থুংবা অদু শাংনা তোংমনবদগী খবদি বাই। খোঙচৎ অদু ইতোমদা চৎলি, খোঙবু যাওদে। এযাবপোর্টতা ইন্দিযান এম্বেসিগী মীশিংনা ওকপীবম্মী। স্কুলগী থাক্তা তমলকপা ইতিহাসতা বোমগী মবমদা তম্লকপদা মতম অমদদি বোম অদু যান্না চাওখৎপা লম ওইবম্মী হাযনা খঙই। অদুনা বোমদা কোযদুনা লম য়েংনিংবদগী নুমিৎ হুমনি ফাইদুনা লৈ। মল্লবা থাইনগী ওইবা মফম অমসুং পোৎশক যেংনিংঙাই ওইবা যান্না লৈবা মফমনি। ইতিহাসকা কোন্নবা যেংনিংবা মফম কযা যেংলবা মতুংদা তুবিষ্টশিংনা যান্না খোযদাজবা সমুদ্র খোঙবালদা কোইথোকলুই। মফম অমদি পর্মিসন লৌদ্রবদি চংবা যাদে। হকচাংদা ফি থোংদবা ঙাক্তনা নুংশা যাইদুনা শান্নফমনি। মদুদা চঙউবা হৌনদে হাযদুনা চঙলক্তে। বোম অদু ঐনা হান্নবা ভাবনা শাগৎচবদগীদি হৃষ্টে। লম-তুবুদি নাল্লি অদুবু অনৌবা যুগকি চাওখৎপগী থাক্তদি হম্বনা উই। ঐহাক্না লানবসু যাই। অথবিতি লৈনা হাযবা নৎতে। নুমিৎ নিনীখক লৈবগা হাযবা যাদবা বাফমনি। ভেটিকান লাই খুবমফমদা চঙদুনা লাই খুবমলকই। অসুপকি মতিক ইঙবা নিংথিবা মফমনি মদুদি মনুংদা হেক চঙবদা লাই লৈবমগদবা মাল্লী। পুক্লিংদা থুক লাওবা ফাওই।

বোমদগী এবোপ্লেন্না ফ্রান্সকী কোনুং পেবিসতা লাক্রে। মফম অদুদসু নুমিৎ নিনী খক্তমক লৈবকই। তেনশ্রবা মতম অদুদা অখন্নবা মফম খবদংদি চংখোল্লা য়েংলকই। য়েংনিংবদি য়ামম্রে। অদুবু নিংবা থুংনা য়েংবদি ফংলক্তরে। ঐগী ইতিনবী শেম্বদা শোয়খিবনি। পেবিসতা নুমিৎ মবিনিগুম্বা লৈনবা শেমলমগদবনি। পেবিসতি ফজবা মফমনি। কুইববা ইতিহাসকা কোন্নবা পৃথিবী ফাওনা মমীং চৎলবা য়েংনিংঙাই য়ান্না লৈবা মফমনি। লীনিং টবাব য়েংবমক্তদা অযুক অমা কোম্নে। লম্বীগী পাক-চাওবা, লুবা নানবা অমসুং মওং তাবা অদু শিংথানবা যাই। এয়াবপোর্টতগী লাকপা লম্বীদা টনেল খবদা লাকই। টনেলশিং অদুগী লাইটনিং সিষ্টেম অদু ঙক্না থোকই। নুংথিলগা চপ মান্ননসু ঙাল্লি। ফজবসু ফজবগী মথক্তা কাবনচিংবা গারীনা যান্না যাঙনা থৌবা য়াবা লম্বী ওই। অনীশুবা

লানজাও থোকখিবা অদুগা মবি লৈনবদা শেম্বা মেমোবিএল খবগা য়েংলগা লম কোয়বা অদুম তেনশিন্নে।

পেবিসতা লৈবিঙেদা খঙলকপা অনৌবা অমদি লোলগী মতাংদনি। হোটেলদা লৈবা মতমদা চান-থক্লবা ওর্দব তৌকনচিংবদা ইংলিসনা ঙাংবা অদু মফম অদুগী মীনা ফ্রেঞ্চ লোন্দা খুম্মী। ইংবেজী ঙাংবা চোংপ্নে হায়। ইংবেজী লোলবু মখোয়নদি হক্ষনা লৌই।

পেবিসতগী অমুক লন্দন্দা লাক্লে। এবোপ্লেন্না পাইবকপদা কুইনা চংদে। পুং অমা খবা হেন্না পাইবগা হীথ্রো এয়াবপোর্ট অদুদা কুম্মী। মদুদসু ইন্দিয়ান এম্বেসিগী মীনা ওকপীবম্মী। লন্দন্দা নুমিৎ মবিনি লৈ। ইম্ফালদা লৈবিঙেদা ঐগা যান্না লুনা তিন্নবা আব কে স্নায়াইমা কৌবা, অয়াম্বনদি পি টি আই স্নাযাইমা হাযনা খঙনবা অদুনা মহাক্কী মচানিপা অমা লন্দন্দা লৈখিবা অদুগা উন্নবীবকউ হাযদুনা যান্না লুনা শিন্নবকই। মশুশিংগীনি হাযদুনা পোৎ-চৈ খবসু পীবকই। এম্বেসিনা ঐগী লৈনবা শিনবীবা মফম অদুদগী তেলীফোন্দা স্নায়াইমগী মচা অদুগা পাও ফাওনবে। মহাক মশামক্লে মাগী নুপীনে লাক্কুনা মশাগী কাবদা ঐবু লৌববে। মখোয়গীদা লৈকসি হাযদুনা চৎলে। মহাক্না লৈবিবা অদু লন্দন মপুংমক্তদি নৎতে। সব-অববানগী লমনি। ঐনা লাকপা অদুদা মখোয় য়াম্না হবাওই। মণিপুবগী মী উদবা অমসুং মৈতৈলোন লোন্দবা য়াম্না কুইবে হায। সনা অদুগী নুপী অদুদি মৈতৈ নিংঙোল নৎতে। ইন্দিয়ান্দি ওই। লন্দন্দা লৈবিঙেদা ঐনা য়েংনিংবা মফম কযামক্কম মবাং কায়না যেংবা ফংলকই। স্নায়াইমগী মচানিপা অদুনা পুদুনা যেংবা য়াবা মফমশিংদা চৎলকই। অঙাং ওইবিঙে স্কুলদা 'অনীশুবা' লাইবিক্তা ইবা অদু নিংশিংলকই। টেমস তুবেলগী ঈশিং মথক্তনা জহাজ চৎলি, লৈনুংদনা ট্রেন চেন্নী। মদু য়েংনিংদুনা লৈনুংদা ত্রেন চেনবা য়েংবতা নৎতনা তোংদুনা মতেক খবা চৎলকই। টেমস তুরেলগী খোঙবান্দা থাইনগী ওইবা টাবাব কয়া শাবিবা অদু খোঙনা কোইচৎ চৎতুনা য়েংলকই। অবাপ্লদা, অফাওবা সেক্সপিয়াবগী পোকফম লমদম খঙনিংদুনা চৎলুই। মফমদি য়ৌবিগা, চপ হেক চাবা পোকফম অদুদি খঙদনা অদুম্মক হল্লকলে। তুবিষ্ট গাইদকুম্বা লোয়নদ্রবদি খঙবা বাবা মফম ওই। মথংগী নুমিৎ অমদদি তুবিষ্ট পুবা বস অমদা নোংমগী নুমিৎ অমা মক্ক ওইবা লম য়েংবা চৎলকই। বস মখোল অনীশুকনা অয়াম্বা চেন্নী। মথক অদু ত্রানসপবেন্ট ওইবা কুপ্পনা লম য়েংবদা য়াম্না নুংঙাই। লন্দন্দদি

অবিবা ইতিহাসকা শাগোন্নবা থায়নগী পোৎশক্লা মক ওইনা য়েংলকই। পোলিতিকেল পার্টিশিংগী মিটিং তৌফম 'হায়দে পার্ক' কৌবা মফম অদুদা পব্লিক মিটিং তৌবগী মতৌ মওং যেংবা ওইনা পুংখাই অমবোম মিটিং যাওবকই। খোইনা অনৌবা নৎতে। হৌজিক মতমগী চাওখৎলবা মতম অসিগী মীৎ থক্লিংঙাই ওইবা কয়াদি পংযেং যেংলক্তবে। ইতোমদা ট্রেন অমসুং বস তোংদুনা পংচৎতা চৎপা অদুদা স্নাযাইমগী মচা ইবুংঙো অদুদি নুংশা থিববনি। মহাক্তী অচা-অথক লোযননা গ্রোসবীগী পোৎ-চৈ যোন্দুনা কাববাব তৌবিবনি। মচা অনী শুহৌবে। মণিপুবদা পাক লাক্লবগী ব্রাখল লৈহৌদে। চৎলমদাইদদি মপুক্লিং নুংশিনা লৈহৌবা অদু ঐগী পুক্লিংদা ফাওখি। মবম্‌দম্বু অমসুং মবমদমগী মীবু নুংশিবা হাযবা অদু মীওইবগী হৌনশা ওইবমান্লে। ঐহাক্লা লন্দন্দা লৈবিঙেদা নুমিদাংব্রাইবম অমদা ইসকোনগী মন্দিবদা লাই খুবম্মী লোযননা ভজন শকপা যাওবকই। ইন্দিযাদগী লাকপা ভক্তদি যামখ্রে। পৃথিবীগী মফম পুন্নমক্তগী ভক্তশিং মশিং যান্না লৈবা থেংনবকই।

লন্দন্দগী অমুক আমেবিকা পাংলকলে। এবোপ্লেন্না লেপ্তুনা পাইবকপনিনা পুং তবক হেন্না পাইবগা নিউ যোর্ককী জে এফ কেনেদি এয়াবপোর্টতা থুংলে। চপ চাবা পাইবদা চংবা মতম অদু নিংশিংদ্রে। 'কনর্কোদ' কৌবা অনৌবা মখলগী এবোপ্লেন যান্না য়াংবা অদুদা পাইববদি পুং তবকফাওবা চংদ্রে হায়নৈ, লন্দন্দগী নিউযোর্ক য়ৌবদা। আমেবিকাগী মনুংদা নিউ য়োর্কতা নুমিৎ হমনি, ওকলাহোমাদা নোংমা অমসুং লোস এনজেলিসতা নুমিৎ নিনী-লৈদুনা লম কোয়বকই। হান্নগুন্না ইন্দিযান এম্বেসিগী মীনা এয়াবপোর্টতা ওকপীবম্মী। নিউয়োর্কতদি লৈফম চাফমগীদমক্তা এম্বেসিগী মীদা যেৎত্রে। ইসকোনগী মন্দিব অমদা লৈরে। মতম অদুদা ভক্ত স্বৰূপ দামুদোব স্বামী অদু আমেবিকাদা লৈ। মহাক্কা পাও ফাওনদুনা ইসকোনগী ভক্তশিং লাক্তুনা এযাবপোর্টতসু ওকপা য়াওবৈ। স্বামী মশাদি নুমিৎ অদুদদি ওকলাহোমাদা লৈখিবদগী উনদ্রে।

নিউ য়োর্ককী দলান মখোল মযাম অদু য়েংবদি গুকলি নাদুনা ভোকই। ঐনা লৈবা মতম অদুদা নিউ যোর্কতা শাবা বিলদিংশিংগী খ্বাইদগী ব্বাংবা অদু মখোল নিফুমঙাশুবা অদুনি হায। মদুদা মী লিশিংদগী হেনবনা ইমপ্লোইমেন্ট ফংদুনা জীবিকা ওইনবি। অদুগুম্বা বিলদিং কয়ামকমদা মী লিশিং কয়া য়ান্না এমপ্লোই তৌঘ্রবনো হায়বা অদু ভাবনা লাকশিনবা গুম্মী। নিউ য়োর্ক হায়বা

সিটি অসি আমেরিকাগী লম্প্রোন-ইতিকী কোনুংনি। অদুগা বাশিংটন্না বাজনিতীগী ওইবা শক্তীগী ইফুৎ থোকফম কোনুংনি। মৈগী মৈঙালগী মবিদদি নিউ য়োর্কতা অয়ুক নুংথিল-নুমিদাংগী খেন্নবা থোইনা লৈতে। নুমিৎ-থা থোক্তবগী থোইনা অবাবা লৈতে। ইঙান্দা ঙান্দুনা লৈ। নিউ য়োর্কতদি ফংদবা অমৎতা লৈতে হায়বদা লানগদবা মান্দে। পৃথিবীগী মী কাংলুপকী মীশিং খব-খবদা ওইববসু লৈতবা লৈত্রে। ধর্ম্মগী মাইকৈদসু অদু মঙাই। নোংমদি ঐহাক্না খোঙনা চৎতুনা য়েংগে হায়দুনা ইতোমদা চৎলি। তানজা অমা চাকদুনা ইন্দিয়ান হোটেল অমা থেংনবে। মদুদা চঙদুনা চানিংবা চাক-এনশাং খল্লগা পুক থন্না চাথোক্রে। চরা অদুমা চাবগী শাবকপা বিলদি ডোল্লব ১৫ নি। ভাবতকী শেলদা পাববদি য়ামথ্রে।

আমেরিকাগী কোনুং বাশিংটন্দা চৎলগা কেপীটোলগী শক্লক খবগা হবাইট হাউসকা য়েংলুই। ঐবু পুবীবিবা ইসকোনগী ভক্ত অদু ইন্দিয়ান্নি। মহাক্না বাশিংটনগী য়েংবা য়াবা মফম কয়া কুপ্না খঙদবদগী চাওরাক্না য়েংলগা অদুম্মক হন্নক্রে। আমেরিকাগী Statue of Liberty, White House গুম্বা য়েংলবা মতুংদা পৃক্লিংদা ফাওখি, পৃথিবীদা গনতন্ত্র হায়বদি, 'Government of the people, by the people, for the people হায়বা অদু লেংদনা থম্নবা অমদি চাওখোকহন্নবগীদমক আমেরিকাগী থৌদাং য়ান্না চাওই।

নিউ য়োর্কতগী ওকলাহোমাদা চৎপগী খোঙকমনি। স্বামী দামুদর মফম অদুদা লৈ। শ্রী দামুদরনা লাক্লবা হায়রকপদগী মফম অদুদা চৎলিবনি। এয়ারপোর্টতা ইসকোনগী ভক্ত কয়ামক্নমগা লোয়ননা শ্রী দামুদরনা ওকপীবম্মী। ঐবু ওকপগী থৌরাং অদুদা ঐহাক ইঙক ঙক্রম্মী। ঐহাক্না বীষ্ণুপুর হায় স্কুলগী হেড্ মাষ্টব ওইবা মতমদা শ্রী দামুদর অদু ঐনা তম্বীবা ছাত্র অমা ওইখি। স্কুলদতা নৎতনা ঐহাক্না শ্রী দামুদরগী পোকফম তৌবুল খুঙংদা লৈদুনা প্রাইভেৎ ওইনা ছাত্র কয়ামক্নম লাইরিক তম্বীরকই। অদুগী মথক্তা শ্রী দামুদরবু য়োক্তুনা মহৈ-মশীং তমহনবীরকপা মশামকসু ওক্না ওইরকপা থৌদাম কেয়ানি কৌবা অদুগসু হেক পোকমীন্নবা ইচিন-ইনাওগী মতৌগুম্না তিন্নরকই। অদুনা ঐখোয় ইমুং অমতগী মী ওইনা লোয়নবকপনি। ঐহাকপু স্বামী দামুদরগী ওক্না ওইরকই হায়কপীদমক ইসকোন ভক্তশিংনা খুকউ মথা চোহবা লৈ পরেং অচৌবা অমা হুকপীরে লোয়ননা পুং য়ৈদুনা, ঈশৈ (হরি নাম) শক্তুনা এয়ারপোর্টতগী থুংকম

ফাওবা পুবীবে। অহিং অমা লৈদুনা নোংমা ওকলাহোমা কোয়বকই। মফম অদু Cowboy হায়না খঙনবা আমেরিকাগী সিটিজনশিংগী একটিভ ওইবা মফমনি হাযনৈ। মফম অদুদগী স্বামী দামুদবগা লোয়ননা লোস এঞ্জলিসদা চৎলে।

আমেরিকাগী মমীং চৎপা স্টেট কালিফোবনিযাদনি, লোস এঞ্জলিস। লোস এঞ্জলিস অসি পৃথিবীগী ওইনা ইসকোনগী হৌফমনি হায়দুনা ঐভোন্দা শক তাকই। অমুক্তা য়ৌদ্রিবা মফম অদু কমদৌবমগবা হায়না য়াম্না খঙনিংনা চৎপা খোঙফমনি। অতোপ্পা মমীং লৈবনা 'হোলীবুদ' হায়বা মফম অদু লৈবদগীনি। অদুনা মফম অদুদা লম কৌয়নিংবনি। অহানবমক্তদা ইসকোনগী মন্দিব চঙদুনা লাই খুবমজবে। অদুগী মতুংদা গেষ্ট হাউসতা, স্বামী দামুদবগী লৈফমদা লৈবকই। ইসকোনগী হৌফম্ ওইবনা তাবে, মফম অদু ইসকোন ভক্তশিংতনা খুনপাক অচৌবা অমা তাবে। পৃথিবীগী মফম কযাদগী লাক্তুনা কৃষ্ণ ভক্ত ওইববা য়ুম লিংদুনা, লাই নিংদুনা ধর্ম্ম অদু শন্দোকপদা মতেং পাংদুনা খুন্দাববনি। কুচু অঙৌবগী শাগৈ, অমুবগী শাগৈ, বাওথাংনবগী শাগৈ পুন্না লৈমীন্নদুনা ইসকোন ধর্ম্ম অদু চাওখৎহন্নবা হোৎনবিবনি। পুন্নমক অদু উব্দবগা ঐহাকসু মফম অদুদা লৈথোকনিংলম্মী।

স্বামী দামুদব মশামক্না পুবীবদুনা লোস এঞ্জলিসতা য়েংবা য়াবা খবা কোয়দুনা য়েংলে। অরোইবদা, Holywood হায়বা মফম অদুদা চৎলি। তৌইগুম্বসুং কুপথনা য়েংলকপদি নৎত্রে। মফম অদুদা নুমিৎ হুমনি লৈবমলগা স্বামীদগী বিদায় লৌবগা বাহামাজ হাযবা ইথৎ লৈবাক অদুদা কনফরেন্স ফম্বা য়াওনবা লাক্রে। লোস এঞ্জলিসতগী মিযামিদা তাবগা মিয়ামিদগী পুংখাই অমরোম পাইবগা বাহামাজগী কোনুং NASSAU দা থুংই।

নাসাউদা ফম্বা ২৮ শুবা কনফবেন্স অদু খৃষ্টাব্দ ১৯৮২ গী ওক্তবব তাং ১৬ থাংজ নুমিৎতা হৌদোকই। কনফরেন্স অদু পেরেদাইস আইলেন্দগী 'ব্রিটানিয়া বিচ' হোটেলগী Le Cabaret Theatre দা পাঙথোকই। বাহামাজগী গভর্নব জেনবেলনা কনফবেন্স অদু ওফিসিএল ওইনা হাংদোকই। কনফরেন্স অদুদা কমনবেল্থ লৈবাকশিংদগী দেলিগেত ২৮৫ অমসুং সেক্রেটরীশিং অমদি ওবজার্ভবশিং কযামব্দম্না শরূক যাখি। নুমিৎ ১৫ নি চুপ্পা ফমখিবা কনফরেন্স অদু চাওনা মায় পাকখি। কনফবেন্স অদুদা য়াম্না তাংলো ফংবা বা ভাংনবগী তানজা

অনীবক ঐঙোন্দা পীখি। মদুগী ভববেটম্ বের্কোদতগী লৌথোক্রগা ফোঙবা অদুগী Extract copy এপেনদিক্সতা য়াওবি।

কনফবেন্স অদু য়াওবা লাকপা দেলিগেতনচিংবা পুন্নমক্কী 'লম-য়েংবা' চৎপগী খোঙচৎ অদু জহাজ অমদা চৎলি। Free Port হায়বা অতোপ্পা ইথৎ অমদা চৎপনি। জহাজ তোংদুনা নুংথিল পুং ৪ বোম তাবদগী চৎপনা ফ্রি পোর্ট হায়বা মফম অদুদা থুংই। ঐগীদি মদুনা জহাজদা চৎপগী অহানবা অমসুং অবোইবনি। অহিং নোংয়াই য়ৌবকপা মতমদা নোং-নুংশিৎ থেংনরে। ইন্দিয়াগী দেলিগেতশিংবু লুচীংবা চন্দ্রশেখব কৌবা এম পি অদুগা ঐখোয় অনী কেবিন অমৎতদা চৎমীন্নবনি। মহাক্না য়াম্না কিনা হৌদোককই, 'মিষ্টব সিং। জহাজ অসি য়াম্না হায়খ্রে, লুপকদৌবিমান্রে, লাই নিংশীনে'। মহাক্না হায়বা অদু তাবদা ঐহাকসু খংকি কিরে। খুদক অদুদা ঐখোয়বু শেন্নবিবা জহাজগী হিরোই অমা চংলক্লুনা হাযববে, 'খুদোং থিনিংঙাই ওইবোই, য়াম্না কনবা নোং-নুংশিৎ নৎতে'। অদুম্না ফনা হাযদুনসু কিব্বদি ফৎতে। অদুবু নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌবকপদদি নেমথখ্রে। ফ্রি পোর্টতগী হল্লকপদদি নুংথিলগী মতমদা হল্লকই। খুদোং থিবা নংলক্তে। থোইদোক্লদুম সমুদ্রগী ইশিং মপৈ, ইপাক অদু যেংনা য়েংনা লাকপনি। কনফরেন্স অদু হৌদোকপগী 'বেলকম এড্রেস' পীবদা বাহামাজগী হোম্ মিনিষ্টবনা জহাজগী খোঙচৎতা থেংনখিবা খুদোংচাদবা অদু থৌশিল শিনবীবদা শোয়খিবনি হায়না এপোলোজী তৌখি।

বাহামাজ অদু অপীক অপীকপা ইথৎ কয়ানা পুনশিল্লগা সেম্বা ইথৎ লৈবাক্নি। তুবিজম অমসুং বেঙ্কিংদগী আই য়াম্না চাওনা লাকপদগী চাওখৎলবা লৈবাক অমা ওইরবনি। পিকচববসু মগুণ লৈবা, গনম্রদা খম থেংনা থাজবা লৈবাক্নি।

চহি ৫০০ রোমগী মমাংদা 'কলম্বস'না বাহামাজ ইথৎকি SAN SALVADOR কৌবা মফমদা থুংলবগা লোয়ননা পৃথিবীদা শক তাকখি। মফম অদুগী ফজবা দৃশ্য কয়ানা চিংদুনা পৃথিবীগী মফম কয়াদগী লম কোয়বা মশিং থিঙমদনা লাকখি। তশেংবসু বাহামাজগী পেবেদাইজ সিতি অদু মীংগা মান্ননা চান্ননা ফজে। ইথৎ মচা কয়া শন্নহনবা লম্বীশিং অদুনা সমুদ্র মপান্দা, চীংলক্তা থেক্না খোইনা লৈবিবা অদু পুক্লিং হুনা ফজবা অদুগী হেনগৎহন্নবা মচাক্নি। মৈগী

ফজবসু মীৎকি কুম্মৈ অদুম্মক ওইনিংঙাইনি। 'ব্রিটানিয়া-বিচ' হোটেল অদুদা ডাইনিং ব্লোক্তা চানিংবা চাবীয়ু, থক্লিংবা থকপীয়ু হাযদুনা চানবগী মথল মথেল, থকুবগী কোল ড্রিঙ্ক পৈদুনা থম্মী। আলকোহলদি শিজীন্নবা থিংঙি। বিচ অদুদা Dolphin হাযবা ঈশিংদা লৈবা জীব অদুগী কুম্মৈ য়েংবদা য়াম্না নুংঙাই। নিংথিনা তম্বীববা ওইবনা মীবোল ঙাংনবা যাবগুম্না কুম্মৈ উৎলি। কুম্মৈ অদু ঙসি ফাওবা শংশংনা মীৎতা উবিবগুম তৌই। মখোযগী চীনজাক ওইনা 'Meat' মচেৎ অমা পীজবগা, ঈশিং মনুংদা থাদখিবা ঘরীবু মযানা চীক্তুনা পুখৎহল্লি। পর্ফোমেন্স কযা অমসু উৎলি।

কনফবেন্স অদু লোইখববদদি দেলিগেতশিং অদু মহৈ মহৈ মযুম চৎনবা থৌবাং তৌনবে। বিদায তৌনবে। অমুকসু উনসিকো, কাওননুসিকো হায়নদুনা কায়নবে। নুংঙাইনবু ওইববসু, ৱানবু ওইববসু কায়নবা হায়বা অসিমক্তবু পুক্লিং নুংশিনিঙাই ওই।



অইবনা নহা ওইবিঙে



চীফ মিনিষ্টব মহম্মদ অলিমউদ্দীন, এডুকেসন মিনিষ্টব য়ুম্নাম যাইমা (অইবা) অমসুং দিপুতী এডুকেসন মিনিষ্টব হেমাম নিলমনি।




ফব্রুবারি ১৪ ইং ১৯৭৮ অইবনা এড়ুকেসন মিনিষ্টর ওইনা
আইডিয়েল গার্লস কলেজগী শঙ্গলেন শঙ্গাবা






জি পি বুমেল কলেজগী সাইন্স ব্লোক্ এড়ুকেসন মিনিষ্টরনা (অইবা) হাংদোকপা।




মণিপুর মেদিকেল কলেজ্র লিংখৎপা।




পোষ্ট গ্রেজুযেট ত্রেনিং কলেজ শঙ্গাবগী থৌবমদা এড়ুকেসন মিনিষ্টর যাইমা।



মণিপুরগী গভর্ণর ওইরম্বা H M Burney গী লোযননা অইবনা ওইনামদা থম্বাল মরিক কলেজ শঙ্গাবগী থৌরম।



মণিপুরদা বোর্দ ওফ সেকেণ্ডরী এডুকেসন লিংখৎপগী ইনোগুরেল ফঙ্কসনদা চীফ মিনিষ্টর অলিমুদ্দীন অমসুং এডুকেসন মিনিষ্টর, য়ুম্নাম যাইমাগা লোযননা অতৈ ওফিসিএলশিং।




এডুকেসন দিপার্টমেন্টকী ওফিসিএলশিংগা [illegible]



নম্বোল হাযস্কুল চাওখৎহন্নবদা থৱাই যাওখিবশিং।



[illegible] চেয়ারমেন হাওনা এডুকেসন মিনিষ্টরবু
(অইবা) পাউলত্তারীদা মীযাম্না কেপা



অইবনা এডুকেসন মিনিষ্টব ওইবিঙৈ শৈনিক স্কুল ইম্ফাল যেংশিনবা লাকপদা।



সাহিত্যগী থৌরম অমদা — শ্রীহিজম গুনো। শ্রীএলাংবম নিলকান্ত অমসুং অইবা



সাহিত্যগী মবি লৈনবা থৌবম অমদা শ্রী জি সি তোংব্রাগা লোযননা অইবা।



লোক্তাব লিফ্‌ট ইবিগেসন প্রোজেক্টকী ঈশিং থানক পম্প হাউস কেন্দ্র সবকাবগী মিনিষ্টব অমসুং শ্রীবুদ্ধান খাইমা (আই এফ সি ডি মিনিষ্টব) [illegible]।



ইবিগেসন এন্দ ফ্লদ কন্ট্রোলগী মিনিষ্টব ওইবিঙে কেন্দ্র সবকাবগী ইবিগেসন মিনিষ্টবগা লোযননা লোক্তাক লিফ্‌ট ইবিগেসন প্রোজেক্ট যেংশিনবা।



লোক্তাক লিফট ইবিগেসন কেনেলদা ঈশিং থাবা।



এপ্রিল ৩০ ইং ১৯৮১, তবেৎশুবা ইষ্ট জোন বাস্কেটবোল চেম্পিওনসিপ হৌদোকপদা শ্রীযুন্নাম যাইমা (অইবা), শ্রীবাজকুমাব মধুর্যজিৎ অমসুং অতৈ ওফিসিএলশিংগা লোযননা।





অইবনা শান্নবুংগী মাইকৈদা স্পোর্টস মিনিষ্টর ওইনা।





অইবনা শান্নবুংগী মাইকৈদা স্পোর্টস মিনিষ্টর ওইনা।



খোঙজোমদে পালন নুমিৎতা অহৌবশিংগী নিংশিং খুভমদা লৈ কংপা।



ভারতকী রাষ্ট্রপতি শ্রী ভি ভি গীরিনা মণিপুরদা লাকপা, মতমদুগী গভর্ণর শ্রী বি কে নেহরুগা লোয়ননা কেবিনেট মন্ত্রিশিংনা ওকপা।

## পুন্সিগী খোঙচৎতা



ভাবতকী বাষ্ট্রপতি শ্রী ভি ভি গীবিদা মৈতৈগী মথেল লুকোই ১০৮ গী চাকলুব্ পীভব, মতমদুগী গভর্নব শ্রী বি কে নেহরুগী লোয়নবীনা মৈতৈ যানেক শেংতুনা তেংবাংলি।



ভাবতকী বাষ্ট্রপতি শ্রী সনজীবা বেদ্দীনা মণিপুবদা লাকপদা মহাকপু ওকপগী থৌবম।





ভাবতকী প্রাইম মিনিষ্টব ওইখিবা শ্রী নবসিংহ বাওনা হোম মিনিষ্টব ওইনা মণিপুবদা লাকপদা শ্রীযুন্নাম যাইমানা এদুকেসন মিনিষ্টব ওইনা ওকপা।



শ্রী সনজীবা বেন্দীগা লোযননা কেবিনেট মন্ত্রিশিং।



রাজভবনদা কেবিনেট মিনিষ্টরশিংগা লোযননা কেন্দ্রা সবকারগী লুচিংবা অমগা রাবি-রাতাই শান্নবা।




ইম্ফালগী কংলা পার্কতা অইবনা সবকাবগী ওফিসিএল খবগা হি তোংলি।



চাওখৎ থৌবাংগী ইগজিভিসন অমদা
গভর্ণর শ্রী বি কে নেহরুগা লোযননা শ্রীযুম্নাম যাইমা।



গভর্ণব শ্রী এল পি সিংহগা লোযনবা ফঙ্কসন অমদা শ্রীস্মুন্নাম যাইমা (অইবা)।



এপ্রিল ১৩ ইং ১৯৮১, প্রাইম মিনিষ্টব শ্রীমতি ইন্দিবা গান্ধিনা মণিপুবগী অৱাং খুলদা লাকপগী খোঙচৎ।



[illegible] কাংগ্রেসকী প্রসিদেন্ত ওইরিবিঙদা শ্রীযুম্নাম যাইমাগা লোয়ননা।



অইবনা এডুকেসন মিনিষ্টর ওইবিঙে মৈতৈ মযেক্ চৎনহন্নবগী হোৎনবদা
শ্রী লাইশ্রম মনাওবীগা লোয়ননা।





চীফ মিনিষ্টব শ্রীমাইবেম্বম কোইবেংগা লোযননা অইবা



বিহাবগী পাটনা মীহ মদা অৗৎ স্টেটকী স্পীকর্শিংগী [illegible]



মালেমগী ওইবা থাক্কী মীফম অমদা শ্রীযুম্নাম যাইমাসু
মণিপুরগী মীহুৎ ওইনা শরুক যাবি।



[illegible] প্রিসাইডিং ওফিসারশিংগী [illegible]নয় বেঙ্গ অমদা শ্রীযুম্নাম যাইমা মণিপুর এসেম্বলীগী স্পীকর ওইনা শরুক যাবি।



ওক্তোবর ২৯ ইং ১৯৮০, জম্মু অমসুং কাস্মিরগী চীফ মিনিষ্টর ওইরম্বা সেখ অব্দুলাহগা লোয়ননা শ্রীনগরদা স্পীকর শ্রীযুম্নাম যাইমা (অইবা) অমসুং লোয়নবী শ্রীমতি নৈমহল দেবী।



অইবা ওমন্, শ্রী লোংজম কুঞ্জবীহুগা লোয়ননা ফিলিপাইনগী কোনুং মনিলাদা নমাকাইবা চৎলুবা।



বিগ গার্দেন ওফ জপান (তোকিযো)গী গেটতা অইবা।



ভাবতকী বাষ্ট্রপতি দাক্তব সঙ্কব দযাল শর্ম্মা অমসুং এম পি শ্রীযুন্নাম যাইমা সিংহ বাষ্ট্রপতি ভবনদা খুৎ শোক্নবী।



(ওইব্রোমদগী)এম পি ইমচালেম্বা (নগালেন্দ), এম পি যুন্নাম যাইমা (মণিপুব), ভাবতকী বাষ্ট্রপতি দাক্তব সঙ্কব দযাল শর্ম্মা, এম পি শ্রীমতি দীল কুমাবি ভন্দাবি (সিক্কিম)অমসুং এম পি দাক্তব সিলভেবা (মিজোবাম)।

মদুমক্কা ইন্দিবা গান্ধিবু মতম পুন্নমক্কী ওইনা মায়থিবা পীখিবা নৎতে। ইকুই কুইদনা মহাক হিঙ্গৎলকখি। মহাক্না লুচীংবা কংগ্রেস (আই) পার্টিনা ভাবতকী সাসন অমুক পুবকই। মহাক্না চলাইব়বা (Emergency) ইমবজেন্সি অদু লৈবাক্না কযামুক পান্নখিদবগে হাযবা অদু মহাক মশামক লোযননা মহাক্কী খোঙলোইশিংনা খঙহৌদবদগী অরাবা মাযথিবা নংখিবনি। মশাবু থাজমনবা অমদি খোঙলোইশিংদা হেন্না থাজমনবদগী খৃষ্টাব্দ ১৯৭৭ দা ইলেক্সন তৌব়বনি। মদুদা ভাবতকী প্রজানা মঙোন্দা পাবা অমা তম্বীখ্রবনি। ইন্দিবা গান্ধি-ইবাই লাযনা কুইনা নমথদুনা থম্বা যাবীদি নৎতে। মহাক খৃষ্টাব্দ ১৯৮০ দা অমুক হিঙ্গৎলক্তুনা ভাবতকী প্রাইম মিনিষ্টব ওইবক্রে। হৌখিবদা মহাক্না সোইখিবা, মচানীপা সনজয গান্ধিনা সুপনমদা থবক কযা পাঙথোকখিবা অদু অমুক হন্দনবা যান্না চেকশিল্লে। ভাবতকী মীশিং হেঙ্গৎলকপা থিংনবা সনজয গান্ধিনা নিপা নুপী কযামকম নমদুনা মশানা যানিংদনা অঙাং পোক্তনবা ওপবেসন তৌহনখি। থৌশিল অদু লৈবাক্না কন্না যানিংখিদে। ভাবততদি প্রজা মীযান্না যানিংদবা থবক শক্তী শিজীন্নদুনা নমজা নমথেক্কনা পাঙথোকপা যাদে হাযবা মযেক শেংনা উৎখি। ইন্দিবা গান্ধিনা মদু মযেক শেংনা খঙখি।

বাঙ্গলাদেশ শেম্নবগী পাকিস্থানগা শোক্কবা লানফমদা মায পাকপদগী ইন্দিবাবু লৈবাক প্রজা হুপ্পা থাগৎনখি। অচৌবা মায পাকপা অমনি। লানফম অসি ঙম্বদগী ইন্দিবাগী মথক্তা লৈবম্বা পেন্দবা কযা কোক্কখ্রে। লান অদু ফোংনা পাকিস্থানগা ভাবতকা শোক্কবা ওইনা থোকহনখিদবা অদুদা পৃথিবীগী লৈবাক কযানা ইন্দিবাগী কুটনিতীদা হৈ-শিংবী অদু খঙনখি। মহাক্না মাযোক্কগদবা অব়বা থেংনবা সম্যশ্যাদি লৈবাক মনুংগী ওইবা 'কম্যুনেল' গী ইবাং কনখৎলকপা অদুনি।। পঞ্জাবতা শিখ কাংবু অমনা শাগৎলকপা সিখিস্থানগী ইহৌনি। তবাই তবাইনা লৌবা যাদবা ইহৌ ওইখি। কম্যুনেলগী ইহৌ শাগৎনবগীদমক্তা শিখ কাংলুপ অদুনা মবাল লৈতবা হিন্দু প্রজা কয়াবু হিন্দুনি হায়বগীদমক্তা পংহাৎতা হাৎলকপনি। মদুগী আর্থদি মীশিং যাম্বা হিন্দু প্রজানা লমন খুন্নবগী শিখশিংবু পাকতক্কনা হাৎহল্লগা 'সিভিল বাবগুম্বা থোকহন্নবনি'। তৌবক্রিবা থৌওং-থৌশিল অদু ইন্দিবা গান্ধি মুন্না খঙই। কম্যুনেলগী ইহৌ অদু শাগৎনবদা মীবৈবাক্তা লৈখ্রবা শিখ শেনজাও পায়বা কয়ানসু সৌগৎখিদবা নৎতে। ওইবক্রিবা ফিভম অদু লাকশিন্নবা খুৎলৈ থুনা থবক লৌখৎতে হায়দুনা প্রজা সেক্সন কয়াদগী ইন্দিবা

গান্ধিগী মা... লাওবা য়াওনবক্লবনি। খাঙবা যাবা খাঙলবা মতুংদা তৌদবা যাদ্রবা মথৌ পাঙথোক্লবা তানজা ওইবে। শিখ-লালহৌবা কাংলুপ অদুনা ধর্ম্মগী শেংলবা মফম ওইবিবা 'গোলডন টেমপল' স্বর্ন মন্দিরবু মখোযগী থবক পাঙথোক্লবগী বেজ ওইনা শিজীন্নবক্রে। মতাং অদু যৌবরদা অবোইবা তাঙকক ওইনা খুৎলাই পাযবা লালহৌবশিং অদু গোল্ডন টেমপল মনুংদগী তকথোক্লবা মিলিটবী একসন লৌবে। অশেংবা লাইফম অদু লানফম ওইখ্রে। লালহৌবা কযা হাৎখ্রে, আর্মি কযাসু শিখ্রে। লৈ-শু কৎনফম মন্দিব অদুদা মীগী ঈ তৈবে। অশেংবা মফম অদু অশিবগী মফম ওইবে। কপ্পবে লাওনবে। ওপবেসন্দি মাই পাক্লে অদুবু অনাবদি লৈত্রে হাযবদুনি।

লৈবাক্কী হাযবদি অপুনবা ভাবতকী স্বার্থদা তৌদবা য়াদ্রবা মথৌ পাঙথোক্লিবনি, ইন্দিবাসু। প্রাইম মিনিষ্টব অমা ওইনা পাঙথোক্তবা যাদ্রবা মথৌনি। মবন্নাই স্বার্থগী নৎতে। অদুবু লাইবক থিবদি লালহৌলুপ অদুবু সপোর্ট তৌবশিংগী মাযকৈদগী লমন খুম্বা ওইনা প্রাইম মিনিষ্টব মশাগী সেক্যুবিটি ওইনা থবক পুহল্লীবা শিখ অনীগী নোংমৈ মকনা ইন্দিবাগী পুক্সি খোঙচৎ লোমহনখি। ইন্দিবা গান্ধিবু হাৎপগী পাও অদুনা লম্মৈ চাকপগুম মথং মথং শন্দোকখি। লমন খুম্বা ঙম্বগী অপেনবা ফোঙদোক্তুনা অথুম-অহাও 'ভঙ্গ্রা দান্স' তৌবসু যাওনখি। অদুবু মহাক লৈতবদা কপ্প-লাওনখি, লৈবাক শিনবা থুংনা হাযবা যাই। নোংমা নিনীদি, দিল্লীদদি, লাকশীনবা ঙমদবা ইবাং থোক্লকপদগী মী কযা হিংনা মৈ থাদুনা হাৎনখি। যুম কযামকমসু মৈ থাখি। অকিবগী মশক ওইবা থৌদোক কযা থোকখি।

নুমিৎ অদুদা হাযবদি খৃষ্টাব্দ ১৯৮৪ গী ওক্টোববগী ৩১ দা ঐহাক ইশামকসু দিল্লীদা লাকখি। প্রাইম মিনিষ্টবনা উননবা কৌবদগী লাকখিবনি। মণিপুবগী মতম অদুদা ওইখিবা বাজনিতীগী ফিভমদা সাসনগী মবি লৈনবা থবক্তা ঐঙোন্দা প্রাইম মিনিষ্টবনা শিন্ননিংবা অমা লৈবদগী ঐহাকপু কৌবকখিবনি। মতম অদুদদি ঐহাক মণিপুব এসেমব্লীগী স্পীকব ওই। লোক সভাগী স্পীকব শ্রী বলবাম ঝাকবনা প্রিসাইদ তৌদুনা ভাবতকী স্টেট পুন্নমক্কী ওল ইন্দিযা প্রিসাইদিং ওফিসাবশিংগী ওইবা, হাযবদি স্পীকব, দিপুটি স্পীকব পুন্নমক্কী ওইবা কনফবেন্স অমা কলকট্টাদা পাঙথোকখি। কনফবেন্স অদু ফম্বা খৃষ্টাব্দ ১৯৮৪ ওক্টোববগী তাং ২৯ দগী হৌববনি। তাং ৩০ দা কনফবেন্স ফমলিঙৈ মনুংদা ঐঙোন্দা প্রাইম মিনিষ্টবগী ওফিসতগী থাবকপা মেসেজ অমা খুৎতা পীববে। মেসেজ অদুদি ঐহাকপু তাং

৩১ গী অয়ুক পুং ১০ মিনিত ১৫ দা প্রাইম মিনিষ্টব উননবা লাকউ হায়না কৌবকপনি। লোক সভাগী স্পীকবদা উহল্লগা কনফবেন্সতগী ছুতি পীবীনবা হাযজবে। শ্রী বলবাম ঝাকবনা, "Good Luck", চৎলুবো, মঙ্গল ওইয়ু হাযনা হাযবীবে।

মথংগী নুমিৎ তাং ৩১ গী অযুক্তা কলকট্টাদগী দিল্লীদা পাইবে। নুমিৎ অদু লৈচীন যান্না থামনবদগী এবোপ্লেন অদু পুং অনীবোম থেংনা পাইবে। প্রাইম মিনিষ্টব উননবা পীবিবা মতম অদু নংলবোইদ্রা হাযদুনা ঐদি পাখৎলে। দিল্লী এযাবপোর্টতগী মণিপুব ভবনগী কাবদা তোংদুনা প্রাইম মিনিষ্টবগী লৈফম নম্বব ৱান (১) সফদবজঙ্গ বোদ যৌনবা চৎলে। কাব অদু 'সবনিজ' কৌবা দ্রাইভব অদুনা থৌবনি। যান্না হৈবা, কুইববা দ্রাইভবনি। মঙোন্দা ঐনা প্রাইম মিনিষ্টব উননবগী মতম নংনবা থৌ হাযনা শিন্নবে। মহাক্না ট্রাফিক্কী অথিংবা কোমথোক্লবা খন্দুনা কাব অদুগী 'ফ্রেগ' অদু হাংদোক্লুনা থৌবে। মমাংগী মতমদদি ফ্রেগ হাংদোক্লুনা কযা থৌনদে। ঐহাক্না প্রাইম মিনিষ্টবগী লৈফম ওফিসকী থোঙ্গাল যৌগদবা খজিক্তা ঙাযববা, ত্রাফিক আই লেন্দ অমা কোইবগা হেক্তা যৌবগদবা মফমদা পোলিসনা লম্বী পুন্নমক খুদক্তা থিংজিল্লে। দ্রাইভব অদুনা ত্রাফিক পোলিস অদুদগী কবিগী থিংলিবনো হাযবা খঙলে। 'সাব, প্রাইম মিনিষ্টবদি হৌজিক্তা নোংমৈনা কাপ্পুনা শিবে হায়বে'। খুদক অদুমক্তদা প্রাইম মিনিষ্টবগী হকচাং অদু অল ইন্দিযা ইনষ্টিট্যুত ওফ মেদিকেল সাইন্সতা কাব থৌদোবক্তনা পুখ্রে। 'ফ্রেগ কাব ওইবনা অমসুং ফ্রেগ হাযদোক্লগা লাকপনা ঐহাকসু এইমস্ ফাওবা তুং ইন্নদুনা চৎপা যাবে। এইমস্‌কী ভি আই পি ফমফমদা ফমদুনা পাও ঙাইনদুনা লৈনবে। নুমিৎ অসিগী মমাংগী নুমিৎতগী হৌনা ইন্দিবা গান্ধিগী মচা নীপা অহল বাজীভ গান্ধিদি কলকট্টাদা লৈবি। মহাকপু কলকট্টাদগী অখন্নবা প্লেন অমনা পুবক্লুনা 'এইমস' যৌবক্লে। মহাক লাকত্রিবা ফাওবদি প্রাইম মিনিষ্টব অদু শিবে নংত্রগা হিংলি হাযবা ওফিসিএল ওইবা পাও অমৎতা ফোঙদোক্তে। মনুংগী পাও ওইনদি শিবে হাযবা খঙনববনি। চৈবক অদুদা মনুংদা ইন্দিরা গান্ধিগী মহুৎ কন্নানা প্রাইম মিনিষ্টব ওইগদগে হাযবা অদু নৈনবি হায। খুদক অদুদা তান্নবা যাবা কংগ্রেস (আই) পার্ল্যামেন্টবী বোর্ডকী ইনফোবমেল ওইবা মিটিং অমনা বাজীভ গান্ধিদা লীদব ওইনা খনবদা যানবে হায়। বাষ্ট্রপতি সবদাব গ্যানি জেল সিংহসু মীবৈবাক্তগী হাযবদি Yemen দা চৎখিবা অদুদগী খুদক্তা হন্নক্লুনা এইমস্

তা যৌবক্কে। রাজীভ গান্ধিবু প্রাইম মিনিষ্টর ওইহন্নবগী রাফমদা প্রসিদেন্ট জেল সিংনসু যাবে। অদুগী মতুংদা ওফিসিএল ওইনা নুংথিল পুং ২ মিনিত ৩০ তাবদা ইন্দিরা গান্ধি অদু শিবে হায়না লাওথোকখি। নুমিৎ অদুগী নুংথিল পুং ৬ মিনিত ৪০ দা রাজিভ গান্ধি ভারতকী ৭ শুবা প্রাইম মিনিষ্টর ওইনা রাশক লৌহনখি।

চহি ১৫০ চুপ্পা মীখা পোল্লক্লবা ভারতপু মনিং তম্বা লৈবাক অমা ওইহন্নবা মপুন্সি কৎথোক্লম্লবা মহাত্মা গান্ধিনি। ভারতকা পাকিস্থানগা তুং কোইনা চান্ন-চীন্ননা লৈমীন্নবা যানবা শিনবদা পেন্দ্রবা কাংলুপ অমগী থৌইনশিন্দগী গান্ধিজীবু নথুবামনা পিষ্টোলনা কাপ্পুনা হাৎখি। 'হিন্দি-চিনি ভাই-ভাই'বু বিস্বাসঘাত তৌবকপদগী থম্মোয কাযখিবা অদুনা মরম ওইদুনা খৃষ্টাব্দ ১৯৬৬ দা হার্ট এটেক তৌবক্কুনা নেহরুগী পুন্সি তেনশিলখি। পাকিস্থানগা শোল্লবা লান্দা মাই পাক্লবা মতুংদা রসিযানা শিন্দুনা তাস্কেন্দা সন্ধি তৌনবগী সহী তৌববা মতুংদা লাল বাহাদুর শাস্ত্রিসু শিখি। ভারত্তা ধর্ম্ম পুন্নমক্কী চপ মান্নবা মীৎযেংদা থমদুনা অপুনবা ভারতকী মপাঙ্গল কন্নবা হোৎনখিবা অমসুং সিখিস্থান লিংবা যাদবগীদমক মশাগী সেক্যুরিটি অনীগী নোংমৈ মক্ন ৩২ না পান্দুনা ইন্দিরা গান্ধি পুন্সি লোমখি।

নুংঙাইবা রাখল অমগা লোযননা ঐহাক কলকট্টাদা ফম্বা ওল ইন্দিযা প্রিসাইদিং ওফিসার্স কনফরেন্স মফমদগী দিল্লীদা প্রাইম মিনিষ্টর উনবা লাকখিরনি। অদুবু অরাবা রাখল পুদুনা ইন্দিরাজীগী সংস্কার যাওবগা মহাক্কী উৎ পুরগা ইম্ফালদা হল্লকখি। অসিনি তম্বা ঙমদবা পুন্সিগী খোঙচৎ।

*Appendix*

# 27th
# Commonwealth Parliamentary Conference
# held in Fiji, October 1981

## 3rd Plenary Session
## 21 October 1981, PM
## THE YEAR OF THE DISABLED

**Speech by : Hon. Y. Yaima Singh, MLA**
*Speaker, Manipur Legislative Assembly, Manipur*

Mr Chairman and fellow delegates, I have the honour and the privilege to introduce that group of people constituting a part of the human population known popularly as the "handicapped and disabled person"

At the outset I would like to support the proposal from two or three fellow delegates, and also from one of the learned panellist from Kenya, to avoid the use of the term "disabled" In this connection, I would like to recall an incident As we know, some of our Commonwealth countries, including my country, India, were once termed as "backward countries" This was resented Subsequently, after a thorough discussion in a forum like this, instead of using the term "backward countries," the countries have been termed and known as "developing countries " So, I will take this privilege of proposing a suitable term, if we coin it in English, "abling" persons instead of "disabled" I would like to propose this

Mr Chairman, you will be surprised if you find such persons in the present age who think that these abling persons, according to my proposal, are created by the Almighty God to suffer because of their sins in their past life. You will be surprised where you will find such persons, but please do not think that they are not everywhere Where are they ? They are

everywhere in the remote places of the world They think these disabled persons are created by God for their sins in their past life But we have to educate these people Also, when we take up programmes for the education of these disabled persons, we have to make them understand that disabled persons might have been created by God to test the able persons, to test whether they are serving God by serving these people That is my contention

Sir, as you have mentioned, the approximate population of disabled persons might be around 500 million, approximately 11 per cent of the total population of the world We have heard much about the exploited and the downtrodden people, the disinherited and the proletariat, but you know they are increasingly loosing their chairs everywhere on the globe because they have their spokesmen But these disabled persons were neglected for a long period because they had not got their spokesmen It is fortunate that these persons who were neglected have now got their spokesmen So in my mind, what stands more in the way of understanding the real problems is the persistent action we adopt towards these persons We have a habit of looking at disabled persons as being below the human level, having nothing to do with the preservation and enrichment of our culture and civilization They become just persons to be rejected It is wrong

The time is very short and I have to conclude with this observation What is our determination to serve these people? That is my question If our determination to serve these people and make them able is strong, I think our Commonwealth countries and developed countries will be able to serve these people The only question is heart If we have the heart to serve these people in the true spirit, it will be very easy

## 4th Plenary Session
## 22 October 1981, AM

### Relevance of Westminster Parliamentary System in a Changing World

**Speech by : Hon. Y. Yaima Singh, MLA**
*Speaker, Manipur Legislative Assembly, Manipur*

Mr President, fellow distinguished delegates, the topic that we are discussing in this forum is "Relevance of Westminster Parliamentary System in a Changing World" While discussing this topic, I think more emphasis is to be given to the words "in a changing world" The world is changing so fast and you know a preceeding speaker also mentioned that many countries which were under colonial rule have now become independent On account of the scientific achievements, the super powers have collected a heavy number of destructive weapons Any false steps taken by the supper powers now will be able to destroy or annihilate the world, the human population So the world is changing, changing so fast So, we have to observe the topic in this context – whether we want annihilation of the human population or whether we would like to promote the existence of humanity living in peace and harmony

While adopting the parliamentary system in India, the basis taken into consideration is this that the Indian population, a little below 700 million, wants to live in peace and harmony, with dignity, without fear, with freedom of expression, freedom of religions, et cetera They are not interested in having nuclear weapons or any other sort of weapons which will destroy humanity

So, while observing, while discussing the topic, I represent the view of my country, the basis of the circumstances under which the country adopts the parliamentary system At the

moment, as you know, we have a modified form of the Westminster model of the parliamentary system in India I cannot say that we are adopting *in toto* that old model of the Westminster parliamentary system of the United Kingdom We can say that we have remodelled it, we have modified it to suit our people because, as you know, Mr President, the parliamentary system adopted in the United Kingdom cannot be transplanted in any country without considering the suitability, whether it is suitable to that country or not It must be examined So, after examining thoroughly the parliamentary system that had been prevailing in India, it was adopted and it is found very suitable

I have to thank the hon delegates who appreciated the Indian system because their contention was that India is such a big country, having a population of little less than 700 million, multiracial, with a number of states, with a great number of political parties, and it can pull on with the system, it is to be appreciated I thank him for that also

Now, I would like to come to the very point, to the very topic, that is, "Relevance of Westmintre Parliamentary System in a Changing World" Mr President, we all know the constitutional practices, the procedures, the customs, the forces of these are still in the parliamentary system of the British model But we cannot adopt it In India we have modified it and we have executed the system effectively One of the preceeding speakers mentioned that the system has been operated very effectively in my country We know that the Parliament has all the powers, except the power to make a man into a woman, that the executive is accountable to the legislative This legislature is functioning very effectively through the committees appointed or nominated by the legislature These committees may be taken as mini legislatures or mini Parliaments The committees

The President Order!

Shri Singh (Manipur) Thank you very much, sir, and I hope you will appreciate my speech

*Appendix*

# 28th
# Commonwealth Parliamentary Conference
# held in Bahamas, October 1982

## 4th Plenary Session
## 19 October 1982, PM

### Parliamentary Privilege with Special Reference to Confidentiality

**Speech by : Hon. Y. Yaima Singh, MLA**
*Speaker, Manipur Legislative Assembly, Manipur*

Mr Chairman and learned panel, our topic is "Parliamentary Privilege with Special Reference to Confidentiality"

At the outset, the Chairman emphasized about the privileges enjoyed by the Parliaments The object of parliamentary privileges is to safeguard the freedom, the authority, and the dignity of Parliament They are enjoyed by individual Members because the House cannot perform its functions without the unimpeded use of the services of its Members, and they are also enjoyed by the House collectively for the protection of its Members, and the vindication of its own authority and dignity

In India, some of the privileges of Parliament and of its Members and committees, as well, are specified in the constitution, certain statutes, and the Rules of Procedure of the House, while others continue to be based on precedents, on conventions which have grown in the country

With special reference to privileges leading to confidentiality, the Houses of Parliament have the right to exclude strangers, and to debate with closed doors Such debate within closed doors becomes necessary to enable the House to obtain, when necessary, such privacy as necessary to freedom

*Appendix*

of debate The Speaker causes a report of the proceedings of a secret sitting to be issued in such manner as he thinks fit, but no other person present can keep a record of any proceedings or decisions of a secret sitting, whether in part or whole Disclosure of proceedings or decisions arrived at in a secret sitting of the House is treated as a gross breach of privilege

All of the secret meetings have merit We can discuss here the merit of the same Sometimes, it is misunderstood by the people Rumors and unhealthy speculations create unwanted results Once it was refused by our late Prime Minister, Pandit Jawaharlal Nehru, when a great number of Parliament Members wanted to discuss the problem created by China's invasion of India Shri Nehru wanted to discuss it in the open House to avoid rumors and unhealthy speculations It was appreciated and it was followed in the time of our last Prime Minister, Mr Shastri, when there was invasion from Pakistan, at that time, also, there was a proposal for discussing it behind closed doors, but it was discussed in the open House and it had merit But still the House can discuss it We can study the subject matter further in depth with reference to its application, I mean how to implement it

As the House is the master of its privileges, it can enjoy them be enforcing compliance to anybody who defies it It can punish the offenders either by punishment or reprimand, it can suspend its Members and expell them even, if necessary

So, it can be recommended that the Parliament exercise its penal jurisdiction in cases of breach of privileges and contempt of the House as sparingly as possible It is not a sign of strength for Members to appear to be over-sensitive about their privilege, and it is normally the case that the dignity of Parliament is best served by ignoring minor contempt

Thank you

*Appendix*

## 6th Plenary Session
## 22 October 1982, AM

**The Role of the opposition in a Parliamentary System**

**Speech by : Hon. Y. Yaima Singh, MLA**
*Speaker, Manipur Legislative Assembly, Manipur*

We are meeting here, in this house, representing almost all the countries of the Commonwealth which are committed to democracy It is a good question why are our countries and our people committed to democracy? Because it provides us the best means to achieve the goal of mankind, it provides us a system by which we can establish welfare societies in which we can live with individual freedom with dignity, in which we can live without the distinction of caste, creed, and religion

Our people prepare to sacrifice for the cause of democracy because it upholds the spirit of service to humanity and righteousness Hence, this house, this forum of the Commonwealth Parliamentary Association has a great responsibility to the cause of democracy With this sense of responsibility, we have been discussing to find out the best ways and means of promoting further and further the ideals of democracy in the world We all have seen the tremendous achievement of science, which changes the world, and which is changing it more rapidly In the context of the changing world, we have to promote the ideals and system of democracy more scientifically to keep pace with the changing environments in the world In view of these observations, I am participating in discussing the topic, "The Role of the Opposition in a Parliamentary System" In the little time allotted to me, I will present the process and the role played in my country, India

*Appendix*

The house would appreciate the role that the opposition in India has been playing a great role in bringing the country to the present stage In brief, it has been tested before the world how the opposition functioned in three very crucial occasions when the country was invaded, was attacked from outside, when the internal disturbances were solved, when the economic crisis is being solved So, the role of the opposition has been tested in India before the world in such very crucial occasions In all these affairs, the opposition has been functioning with great responsibilities When the question becomes one of national issue the opposition and the ruling party stand as one

Mr President democracy in India is as old as India itself In India, the system of democracy was there since a long time If we research through our books in Sanskrit, you will realize that it has been a noble cause to sacrifice for the cause of democracy

It is why Mahatma Gandhi adopted and preached *Ram Rajya*, which is democracy It was based on the system of ruling according to the opinion of the people and, opposition had a voice to it even You may well imagine how old it is and how it has been in India The secret of how democracy is made successful in this great country of India, which has a large population of over 680 million, of which a great number are poor and illiterate, lies in the inheritence of the past

Mr President, I do agree, I do confess that we have reformed to a great extent in respect of the rules and procedures, the old system in the light of the reformations in the United Kingdom, because they are found more scientific, in my humble opinion, in keeping pace with the new developments in the world

I have no doubt in my mind that this House would have the undivided opinion of making the opposition an important integral part of the legislature It is my consideration that it is

## *Appendix*

the opposition that differentiates democracy from dictatorship We all know that there cannot be a negative opinion to the government run under a dictatorship No criticism is allowed against the policy of the government under a totalitarian state Hence, if the opposition is not allowed to function properly with due recognition by the government under the parliamentary system, then it would be only another word for dictatorship So due recognition is to be given to the opposition if democracy is to survive in the world

But a problem has arisen when none of the groups or parties or independents are prepared to function as opposition, when the entire electorate votes for one party only It once happened in India when Pandit Jawaharlal Nehru was leading the Indian nation through the Congress Party Even then, a group of the Congress Party volunteered to function as opposition, to be the watchdog of the civil liberties of the people Subsequently, since the year 1952, there has been organized opposition in the Indian Parliament Under the Salary and Allowances of Leaders of Opposition in Parliament Act 1977, statutory recognition is accorded to the Leaders of the Opposition in the Upper and Lower Houses of Parliament

In concluding my speech, I would like to sum up in the following words The opposition which is the very essence of representative government, is an important part of the legal apparatus of the governing machinery The government and the opposition, both being important partners of the democratic process, must respect one another and join hands in carrying the country forward Opposition for opposition's sake is the very negation of democracy Let it remain a noble cause forever to fight for democracy Jai, CPA

Thank you



**শ্রী য়ুম্নাম য়াইমা** খৃ: ১৯২২ ইংগী আগষ্টকী তাং ২৮, লাংবনগী ৬নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা ওইনাম খুঙ্গংদা লৌমীগী ইমুং অমদা পোকখি। মচিন-মনাও অহুম, নুপা অনী নুপী অমগী মনুংদা মহাক্না য়াইমনি। মশাগী চহি ৮-৯ শুবকপদা নৌনা অপোকপা কায়নখি। মতম অদুগী লাইবিক-লাইশু তম্ববু পাওথোক্লবিঙৈদা, নৌনা লুম্না ওইহৌববী অপোকপীনা অইববু ওইনামদা লৈবা নিম্ন প্রাইমাবী স্কুলদা প্রাইমাবী তমহল্লগা, নম্বোল এম: ই: স্কুলদা খোঙনা চত্তুনা ক্লাস সিক্স ফাওবা তমহনখি। মতুংদা তোম্বীস্না হায় স্কুলদা মেত্রিক লোইশিনখি। মখা তাবকপদা অয়ুক-নুংথিলদনা তঙাইফদনা লৌউ-শিংউগী  থবক তৌবগা ওইনামদগী ইম্ফাল ফাওবা নুমিদাংদা একাগাবিনা চত্তুনা বি: এ: লোইশিনখি।

মশাগী চহি ১৭ শুবকপদা লময়ানবা ইবাবতকী লুচিং মখাদা অইবনা অহানবা ওইনা বাজনিতিদা খোংদাবকখি। মথং-মথং তার্ম তবেৎলক ওইনাম কেন্দ্রগী মীহুৎ ওইনা কাদুনা লৈবাক্কী ওইবা মশকনাইবা শিংথানিঙাই ওইবা থৌদাং কয়া অমা পাংথোকখি। অবোইবদা মণিপুবগী মীহুৎ ওইনা ১০ শুবা লোক সভাগী মেম্বব ওইখি।

শ্রীয়াইমা লৈবাক মীয়ামগী মীহুৎ অমা ওইনা থৌদাং কয়া অমা লৌবল্লগা বাজনিতিগী লম্বীদগী পোত্থাদুনা লাইবিক ইবগী লমদা চঙশিল্লকলি।

*অইবগী অতৈ লাইবিকশিং -*

*নুংশিননা হিংমীন্নবা (২০০৪)*

*এ পীস ওফ টেস্ট লোক সভা (ইংলিস, ২০০৫)*

---

*কোভব পিকচব নমং ১১২৪* nest 2446101